# হায়জনীংবা খরা

লাইরিক অসিমক্তি পুন্সিগী অহানবা ওইনা ঐনা হায়স্কুল তম্লিনৈঙে ইং ১৯৭৬-৭৭ তা ইজখিবনি। খুদোংচাদবনা মরম ওইদুনা চহী কয়া নমশীন্দুনা লৈরকখি। অঙাং ওইরিনৈঙেদা মঙখিবা মঙলান অমবু ঐগী ইনাওনুপী নিংথেমচা ওংবী নলিনিনা মঙফাওনহনবীবা অসিদা মতম কুইনা নুমিৎ অসিতবু ঙাইজরকপগী অৱাবা পুম্নমক কোকথ্রে। পুন্সিসিদা ইনাওনুপী অসিগী লমন তোল্লগদবনি।

অনীশুবদা লাইরিক অসিগী অশোয় অঙাম পুম্নমক য়েংশিনবীদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ঐগী মাম্মা মংলেম পেচিমিয়ুম এসিস্তেন্ট এদিটর ঐখোয়গী পাঙ্গুংবুসু হন্না-হন্না থাগচ্চরি। মসিগা ঈরোইননা মখুমগী শক্তম পুথোকপীরিবা ঐখোয়গী পঙ্গুংগী ষ্টাফ রিপোর্টর বি. সঞ্জয় অৱাবা কয়া খাঙবীখিবী DTP পাইবীরিবী শ্রীমতি থিয়াম নিংথৌজম সঙ্গিতা, প্রেসকী ইপ্পাশিং মিং ওইনা পল্লবদা ৱাই.কে. ধিরেন অমসুং এল. ভক্তা মেছিন পাইবীরিবা এন. হেমজিৎপুসু থাগচ্চবগা লোয়ননা ইকাই খুম্নবা উৎচরি।

অবোইবদা হায়জনিংবদি ঐখোয়গী পঙ্গুং হায়বসিদা ঐগীসু পঙ্গুং অমা ফংবগুম অপেনবা ফংজরিবসিগী অয়াম্বা শরুক প্রেস অসিনা পীবীবনি হায়না লৌজে। ঐনা ৱাজরম্বা ওইথোক্কনি খল্লমদববু য়াম্না লায়না ময়ামগী মাংদা পুথোকপা ঙমহনবীবা অমদি মখা তানা লাইরিক ফোঙনীংবগী থৌনা হাপ্লীবগীদমক লমন তোনশিঞ্জরবনি। 'ঐখোয়গী পঙ্গুং' ঐখোয় পুম্নমক্কীনি হায়না থমজবগা লোয়ননা মতম কুইনা হিংবা ওইরসনু।

# ব্রাহৈ খরদং

**কে কুঞ্জধজ**

*জে: সেক্রে: মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ*

[illegible] ত্যদা উপন্যাসকী পোথোক ব্রাংলিঙৈ, নুপী [illegible] য়াম্না থোরক্লিঙৈ চৈরকসিদা শারুংবম বীনোদিনি [illegible] মণিপুরী উপন্যাস অমা পুথোরক্কদৌরে তাবা [illegible] লৈতনা নুংঙাইজখি। উপন্যাস অসি [illegible] পাবগী খুদোংচাবা ফঙখি।

[illegible], মগুণ লৈরবা, নৈননিঙাই ওইরবা উপন্যাস [illegible] বীনা ইদুনা পুথোরক্কনি হায়বা। মহৈরোই অমা [illegible] দা ঈখিবনি হায়, মতম কুইনা নমশিন্দুনা [illegible] বনি। মরম অসিনা মফম মতমগী মতাংদা [illegible] নত্তে। লাইরিক অসিদা শীজিন্নরিবা লো [illegible] বী অমনা ইরকপগা চপ মান্নখ্রে।

[illegible] ইবী অমনা কদায়ফাওবা মীওইবা অমা [illegible] লীংজেল ফুদোকপা ঙম্বগে হায়বদু [illegible] গী খুৎলি য়াম্না লুনা নান্না জিরি জিরি [illegible] কাইদে। ব্রারী পাথরকপদা মথা করি [illegible] তক্লবদি অদুম্মক পোকহল্লি। নুংশি-নুংওনগী [illegible] শাগৎলকপা ব্রবীনা কখোকপা অমসুং মীওইবা খুন্নাইগী যাইফনবা হোৎনবা হায়বা হীরম লোমদা চংশিল্লকপা মীওইবগী নুংগী ওইবা ব্রাখল নীংথিজনা য়াওরবা উপন্যাসনি। অহানবা ইথোরকপা উপন্যাসনি, করিগী ফজরেই।

মন্দিনা কৌবী নুপী অমনা উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা চরিত্র ওই। অইবীনা, চরিত্র য়েকপদা মন্দিনাগী চরিত্র মপুং ফজনা ফায়। মন্দনা নুংশিবদা থাজবা থম্বী নুপীনি। ''ব্রৈ'' হয়বা ব্রাহৈ অসি শীজিন্নদুনা

মন্দিনানা ৱারী মপুম অসি লীদুনা পাউদম্বনি। ফোঙদোক্ত্রিবা নুংশিবা অমখক্কীদমক মন্দিনানা ইখৌ লাংজখি। মহাক্না য়ুমলোন্নদুনা লৈবা দেৱানিগা (মহাক্কদি দানি কৌজে) মখোয় অনি ঙাইহাক লৈতনা লোয়নবগী তাঙ্ককশিং উপন্যাসকী অহৌবা শরুকশিংদা উংলি। দেৱানিনা "ৱা অমতা হায়গে" হৌদোক্লম্লগা মণিপুরগী মপান্দা মেডিকেল তম্বা চখোকখ্রে। ৱাহৈ খরা অসি মন্দিনানা থম্মোয়নুংদা চেৎনা কোন্দুনা থমজখি। চহী অমা অনিগী মনুংদা মন্দিনাগী পুন্সিদা অহোংবা কয়া লাকখি। মমা কায়নখি, মহাক মথন্তা ঙাইরবা কান্দা খুঙ্গংদা লৈবা মহাক্কী মাম্মা অমসুং মনেগী য়ুমদা শৈদাংলকখি। নুপী অমগা নুপী অমগা মান্নদে, মীনুংশি চাউবী নুপী কয়া লৈ অদুগা মীনুংশি খঙদবী অঙাং য়োকপদা ইচা মীচা খায়বী নুপী কয়াসু লৈরিবনি। মন্দিনাগী মনেনা মহাকমক্না পোকচবী লন্মোনিগা য়োকচরিবী মন্দিনাগা অনিগী মরক্তা খেন্নবগী লৈই অমা চাউনা চিংবা হৌরকখি। মীয়াই চল্লবা পাখং শরি অমদা মন্দিনাবু লুহোংখিনবগী থৌরাং তৌরকখি। মন্দিনানা মখোয়গী ইমুংদা খুরৌ থাংবদগী অসিগুম্বা থৌরাং অসি চখরক্লবগী অচৌবা মরম অমনি। মন্দিনা নূং অনিগী মরক্তা হা ওইখি। মনেগী য়াথং ইনশি কদায়! ইনগনুসি কদায়! অচৌবা অৱাবা অমা ওইখি। মহাক্না দেৱানিবু নুংশিজবগুম দেৱানিনা মহাকপু নীংবিরমদ্রবদি কমদৌবা হায়বগী ৱাখল মহাক্কী কোক্তা চংলকখি। মরকসিদা মন্দিনাগী লূহোংবগী নুমিৎ লেপশিল্লকখি। পাউ অদু দেৱানিসু তাখি। লূহোংদ্রিঙৈদো দেৱানিগী ইমুং-মনুংনা মন্দিনাবু চাক কৌখি। চাক কৌবা নুমিৎ অদুদা দেৱানিনা মঙোন্দা হায়গে হায়না হায়খিবা ৱাদু ফোঙদোকখি, মহাক্না মন্দিনাবু নুংশি।

মন্দিনানা মহাক্কী লূহোংবদু য়ানিংদে হায়বগী ৱাফম থবক্না উৎখি। লূহোংগদবা কুইদ্রিঙৈদা নোংমা অহিং অমা য়ূমদু থাদোক্লুনা চেল্লকখি। নোঙাল্লকপদা চীংগী লমদম অমদা য়ৌখি। লমদম অদুদা মহাক্কী অনৌবা মপোক অমা ফংখি মমা অমগী শক্তম লৌখি। চিত্রা কৌবী মমান্নবী অমনা হুন্দোক্লম্বা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অমগী মমা শাখি। মমাগী মীং লৌদুনা চিত্রসেন হায়না অঙাংদুগী মমিং থোনখি। খুঙ্গং অদুদা স্কুল লিংখৎতুনা মন্দিনানা খুঙ্গং অদুগী চাউখৎ থৌরাংদা অচৌবা পার্ট অমা লৌরকখি। লোয়ননা চিত্রসেনবু মায় পাক্লবা মী

অমা ওইনা শেমগৎলকখি। মহাক্কী নুপী ওইবীগী থৌনা অঙকপনি। তয়াং-তশোইবী নুপী নত্তে, পুকচেল অসুক্কী মতিক চেৎলি। মহাক্কী দানি (দেৱানি) ডাক্তর অমা ওইনা মহাক্না লৈরিবা খুল অদুদা পোস্তিং তারকখি। মহাক্না মমা অমা ওইনা লৈরম্বদু দেৱানিনা থেংনখি। মন্দিনাগা থম্মোয় থম্মোয় তিংথোক্লরবা তুংদা দেৱানি চিত্রাবু লূহোংদুনা লৈমিন্নখি। চিত্র অমসুং দেৱানিগী হরাও তয়াম্বগী মোমোন মীনোক্কুগী মরুমদা মন্দিনা লোন্না কপচরবসু তাইবঙ কনাগী মফমদা উহনখিদে।

ৱারী খুৎলী ফজে মহৌশাগী শক্তম য়েকপদসু চঙ-খোল্লি। ইষ্টান্নিষ্ট রাইটর অমগী খুৎইনি হায়বা য়ারে। পুন্সিগী নহা ওইরিবা তাঙ্কক খরদা অইবা কয়ানা ইরম্বা লাইরিক কয়া ঙসি মগুণ লৈরবা লাইরিক ওইবা কয়া যাওরি। বীনোদিনিগী লাইরিক অসিসু মহাক্না য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা ইখিবনি মহাক্কী লাইরিক অসিসু মগুণ লৈরবা লাইরিকশিংগী মনুং চল্লবা য়াবিবা, মুৎনাইদ্রবা ময়েক ওইনা লৈহৌবা য়ারবা অমা ওইগনি হায়বদা হায়মনবা থক ওইরোই। মহৌশাগী শক্তম য়েক্লকপদা অমদি পুক্নিংগী ফীবম কয়া তাক্ল নবা হোৎনরকপদা শীজিন্নরকপদা ফজ ফজরবা প্রমান পাঙ্হে কয়া থারকপা থেংনৈ, কবিগী ৱাখল চেল্লবা বীনোদিনিনি।

বীনোদিনি হায়বা মীংসি হেক তাবদা ঐখোযগী মীৎমাংদা এম.কে. বীনোদিনিগী শক্তম চোংথোরক্লিবসি মতম অমদদি শারুংবম বীনোদিনিগী মমিংসু চোংথোরক্লগনি। মপুং ওইরিবা চারিত্র মন্দিনানা মচা শক্না শেমজরক্লবা চিত্রসেনগী মফমদা পুকমেন পাউমেঞ্জবগী ৱাহৈ পরেং অমা অনিদং নীংশিংসি :- ''ৱারবা মীওইবগী পুন্সি লম্বী মিকুপ অমত্তগীনি শন্দুনা নশাগী থৌদাং মতম চানা পাংথোক্লবা হোৎনৌ। মী ওইনা পোক্লবা নহাক্তি মীওইবা সমাজগীনি। নহাক্না মীওইবা সমাজবু মিকুপ অমতং ফাওবা কাওরোইদবনি।'' অপোকপী মমানফাওবা শিরসনু হায়না হুন্দোকপীরম্লবা অপীকপা থৱায় অমবু খুঙ্গৎতুনা মমা অমগী শক্তম লৌবা ঙমখিবা নুপী অমগী মমল য়াম্লবা ৱাহৈ অসিবু ঙাঙহল্লিবদি মীওইবা খুন্নাইগী ৱাখল থনবা ঙমবী শারুংবম বীনোদিনিনি। বীনোদিনিনা মতুংদা লাইরিক কয়াসু পুথোরকপা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রথনা পীজরি।

# অহানবা শরুক

ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসি কয়াম চাউবগে? য়োহেনবা নহাক হায়য়ু।

য়া...ম...না চাউই ওঝা।

উম, য়াম্না ফরে। মন্দিনা, নঙ খঙব্রা অমুক হায়য়ু ঐখোয়গী পৃথিবী অসি কয়াম্না চাউবগে ?

য়াম চাউই ওঝা।

ইয়া! করিগীনো নখোয় অনি অসুক য়াম্না খেন্নরিবসিবো? য়োহেনবনা অদুক চাউনা উব্রগা মন্দি নংনা খর অমুক পিকশিন্না উরুরিবো হা ?

ওঝা মাদি মখোয়গী দলান মতোন্দগী য়েংলমগনি।

উম, য়োহেনবনা দলান মতোন্দগী য়েংবনা খর চাওনা উবা ঙম্বা - নংদি কদায়দগী কমদৌনা উরুবগে হায়য়ু।

ওঝা ঐনা নহান লৈহাও হেকপদা লৈহাও পাম্বী মতোন্দগী উবনি। অদুম চাওই ওঝা।

হ...হ... চুমই, মন্দিগী পৃথিবীনা য়োহেনবগী পৃথিবীদগী খর পিকশিনফম থোকই।

থায়না ওঝা ভুবন না ভুগোল তম্বীরিঙৈদা হংখিবা ৱাহংদা ঐগী অপঙবা পাউখুম -ঙসিদি চুন্নব্রা হায়না তত্তনা চিংনরক্লে। তশেংনমক পৃথিবী অসি নোংম-নোংমগী পিকশিল্লক্লে হায়নিংলে ঙসিদি। অঙাং ওইরিঙৈদা লৃরবা মিংলুদা তারম্বা অশেংবা মমি চাউররুগদি অসুম অসুম

লাপথোকখিদুনা মশেল-মরাং উরকপগুম অচুম্বা অশেংবা মশক লাকশিনবা ঙম্লক্তবসি মীওইবগী হৌনশারা? ঐসু তন্ন ওন্নিংলকখি পুন্সিগী অনেম অৱাং। খেন্নবা ময়ামগী মরক্তা খেন্নবা অমা ওনবদা লোইবা নাইদ্রবা চাং ওন্ন-ওন্ন মীওই কয়াগী পুন্সিগী ইতিহাস খুমজিনখ্রবনি। পোকপা শিবগী চক্র মনুংদা পেন্দবা অৱাবগী পিরাং, অৱাবা মমি তাদ্রিবা মায়থোংদা নুংঙাইবগী মোমোন মীনোক শুপ্পতগী মহাও অনিতমক খঙলগা পুন্সিগী অর্থ হন্দোকপীরম্বদু থম্মোয়সিনদি ইপেন পেন্দবগুম থোকই।

ইংলবা ৱাকচিংগী উলেন মরক্তসু শাংলি ৱাকচিংগী গুলাপ কল্লবা কালেনগী লৈমায়দসু লৈশাং তমইকো লৈবাক লৈরাং লৈবাক্লৈসু-খল্লুরি মবি-মরি, মথং-মথং অমুকসু নোক্লুই অমুকসু কপলুই অমুকসু শাওরুই পুন্সিদা থোকখ্রবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংলুবদা অমমমত ওইনা। ঙমখৈ নাইদ্রবা মালংপান অসিদা কয়াবু শুরমখিগনি পেল্লবা থম্মোয়; তাইবং মীওইনা পোক্লগা পেঙ্খোকপা ঙমদ্রবা পুক্নিংদা ঈশ্বরমকপু হেক-হেক নিন্দা তৌই। অসুম্না ঈশ্বরবু নিন্দা তৌরসিরা? নত্রগা মপা-মপী শক্লবা লাই-গুরুশিংদা তাইনদুনা লৈরশিরা? কংলবা পুন্সিনা পুন্সি ওইনা হিংলুবগী করি কান্নরিবা অদুগা হিংলুদ্রগা করি মাঙবা লৈবা - ইশানা ইশাদা তত্তনা হংজরি। লম্মাংনগল্লবা ৱাখল অসিনা তত্তনা ৱাহল্লি, মিকুপ খুদিংগী পোত্থাফম খঙদনা। মতমদি হৌখি, লেপ্তনা চংখি। কনানসু খঙহৌদে পুন্সিগী ইতিহাস অমা লোইখিবা।

অহৌবনা অয়োইবতবু ঙাইদুনা লৈনরম্লবদবু ঙসি খঙনরমগদ্রবে পৃথিবীনা পৃথিবী চংলি হায়বসে। শিননবা পোক্লম্বনি খল্লুরবা অমদি তাইবং সংসার অসিদা পুন্সি লম্বী চংলিবনি হায়না খন্দোকপা ঙমজবম্লবদি ঐহাক্কী ৱাহংগী পাউখুম অমুক পীরুদ্রবসু য়ারবনি।

অৱাবনি, তৌফম লোইফম চপ মান্নববসু অমনা অমবু নমথনবা হোৎনবদি লেপ্পা লৈতে। অফ-ফত্ত খন্দোকপা ঙমহৌদ্রবা পুন্সিদা থোকখ্রবা থৌদোক কয়ানা ইতিহাস ওইখিবনা ফত্তবতা পুরবা অরানবা ৱাখলবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংলরবসু য়াওদবা নত্তে। মতম অদুদদি নীংঙম্লক্তবগী তেংথাখোল নত্তনা করি অমুক লৈখিগনি। মরম অসিতন ঙসি সংসার অসিবু মায়ানি হায়না খন্নরিবনি। অঙকপা সংসারনি। ঐনা

অসিগুম্বা সংসার অসিগী শরুক অমনি। ঐহাক্কা সংসারবু অমুক ঙক্কুদ্রবসু কায়বা লৈতে - অদুবু ঐহাক ঙক্তবদি ঙমদে। খঙনা খঙনা লান্নরি, উনা-উনা শোয়নরি থিংলুবা ঙমদনা লাইবক্কা তমগুবা থরদো। অমুকসু লাইবক্তা য়েকশুবনি হায়দুনা থোক্লগদবা, ওইরগদবা অদুদি কনানসু হায়বা ঙমদে। খাংবা ঙম্বগী শক্তি ব্রাৎলক্লবদা, থুংঙমদ্রবা অনিংবা কয়ানা পূক্লিংবু ওৎলরবদা লাইবক্তা খুদুম্না শুদুনা অৱা-অনা পুন্নমক তাইনরি। অৱা-নুংঙাইগী থৌদোক কয়ানা মিকুপ খুদিংদা থেংলরবদা তেল্লবা পুন্সিগী ৱারীদি করিগী মাঙখিরোই হৌখ্রবা ইতিহাস ওইনা।

মীরোল তারকঙৈদগী খঙলকখি ঐসু- পুন্সিগী অর্থদি হিংবনি। খর চাওরক্লগদি খর হেন্না পাকথোক্লকখি পুন্সিগী অর্থ। ঐহাক তশেংনা পাম্মুরকখি শিননবা হিংলিবা ঐগী -নংগী, -মাগী পুন্সি।



মীনোশুগী মরুমদা

# অনিশুবা শরুক

মতম অদুগা চপ মান্নবা মতম্নি। ঐনা অঙাং ওইরিবঁদা বাবানা ঐবু পমদুনা মালংদা পাইবা তন্দন তান্নদুনা শান্নখিবা। শুমাঙ মচিগী থাবল্লেসু শাংলে মেঙলবা থাবল ঈপোম মরক্তা। নোংইন কৌবা চেক্লসু থাবল ঈপোম লাংবদা হরাও জগোয় শাররি, নোংদোল অতিয়া পক্ল পাইররি। চপ মান্নে, বাবানা ঐবু পমদুনা তন্দন তান্নরিবঁ মতম অদুগা। খেন্নবা হায়ববু ঙসিনা অহিং তাংলৌ থেংলকপা মতম ওইবসিতনি। অসুক থেঙলবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিংসিদা করিগীদমক্তা ঐনা মপান থোরক্লিবনো? ঐহাক খল্লুবা লৈতে। মীচিক মীরাওখোল তাদবগী অকিবা লৈতনা শুমাঙ ময়ায়দা লেপ্পুনা থাবলগী ঈপোমদা তাউজরি। নীংশিংলুবা মিকুপ অমদা লেপ্পুনা লৈরমই ইমাঙমক্তদা মতম কয়াগী মমাংদা কায়নখ্রবা ঐহাক্কী বাবা। করিগীসু নীংশিংলোই ঐনা বাবাবু, তন্দন পাইবা উরগা। অদুবু ফংলরোইদবা পোৎশক অদু ফংননবা হোৎনবদা মঙলাক্লখি ইতোমতা। য়েংলুবা খুদিংমক্তা ইদুনা লৈরমই অঙাং ওইরিবঁগী ৱারী। অঙাং ওইরিবঁ তন্দন তান্নখিবা নুমিৎ অদুগী দৃশ্য ঙসিসু ৱাংলমদে। কোয়না মায়কৈ শুনা য়েংলুরবা মিৎনা হঞ্জিল্লকপদা মতম কুইনা উখিদ্রবা বাবানা ইমাঙদা লেপ্লগুম উরক্লে। ওইদবা মঙনি খল্লুবা নংদনা "বাবা" হায়না খংকৌ কৌথোক্লুরবা চীনবান অসি তনিক তনিক লৈহৌরে। মতম কুইনা তাখিদ্রবা মীকৌদু তাবদা কিদুনা চেনখ্রবরা ঐগী বাবাদো ইমাঙদগী মাঙখিবা খঙহৌদ্রে। মাঙখ্রিবা মুর্তি অদুগী খল্লুবদা কিবনা খোঙফম অমতং

---

ফাওবা লেঙবা ভমশিল্লক্কে। নুংশিরবা বাবাবু নীংশিংলুরগা মিংলু নাপোম ঈরা হৌরক্কে। করি অমুক হায়গনি সংসার অসিদা কনাসু করিসু লৈত্রবা ইতোমতগী পুন্সিনি হায়না খল্লক্লবা মতম্তি।

তনিক তনিক্লবা ঐগী থম্মোয়নি। ৱারবা ৱাখল অসিনা লাকদৌরিবা পুন্সিগীদমক খল্লুবদা ইশা পূম্বা নিকখি। ঐহাক অকিবা ফাওরকই। ইমুংদা চঙলগে খল্লি অদুবু খোঙদি থাংবা ভমদ্রে। তুমহৌরিবা ইমানা মিকপ থোরক্কুনা অমুক্তং কৌরক্লবদি হৌদুনা চেনশিনবা ভমগদ্রা হায়না খল্লিগে তাঙ্গা অদুমক্তদা ঐখোয়গী পচুনা খংখোং খোংদুনা য়েনখারোমদা কন্না চেনশিনখি। ঐহাক খংপ্রেক খংই, লোইরেদনা হায়বা ৱাখলদা মিং উইশিন্দুনা, না মেন্সিন্দুনা খোক্লগদবা অমা খোক্লসনু হায়না ঙাইদুনা লৈরে। অদুবু করিসু থোইদোকপা থোক্লকখিদ্রে। পচুদি মমৈ ফর-ফর হাইরদুনা ঐঙোন্দা ভাররে, শরাক শান্নসি হায়না হৌররে। ঐনা কিবা খর ফরদুনা মিং পাংথোরকপদা মীনু মচানা ইমুংদা চেনশিনখিবদো হেক উরুরে। পচুনা অমুকসু খংখোং খোংলকই। মানা ভসাই খোংলিবা অদু মীনু মচাদনি হায়বা খঙলদুনা কিবা ফরে। ইমুংদা চঙলগে খন্দুনা খোঙ থাংবা হৌরকপনি অদুবু থাবল্লেগী লৈনম্মা ঐহাকপু অমুক ফাদুনা পুবীরে-পুংনা শাংলিবা থাবল্লে মখোঙদা।

থাবন্না মচু শঙলবা তরু-তরু শাংলিবা থাবল্লেবু উরুবগা কল্লক্তবা ভমখিদে অহিংগী লৈরাং থাবল্লেবু। অচিকপা অহিংদা ইংনা লৈশাং তল্লিবী লৈরাং মহাক্লুম্মা ঐগী পুন্সি কোঙ্গোলসু তাকচনিংলুই শান্তিগী ঈপাক ঈয়ায়দুদা। ''ৱারৌগনুকো চান্নবী! লৈরাং লৈশাং লোইদ্রিঙে নিংঙোল খুংনা থংলেকো।'' পুক্লিংসিদা নীংজরগা চঙশিন্দুনা থাবল্লে চরোং মচা অমা হেক্লে। নাপ্পদা অমুক চিন শমজিদা অমুক খেৎ খেঙলবা অহিং অদুদা ইশা ইথক্তগী ওইবা সংসার অমা শেমজরি। ঐগী লিলা মমিং তরু-তরু পাংলদুনা পচুনা য়েংদুনা লৈরম্বদুদা ইকাইবদুম্ব পোকচখি ইতোমত। পচুগী নাক্তা ফমথদুনা অতিয়াদা থোক্লিবা থাজবু য়েংজখি। থাবলগী অরুবা অহিংগী অচিকপা পামজরুবা থম্মোয় অশে কঙাওনরে মালংদুদা। ইংলবা থাবলগী রাগদুদা ঈশৈ ওইনা শক্তোকখি-নীংলকপা ময়েক অমথক -সুরসু খঙদ তানসু য়াওদ, পুক্লিং পেন্না কৌরুরে অতিয়াগী থাজবু।

ঈশৈ হৈতবগী ইকাইবা য়াওদনা তপ্পা-তপ্পা লোইশিল্লে ঐগী

ঈশৈদো। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতম্ম কনানবু তাবীরমগনি। চুম্না নৌরবা পুক্লিংবু শেংদোকচরুবগী ব্রাফম্মি। ঐগী ঈশৈনা লোইশিনখিবদা অমুক পুমচিক চিকখ্রে। ইংলবা থাবল অদুদা ঐদি ইশাবু চামথোকচরি। অহিং ওইবগী তুম্মিংবা পোক্তনা কবিগুম নৌরবা ঐগী ব্রাখলনি। ফজৈদকো থাজ নহাকসে-, নঙতগী নঙালনা মালেমদা অইংবা পীনরি। নঙগী ফজবা উরুরগা তাইবঙ মোংফমথকশিবু স্বর্গমক্লি খঞ্জরিনে থম্মোয়না।

থাজ মাতবু য়েংবদা মিৎ কুপচবা শঙজখিদে ঙাইহাক অদু। নোংদোল থক্কী থাজ মহাক্তি করি অমত্তা হায়রমদনা লৈচিল্লক্তা তপ্পা-তপ্পা লৈশিনখ্রি। থাজনা ঙাইহাক্তং লোৎখিবদা মমশিনখিবা থাবল অদুদা ঐগী ব্রাখলসু মমশিল্লকপগুম থোকই। হাইফেৎ ঙক্লদুনা অমুক খন্থবা হৌরক্লে -'করিগীদমক্তা লৈচিল্লক্তা লোৎলিবনো? অদুগা লৈচিল অসিনা করিগী লুমশিল্লরিবা? কনানা লাল্লিবা, চুন্নিবনা কনানো? ঙাইহাক্তি ফুম্বংনখি -লৈচিল অমদি থাজগী মতৌদো ঐদি মিৎ কুপখিদ্রে। অব্রাবা ইফাও ফাওদনা থম্মোয়দা শিন্থরকখি মিৎলুদা পিরাং। ঈরা চেল্লবা মিৎ অসিনা নীংঙাইদনা ঙাইরুরি থাজনা অমুক থোক্লকপদো। খঙহৌদে, তুংলোমদগী ব্রাহে খরনা অচিকপা অদু থুগায়রকখি-কাউররোইদবা মীনোক্লি।

''নঙনা তৌরিবদুবু করিনো? হ... হ... হ... অঙাওবী হেক মাল্লদনা! ঙাইখো নহাক কপ্লিবরা? ঐদি ঈশৈ শক্লকখিগনি তাগে হায়না ঙাইরুরি।

খোঞ্জেল অদুনা ঐবু অঙকপা অমদি অকিবা পোকহন্দে। মরমদি, খোঞ্জেল অদু ঐখোয় মখা থংবদা লৈবা দাদা দেব্রানিগী খোঞ্জেল্লি হায়বা খঙবননি। ঐনদি মাবু 'দানি' হায়না কৌই। ইকোই কোইনদবা দানিগী ব্রাহংগী পাউখুম ঐহাক পিহৌদ্রমাল্লে। চঙশিল্লক্তুনা ঐগী শম চিংলরে।

- কনাগী ব্রাখল তৌরিবনো? থেঙলবা মতম অসিদা কনাবু ঙাইরিবনো ? অহিংগী অকিবসু পোক্রবরা? ইস... ইস... মমায় অসিনা।

ব্রা মখা তাদ্রিঙৈদা মখ্যাং হাইরপ মেৎলদুনা ঐগী মাঙদা লেপ্লরে। মাবু উরগা ঐহাক নোক্লিংলক্লে। দানিগী পাউখুম পীরগে খন্দুনা নোক্লিংবা

পূম্বা ফাজিল্লগা ব্রাহৈ খরদি হায়দোকস্ত্রে।

- থাবলসিদবু ঐনা কনা কিরুগনি? য়েংউনে দানি থাশে অমুক থোক্লক্কে। মানা থোক্লকপা ঙাইরম্লিবনি-, অরাপ্পদা হূইনা খোংবা তারিবসে থাবলসিদা নুংশিদ্রা? ঐদি থাবু য়াম্না নুংশি অদুনা মাবু য়েংলম্লিবনি।
- থাবু নুংশিবদুননিদনা ঙসাইমখৈ কৌরুরিবা। ঐদি ঈশৈনি খন্দুনা নুংঙাইনা তারুরি।
- ইস... তাহৌইকা হায়জিল্লদনা!
- তাবু তাহৌই হায়বনি। নহাকপু শক্তনে ?
- ইস... হৈত্রা ! করম কান্দা শক্লিবা...?
- হৌজিক্তা নখোয়গী পচু কোল্লগা বৃন্দাদেবী মখোঙদা ফমদুনা শকপদো ঐসু উহৌই।
- হুম... হুম... ফজবরা দানি।
- উম, য়াম্না ফজৈ - শাথীনসু পকচৈ। অহৈবা কলাকার অমনা ঙসিগী থাবলগী মগুন অমুক্তা হাপখি।
- ইস, হৈত্রা! মানা পঙহায়দা হায়শিল্লি। ঐদি থা'সে উরুবদা নুংঙাইদুনা শক্তোকখিবনি। দানি নহাক থাবু নুংশিব্রা, মাবু য়েংনীংব্রা ?
- ঐদি মাবুদি নহাক্লা হেন্না নুংশি, য়েংনীংবসু নঙনা হেল্লি।

হায়দুনা ঐগী না পায়দুনা চিংখৎলি। ঐহাক ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা তুমিন্না লৈ। অদুবু মানদি মখা তারকখি।

- নত্রনে মন্দি ?
- হুম - শাওনীংদ্রা? দানি নহাক্লা ঐবু অদুম্না হেক হেক লক্লরিবা করিগীনো ?
- ঐদি নহাকপু উরগা অমদি নহাক্কী ব্রাঙাং তারগা য়াম্না নুংঙাই, অদুনা নহাকপু লক্লবনি নহাক শাওনীংলব্রা ?

ঐগী না পায়রম্বা মখুৎ অদুনা ঐগী নাবু তপ্না-তপ্না থাদোকখি। ইকাইবা পোক্লবসু ঐহাক মাগী পাউখুমদি পীখি থুনমক -

- শাওনীংদ্রবসু ... ইকাইজৈ।
- ঐসু খল্লি ইকাইশিরা হায়না - নঙনা থাবল অসিদা নুংঙাইনা শান্নবা উবদা ঐসু তুমিন্না থোরক্লিবনি।
- নখোয় ইমানদি লাইরিক পারি হায়না খল্লমগনি। পরিক্ষা ফেল

ওইজনি, লাইরিক পাজরুচো।
- নঙদি করিগী পাদ্রিবা... ?
- ঐবুদি লাইরিক তম্লরোই।
- শমজিরৈ অমগা সুম লৈরগে হায়রিব্রা ?
- শমজিরৈসিদি ঐনা সুম খেৎচিল্লগা-, অদুগী বা নত্তেদা - ঐদি নুপীনি হিংবদা নুংঙাইনবা থর হৈরবসিদি। ইমানসু লাইরিক তম্বা তোক্লো হায়রবনি। বি-এ পাস তৌরগা চাক খোংদুনা লেনবা য়াম্না লৈরে হায়। চাক্ত খোংনবা লাইরিক তম্বদি ঐসু তল্লি।
- এ... এ... অদুদি অপঙ খেস্বগী বানি। হোৎনবদা অমাঙবদি লৈতবনি। নঙসু বি-এস-সি ফজনা লোইশিল্লগা অফবা এম-এস-সি ওইদুনা মিত্রাংবশিংবু লমজিংলগা লোইরে। মতমসু লৈরি হোৎনখো।
- মীনা ঐবু এম-এস-সি অঙাওবীনি হায়নরনি - লাইরিক য়াম্না হৈরবদি হেক্তা ঙাওই হায় - ঙাওদ্রিঙৈদা তোকচরনি। ঐ ঙাওথোকখ্রবদি য়াম্না পাম্মুই।
- মসি অঙাংশে কয়াদা নুংঙাইরিবনো? অদুম্না খনবা হৌনদে। ঙাওবসিবু হেক্তা ঙাওবা য়াবদৌনা।
- অশেংবগী ঙাওরকদৌবসু মাল্লি ঐসে, ঐগী বাখল অসি মরক মরক্তা চোইরকই- মসিবু ঙাওবা হৌরকইবা নত্রা? অদুগনে দানি, ঐখোয়' ইমানসু ঐবু 'অঙাওবী' হায়না হেক্তা চৈ।"
- মসিগী অঙাংসে-, নখোয় ইমানা লম হেল্লি হায়না চৈবা ওইরমগনি। ঙাওরে হায়রগা হরাওগে খল্লিব্রা?
- ঙাওনীংদবদুননি, ঐনা কপ্লিংলিবসে।
- করিসু ঙাওরোই। খল্লুনু। কদায়! নঙগী লৈদো ঐঙোন্দা পীরো, চংলো খেঙলে, তূম্লরো থা তাবিগদৌরে।
- ইস... মীনা চিল্লিবসিবু - তু ... হেকচরুচো অসিদা য়াম্না শাৎলে।
- অসিদি পামদে, তল্লি।
- ঐহাক হেকপীরুগে।
- হেকপীরুনু। চঙলো খেঙলে।

ঐগী শমজিদগী থাবল্লে চরোংদু লৌখোকখিবা খঙহৌদ্রে। খল্লুবা নংদনা খুৎ অনিমক তিংখোক্তুনা প্রপ-প্রপ হায়দোকখি।

- কদায়, অদুদি মীনা চিল্লুরবা অমনবনি। পিরক-ও ফজবা অমা হেকপীগে।
- মখুৎকা তিংথোক্লদনা - 'দেদে' অঙাংনা 'দেদে' শাবা মাল্লি। পীসু পীরবোইদবদা। নঙগী মীওসে ঙসিদগী 'দেদে' হায়না কৌরগে। 'দেদে' হায়রগা খঙনরসিকো।
- ইস... হৈত্রা! পামজদে-, নথক্তনি কৌজগদবা।
- ইথক্তনা কৌজবা অদুনি ঐনা পাল্লিবা।
- হুম - ফুনীংদ্রা ?
- হাইমা! মীনা অশেংবা হায়রগা ফুনীংইকা হায়নে। হোয়নে ফুগে হায়রবসু কোন্না ফুজরো চঙলো তূম্লুরো।
- হোয় ... চঙলগে তূম্লুরগে, দানিসু চংলো।

হায়দুনা ঐ ইমুংদা চঙগে তৌই। দানিগী মমানা মাবু কৌরকপা তায়। ফম্মুংদগী মাল্লি।
- দেৱানি... দেৱানি তূম্লো... তূম্লো থেংলে, লাইরিক পারিবনি হায়দুনা অহিং মিৎশেল খাঙবা অফবা নত্তে।
- তাবরা দেদে, ইমানা হায়রিসে? ঐদি লাইরিকসু পাদনা।
- দানি, ঙসিদি নহাক লাইরিক পাদ্রেদনা-, হয়েংমখৈদি পারোকো। হয়েংমখৈদি ঐসু থাবল ফৈ হায়দুনা মপান্দকা থোকচররোই, নহাক লাইরিক পাননবা- হয়েংৱাই ডাক্তর ওইগদবা মীনা ডাক্তর ওইরক্লবদি পাম্মুই হায়বা।
- ডাক্তব ওইবা পাম্ব্রা ?
- উম, টাই পুনবা, মশা নানবা, চীং-লেম্বা ডাক্তরশিংবু অৱাংবা থাক্তা থম্লীংই। ডাক্তর অমগী গুন অশোকপগী অনাবা ফহনবত নত্তে, মহাক্কী অমেঙবা ৱাহৈনসু মীবু শান্তি পীবি। নহান ইনেতোনগী মখোঙ শোকপদুদা ঐনা করিসু তৌরোই হায়রুবদি ঐঙোন্দা অনাবা ফাওদদুনা খঙদবনি হায়না শাওরকই অদুগা ডাক্তব লাক্লগা করিসু থোইদোকপা তৌরোই থোইনা পঙৱা ৱাবীগনা হায়বদদি অনাবদু খর হক্সুখিবগুম তৌই। যাম্মা খেন্নদ্রনে ?

দানি মাগী কাদা চঙখি। ঐহাক লেপ্পুনা য়েংহৌই।

ফোঙঙমদ্রবা থম্মোয় অসিনা কনাদসু হায়দোক লিথোক্লুদবগী

ৱানি। ঐসু দানিবু উজরগা নুংঙাইজরিবনি। মাগী ফাগিদা সংসার পূম্বা কাউবমখৈ নোক্লুরবসু পূক্লিংগী লৌশিংদি তত্তনা হাপ্লকই। মাগী ৱাঙাং, মাগী ফাগীনা ঐবু মনাক্তা খর খর পুশিনবগুম তৌই। ঐসু মাতবু নীংদুনা মতম লেনবা হৌরকই। লোইবা নাইদ্রবা ৱাখলগী দলান কয়া শানা শানা ঐহাক ইমুংদা তপ্না-তপ্না চঙলক্লুনা ফম্মুংদা হিপথৈ। তুম্লগে খন্দুনা মিৎ উইশিল্লুই অদুবু তুম্বদি য়াখিদে। তারকখি অমুক ঙসাইগী- "ঐদি থাবুদি নহাক্কা হেন্না নুংশি, য়েংনীংবসু হেল্লি।"

ঐসু খঙই, দানিনা ঐবুদি তশেংনা নুংশিবী। ঐখোয়গী ইতৌ য়েংলবা উরবা কন্নানদি খঙলমগনি খল্লি। থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমবু নুংশি হায়বা খঙলবসু দানিবু ঐনা নুংশি হায়না শোঞ্জবদি ঙমখিদে। মরমদুদি শাংলবা ৱারীনি। মখা তানা খঙ্ঘরকবদা অকিবা পোকই।

খুঙ্গংগী কাচিন্দসু, সহরগী ময়োন্দসু, অথাপ্পা চীংমায়দসু লৈরমগনি ঐগুম্বী কয়া কয়া। মখোয়গী থম্মোয় করম্নবু ফাথরিগবা - অসিগুম্বা নুংশিবগী ঈচাও অসিদগী। থম্মোয় শেংনা নুংশিরকবনা ঈরায় লায়না খন্দোকপসু ঙমখিদে। য়ুমথংনবা ওইখিবনা নুংশিববু শিন্নথোকপসু কৈরোই লৈকাই কন্দবা য়াদে। পু-পাং শুদ্রবী নিংঙোলগী মপোক ওইরকবনা খোঙথাং খুদিং শোয়খিগদ্রা মিপাইজে। চৎনবী-হৌনবী, ফজবা-লেমজবা পূম্নমক খল্লুরগা ঐগী ৱাখল অরানবনি খন্দুনা ইতোমত তত্তনা চৈজরকই- মন্দিনা, নহাক্কা নুংশিরিবা মীশক অদু নহাক্কীদি নবুং শক্লিবনি। দেৱানি অমত্তা ঙায়রবা নবুংনি। অচুম্বনি। দানি নত্তবা ঐগীদি ইবুং লৈজদে। ঐখোয় ইমানসু ঐনা থবক অমা চৎপদা দানি য়াওদ্রবদি য়াবগী ৱাফম লৈখিদে। খিত্তং লুবা ৱা অমা তান্নবদা মখোয়গী ইমুং নত্তনা অতৈ লৈতবগা চপ মান্নে। মসিমক্লসু ঐগী চাউরবা ঈরাল অসি অমুক্কা হেন্না চাউথোকহনখিবনি। মরমদি- নুংশিবা হায়বসে অশেংবা অরেপ্পা ওইরম্বদি য়াই অদুগা মসিগী চাংদি মফম অমদি মতমগী মখা য়াম্না পোল্লি হায়নিংই। উনদবনা কুইরগা কাউনরকই হায়বদু অচুম্বা ওইরমগদবা মাল্লি। উনদবা হায়বদো দানি অমদি ঐগী ইফমদদি কদায়? মরম অদুনা, কাউনবা হায়বদু ওইরকখিদ্রে। ৱাফম অসিদদি য়াম্না লাপ্না লৈবা তাবনি। অয়ুক, নুংথিল খোঙথাং খুদিং মানা ঐবু য়েংশিনবীবগুম তৌরি। ঐনসু মাগী ফাগিদু লায়না খন্দোকপা ঙমখিদে। মাগী ৱাঙাং খুদিংমক্তা নুংশিবগী ইনোৎ তত্তনা হাপ্লি

হায়বা খঙলবা ঐতগী থম্মোয়না নিংশিংজরুবতদা কপচবা ঙমখি। ঐসু খনখি মিকুপ খুদিংগী ঐনা মাবু নিশিংবগুম, মানসু ঐবু নিংশিংবীরমগদ্রা? মাবু ঐনা নুংশিবগুম মানসু ঐবু নুংশিরমগদ্রা? ঐখোয় অনিগী খেন্নবা অসি মানদি খল্লম্লোইদ্রা? অসুম্না চোয়-চাং কয়াসু ওন্দুনা খল্লুরবা মতুংদসু সমাজগী মীনোক কৌবা চৈখল অমনা খায়দোকপীরমই নাকপাক নাকপাক। করিবু কান্নে খল্লুবগী? নীঙলুবসু অরেম্বনি, পূক্লিংদা অনিঙবা ওইনা লৈনবনি। ওম্না চাকপা মৈগুম্না মৈরিদি থোকঙমদ ঙাইরুনবনি নোংমা মৈতান্না ব্রাখৈবদো।

পুন্সিগী মহাও মাঙখিনবনি হিংবগী অর্থ লৈতনবা ব্রাখন্নি খন্দুনা তূমথনবা হোৎনরে। করিগুম্বদা দানিনা ঐঙোন্দগী লাপ্না লৈখিবা মতমদুদা ঐগী নুংশিবসু মমি শামখ্রসনু। মতম অদুদা ঐগীসু পুন্সিগী শক্তম অমা লাকশিন্নবা হোৎনহৌরগে খন্দুনা পূক্লিংবু ফাথরে।



## অহুমশুবা শরুক

ঐনা মকপ খোরকপদাদি ফনা হেণ্ডলম্লে। কারিবু খল্লুববনো খণ্ডদে ইমানসু ঐবু হৌদোক্লমদনা অয়াম্বা থবক লৈতৈশিন্দুনা লৈরম্লে। মী অয়াম্বা আধুক্কী থবক ইনাখাং লোইরদুনা মখোয় মখোযগী মশান থানরম্লে। ঐহাক ইকাই ইকাই বাল্টিন পায়দুনা পুখ্রিদা প্রপ-প্রপ চৎলে। যাহৌবকপদা নুমিৎ থোক্লুনা লৈরম্বা হায়বসে ঐগীদি মাংখৈদগী হৌদবীনি। হৌদবা অদু নুমিৎ অদুমদি অদুম্মক কোকপা ঙমদনা খোয়রাং খোয়শাওনদুনা হেক্তা হৌখি। অদুগুমদুনা ঙসিসু হৌখ্রনি হায়বগী মিপাইব। অমগা লোয়নননা পুখ্রিদগী ঈশিং বাল্টিনা অদুমদি শোক্লে।

মহৌশানা ঈশৈদা থিংবা ঙমদ্রবা চানবান অসিনা 'কভি কভি মেবে দিলমে খয়াল আতা হে হায়না মতেক অমা ঙংবা হৌরম্লগা মথা তারুদনা ঈশিং বাল্টিন্দু পুদুনা প্রপ-প্রপ লাকপদা মঙাল অমনা মিত্তা য়ৌশিল্লকই। য়াহৌ খেঙবগী তনবা অমদি ইকাই ইকাইনা হোৎনরিঙৈ তাঙ্গা অদুদা ঐহাক ঈশিং বাল্টিন্দুগা লোয়ননা তুশিল্লে। হকচাংগী অয়াম্বা শরুক ঈশিংনা চোৎলে, খুরাইদা বাল্টিন্না য়ানবগী চৈনাদুনা কপসু কপ্লিংলক্লে। তন্ন-তন্ন অনাবা খাঙদুনা ঙাইহাক্তং ফমদুনা লৈথোক্লে।

ঐগী ইতৌদু তুমিন্না য়েংবা ঙম্লত্রুমাল্লে। দানিনা মিংশেল মচাদু উৎলদুনা ঐখু লক্লরকই।

অহিংদি থাবু কৌরিঙৈদা খেঙলবা ফাওবা তূমদ্রে। য়াহৌ খেঙলে মখৈ হৌরগা পুখ্রি মপান্দা লাই খুরুম্লিবা অদুবু করি বর নিবিবনো?

---

*মীনোক্লুগী মরুমদা*

ইকাইবা অমদি শাওনিংবনা থল্লবা পূক্লিং অসি তুমিন্না খাঙবা ব্লারক্লে। দানিগী ব্লাহংগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা অশাওবী অমা হায়রগা মাবুসু শাওহনগে খল্লে। মানসু ঐবু শাওথ্রবদি ঐখোয় অনি শোয়দনা লাপথোক্লরনি।

করি হায়রগা মাবু অমুক্তং শাওহনসিবা হায়না খন্দুনা লৈরে। মানা রা মখা তাগে হেক তৌরকপদা -

চিত্রা

হায়না শাওনা হায়দোক্লল্লগা ইমুংদা চঙলে। অচোৎপা ফিশিংদু হোংদোক্লদুনা পোলাংখোক ময়াদা ফৌদোক্কে খন্দুনা শেমই। দানিনা অমুকসু মিংশেল মচাদুনা নুমিৎকী মঙাল লৌরগা ঐগী মায়দা থক্তোক্লকপা মঙান্দু তানবা কন্না হোৎনরম্মদু উকরে। সিদগীদি তুসু তুবীবরোই হায়না পূক্লিংসিদা খল্লবসু মঙোন্দদি ফোঙদোকে খল্লুদ্রে। শাওনীংবা শাদুনা অমুক ইমুংদা চঙলকই। তৌগদবা থবক খর লোইশিঞ্জদুনা ঐগী কাদা চঙদুনা লাইরিক পাননবা হোৎনরি। ক্লাস ব্লার্ক বোইদু ফাক্তোকপা হোৎনবদা ঈশৈ অমুক চংখোকখ্রমাল্লে। ঐগী ঈশৈ তাবদা ইমানা চৈরকই।

- শকপ্তেদকো নংগী ঈশৈসে- করিদবু নুংঙাইদুনা রাগীনি ওইবিবনো'? চংচে. ঈশৈ ফল্লে ঈশৈ -শোয়রোই শিবা ঈশৈদা। কনাগী সন্ধ্যাদসু হেক্তো মশকপা। নঙবু অঙাংসু নত্রবনি, নুমিৎ চুপ্পগী অঙাওবীদৌনা লাও- খোংদুনত লৈবসিবু ঈকাইদ্রা লৈকায় মমাঙদা। নুপী হায়বসিগী মায়দি লৈকায়দা পানবনি। মিৎ-না পাল্লিবসিতনা মায় ওইবা নত্তে। চাউরক- শাংলক্লবা হায়বসিদি চীং-লেম্বা তমগদবনি। ঈশৈ ঙংগদবগী শরুক য়েন্দেমশিং অসি পুখ্রিদা জোম-জোম খর চামথোক্লুচো। ইঙ্খোলগী মনা মশীংসিতনা ওইবা য়াদ্রি ঐ কৈথেল ফাওবদা চৎলুগে।

ঙাংগনবী ইমানি। ঐহাক য়েন্দেম চাল্লুগে খন্দুনা বোই খুমজিল্লমদুনা মপান থোরকই। মাঙ্গোন্দা পৈরল্লিবা য়েপ্পাং নাপিশিং অদু উবদা ইমাদা হংলুই।

ইমানা পুবসু ঙল্লোইদবদা - অসুক য়াম্বসিবু করিগী হেক্লুরিবনো? হব্লাইশিং অসিদি য়াম্নসু নৌরি।

লোইনা য়োম্থোকখ্রগা লোইরে। পোৎ ফাররোইদ্রা হায়না হেক্তোক্লুবনি নৌরবসু নৌনা - অমুক য়ামথোকখ্রে। মমাঙ ইথং

---

থংবা ফৈদোম অদুমদি মরূ লৌনবা থল্লসি। চৎলো থেঙখ্রনি, মচুম খক্রনবা পোলাং অচৌবদুদা হাপচিল্লগা খাড়া মথক্তা থনমউ।

ঐহাক ঈশৈ ঙংনা ঙংনা য়েন্দেমশিংদু খোমজিল্লি। ইমানা হৌজিক্তা ঈশৈ ঙংবগী চৈথিবদু নিংশিংলক্লুনা চপ অমুক লেপই।

- ইমা ঐগী খোঙউপ হায়বদো হোরেল লৈরুগদবনি -লুপা ১০ ৱাৎলি, লুপা ১০ দু ইমানা হাপকদবনি।
- অরৈবা খরদুনা কোন্নবা অমা হেক লৈরুরো। হৌজিকপু কদায়দগী লুপা ১০ নো - হোরেল নুমিদাংগী চারা ফাওবা লৈত্রিবা কালসিদা! নঙোন্দা লৈরিবদুনা কোন্নগনি নীংবনি। দেৱানিদসু হৌজিক্তা হায়রল্লিবনি।
- দানিদা করি হায়রুরিবা ?
- নঙগী খোঙউপ অমত্তা য়েংমীন্নরুনবা- নত্তে, লুপা ৪০ দুনা কোন্নরোইদ্রো ?
- কোন্নরোই, লুপা য়াঙ্খোদগী হেন্না পীবা ঙাক্তনি মীনা লৈনরিবসে - তঞ্জখ্রে ঐখোয় ইমাসে।
- নঙসু মীগী মতৌ তম্লগে হায়রিব্রা? মী শেল পায়বগী মতৌ নঙনা তম্বা ঙম্বা নত্তেদা ইবেম্মা।
- তুঃ মাগীদি, মী শেল পায়বা শেল পায়বা রেনুখোয়বু শেল পায়ব্রনে? মখোয়গীদি অনৌবা ফজবা অমা হেক উবগা মখোয় ইমানা হেক্তা লৈবী।
- নঙগীসু ইমানা লৈনিংলিবনিনে, লৈতবসিদা ঙমদবগী ৱানি। মীগী তোনশিন্দনবা হোৎনবা ফৈদা ইমাসু অসুক কন্না হোৎনরিবা অসিদি।

ঐহাক শাওনিংমনখিদুনা ৱা ঙাংবা থোকখিদ্রে। য়েন্দেমশিংদু চামথোক্লুরগা ঐগী কাদা প্রপ-প্রপ চঙলে। য়ুমগী লৈতবা ঐসু খঙনা-খঙনা ইমাবু শাওরুরিবনি। ঐগী ইতৌ অদুদা ইমাসু শাওরক্লে। পোৎ-চৈশিংদো লোইশিন লোইশিন্না ঙাংবা হৌরক্লে।। ঐদি ঐনা শাওবা অমদি নুংঙাইতবা উরগা লুপা তরাদু পীরক্কদ্রা খল্লুবনি। অদুবু ইমাগী হৌনবী ঙাংবু ঙাংলবদি লেপ্তুবী হৌরক্লে।

- অরৈবা মীগী মতৌ হেক তম্লদনা য়ুমদনা চারা নাম্মা চারগা

লমজাওদা অমিয়া কারিবা কাঙবুশিংসিগী মতৌ তম্নগে হায়রিমাল্লে।
চাউরে শাংলে হায়রগা য়ুমগী লৈত-লায়র খর খল্লকদ্রা খল্লুবনি।
মপান ফর-ফরগা ইচাউ-চাউনা নীংঙাই হেক তৌরদনা।

ঙাংনা ঙাংনা ইমুংদা চঙখি। মফি মরোল হোংদোক্লুনা থোরক্লগা ঐঙোন্দা লুপা তরাদু লংশিল্লকই।

- সে... সে... ননে কেতুকীদা শিংখিনবা লুপা তরাখকসি থম্বনি। লুপা অমতং ব্রাৎলি হায়দুনা পীরুদ্রিবনি।

পোৎ থোঙ্গত্তুনা থোকখি। ঐহাক লুপা তরা অমুক পামদ্রে। করিসু হায়বদি নংহৌদনা অদুম্মক লৈহৌরে। ইমাদি মচিন্দা ঙাংবদো লেপখিদ্রে।

- কদায়দগী জ্ঞান তাগনি ! ঈশৈ হোৎনবদা ব্রাখলকাদি খনবা শংজপোৎ নত্তে।

মখাদি তাহৌদ্রবসু ঐনা ঈশৈ খর শককনবা অদুনা মরম ওইদুনা ব্রাখল য়াওদবী অমগুম ইমানা উরীবদু খঙহৌই। মতুংদদি ঐহাক ঈশৈ ঙংলবোই হায়বা ফাওবা খনখি।

ইমাসু লোইশিনবা হৈতনা ঙাংবীনি। ঐনসু মীনা তৌরিবমখৈ পাল্লুবনি। অমরোমদা অসিগুম্বা মিকুপ খুদিংগী মায়কৈ হোংনা শীৎপা চৎনবী, মতমগী নোংলৈ নুংশিৎ অসিদা ওল্লু-ওল্লুবা মায়কৈদা লশিং মফোনগুম তাউরুরগা চাওখৎপা অফবা, অহেনবা ওইনরি। অফবা অহেনবা শকপদু পাল্লুবনা ঐসু তৌদবা য়াদ্রবগুম হেক্তা খল্লকই। ইমান্নবী মরক্তা তিল্লিবনিনা মখোয়দগী হুছনা লৈনীংবা পোক্তে।

শেৎনববু খনগদ্রা, চানববু থিগদ্রা লাইরিক তম্বগী খরচপু পুগদ্রা ইমাসু ব্রামন্দুনা শাওরক্লবনি। ঐখোয় মীওইবদি ব্রাত্তনবা শুনা লৈরগসু পেনবা ঙমদবগুম তৌই। খিত্তং হেনবা তান্নবদা - মপা-মচা, মচিন-মনাও থাঙ শৎনরি। কাঙংবু-কাঙবু নাইদুনা ঙসি পৃথিবী অসি মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা য়েন্নরিবা অসিমক্তি। ফিজেৎ-চাকচাতনা চাওখৎপা ওইদে হায়বসু খঙদবা নত্তে। ইমা-ইচানা ব্রারকপসু কাউখিবা লৈতে। হিংলিবা ঐখোয় সমাজদা তিন্দবসু য়াদে। থম্মোয় পানবা কৌবনিনা মীখা পোন্দুনতা হিংবসু পামদে। করম্ববু হুন্দোক্লুনা করম্ববু লৌশিনগনি খন্দুনসু খঙবা ঙমদ্রে।

## মরিশুবা শরুক

থেঙজিল্লক্লবা অদুদা চাক থোংদোক্লবা ঐ পুখ্রিদা ইরুজবা চৎলি। খাড়া ময়ায়দা ফমদুনা ঈশিংদা তারিবা উ-ৱাগী মমিদু অসুম য়েংদুনা ইরুজবা কাউবমখৈ ফমই। ঙায়হাক লৈরগদি উশা অমদা উচেক অনিখক পাইরক্লনা তোংলরিবদুসু ঈমায়দা তারিবা মমিদুদা উরি। ঐগী ইতৌদু উরগা উচেক অনিদু করি-করিনো খর ঙাংনরি। ঐনসু মখোয় অনিগী মতৌদু য়েংদুনা ঙাইহাক লৈথোক্লে। করম্বা ৱাখন্দা লুপ্পুরিবা পূক্লিংনা কনানসু খঙখিদে। ঙাইহাক লৈরগদি লৈতুম মচা অমনা থারকপগী ঈথক-ঈপোম মচা-মচানা ঈমায় অদু শিনবা থুংনা তনিক-তনিকখি। ঈমায়দা তারম্বা মমিশংদু লেংলি-লেংলি হাই-হুম্লকপা খঙহৌদে। তনিক তনিকপা ঈথক-ঈপোমদুদা উচেক অনিদো পাইখিবা উহৌদ্রে। কদোম পাংনা পাইখিবনো মাইকৈ ফাংনা পাইখ্রবরা হায়না ঐগী মিৎনা থিরুই। শংবানবা অতিয়াদা তুফাংননা লাপ্পা পাইরিবদো পুখ্রিদগী কাখৎলগা মিৎয়েংগী পেʼইরৈ লানখিবদো তাম্না য়েংদুনা লৈ। ঐগী না চিংলদুনা দানিনা হায়রকই।

- নংনা ঙসাই হায়রম্বদো করি হায়বা ?
- চৎলো! পায়বীরক্কনু। ঐ ঙসিদি য়াম্না শাওনিংলিজাৎনি খঙব্রা ?

দানিগী মখুৎ কম্থোক্লুই। ঐনা শাওবদু উরগা মানা হেন্না নুংঙাইবগুম উই। নোকখি নোকখি তৌরদুনা মখা অমুক তারকই।

- এ... এ... ঐনা নঙোন্দা করি তৌখ্রবগে? ঐদি চুম্না নখোয় ইমানা

ঙাংবীরম্বদুদা হরাওজবনিনা।

- উম, হরাওরমগনি। নহানমখৈ তানিংদ্রগা তানিংদে হায়বা য়াদ্রা? নহানমখৈদি খঙদনুনা শকখ্রে হয়েংমখৈদি ঈশৈকা অমত্তা শক্লরোই।
- ঐনা শকউ তনিংই হায়রবদি ?
- অমত্তা শক্লরোই। ঐব্ অপঙবীরো...? মাদি ঐঙোন্দগী হেন্না হৈবনি।

শাওনিংবদগী ঐসু পংহায়দা হায়খ্রে। হন্দক্তিং দানিদো শাওনিংলমাল্লে ঐগী না লৈবদুনা হায়রকই।

- অদুরা নংনা ঙসাই হায়বদো? অমুক হন্না হায়খিগদ্রা ?

ঐহাক নামনখিবনা দানিগী মখুত্তু থাদোক্লবা কন্না হোৎনরমই ঙল্লক্লবা অদুদা

- অয়ো! থাদোক ও হায়বীগে।

ঐগী না তপ্না-তপ্না থাদোক্লগা ঐগী ৱাদু তাগদবগী ঙাইদুনা লৈখি। ঐহাক খাড়াদা কুমথরগা

- হয়েংমখৈসু শাওনিংলবদি হেক্তা হায়গনি।
- হায়নীংলগা হায়জৌ। নংনা হায়দ্রিঙৈদা ঐদি চৎলনি, ঐনা চৎখ্রগা নহাক নুংঙাইরনি।
- চৎনিংলগা চচ্চখ্রো... ।

করিসু খল্লুবা লৈতনা ঐহাক জম-জম চাইথরে। ঐনা ইরুজবদু লোইরকপদদি দানিদো লৈরমদ্রে।

মহাক ডাক্তর তম্বা চৎলনি হায়বা খঙবদি ফনা কুইরবনি। অরেপ্পা নুমিৎ খঙলুদবনা ঐদি থৌশারুবা লৈতে। মাগী ৱাঙাং খরদুনদি য়ুম থাদোক্কদবা নুমিৎ অদু য়াম্না নকশিল্লকপগুম তৌই। করি নুমিত্তা তারিগবা, করি লমদা ওইরিগবা হায়না ইথক্ত অমুক থিগৎপা হৌরুই। মতম খরদি কায়নবা তারে হায়না খল্লুবদা নিংশিংলকখি মঙগী ৱা - নাইতেম তাবগী অৱাবদু উরকখি মিৎনা। অৱাবা মতাং লাকপসু মহাক্কীদি পুক্নিগী লম্না শেল্লিবনি খল্লগা থোইদোক্লা মখা তানদি খঙ্গরদ্রে। চুমদ্রিং চাকশঙদা চঙদুনা চাক মৈ থাগৎলে।

দানি চৎখ্রগনি হায়বগীদমক থোইনা ৱারুদবা ঐহাক্কি। তশেংনমক মাগা কায়নরনি হায়বগী মিপাইরক্লে। নুংশিবা হায়বসে থম্মোয়নুংদা

লৈরবসু পুঙমদবা পুন্সিগী পোৎলূম অমনি হায়বা খঙলক্নে।

ঙসাইমখৈ শাওরুবা অপূম্বা লোইনা মাঙখ্রে। ইদোম তরক্রুহৌরগনি নীংলুবদা মিৎলু নাপোম অনিদা অৱাবগী ঈরা ঈহৌরক্নে। অসিগুম্বা কায়নবগী অৱাবশে ইথন্তনা খাঙলগদ্রা? মহাকসু ঐগুম্না শোয়দনা ৱারমগনি। নোংমতং উনদবদা মাসু লৈবা ঙমদে হায়বা ঐসু খঙই। পূম্নমক ওইদুনসু ঐগী অৱাবদি মঙোন্দা ফোঙদোক্লুবা য়াদে। মরমদি, মহাক্কীদি পুন্সিগী অচুম্বা অফবদা খোঙ থাংজিনখিবনি। নুংশিবনা মরম ওইদুনা পুন্সিবু অৱাংবা থাক্তগী চিংথবা ঐহাক পামদে। নুংশিবা হায়বসিনা পুন্সিগী লিচিং ওইরবসু নুংশিবনা পুন্সিদা তিঞ্জবনি, পুন্সিনা নুংশিবদা তিল্লুবদি নত্তে। থম্মোয় অসিনা নুংশিবদা লুপ্লবসু ৱাফম অসিদদি ঙসিগী প্রেমিক- প্রেমিকাশিংগা ঐগা য়াম্না খেন্নরম্বা যাই। ঐগী অশেংবা ৱাখলদি নুংশিবগীদমক শিবগী ৱাখল থাদোক্তুনা নুংশিবগীদমক হিংবীয়ু অসিনি।

লায়রবা হায়বসিনা পোকপদা য়াওরকপা লায়না অমা ওইরমদ্রবসু অমদি নিংথৌ ওইরম্বা মীনা চাক্লিবা ওইরকপা, চাক্লিরম্বা নুপানা নিংথৌ ওইরকপদা তম্বা ঙমদে হায়নরবসু লায়রবা অমবু ইনাকখুনবা তরানা শৌগৎপদি অরায়বা নত্তে। ঐগী মত মতুংইন্নদি নিংথৌ ওইরম্বনা নিংথৌ ওইনা লোইখিবা চাক্লিবা মীদুনা চাক্লিবা ওইনা শিখিবা খঙহৌদে হায়বসিনি। ঐসু খনবা নীংবা হৈবত নত্তনা য়াম্না নীংগল্লি, খনগল্লি। চাগনবা য়াংগংবা শুগনবা লায়রবা হায়নবগুম ঐসু নীংগনবী নীংবদি থুংগন্দবী ওইরক্কদ্রা খল্লক্নে। লাক্কদবা পুন্সিদা থোক্লগদবা অদুত থিবদা লাপ্পা কোয়রুরবা ঐগী ৱাখলনি। পূম্নমক খন্না খন্না চাক্তি লোইশিল্লে-কৈথেল চৎখিবা ইমা ঙাইগদবত ঙাইরে, চাক থিবদী থিদোক্লুদ্রে। ইমাসু লাক্লি, দানিনা চৎকদবা নুমিত্তু খঙনীংখিবনা প্রপ-প্রপ চেন্দুনা দানিগী মনাক্তা লেপ্লুরে। হন্দক্তি ঙাংগনবা চীনবান অদু ফাজিনখিবগুম ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংলক্তে। মিৎচিনা খিত্তং য়েংলম্লগা খোঙউপ কাফ অদুম্মক থাদুনা লৈ। মাগী মতৌদুনা কাউরুরবা ৱারী মতেক অমা নিংশিংহল্লে ঐবু। ঙাইহাক্কী মমাঙদা শাওনখিবদো ঐখোয় অনি, কাউথোক্লুবনি ঐদি। অদুবু মাদি শাওবদু লোইরমদ্রে। ইকাইবনা হেনবরা নুংশিবনা লুম্ব্রা ঐহাক খঙদে তুমিন্না লেপ্লদু হৈনদ্রে। অসুম্না দানিনা তুমিন লৈবদু ঐহাক খাঙবা ৱারক্নে। খম্বা নংহৌদনা কাফ থারিবা খোঙউপ অদু তাপ লাক্তুনা পায়রুই। ৱাহৈ

অমত্তসু হায়বা নংখিদে মিৎলু অনিমক পিরাংনা পিক থনখি। লোৎশিনবা য়াখিদে - অদুম্মক শিঙ্গুরক্কুনা দানিগী খুনমদসু তাখিবা খঙহৌদে। তৈথোক্লুবসু ঙমদনা ঐহাক লুরক্লনা অদুম্মক লৈ। নোক্কনবা চিনবান্দো নোকথোকপা ঙমদবগুম ঐগী মিৎলুদা শীঙ্গুরিবা পিরাংশিং অদু তপ্না তৈথোকপীরগা হায়রকই।

- অপঙবী, অদুক পঙলবদি কমদৌনি? চাক লোইরব্রা করি য়েঙ্খাং থোংবগে খর চাগেদনা।
- উম, পিরক্কে কাংশোই থোংই।
- নঙগী কাংশোইদো হাউরমগদবা মান্দে।
- হাউবুদি হাউরল্লোই ঐসু খঙই, ঙা থাক্তবা কাংশোইনি।
- ঙা থাক্তবগী নত্তে, অদুক শাওনা থোংলগা করম্না হাউগনি ?
- হাউত্রবসু চাওকো- হয়েংমখৈদি চাবা ফংদবসু য়াই।
- করিগী ফংলোইদৌরিবা ?
- নঙদি চৎখ্রগনি....।
- ঐদি কাউথোক্লুরে। ঐনা চৎখ্রবদি নহাক খর নুংঙাইরনি। নঙোন্দা লক্লবীনবা ঐ লৈত্রবনিনা ?
- তাং কয়াদা চৎকদবনো ?
- খরবুদি ব্রাৎলি। জুলাইগী তাং ১৫ (তরামঙা) নংনবা চঙলগা লোইরে। নঙত নুংঙাইনবা চৎচখ্রগে।
- ইস! হৈত্রা? ঐনা কদায়দা নুংঙাইনি হায়রে? ছুটিদদি য়ুমদা থোক্লক্কদবা নত্রা ?
- থোক্লকপা য়াই। অদুদা নঙগী নতৌসিদা থোকপু থোক্লকচনীংদ্রে।
- দানি, নহাক ঐবু হৌজিক ফাওবা শাওরিব্রা? ঐগী শাওবদি ঙাসাইনা ফখ্রে।
- ঐবু নহাক্কুম্না শাওগনবা মীরা? ঐদি শাওবা হৈতে।
- শাওববুদি শাওজৌ ঐঙোন্দা শাওদনদি নহাক কনাদবু শাওরুবা ঙম্বগে? নহাক্না চৎখ্রগা য়ুমদা ইচিক চিকহৌগদবদু খল্লুবগী ব্রানি।
- ঈশৈত ঙংদুনা লৈবা নঙগীসু অচিকপা লৈবরা ?
- ঐদি ঈশৈসু শক্লরোই।
- করিগী শক্লরোইদৌরিবা? নহাক্না ঈশৈ শক্রবদি থাসু থোক্লরোই

থাবলসু ফররোই।

- ইস্ হৈত্রা মানা হেক্তা হায়শিল্লি।

অসুম্না ৱারী শারিঙৈদা তামোহেন সাইকল থৌজিল্লকই। চান্নবা মরুপ্লি, সাইকল অদু মাঙ্গোন্দা থৌগত্তে হায়বতমক থাকই। মাঙ্গোল দাড়িদা মখোঙ নাম্মা থমই ফুরিৎখাওদগী রুমাল মচাদু লৌথোক্লগা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই -

- অদুক য়ামনা কেরিবদুবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো? ঐনা থবক অমত্তা চৎমিন্নরুসি হায়গে লাকপসিবু শংলরোইদৌরিব্রা ?
- বজারফাওবদং চৎলুসিরা হায়না হোৎনরিবনি কদায়দা চৎলুসি হায়বগে ?
- এ য়াম্না ফরে। ঐসু মদু হায়গে হায়না লাকপনি।

মখোয় অনিগী ৱারীদু ঐসু তাদুনা লৈ। তামোহেন সাইকলদগী কুমথরক্লগা মাঙ্গোলদা লৈরিবা মুড়াদু চিংশিল্লগা দানিগী মনাক্তা ফমই। ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ৱা অমুক হৌই।

- মন্দি নখোয়গী পরিক্ষাসিবু অমুক য়ৈথোক্লরোই হায়নব্রা? তৌনি হায়রগা শুকতৌ তৌদবশিদদি অঙাংশিং লাইরিক পাউ হায়বা য়াদ্রে মাঙবা তারে হায়বনি।
- খঙদে তামোহেন খর থুনা তৌরবদি ফগনি। কলেজসু শৎ অমুত্তং কারবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইগদবা মাল্লি।
- মন্দি কলেজ অহানবা কাবসিদি নুংঙাইখ্রপোৎনি। ঙাওশিন্নবসু য়াবনি - অদুবু নংদি ঙাওবদু য়াওরন্নুকো।
- কলেজ সুম কানিংবগী ৱানি তামোহেন পরিক্ষাদি ফেল ওইরকপসু খঙপোৎ নত্তে।
- করিগী ফেল ওইগদৌরিবা? নংবু লাইরিক্কা অমত্তা পাদ্রব্রা হায়বনি ?
- পাববুদি খর খর পাইদা - অদুদা য়াম্না পাদবগী ৱানি।
- য়াম্না পারবদি ঙাওখিনি কিজৈ হায়য়ে।

দানিনা ৱা পাংশিল্লি। কৈথেল কাখিবা ইমা লাকপা উবদুনা ঐহাক ৱা মখা তারমদনা য়ুমদা অমুক চঙলকই।

ইমানা মাঙ্গোলদা পোৎ থারগা খ্বাংজেৎ থোক্নুনা হুমাই কন্না হুল্লি।

---

নুংশা মরক্তা লাকপদগী হুমাং ওইনা শিন্থরক্লিবা অৱা ঈরিকশিং অদু খ্বাংজেং মচিদুনা তপ তপ নপথোক্তুনা সাইরুক্তগী পোৎশিংদু অমমমত লৌথোক্তুনা পৈশা পারি। ঐসু চাক থিদোক্তুনা চাননবা থৌরাং তৌরক্লগা য়েঙ্খাং তেঙ্গোৎ অমা পুরদুনা দানিখোয়দা পীরুই। ঐনা হল্লকপদা ইনে কেতুকী চঙলক্তুনা ইমাদা হায়রে।

মন্দি'মা শেলদো খর পীরোদনা ইবেম্মা। অয়াম্বসু নত্তে লুপা তরামাথোই খক্তনি। নখোয়সিনা লৈনা লৈনা পীথোক্লিংদবশিনা করিনো? য়োংনা চু পায়বগুম পায়বু পাইখ্রবদি থাবা লৈতে।

ইনে কেতুকীগী ৱাহৈদু তারুরগা ইকাইবা অমদি শাওনিংবা অনিমক চপ মান্নবা পোকই তশেংনমক ঐহাক ইনে কেতুকীবু ৱারৌথি। মীগী মরল তোনবা কৌবনিনা অদুম্মক খাঙবা তাখি। ইনেনা শাওরবসু ইমানদি য়াম্ন নেমথনা খুমই।

- ইনম্মা লৈতদুনা তৌবনি। লৈবু লৈরবদি পীগদবা লৈরবনিনা পীথোক্লগদবনি। ঙসি নোংমা নিনিসিতদী ঙাইবগী ঙাইবা ঙাইবীবো।

ইনে কেতুকী হান্নদগী খর হেন্ন শাওনিংনা ইমাগী ৱাদু ওক্লকই।

- খিৎ তৌবীরনু ইবেম্মা। হয়েং লৈরিবমখৈ ৱাদবীদো ইনম্মখোয়দি কথা হৈনজদে, মসি থোক্কনি হায়বা নহান্না খঙলবনি ঐদি। মীগী শেন্দোন শিংদোক্কে হায়নদি খন্দ্রে। হোরেল করি হয়েং করি হায়না থিদুনতা লৈবা ওহ্নোক্না হৈনখ্রে নখোয়সিদি।
- ইনম্মা! শেল তোল্লি হায়দুনা ঙারি ঙাতাই, থুম-থাউ চাদবদি য়াদে, লৈতদুনা তৌর্বনি, হংচিত্তি শোয়দনা থিঞ্জরক্লগে।
- তঙ্গেদা ঐদি-, ওহ্নোক্না হৈনরোইদৌরি।

ইনে কেতুকী ঙাং-ঙাংদুনা থোকখি। ইমাদি কৈথেন্দগী ৱানগা লাকপনে, ইনে কেতুকীগা থেংনবনে মশা অদু অকিবা ফংনা নিক্লে। মাইথোং লাংশিল্লবা ইমাবু য়েংলুবা ঙমদা, চাক চাথোক্লবা হায়কবসু ঙমদ ঐ ঐগী কাদা অদুম্মক চংদুনা চৌকিদা ফমদুনা অমুকসু খল্লুরি।

- তঙ্গেদা ঐদি-, ওহ্নোক্না হৈনরোইদৌরি।

অঙকপনি, মীওইবা নহাক অসে। পুন্সিগী হিরেল মথক্তা ফম্না ফম্না, হিংবগী ঈশৈ শকমিন্নরবসু কৈদৌঙৈ কোক্কনি অমনা অমবু

হঙ্গোইবা হৈনদবগী পেন্দবা অসিমক্তি। শেঞ্জাও পায়বা মহাজনগী নুপী ইনে কেতুকীনা ইমাগী সন্মান লৈতবগুম খনখ্রে। ইমানা মাগী খদাং মখা থাদুনা লৈহৌরে। ঐগী ইমাংমক্তদনি, ইমানা মরু লুক্লা খাংহৌরিবা। পোকপীবত নত্তনা ঈ মতুমদগী চাওননবা য়োকপীরক্লবী ইমা মহাক্কী অৱাবা ঐদি শরুক য়াফম থোক্রবরা? মমাগী মফমদা মচানা ওইনফম থোকই হায়দুনা ইমানা থোকপা তৌখ্রসনু হায়না ঙাইদুনা লৈগদবা মতম্লা? ঐহাক খোঙউপ লৈনীংখিদ্রে। ঐহাক ইমাবু নুংশি। নুংশিরবী ইমা অদুনা নুংঙাইনবা ঐহাক করি তৌবা তারিবা। ইনে কেতুকীগী শেল শিংদোক্লবতনদি ইমাবু নুংঙাইহনবা য়াররোই। মরমদি মমা ওইবীশিংনা মচাগী নীংবা থুংবদা নুংঙাইজবনি। ঐনা শেল শিংলুরে ইমাগী মিৎলুদগী শোয়দনা শিন্থরক্কনি নীংঙমদবগী পিরাং- শিংলুদরে মীখা পোনবগী অৱাবদুনা ইমাগী থম্মোয়দা ওৎপিরিবদু কোকপদি লৈররোই। তশেংনমক করিসু লৈতবা ৱাফম অসি ফাওবা আ য়ৌনা খনবা তাখি।

ঐগীদমক ইমানসু ৱাদনবা, মীনসু ইমাবু হন্থনা য়েংবীদনবা ঐনসু ময়াম মরক্তা অদুম্মক তিন্ননবা করি উপায়নো ঐনা তৌগদবা। খনবমখৈ খল্লুরগা ঐনা খঙলকখি খরদি। থম্মোয়সিদা চেল্লম্বা হূগী ঈচেলনা তপ্লা-তপ্লা অমৃত ওনবা হৌরকপদু ঐগী মিৎলুদা মমি তারবগুম তৌই। পূক্লিংগী পেন্দবা লাপ্লা তাঙ্কোকখিবা তাই। য়েংনীংবা কয়া য়েংলুদবা তাই। অপাম্বা কয়া পামদবা তাই। হৈনরমদবা কয়া হৈননবা হোৎনবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বে লৈরমদ্রে। পেছোক্লবা পূক্লিংদুনা লমজিংবীদুনা লুপা তরামাথোইদু পুরদুনা ঐহাক ইনে কেতুকীখোয়দা চৎলে।



## মঙাশুবা শরুক

কুইদ্রে হায়বা খঙনা খঙনা ঙাইনরম্বা নুমিৎ অদু লাক্লে। নোং ঙানফাত্রিঙৈদ্দগী লাঙবদু হৌই। মচা নুপানা মেডিকেল তম্লুরগনি হায়বগী নুংঙাইবা অমদি ঙসিদগী য়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রগনি হায়বগী নুংঙাইতবগা অনিমক পুল্লবসু ইনে রুহিনিদো থবক খুদিংমক চেন্নোম নোম্বদি লেপ্লমদে। মাম্মা ধননজয়সু মচাগী করি ৱাৎলিবগে হায়না পুগদৌরিবা পোৎশিংদু মুন্না য়েংশিল্লি। ইচে নলিনি, ইতৈ, তামোহেন, লোইনা শুনা তিল্লরে। ইমাসু চঙশিন্দুনা ইনে রুহিনিগী মতেং পাংলি। অদুক য়াল্লবা মীশিংদু অমত্তা শংদবগুম তৌশিনবা য়াবা থিদুনা তৌশিল্লি। ঐসু করিনো খর পাংশিনগে খন দুনা চঙলুবনি অদুবু তৌফম খঙদবগুম অদুম লেপ্পুনা লৈরে। মাম্মা ধননজয়না মীশিং শুরে যৌদারিবা অদুবু ঐগী শরুক্তি ইথুং থুংলক্তবগুম্না তৌরে। থবক অয়াম্বসু লোইরে, ইরাং লাংনরম্বদুসু খর তপথরদুনা অফ-নুংঙাইগী ৱারী শাবা হৌরে। থেংজিল্লরুবদুদা মাম্মনা চঙশিল্লক্লুনা হায়রকই।

- অনৌবী, নঙসু চাক চাহৌরুরো, চৎলো চৎলো নবুংগা চামিন্নরুরো ঙসিদগীদি কুইনা অমুক উনররোইদবনিহে। চৎলো চাক ঈশিং চাথোক্লগা নঙসু এয়ার পোর্ট ফাওবা চৎলুনবা।
- লাকও চাক হান্না চারুরসি দেদে, মোহেন লাকও।

ঐখোয় অহুম পুখম অমদা চাক চামিন্নে। কনা অমত্তসু চাক্লু নিংথীনা চাদ্রে। তামোহেন মহৌশানা চাক য়াম্না চাবনি। হাওবা হাওতবা মানবু চারবদি অহাওবত মানবনি। অদুবু মাসু ঙসিদি হৈনদবা মান্না চারে।

দানিনা ঈশিং গ্লাস অদু থাঙ্গৎলগা তুমিন্না হায়রকই।

- ঐগা চামিন্নরিভৈসিদা খর যাম্না চাহৌরো।

তামোহেন্দু ৱাদি ঙাংদে খিত্তং নোকই। ইকাইবা অদুমদি থংদোকফম নৈতবদগী ইকাই ইকাইনা ঐ অদুম লুরুক্লনা ফমই। মখোয় অনিমক হৌগত্তুনা মখুৎ মশা হামদোক্লবা থোকখি।

লুখাক চগুম অদু লোইশিল্লন্লগা ঐসু যুমদা ফি-রোল হোংদোক্লুরে। লাইনিংথৌ লৈমরেল কাদা চঙদুনা দানিগী মঙ্গল নিরুরে। কনাসু খঙদনা অসুম খল্লে পূক্লিংসিদা- করিনো অমা। নুংঙাইবগীসু নত্তে, অৱাবগীসু নত্তে, খোঙ অসি তপ্লা-তপ্লা থাংলকই। হন্দক্তি লাঙলিবা পূম্বা তাদ্রে, তৌরিবশিংসু উরুদ্রে -ঈরা চেল্লবা মিৎলুসিদা তাররিবা মমি অসিমদি শুপ্লতগী দানিগীতমক ঙাইরে। তামোহেন্না গাড়ি ষ্টার্ট তৌরকপদুদা ঐগী মঙ অদু কায়খিদুনা ময়ামগী তাইবঙদা অমুক তিল্লুই। দানি ইমুংগী লাই খুরুম্লগা মাম্মা অমদি ইনেবু খুরুম্মী। মচাবু কায়নরমদাই য়ৌরক্লবদা থিংঙমদনা হৌরকপা অৱাবা পিরাংনা ইনেগী মিৎলু থুম্না তুংলরিবদু উরুরগা ঐসু থম্মোয় পুবা ঙমজখিদে। মতম খরদি কায়নরনি খল্লুবনা লূরবা পিরাংগী ফিজং মরুমদগী তুমিন তুমিন য়েংজরুই দানিবুদি। মরক মরক্তা মিৎচানরুই মহাক্না য়েংলকপা মিকুপ্তা। অদুবু কায়নরগনি হায়বগী ঈঙ্গিত অদু নত্তনা অতোপ্পা অমা তাক্লকখিদ্রে।

- থেঙখ্রনি, লাকও ... পুং ৭ তাবদা রিপোর্ট তৌগদবনি।

খুদাং হাইরপ থাঙ্গত্তুনা ঘড়ি য়েংলগা তামোহেন্না থেঙখ্রে হায়দুনা লাওরকই। ঐখোয় ঙম্নমক গাড়িদা কাখত্তুনা ইম্ফাল এয়ারপোর্ট তম্না গাড়িদু থৌরক্লে। এয়ারপোর্ট য়ৌবদা প্লেন লাকপগী মখোন তারে। অদুবু ঐখোয় মরি মরি চঙদুনা ৱেটিং রুমদা ফম্লে। ইচে নলিনিদি পিক্লিবা মচা পল্লদুনা প্লেন তারকপদু য়েংগদবগীদমক অদুম্মক থোকখ্রে। মাম্মা, ইতৈ ঙম্নমক খঙন-চান্নবা থেংনদুনা মচি-মচিদা ৱারী শারি। ইতোমতা তুমিন্না ফম্বগুম থোক্লে ঐদি - ৱেটিং রুমদু মীনা চোন্না লৈরবসু। দানি মিঠাই খর পায়রদুনা ইনাক্তা থারিবা চৌকিদা ফমথরগা

- শে... মিঠাই চাসি।

ঐহাক করিসু হায়রুবা তৌদনা পিরক্লিবা মিঠাইদু লৌশিল্লি। দানিনা মখা অমুক তারকই।

---

- সিদগীদি লাইরিক কন্না পাদুনা পরিক্ষা ফজনা থাদোরকউকো। মথং-মথং বি.এস.সি. ফাওবদি ফজনা পাস তৌথোকউ। লাইরিক হৈতনা ঙাওববুদি লাইরিক খর হৈরগা ঙাওবদুনা হেন্না নুংঙাইগদবা মাল্লি।

ঐহাক ব্রাদি ঙাংদে অদুবু নোক্লিংবদি উৎলুই। মখা তাবা ওইনা অমুক হংলকই।

- ঐনা থোরকপদা করি লৈরকউগে ?
- করিসু লৈবীরক্কনু।

হায়না ঙক খিত্তং হাইরগা খুমই।

- ঐগীদি পীনিংঙাই করিসু লৈজদে।
- নঙোন্দগী মমল নাইদ্রবা পোৎশক অদু ঐনা পুদুনা চৎলবনি। ঐহাক অতোপ্পা অমমুক পামদ্রে।
- করি পোৎনো মমল অদুক য়াল্লিবদুবু ?
- হুম... ঙসিদি হায়ররোই। নোংমা হায়গে। নোংমদু কাওথোকখিগনু নিংশিংউকো।

দানিগী ব্রাহৈশিং অদু নুংঙাইবগী ফাগিদি নত্তে। পূক্লিংদা ফাওরকপা ইহুল অমনা ঐগী চীনবান্দদি নোকহনখি। অদুবু মিৎলু অনিমক্তি হৌনদুনা মীচঙ শেমখি। পি তাহল্লক্কনু হায়বা য়াখিদ্রে। অব্রাবা নুংঙাইবা ঈচেল অনিনা অমত্তা ওইনা চেহুরকপনি হায়নীংই। অদুবু কনাদসু উৎনিংদবনা তুমিন্না হৌগত্তুনা মিহুৎথোঙ মপাদা লেপ্পুই। মিহুৎথোঙ ফাওদুনা উরুরিবা দৃশ্য অদুগা তিন্নখিদুনা ঐহাক মঙ অমুক মঙখি।

- দেদে, ঐহাক চংলগে। মপান্দা ইচেসু লৈহৌবনি, মপান্দা য়েংবনা হেন্না নুংঙাইগনি।

বীদায়গী ব্রাহে খরদুনাঐবু হৌদোক্লম্লগা দানি চংখি। ঐসু থোরক্তুনা ইচে নলিনিগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লুরে।

পেসেঞ্জরশিংদু মথং-মথং প্লেন্দা কাখৎনখ্রে। দানিসু সুইট-কেস মচাদু পায়রগা কাখৎলক্লে। প্লেনগী থোঙাজন্দা লেপ্তুনা অরোইবা ওইনা হন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা য়েৎথংবা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা তপ্না-তপ্না হায়রম্লগা চঙখ্রে। প্লেন অদুনা য়াঙনা অমুক্তং চেল্লম্লগা লৈমায়দগী তপ্না-তপ্না ব্রাংখৎখিদুনা লাপ্না তাম্না পাইখ্রি। য়োৎলি তরাগী য়োৎপী চরোংদুদা কন্না পায়শিন্দুনা মৈচাক খাঙখিবদু কনানসু উবীখিদ্রে।

---

## তরুবস্ত্তবা শরুক

অৱাবা-নুংঙাইবা অমুক থিরুদনা পুন্সি মতেক অমদি হৌখ্রে। 'অফবা বি-এস-সি' হায়বা ৱাহৈ মতেক অমদি নোংমতসু কাউগে ঙমখিদ্রে। অচোইবা ৱাখল অমত্তা য়াওদনা ঐহাক বি-এস-সি গীঅরোইবা পরিক্ষাগীদমক শেম-শাদুনা লৈরে। হৌখ্রবা থৌদোক কয়ানা থল্লবা মাঙগী পুন্সিবু নিংশিং নিংশিং মদোম তাউথরকপনি পুন্সিসি নুংঙাইবগী ঈপোমদা। নোংমতসু তুংগী পুন্সিদা ওইরক্কদবগী খল্লুবা ৱারুবা লৈতে। বি-এস-সি গী অরোইবা পরিক্ষাগী ফজবা ফল অদুতমক খন্দুনা হোৎনবদু নত্তনা ঐগী থোইদোকপা তৌফম লৈখিদে।

পরিক্ষা পাস তৌবগী নুংঙাইরবা পাও অদুতদি চীংলোন মাপল লানখিদুনা দানিগী মকা য়ৌখ্রসনু। মদুনসু মাগী মফমদা তম্বা ঙমজবা খুদোল ওইগনি খল্লে। দানিনা থারকপা চিঠি খুদিংমকসু বি-এস-সি পাস তৌথোক্লবগী ৱাহৈ ঙাক্তনি। 'কমদৌরি? নুংঙাইরিব্রা? হায়না হংলকপগী মহুত্তা 'কমদৌরি? লাইরিক কয়াম পারবগে?' অসি ঙাক্তনি। চিঠি মতেক মতেক পাজবা ফংবদু নত্তনা মাগী মপাও তাজবা ফংলক্তরে। ছুটি মতমদসু য়ুমদা থোক্লক্কে হায়না খনখিদ্রমাল্লে - থোক্লকখিদ্রে। অফবা ডাক্তর হায়বদু ওইরবা মতমদা নিংশিংলগে খনখ্রমাল্লে য়ুমগী ৱা। অসুম কুইশিল্লক্লগদি চিঠি খর খর ইরক্লম্বা অদুসু লেপখ্রে। খঙনীংবা কয়া খঙহল্লক্তবা চহি অনি হেঞ্জিল্লক্লে। মৱা-মপাউ তাদবগী নুংনাংবা লৈতনা মতম খরদুদি ঐসু লেল্লি।

---

*মীনোঙ্গুগী মরুমদা*

ৱাখল অনি লোঙদনা হোৎনরকপনি। পরিক্ষাদো ফজনা নুংঙাইনা থাখি। পরিক্ষা লোইবা নুমিৎ অদুসু নুংঙাইখিবনা পরিক্ষাগী ফলদু ইশা ইতোমতা হায়দোকচবগুম খল্লি। ঈশৈ শকপা কলাকার অমনা মখল মখা অয়ামবা রাগদা শৈশক শেন্বগুম ঐগী পুন্সিগী ঈশৈসু রাগ অমখক্তগী শুর ওইরমদ্রে। পরিক্ষা লোইখিবা ইকুই কুইদ্রিঙৈ নোংমা কৈথেন্দগী হল্লরকগা মশা ঙমদ্রে হায়দুনা ইমা ফম্মুংদা চঙখি।

ইমাগী পুন্সিগী লায়নাদু নুমিৎ অদুদগী হৌখিবনি। ইমানা তুখ্রবা মতুংদদি নোংম-নোংমগী খঙলকখি উরকখি ইমানা মেল্লস্না য়ুমগী অহোবা কয়া কয়াদো। নোংম নোংমগী অৱাবা ইনোৎ তত্তনা হাপচিল্লকই। ফনা কন্নসু হোৎনৈ মেনবগী লোইবদী লৈরক্তে। ইমানা পুরস্না থবক খৃদিংমক ঙসিদি ঐগী ইথক্তা তাররে। খঙশিন্নদবা উশিন্নদবা য়াদ্রে, কনাদসু থৈদোকফম লৈত্রে। খাঙদবা য়াদ্রে খাঙলে, হৈনদবা কয়াদো মতম খরদি অৱাবা ওইরল্লগা ঐগী হৈনবী ওল্লক্লে। পূম্নমক হৈনরক্লবা খাঙবা ঙল্লরুবা অদুদদি অনৌবা মতাং অমা অমুক হাপ্লক্লে।

মতম কুইনগী মমাঙদগী লুখ্রাশিংদা চল্লরুবী ঐগী ইমানি, নোংমতা হরাউ মীনোক তম্লক্ত্রবী। মপাঙ্গলতনা শু-নোমদুনা পুন্সি লমজেল চেঙ্গরক্লবি। ঐনা বি-এস-সি ফাওবদং তম্লবা হোৎনবদা শ্বর চনিং তানা হোনজরক্ত্রবী, ঐহাক্কীদমক খনবদা পুন্সি লৈরাং কংশিল্লরুবীনি। ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্না ঐগীদমক কখোল্লবা পুন্সিনি। লৈতবগী থিবদা লায়রবগী খনবদা মপোক তঙ্খায় য়োনখ্রবনি। কালেনগী মৈশা ফাওরক্ত্রবী, নোংজুগী নোংনা চোৎলক্ত্রবী, ৱাকচীংগী উনখাদা কংঙমদ্রবী ৱাখল চিন্তা পুরক্লবীনি। অদুবু - ঙসিদি কালেন কয়াগী শারবা মৈশা নোংজু থাশিং কয়াগী অৱাবা -ৱাকচিং মরোল কয়াগী উনখা পূন্না হৈথরক্লমাল্লে শোল্লবী হকচাংদা। কৈথেল কাগে হায়খিদ্রে। লৈত-লায়র থিবা অমুক চৎখিদ্রে। য়াঙ্গংবনা পিকশিল্লবা হকচাংনা ফমজবা ফাওবা ঙমশিল্লক্ত্রে, ফম্মুংদা হিপ্পদু নত্তনা অতৈ উপায় লৈখিদ্রে। ইমাগী অৱাবদু খঙনা উনা ঐহাক করি তৌগনি হায়বা খঙলক্ত্রে। ইরুজবীবা, চাক পিজবা, পোশাহনবা মখল খরগী সেবা অসিতনদি ইমাগী ফিভম ফগৎহনবা ঙমদ্রে খঙলবসু অতোপ্পা উপাই পুথোকপদি লুনা থোক্লে। ইশানা ইশাগী হাপ্পবা পুকসু মেন্দবা য়ারক্তবা মতমসিদা করস্না অনৌবা আশানো ঐনা তৌরুগদবা। ইমাগী মহুৎ

শিন্দুনা লৈত-লায়র থিবদা কৈথেল কারুগদবসু কিরে- খোঙ থাংদোক্তুনা চৎপসু ৱারবী ইমানা শ্বর অহোন খূদিং কৌবগুম তারে। উপাই ফংদ্রবী মাবু য়েংলগা তুমিন্না কপচবা নত্তনা ঐসু তৌফম খঙদ্রে। কুইশিল্লক্লবা মতম অদুদদি কনানসু থৌশাবীরক্রে। ঐগী পুন্সি নহাক অসে ময়ামদগী খর তোপ তোপ্পা শেন্নস্বনা খর তোপ্পা হিংবা তারমাল্লে হায়দুনা ইশানা ইশাবু নিন্দা তৌনা তৌনা অদুস্মক খাঙলি।

কংবনা শরূদা উনশাতনা কুপ্লবী মহাক্কী অৱাবা মৈচাক খাংঙমদবগী নাহে খোঞ্জেন্না অহিং-নুংথিল অনিমক্তা লেপ্পা লৈত নিল্লক্লে। লৈবাক্কী মাইবা ডাক্তরশিংনা ইমাগী অৱাবা কোকহনবা ঙমখিদরে। নোংমা নোংমগী অসুম ফৎচিল্লক্তা অরোইবা মিকুপ ঙাইদুনা লৈরক্লে।

মেরা থাগী হুম্নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। পানখৎলকপা থাজনা মচেৎ ওইনা ঙাল্লি। থাবল মমি ইশাম শাম্না তন্না উহল্লি তাইবঙপানবসে। নাশোন পিক্লা লিরি লিরি শিৎলি হুল্লি মালং মাসু। থেঙলবা অহিং ওইখিবনা তাইবঙ জীব অপুম্বা তুমখুল হুন্নবা তাঞ্জানি। চিল্লবা মতম অসিদা হেদো নাহে চল্লবী লায়ররবী মহাক্কী নাহেখোন নত্তনা অতোপ্পা খোঞ্জেল তারক্লে। য়েংজরগা কপচবা নত্তনা উপাই লৈত্রবী ঐহাক শকফম ওল্লবী ইমাবু শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। করি উপাই লৈখিনি খল্লুবসু ঙমজরক্রে। কনাদা করি হংলুনি তান্নফমসু য়াওদনা শোল্লবী মহাক্কী মনাক্তা ফমদুনা নোং ঙাঙ্গোরকপা ঙাইদুনতা লৈরে।

কংবনা চপশিল্লবা খজাই অনিমক্কী চাইরুং চাউথোরকপনা শরূগী মুর্ত্তি ওইরক্লবা ইমাগী মায়থোং মুৎলি-মুৎলি ঙাল্লিবা থাওমৈগী মৈঙাল ফাওদুনা কুপ্পা শংদ্রবা মিৎ নহাশিংদা মমি তাররি। পাঙথোকপা ঙমদ্রবা মিৎশিং অদুদি অতূম্বা মীগুম্না উইশিল্লি। কংলবা চীনবান অনিদুনা করিগুম্বা খর হায়নিংবগুম মরক মরক্তা তনিক তনিক লেঙলকই। চোইরবা শন্নাংশিংদুনা ইচাই চাইনা তারি।

ঐগীদমক্তা খনবদা লানঙমদ্রবী ইমাগী মতৌ উরগা চিংখায়থ্রবী থম্মোয় অসি পুবা ঙমশিল্লক্রে। য়েংঙমদ্রবা মিৎলুসিদগী শীঙ্গুরকপা পিরাংনা ফিজি-ফিনা খাক্তনা চোৎশিল্লক্লে। ফুনগৎলক্লবা থম্মোয়বু ফাথরগা পিক্লবা সুরদা তপ্পা তপ্পা কৌজরুই।

– ইমা... ই... মা...।

---

মীনোক্তুগী মরুমদা

*মমিত্তি পাঙথোকপা লৈতে, শরুগী খুৎশিংদু থাঙক্তুনা তপ্পা পাউখুম পীরকই।*

- ইবেম্মা!
- ইমা, নহাক য়াম্না ৱারমাল্লে।
- ইবেম্মা... ই... মা... য়াররোইদমাল্লে -ইচাগীদমক খনবদা ইমা লানবা ঙমদ্রেদকো ইমাগী ইবেম্মা। ইচাগী লাইবকসে ওহ্নোক্না থীনা তল্লমখ্রেদকো।

ইমাগী ৱাঙাংদু তারগা অমুক হেন্না ফুনগৎখ্রে, পুঙমখিদ্রে থম্মোয় অসে। ঐগী ৱাহং অমুক হন্না তাখিদ্রে ফোঙনীংবা কয়া ফোঙদোরকপা নংহৌররোই হায়বা মতাগুম পাউমেল্লক্লে মতেক মতেক।

- ইমাগী ইবেম্মা। করিগী কপ্লিবনো? নহাক্না অদুম্না কপ্লবদি ইমা লানবা ঙল্লরোই। নপানা ঐবু লৌবা লাক্লে, নপানা ঐবু ঙাইদুনা লৈরে। ইবেম্মা কপকনু ইমা ৱা হায়রমগে তাও, ইমানা চৎখ্রবা মতুংদগী ইচাগীদি কনাসু লৈহৌররোই। য়ুম অসিদ নথন্ত করম্না থনম্লসিগে ইমা খনবদা ৱারেদকো ইবেম্মা। ইমানা নঙগী মাম্মদা ইচাবু শিন্নরম্বনি। নত্তবা লমচৎ চৎকনু, নুপীনি হায়বা কাউগনু, খাঙবা কল্লু, পেছোকপা ঙমউ। লাই গুরু মশক খঙউ। অচুম্বা অফবা থবক্তীদমক হিংদুনা লৈয়ু। ইচাগী মঙ্গল ওইননবা ইমানা লাইরেবাক্তা থৌনিরুগনি। ইমাগী ইবেম্মা মতম লৈবা খিবিক্তা হরি মাবু কাওগনু - ইমাদি ইচাবু থাদোক্তুনা চৎপা তারমাল্লে, নপা লাক্লে ইবেম্মা, ইমাবু লৌবা লাক্লে, হরি নাম শোল্লু ইবেম্মা ।

মখা অমুক তাখিদ্রে। ঐবু নাল্লম্বা মখুৎ অনিমক তপ্পা-তপ্পা লৌথোক্তুনা নুংঙাইরবা রাগদা তাওদুনা লৈখিবগুম উরক্লে। উপায় লৈত্রবী ঐগী চীনবান্না পেনবমখৈ শোল্লুরে ‘হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।

অমম অঙান শিন্নবগী তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরম্লবা ইমাগী থৱায় চেক্লা খঙহৌদবা মিকুপ অমদা লমদম তাম্না পাইখ্রে। ৱাজরক্লবী মহাক মীকপ অমুক থোক্লকখিদ্রে। থৱায় কৌবা চেক্লানা থাদোকপীরম্লবা পঞ্চ ভুতকী হকচাং মহাক্তি ওন্না থোইনা তাহৌরে তাইবঙ মোংফমথকসিদা।

নোংমতা লৈত-লায়র থিহৌদবদা পূক্লিং লৈতাদবী মহাক্লি। ঙসিদি

খুমজিনখ্রে পুন্সিগী ফিরুক। লৈত-লায়র থিগে অমুক হায়খিদ্রে। ঙসিগী করি হয়েংগী করি অমুক হন্না খনখিদ্রবোই লৈতে হায়না শোনখিদ্রে। য়েংনীংবা কয়া য়েংলুদবা ঙমখ্রবা, তানিংবা কয়া তারুদ্রবা ঐগী থম্মোয়নি। অদুবু কদায় ঙসিদি। অপান্বা কয়া পামদবা শাদুনা খাঙলম্বা মশক মচু ওনখ্রবরা অমুক হন্না ইমাগী অরোইবা মীকুপ্তুগী।

ইমাগী মিৎয়েং অমুক হন্না উররোই খঙনা খৌরাংলি ঐদি। ঐনা কৌজবা খুল্লরোই খঙনা তত্তনা কৌরুরি। ঐগীদি মাতনি হায়না লেশ্লীরল্লগা কনাদসু তাক্লমদনা তুমিন্না চৎখ্রে। ইহাঙ হাঙহৌরে তাইবঙপানসে। মহাক কদায়দা করিগীদমক চৎখ্রিবনো হায়বা কনানসু তাকপীবা ঙমখিদ্রে। ঐনা খঙবা হায়ববু ঐগী ইমাদো অমুক হল্লক্লরোই হায়বা অসিতনি। কনা লৈরি হৌজিক ঐহাক্কীনি হায়না মুৎশি-মুৎশিরবা আশাগী থাউমৈ অসি নত্তনা। ইমাগী পান্বোম অনিদুতনা ঐগী পান্বে ওইরম্বনি। মদুসু মৈচাক ওইখ্রে ঙসিদি ইমাঙমক্তদা। কুম্বী কালেন খঙদনা মচা ঐগীদমক ৱাজরম্বনি। ঙসিদি ইদোম থাপ্লা থাদোকপীরল্লে মীরমলেনসিদা। কঙাওনহৌরে নিঙোলগী পুন্সি, চুহৌরে থম্মোয়সে পলেম কায়না মৈনা। ঙরাংতনি, মচা চাউরে খন্দুনা হরাও মথোই কাজরম্বা মতেং ওইরনি খন্দুনা পুন্সি হকচিক লাংলম্বা। পূম্নমক কনাদবু শিন্নরল্লিবা, কনা লৈহৌদ্রে খঙনা খঙনা হন্না ফাওবা য়েংলমদ্রে। নাইতোম তাহৌরবা পুন্সিসে ৱানা অসুম লেল্লক্লে। পুঙমদ্রবা থম্মোয়সে পুনা-পুনা খাঙলক্লে।

ধর্ম্মগী হৌনবী কর্ম্ম কয়াদু মথং-মথং লোইখ্রবসু য়ুমথোঙ খুদীং লীনরিবা ঐগী অৱা ৱারী অদুমদি লোইশিনখিবা লৈতরে। লৈরক কোনশাং খদিংদা খোঙ্ছাং য়ৈনা নিল্লক্লে। লৈকাইগী ইবুং ইপ্পাশিংনা ঐগী পুন্সি ৱারীদা লৈপুং ফম্বা থেংনরক্লে। পূম্নমক তারু উরুরগা তুমিন্না কপচবা নত্তনা থিংলুবদি ঙমখিদ্রে।

অনি সুরে মঙাংনৈ, তরা তিল্লে মতানৈ, ঐগীদমক খনবদা অহল-লমন পূম্বসু নোংমগী শিছা পাঙঙমদ্রে। নুপীমচানি, ইদোম লৈহৈদবগুম শীনবীরে মাম্মগীদা লৈরুনবা। কায়নবা অমগী অৱাবা পিরাংলক্তা তিল্লরে কায়নবা চাম্মগী নীংঙমদ পিরাং। পূম্নমক থাদোক্কুনা চৎপা তারে লেমহৌরিবা পুন্সি চেঙজেল অসি পুদুনা।

---

*মীনোম্বুগী মরুমদো*

## তরেৎশুবা শরুক

ইম্ফাল সহরদগী ফনা তাম্না লৈবনা মাম্মখোয়গী খুঙ্গং অসিদদি অচিকপা মফম হায়বদু অদুম্মক ওইরে। য়েংলুবা খুদিং পূক্লিং শুমহৎনিঙাই ওইরবা দৃশ্য ঙাক্তনি। থোইনা ৱাং চাউদ্রবা চীং মচাশিংনা ইকোয় কোয়না খুঙ্গং অসিবু ঙাক্লিবদু উরুরগদি মণিপুরগী মনুংদা মণিপুর অমা লৈরব্রা হায়না চীংনদবা ঙমদে। থেক্লা খোয়না চৎলিবা চীং লম্বীদুনা চিক্লা নুংশিবা পোকহল্লি পূক্লিংদা। ইঙম ঙমদবা চীংমায়শিং অদু হৈরাং লৈরাংতনা শুক্লা উহল্লি। খরগা চঙশিন্দুনা য়েংলুরগদি হৈ শিংলবা মালি কনাগী পুন্সিগী ৱারী নিংশিংদবা ঙমখিদে। মরক মরক্তা উয়ুং পাম্বীতনা অনেম অৱাং নাইনা অতোপ্পা শকফম অমা শেল্লি। চীংগী হরিনা চিক্লবা খুঙ্গং অসিগী গুন পূম্বা শৈথাদুনা শক্লিবা ঈশৈদু তারুবদা পূক্লিংবু পুন্দুনা থম্বীখিবগুম থোকই। মহৌশানা ফজরবা লৈকোন্নি বসন্ত, হেমন্ত, নিংথম, কালেন ঋতু ওনবগী শকফম খুদিংমক ইফদ ফজৈ। উচেক ৱায়াশিংনা মনিং তম্না শান্নবদু মিৎ পেন্না উবা ফংই। কাউরুরবা তাইবঙপানবসে অমমমত নিংশিংলকপগুম হিংনীংলকখি।

খুঞ্জা ওইরিবা ইপা ইপলশিংনা শুজ নোমজ, ৱাজবা পূম্বা হিংবগী গুন ঙাক্তনি। নুপা নুপী অহল নহা খায়না লেল্লি পুন্সি। মীওইবগী চৎনরোল ঙাক্লা হিংমিন্নে। লাউবা কনবনা অহৈবা শাবা, খুৎকনবনা অচৌবা ওইবগী অসোম ৱাংমদা চহী ৱায়শিল্লক্লবা অহলশিংগী খোঞ্জেল

নিঙ্কবা পাউমেন্তমক তাদুনা পুন্সিগী য়ৌনীংবা থাক অদু য়ৌননবা হোৎনবা ঙাক্তনি। লমদমসিগী অশেংবা ফজবা অসিনা ব্রাখল মান্নদ্রবা মীওই লিশিং কয়া কয়াবু অমত্তা ওইবা লিচিংনা পুন্সিনবীদুনা শান্তিগী তুংনফম অমা ওইহল্লবনি হায়নীংই। অথেঙবা অহিংদা চিঙ্কবা লোঙ্কুংদগী খোংলকপা তাম্নানা শৈথাবা কনাবু কৌবগুম অহিং মিৎশেল থাঙনা ঙাইরুদবা ঙমদে, লাক্কনি খল্লুই। লন্ধোনিনা লীবা ব্রারী তারুরগা খোঙ্গাং অমগা অমুক হাপচিনখি। লন্ধোনি ঐগী মাম্মগী মচানুপীনি। ঐহাক্লা খর খঙজবদগী হেন্না মহাক্লসু মখোয়গী খুঙ্গং অসিগী মরমদা ব্রারী য়াম্না লীবি। ঐখোয় অনি হৌমিন কামিন্নবা ওইরবসু মহাক্লা ঐঙোন্দা 'ইনম্মা' হায়না কৌই। মহাক থোইনা অচাওরম কবী নুপীমচা নত্তে মাগী ব্রাঙাং-মিৎয়েং অনিমক্তা চন্নবী পূকচেলগী মমি তাই। লাইরিক্তদি মকোক থোংবা অমা ওইদ্রবসু ময়ায় ওইনা ফবা ছাত্রিনি। মশক মতৌ চঙখোনবত নত্তনা ঙাংথোরকপা তৌথোরকপদা ইপক্ত পকচৈ। মহাক্লা লীবা ব্রারী খুদিংমক ইমাঙদা থোকপগুম শঙ-শঙনা মিত্তা উরকই। খনগল্লবী ঐনি, মানা খিত্তং কাঙথোরকপদা ঐনা লোইনা খঙলুবগুমসু তৌই। ঐগী ব্রাখল মতম অয়াম্বা মহাক্কা মান্নদুনতা লৈ। মরম অসিনা মহাক্কা লোয়নবদা থোইদোক্ল নুংঙাইজৈ।

অসুম্না মাঙ অমদি তুংগী ব্রা কয়া থোইনা খল্লুবা য়াওদনা নোংমা নিনিদি হৌখিবা খঙহৌদ্রে। কয়া কুইনদি নুংঙাইরুবা ঙমগনি-নিংশিংলকপা মিকুপ্তা অব্রাবা পুন্সিনি হায়না অদুম্মক তাউখি অব্রাবা ঈপাক্তা। ঐহাক তশেংনমক কপ্পনসু পেন্দ, নোক্লুবসু ঙমদ তৌদুনা লাক্কদবা পুন্সিবু চিংনা য়েংদুনা খাঙজখি। নুংঙাইবা পাম্বা পুন্সিনা অব্রাবগী কাইদোংফম ওইরকপদু খাঙননবগীদমক্তা মিকুপ খুদিংগী অহাঙবা অচিকপা থিবা হৌরকখি।

নোংমদি মেরা থাগী তরামরিনি পানবা থাজগী মেঙলবা থাবল থেংনরুরে। অচিকপবু থিরুবা থম্মোয়না তিল্লুরে ঈংলবা থাবল অদুদা। তত্তনা শান্নমিন্নখিবা থাজ অমদি ঐগী ব্রারীদো নিংশিং খোঙ্গাং য়ৈরক্লে, তুমিন্না ফমথরে শুমাঙ ময়াগী মনা পুংলবা পুংদোল পাম্বীদুগী মখোঙদা। পূর্ণিমাগী মপুং ফারবা মায়থোং অদুতবু ঙাইদুনা হরাও-মোমোন্নরিবী থাজ মহাক্তি নীংহন্নরবী ইতৌবু য়েংনা য়েংনা চৎলি অতিয়াগী লম্বীদুদা। ব্রারবা পুন্সিগী ব্রারীসে লীরুরি ঐগী মিৎশিনা কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা। ওঙ্গোকপা

হায়বদুনি। থাজ মাতবু য়েংজরগা পেল্লম্বা ঐগী থম্মোয় ঙসিদি অৱাবা শকফম শকওইনরে ঈংলবা থাবলদা। নিংশিংলুবা মিকুপ অদুদনি হৌখ্রবা থৌদোক কয়ানা অমুক হল্লকখিবা। অদুবু অৱাবদি নিংশিংবা মহাক্না নুংঙাইখিবা অমতং ফাওবা পুবীরকপা ঙমখিদ্রে। নিংশিংলুবা খুদিংদুনা পুবীরক্লিবদি শুপ্পতগী মিৎলু পিরাংতনি। নিংশিংলুবা খুদিং ঈহৌরক্লে মিৎলুদা কুমগী নোংহৌ লাকপগুম। লোছোক্তবী থম্মোয়সে মরোল লোল্লে তুমিন তুমিন। উপাই লৈত্রবী মপোক অসিনা নিন্দা তৌরক্লে ঈশ্বর মাবুসু। অতিয়াদা নীংঙাইদনা ঙাল্লিবী থাজ মহাকসু য়েক্রবগুম খল্লক্লে। অদুঙৈ থাবল কয়াদা চান্নরবী ইতানি খনখিবদো ঙসিদি অতিয়াদগী ফক্তোক্লগা মচেৎ মচেৎ থুগায়দুনা লংথোক্লিংলে তাইবঙগী ৱাংমদা। অদুবু কদাই ঐগী থৌনা- তোর্বান ৱাংমসিদগী অসোম ৱাংমদা লাছোক্লিংই হায়না ঈথৌ পোঙনা লাউজবত মঙায়রে।

অচৌবা অপিকপা ঈচেল কয়ানা অৱাংবা চীংদোল অমদি শারবা মরুভুমি ফাওনা থেক্না কোয়না চেল্লুরগা ঈতাফম ওইনা পাক্লবা সমুদ্রদা তাখ্রবসু অফ-ফত্ত নাকপাক নাকপাক হঙ্গৎ হন্দা চেল্লিবা ঐগী ৱাখল ঈচেন্দি পঙ্ছুংফম লৈখিদ্রে। লেপ্প লৈতনা খল্লি ৱারগত মতোকই। ৱানা ৱানা খল্লি খন্ন-খন্ন ৱায়। মরক মরক্তা নোক্লিংবা ফাওরকই পোখাবা ওইনা নোক্লবসু য়াওই। শক্তম লাকশিনবা ঙমদ্রবা ঐগী পুন্সিগী শকফম্না খোড়ি খোরাং খোৎচিনবগুম মীওইবা জাতিগী লূরবা চেনাদা তারিবা মমিদু কিরোইদবা কনাসু লৈররোই। অমুকসু থৱায় তানা নোক্লবদু ঙমদনা নোক্লিংদবা শারুই। নোক্লিংবগী নোক্লবা কপ্পিংবগী কপ্লুবা খুদিংদা অতাবা অমদি অউবনা ঐবু অঙাওবী ওইনা খনবীদুনা সমাজগী ৱাংমদা ইছোকপীরম্বদু ঈশানা য়ানা খাঙবা তারকখি। ঐদি সমাজবু শীংনবা মীদু নত্তে। মী ওইনা হিংনিংলুবগীদমক পূক্লিংনা পাম্লুবনি অফবা নুংঙাইবা। ৱাদনা নুংঙাইবা য়াবা নত্তে ঐসু খঙই। অৱা-নুংঙাই অনিগী ইতিন্নফমদি পুন্সিনি। খাঙলনি অসুম্মক লোইদ্রিফাওবদি পুন্সিসে। অদুবু শিননবা পোক্লবা হায়বদুদি ওইহন্নিংদবগী ৱাজবনি। ঐগী তৌগদবা ইথৌ খর লৈবদুনা ঐবু হিংহল্লম্বনি। অদুগুম্বা ইথৌ অদু পাঙবা ঙমদবগী তাইনফম লৈফম থোক্তে। ঐনা ঐবু ঐ ওইদুনা সুম হিংবদু পুন্সিগী শেংলবা শক্তমনি। হংবীবা য়াই কনাগুম্বনা মালংদা পাইরিবা চেক্লা অমবু উরগা কদায় য়ৌনা

পাইখিগনি হায়না। কায়দোংফম অমা ফংদ্রিফাওবদি পাইখিগনি হায়না পীরক্কনি পাউখুম মালংদা কায়দোংবা য়াদে খঙবনা। অদুবু হংলুরগদি লৈপান্দা শাৎলিবা লৈরাংদুদা কয়া কুইনা শাৎখিনি হায়না লীরক্কনি শোয়দনা লৈমন চনবগী ব্রারী। তাক্কনি শোয়দনা লৈরাংবী লৈরাংবগী মশক। থদৎপীদ্রবদি লৈখোক্তগী শাৎচখিনি লৈমন চন্দুনা কেন্দ্রিবা ফাওবদি। থোৎনা নৌরবী ব্রাঙাংদু তারগা করিনো অমা খনগনি থস্মোয়দা। পোক্কনি পুক্রিংদা নুংশিবা, থদৎকে খল্লমবা লৈখোক্তগী লৈরাং হেকচবা ঙল্লরোই। অসুম্না মওন মওন খন্দুনা মিৎ কুপ্তবমখৈ শুন্দা মিৎ থমদুনা তুমিন্না অসুম ফম্বদো কুইরক্লমাল্লে নুমিদাং অদু থেংজিনখ্রমাল্লে।

- ইনম্মা... ইনম্মা... ।

হায়না লেংজুমদা পায়দুনা নোল্লকই লন্ধোনা মখাসু তারকই লাংতক্লনা

- ঙসাইদগী কৌবা তাদ্রিবা করিগীনো ইনম্মা? কিজদ্রা নতোমতা অথেঙবসিদ ?

ঐসু করিগুম্বা খর খংনিং নিংশিংলকপগুম হংখি

- ও... লন্ধো কয়া কুইরবগে, ইনেখোয় তূমখ্রবরা ?
- ইমাদি তূমহৌদ্রি, লংচাক চাকহৌরি, পাবুংদি তূমহৌরে। ঐখোয়সু তূম্লুরসি লাকও।
- তূম্লল্লো লাক্লগে।

চঙখিগদ্রা খনবনি অদুবু চঙখিদ্রে। ইনাক্তা ঙহাক লেপ্লম্বদুসু তল্লক্লমাল্লে, খুৎ পায়দুনা চিংলকই।

- অস! লাকওবা তূম্লিংলে। ইমানা চৈরক্লনি শে, নঙনা খল্লিবদু ঐসু খঙই। অদুম্না খন্দৌ শরুক ঐঙোন্দা লোইনা লীথোকউ, অদুগা খর ফবরা য়েংউ। লাকও শে, ফম্মুংদা খল্লু।
- ইনেসু লংচাক চাকপা লোইশিন্দুনা মপান থোরক্তুনা ঐখোয়গী ব্রাদু তারমই।
- লন্ধো থেঙদ্রিবরা? মন্দি থেঙলে চঙলকওদনা... ।

ইনেগী খোঞ্জেল তাবদা ঐহাক শ্বাই লাওই। লেঙনিংদ্রবা খোঙ প্রপ-প্রপ থাংদুনা চঙলকই। খোঙনচীংবা লোনশিল্লম্লগা ফমুংদা হিপথরদুনা লন্দোনিদা হায়রুই।

- লন্ধো তূম্লসি য়াহৌ ঙনবী তান্নসি।

- ই... ইনম্মগী ৱারী তাখিনি তূম্লিংপ্রিয়ে।

ফোংঙমদ্রবা অবাবা হায়দোকখ্রগা খর মফম্বগুম পুঙমদ্রবা মৈচাকসু লিথোকখ্রগা খরদি য়াংই। ঐগীসু ৱারীসে লীথোকখ্রগা খর নুংঙাইবগুম থোকই। হায়দোকখ্রগা তাবীখ্রগত নুংঙাইজে। ঙসিদি খল্লে লীথোক্লগে দানিগী ৱারী। লীথোক্লবা য়াওদনা পুক্লিংনা পুরকপা কুইরবনি। থম্মোয়দা থম্বা ৱারক্লবা ৱারীনি। লীবগী লোইবা লৈররোইদবা হৌখ্রবা থৌদোক ঙাক্তনি। তপথবা অমুক তৌদনা লীবা হৌখি পিরাংলক্তা ঐগী মাঙগী পুন্সিগী ৱারী........... ।

- লন্দ্রোনি... ! তানিংলবদি লীরগে ৱারীদো। নঙসু খঙলিবদুনি দানি অমদি মখোয়গী ইমুং মনুং, মখোয়গী মাম্মা অমদি ইনেনা ঐহাকপু কয়াদা লুনা তৌবিবা... । নোংমদি মখোয়গী ইচে নলিনি ঙমদ্রে হায়দুনা ইনে রুহিনিদো চৎখিবদগী হল্লকখিদে। ইচে নলিনিখোয়গী মীরোল লৈজদবদুদা ইনেদো অহিং লেক্তবা য়াদদুনা লেকখি। মতম অদু ঐদি হায় স্কুল তম্বতা ঙাইরবসু ফন চাউরবনি। ঐনা স্কুলদগী হল্লকপদা ইমানা হায়রকই।
- ইবেম্মা নঙগী মাম্মখোয়গী চাক খর থোংবীয়ু হায়রম্বনি। ঙল্লিবৈদো খর থোংদোকপীরুরো। নচে নলিনি মশা ঙমদ্রে হায়দুনা ননেদু চৎখ্রবনি। ঙসিদি ঙমহৌদ্রে, হয়েংদি ইমাসু চৎলুবা তারি।
- কয়া কন্না করম্না ঙমদ্রিবা জাৎনো ইমা? মচা পিশক পিশকশিংদুগা জ্ঞান অমা তারম্লরোই।

অসুম্না ঙাংনরিবৈদো মাম্মা চঙলক্তুনা অমুক হায়রৈ।

- অনৌবী... অনৌবী হল্লক্লব্রা ?
- হল্লকএ মাম্মা।

মাম্মনা অনৌবী হায়রিবদু ঐবুনি। ঙসিফাওবা ঐবু মন্দিনা হায়না অমুক্তসু কৌদ্রি মাম্মনদি। মখা অমুক তারকই।

- ননেদু হল্লক্করোই, চাকসি নঙনা থোংবা তারিমাল্লে।
- হোয়... য়েঞ্জাংদি অহাওবা অমা থোংবা কো মাম্মা।
- য়েঞ্জাংদি নঙনা চানিংবা অমা থোংলসি।

হায়রম্লগা মাম্মা থোকখি। ঐসু সন্ধ্যাগী ধুপ কৎপা হেক লোইবগা ঐহাক মাম্মখোয়দা চাক মৈ থাগৎখি। য়েঞ্জাংদি লফুথরো ইরোনবা অমা

চন্নায় চমফুৎ অমগনি। মাম্মদু কদোম চৎশ্নবনো মন্না মখোন তাখিদ্রে। ঐহাক ইরোনবা ফুৎলিবদু মুল্লবদুদা হৈদোক্তুনা লোনগদবগী কন্না হোৎনরি। শাবনা মনিল ৱা-ৱা কারিবা ইরোন্নবা হৈদোক্লিবা ইংননবা লেপ্তুনা ওৎলুরি।

- ইমা... ইমা... করি য়েঞ্জাংনো ?

দানি চাকশঙগী থোঙদু মপাললোমদগী হাংদোরকই। ঐহাক য়াম্না নোংক্লিংলবসু নোকপদি ঙমখিদে। তপ্পা-তপ্পা মায় খিত্তং হাইগৎলগা ইনে নত্তে হায়বা তাক্লুই, ৱাদি ঙাংখিদে। দানিসু মখা অমুক তারমদনা থোকখি। ঐহাক চাক্তু লোইশিল্লগা মাম্মদু লাক্লবদি ফনিদা খল্লিঙৈদা ইমাঙদা লেপ্পরে।

- অনৌবী নবুংগী চাক্তু মাগী কাদা থম্বীরুরো মহাক লাক্লগা চানিংবা মতমদা চাজরনি। অদুগা ঐখোয় অনিসু চারসি।

ঐহাক মাম্মগী চাক ঈশিং থাংদোক্লল্লগা দানিগী চাক পুরদুনা মাগী কাদা চঙলকই। দানিদি ফমুংদা নুংঙাইনা তূমদুনা লৈরম্মী। সাইট টেবলদা চাক থনল্লগা তুমিন্না থোরক্তুনা মপাললোমদগী লামদুনা থোঙদু ঙাসিনগে তৌই। শারিঙৈদা চারসনু খন্দুনা কৌরুই

- দানি... দানি...

শ্বর শাংনা শাংনা হোন্দুনা নুংঙাইনা তূল্লি খুল্লকপা লৈখিদে। অমুক চঙশিন্দুনা তানবা কৌরুই।

- দানি দানি হৌগৎলো চাক পুরক্লে চাক চাথোক্লগা অমুক তুল্লো। দানি ফুগ হৌগত্তুনা ফম্মুং ময়ায়দা ফল্লগা হায়রকখি।

- তূমশিন্নগে তৌবনি য়াদেহে।
- তূমশিন্নদ্রবসু তূমজহৌরো ?
- ঙাইখো চৎলগেরা ?
- কৈদৌরুনি লৈরুদনা ইকাইজবসু ফরোইদবদা !
- হাইমা থওইনা শাওইনে।
- ইস হৈত্রা, নহাকসু থওইনা লক্লরিবা নত্রা ?
- ঐবুদি নহাক্লা শাওনা শুগৎলকপদো য়েংনিংদুনা তৌবনি।
- দানি নহাক্লা অদুম্না লক্লবদো ঐহাক তশেংনা ইকাই... হয়েংমখৈদি অদুম্না লক্লগনু।

- হুম... দেদে নহাক অদুম্না হায়নু ঐদি মদু ঙমদবা য়াই। অশেংবা ঐদি নহাকপু হেক্তা লক্লনীংই।
- লক্লনীংগনি। ঐ হেক উবগা হেক্তা লক্লনীংগনি ঐবু অঙাওবী অপঙবীরো? ঐদি ইকাই, য়াম্না ইকাই।
- মসি অঙাংসিদি, নুংশিদুনা লক্লবনি। নংদি ঐবু নুংশিদমাল্লে। ঐদি নহানমখৈ নুংশিবীরমগনি খল্লুবনি। অদুবু ঙসিদি খঙলেদনা।
- করি খঙলিবা ?
- নংনা ঐবু নুংশিদ্রে হায়বা।
- ইস হৈত্রা! ঐনা কদায়দা নুংশিদে হায়রে ?
- হায়দ্রবসু খঙলিবা! ... নুংবু নুংশিবরনে ?

মিৎচিনা খিত্তং য়েংলুবদু নত্তনা ঐ করিসু খুম্লুদরে। ৱা মখা শাংথদ্রিঙৈ চৎলগে খন্দুনা খোঙ থাংবা হৌরকপনি।

- ঙাইখো, চৎলগেরা? ৱা অমা হায়খিগে।

টেবলদগী পোষ্ট কার্ডশিংদো অমমমত লৌখত্তুনা য়েংলুই। খোঙথাং লেপ্তুনা ঙাইরুরগা ৱাশিং অদুদি হায়রকখিদ্রে। মাম্মনা চাকশঙদগী কৌরকপদুদা

- দানি ঐ অমুক লাক্কে। চাক চাথোক্লল্লো ঐসু চাকখিগে।

হায়রম্লগা চাকশঙদা চঙলকই। মাম্মদু চাক চাবা হৌরমদ্রি ঐবু অদুম্মক ঙাইদুনা লৈরমই।

- নঙগী দানিবু হল্লকহৌরববা ?
- হল্লকহৌরে।
- ফরে ফরে শারিঙৈদা চাহৌনবা। ঐখোয় অনিসু চাথোক্লসি। খঙদ্রেদা অনৌবী নচে নলিনিসিনা মকোক চিকপা ~~হেক~~ হেক হৌবসিদা মাম্মদি ভ্তান অমা তার্দ্রে। মচা পিশক পিশক্তুনে মিরোলগা লৈজদবনে ননেদুসু বিভুলা চুরম্লগদবনি।
- অঙাংশিংদু হোৎনবদা ইনেদি কোকপু ঙাওরম্লগনি।

চাক চাবদু লোইরবদা মাম্মগা ৱারী শান-শান ঐহাক লুখাক চগুমদু লোইশিল্লি। মাম্মদু ফুঙ্গা মৈনাক্তা খ্বাং য়াইদুনা লৈহৌই। ঐহাক দানিগী কাদা অমুক চঙলুই।

- দানি করি ৱানো হায়রো।

- ঙহাক্তা ফমখোনে হায়গে।
- কৈদৌবগীনো চাক চারমদ্রিবদি ?
- ঙহাক লৈরগা চাগে তৌবনি।
- ঐদি চারে। মাম্মগা।
- ঐদি ঙসাই ইকাইয়বনা।
- করিগী ইকাইরিবা ?
- ঙসাই ঐনা নঙোন্দা ইমা হায়রুবগী।
- অদুগী ব্রাদু ওইরে, ঐদি করিসু খনবীদে।
- ঐগী মায়থকপদু অফবা নত্তেকো।
- মতুংদদি অদুম্না অমুক তৌরনু। লাকও, ঐ চৎলগে মাঙ্গোলদা ঙহাক্তং লেপ্লীয়ু, য়াম্না মমই।

নঙহৌররোই হায়বা মতাদা ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা চৌকিদুদা ফমহল্লি।

- ঙহাক্তা ফমখো হায়রগে... সে।

ঐহাক চৎসু চৎনিং খোঙ থাংবসু ঙমদ তুমিন্না অদুম্মক ফমদুনা লৈ। করি ব্রাবু ওইরিগবা হায়দুনা ঙাইরিবা ব্রাশিং অদুদি হায়রকখিদ্রে। মরু লুকথরদুনা ফম্মুংদা ফমথখি ঐবু অমুক হেন্না চিংনহল্লে। পুক্লিংদা ফাওরক্লিবা নুংঙাইতবা শরুক অদুদি ঐখোয় অনি তঙ্খায় থুংনবগুম তৌই। ঙহাক্তু তুমিন তুমিন লৈনৈ। কাদুগীঅচিকপদুনা অকিবগী শকফম লৌরদুনা পুক্লিংবু তত্তনা অখংবা পোকহল্লি। ঐনা খিত্তং য়েংলুবদু দানিনা হান্ননা য়েংদুনা লৈরম্বদুগা মিৎচানবা ঙমদবনা লুরুক্লনা খাঙই। অচিকপগীঅকিবা মরক্তুদা ইকাইবনা অমুক হেন্না তৌফম খঙখিদে। ইকোই কোইনদনা ঙাংন শক্লরম্না ব্রাহৈ অমত্তসু হায়দোক্লবা ঙম্নখিদে। নুমিৎ অদুদগী মিকুপ অদুদগী অসুম অসুম লাপথোক্লরকপগুম থোকই।

ফন থেঙলে অদুবু তানিংনা ঙাইরুরিবা ব্রাদুদি হায়দোরকখিদ্রে। থেংজিল্লরুবা অদুদদি কুইনসু লৈনিংদ্রে মনাক্তা। খন্দুনা য়েংউ, নুপী ওইনা পোক্লরবা মপোকপুসু করম্না লায়না কাওথোকপা ঙমগনি। নুংশিববু লৌনশ্বী অমদি ঐ করিগুম্বদসু ওইরল্লোই। ঐসু খঙই দানিগী থম্মোয়দা ফাওরকপা ইহুল অদুমদি। ঐনা খল্লিবদুসু মহাক্লা উবগুম খঙবগুম হাইফেৎ হাইফেৎ নোক্লকই। অদুবু ঐগী হৈনদবদুদি মিকুপ খুদিংগী হেনগৎলকই।

---

অচুম্বা অফবা ৱাখলনা থন্নালৈরবা থশ্মোয় অনি ওইরবসু মীনোক মৈশাগী অকিবসু তত্তনা নিংশিংলকই। চিক্লবা কা অদুদা শুপ্লতগী ঐখোয় অনিতনি তুমিন তুমিন ফল্লিবা। কনাগুম্বনা উরবদি চিংন মিংয়েংত নত্তনা মীনোক মৈশা শোয়দনা লাংলমগনি। পুম্নমক খল্লবসু ঐহাক চংলগে হায়দুনা ফুগ হৌগত্তুনা খোরকপদি ঙমখিদে। ঐগী হৈনদ্রবা ইতৌদু মাসু খাংবা ঙম্লক্তুমাল্লে।

- ঐখোয় পাবুং তূমখ্রবরা ?

 ঐহাক মায়দি হঙ্গত্তনা খুমখি।

- তূম্লম্লনি।
- অদুদি ... ঈশৈ অমত্তা শকলমউদনা।
- ঐহাক ঈশৈ শত্তবা কুইরে।
- অদুনবু শকউ হায়রিবনি।
- শকপা য়াদ্রে।
- কনানা শক্কনু হায়রিবা ?

ঐহাক পাউখুম পীবগী মহত্তা দানিবু মুন্না য়েংখি। ৱাহংদুগী পাউখুমসু খোইনা দরকার লৈতবগুম ফম্মুংদা হিপথরদুনা মখা তারকই।

- হৌরো হৌরো ঐহাক নঙগী ঈশৈ তানিংবা ফনা কুইরবনি।

মাগী ৱাহৈশিংদু মখা অমুক তানিংদ্রে। ঈশৈদু শক্কে হায়বসু খল্লুদ্রে। চৌকিদ্দগী ফুগ হৌগৎলগা হায়খি।

- ইস হৈত্রা... ৱা অমা হায়বীনি হায়রগা। ঐহাক ৱাগা তাজনিংদ্রে।

 চংলগে খন্দুনা খোঙ থাংলকই।

- দেদে অওইবগী চংলব্রা ?

থাংলুরবা খোঙ দানিগী দেদে হায়বা ৱাহে অদুদা মখন্ত হঞ্জিনখি। তশেংনমক লঙ্কোনি মানা দেদে হেক হায়বদা ঐগী লৈজরম্বা খৌনা পূম্বা মাংখিবগুম তৌই। ঐহাকী অৱাবদুনা মহাকী নুংঙাইবা শরুক্তমক ওইরব্রা হায়না চিংনরকখি। অসুম্না কয়া কুইনা লাক্লখিগনি খনবদা পুক্লিংনা মদোম ৱাজখি।

- দানি ঐহাক ঈশৈ শক্লরোই চংলগে। ঐগী ঈশৈদি ঐগী পুক্লিংগী মখা

 পোল্লি। খেঙলে চংলগে।

পুক্লিংদা লৈরম্বা অচম্বা অচুম্বা পুম্নমক মথং মথং মাঙখ্রগা

---

অশাওবগী মৈ হৌরক্লে। ঐগী অচম্বা অমদি শেঙলবা ৱাখলশিংদু অপঙবনি খল্লক্লে। শাওনিংবগী মৈরিনা ৱাংনা ৱাংনা চাকপা হৌরকপদুনা পঙলম্বদগী শিংলকপগুম খনখি। নুংশিবগী অর্থদু য়াওরক্তবগুম থোক্লে থম্মোয়দা। মফম মতম চাদনা লক্লবা হায়বদু ওইরোইদ্রা - ঐবু অঙাওবীসু নত্তনা - শাওনীংবা অদু ফাথবা ঙমদনা থোঙ অমুক থাংলক্লে।

- ঐগী ৱাসে তাররোই খল্লব্রা ?
- অদুম্মা লক্লবদো ঙসিদি ঐ খাঙবা ৱারে।
- লক্লবা হায়ববু করিনো? ঐদি নঙবু লক্লবসু নত্তনা।
- লক্লবা নত্তে, লৌনম্বনি নত্রা ? মীনম্বা লৌনম্বগী কান্নবদি লৈরমগনি অদুবু অফবদি নত্তে।
- মরোল থোক্তবা মীবু ৱা ঙাংদবগী মরাল শীবদি ঐহাক ঙমদে।
- মরোল থোক্তে হায়বা খঙনা খঙনা ৱা ঙাংনিংলুবগী অর্থদি...।
- তশেংনা লৈ।
- অদুগা ঐগী পুক্নিংদা ফাওরিবসিনা।
- নংগী অরানবা ৱাখল। ফরে, ঐগী ৱাসে হায়দ্রবসু য়ারে।
- ঐসু তানিংদ্রে নহাক্কী শেংদ্রবা থম্মোয়দগী থোরকপা ওইদবা ৱাহৈশিংদো।

লৈতাবা ঙমদ্রবা পুক্নিংদগী হৌরকপা অকনবা শাফু অদু খাম্বা নংহৌদনা হায়দোকখিবা ৱাহৈশিংদু তারগা মমিত্তনা লূরবা ঈরা চীনবান্দনা নোকমিবা মতৌনা ঐবু য়েংদুনা হায়রকই।

- নোংমদি শোয়দনা হায়গনি নঙোন্দা ঐগী ৱাসে নঙোন্দা নত্তনদি হায়ফম লৈতে। নুমিৎ খুদিংগী হায়গে খন্ন-খন্ন হায়বা ঙমদবগী মরমসু লৈ। ঐগী পাঙদবা ইতৌশিবুনি নংনা খঙবীদনা লৈরিবা। নহাক্না মখৈ ফংনা শাওরিবা ঐগী থম্মোয়সে খামজিল্লগে ঙসিদি।

শাওনিংলুবা মিকুপ্তুগী থংনবা মিকুপ অদু নীংঙমদবনা মহূৎ শিনখি। লাল্লুরবা ঈহৌশাগুম উপায় লৈতনা মিৎলু অনিমক পিরাংতনা চোৎখি।

লঙ্কো, নুংশিবা হায়বসিদি থম্মোয়দতা লৈবা অদুগা থম্মোয়নসু পুবা ঙমদবা পোৎলুম অমনিকো।

ইবুংমক্নি খন্দুনা মচন অমগুম লোয়নজরম্লবদি ঙসি ঐনা ৱারিবসে

ৱারমগনি নীংদে। অদুবু ঐহাক লাল্লে হায়বা খঙনা খঙনা চুমথোকপা ঙমখিদে। ঐগী ইফমদদি দানিনা থৱায়দগীসু হেন্না মমল য়ামই ...। লঙ্কো তূল্লবরা? ৱারী মখা তাররোইদ্রা ?

- তারিয়ে অদুদগী কৈদৌরবা ...?

অদুদগীদি লঙ্কো ঐহাক খাঙজবা ঙমদনা হিক হিক কপখি। নিংঙমদবনা থল্লবা ইতৌদু য়েংবা ঙমদ্রমাল্লে। ঐগী মিত্তগী তারক্লিবা পিদু তৈথোকপীরগা হায়রকই।

- মসি অঙাংসে চনন কপইনে। তুমিন লৈয়ু পাবুং তাখিনি।
- দানিনা হায়বদা ঐনা ইন্দবা কয়ারক য়াওখ্রবগে ? ঐসে লম য়ামনা হেনবগা মাঞ্জরকই খঙব্রা ?

  ঐসু কপ্পা কপ্পা খুমখি।
- হুম... নঙবু কন্নানা লম হেল্লি হায়খ্রগে ঐনা হায়বদা নহাক্লা অমুক্তসু ইন্দবা তৌখিদ্রিনা...। ঐনা হায়গদৌরিব ৱাসে নঙোন্দতনি অতোপ্পা কন্নাদসু হায়ররোইদবা ৱানি।
- অদুবু কৈদৌঙৈ হায়গদৌরিবনো ?
- নোংমা। নোংমা হায়গে।

শকফমদু অমুক হঞ্জিনখিবগী মমিদু অমুক লিথোরক্লবসু চীনবান্দুনা মায়থোংদুদদি ময়েক শেংনা তারি। মরমদু অমদি লৈ হায়বা খঙনা খঙনাঐহাক হংনিংলুদ্রে।

- ঐহাক চৎলগে।
- লাকও লেপ্পীরগে।

অসুম্না নোংমদুগী ৱারীদি লোইশিনখি। লঙ্কো, নিংশিংলুবদা নুংঙাইরুবা ঙমদে কপ্পনসু পেন্দ্রে। নোংমা থোকখিবা থৌদোক্লা নিংশিংবগী খোঙ্গাং ওইরদুনা নুমিৎ খুদিংগী ঐবু লক্করি। তত্তনা ৱাজরবা থম্মোয় অসিনা হৌখিবা থৌদোকশিংদু কাউবা ঙমদনা কয়াদা ৱানা হিংলিবা পুন্সিনো? খঙহৌদবা মিকুপ অমা শোয়খ্রগা মিকুপ খুদিং অৱাবা ওইনা থেংনবগুম ঐঙোন্দসু থোকখি। ফোঙনীংবা ফোঙলুরগা পীরক্কদবা পাউখুম অদুত খনবদা হংনিংবা কয়া হংদনা খাঙহৌবা থম্মোয় মিকুপ খুদিং হৌরকপা লান অদুদা মায়থীবা তত্তনা নংলবা নিংথৌরেনগুম লুরুক্ল অমম্বদা লেপহৌবদু ঙসিসু উরি ঐদি। অথিংবা নাইদ হায়নীংবা হায়নবা

থন্বা নংদ শাউনীংবা শাউনবা নোংমা নোংমগী মশীং হন্থরকখি। মাগী নোকমিবা মায়থোং অদু ঐনা অমুক উবা ফংলরোইদ্রা হায়বগী অকিবা ফাওরকখি পুক্লিংদা।

মাগী অহোংবা ৱাখল অদুনা মাবু নুংঙাইহনবগী মমিদি মিকুপ অমত্তসু তাহনখিদে। অহোংবা অদুনা ঐবুদি হোংহনবা ঙমখিদ্রে। ঐনা তত্তনা হায়খিবদুনি, নখোয়গী খুল অসি ঐনা থৱায় তানা পামজৈ ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি হায়না। ঙসিদিনে লন্ধো, হেল্লক্লে ঐখোয়গী পিল্লবা শুমাঙ অদুনা। পূম্নমক নুংশিবগী ৱাগদা তিনখিবনি নোংমা। ঙসিসু নিংশিংবদা অদুম্মক য়াওরি। মফম মতম হোংলবা তাঞ্জানি, মসি ফাওবদা কোকপা ঙমদ্রবা হূনি। নহাকসু খঙলম্বা য়াই, নুংশিবা হায়বসে করিনো হায়বা। অশেংবদি, নুংশিবা হায়বসে সংসারগী অৱা-অনাবু ঙম্বা হকচাংগী পাঙ্গলনা শোকঙমদবা মৈ ঈশিংনা শোকঙমদবা থম্মোয়নুংগী ইথিলনিকো। তোল্লুসিদা থেঙলে, তূল্লসি, হয়েং অমুক লীবীগে।

অসুম্না নোংম-নোংমগী খর-খর লীথোকখিদুনা দানি অমদি এগী ৱারী লোইশিল্লক্লে।



## নিপানশুবা শরুক

ইনেগী মিৎ শুকপদু নোংম-নোংমগী হেনগৎলকই। তশেংনমক লমজাগী পুন্সি হায়বদু ঐগী মপোক অসিনি। অসিগুম্লবা পুন্সি অসিনা কনাদবু তাইনরুনি। ৱাকৎফম লৈতে তাইনফম য়াওদে। তাকপীনবা লৈতে, ৱাবিনবা তাঙই। ইমা নত্রগা বাবা অনিগী মরক্তা অমতং লৈরম্লবদি অতোনবগী মিং অসিমদি কোক্লমগদবনি। ঙসিদি মম্লবা সংসার অসিদা লমজীংবীনবা অমদি তুংইনবীনবা কনাসু উদ্রে। মুৎলি মুৎলি ঙাল্লিবা আশাগী থাউমৈ অসি মঙায়রে ঐগী লমজিং। অমত্ত ঙায়রবা লমজিং অসিগী মখাদা ইনিং তৌনা তুং ইনবসু তৌবা ঙম্বী তারক্লে। অৱাবনি পূম্নমক্কী ওন্ন তৈনবদা ঐহাক লেপ্লে ঙসিদি।

ইনেগী ৱাহৈ অমদা লৈখিদ্রবী ইমাদো হেক হেক ইনাক্তা লেপহন্নীংই। মাগী মিৎয়েং অমদা ঐবু মনাক্তগী লাপ্পা লাপ্পা তাহোকপীরকই। মিকুপ খুদিং লাক্লরোইদবী ইমাবু ঙাইদুনতা লেল্লি। ঙরাং, ঙসি. হয়েং মতম্না নোংম নোংমগী ইহোকপিরকখি। পূম্নমক খঙনা উন খঙদবা উদবা শাদুনা খাঙজবা তাখি। হোংলক্লিবা ইনেগী মওং মতৌদু উরুবগা লমদম অসিদা লাকপা নৌরিঙৈগী শক্তম অমসু লাকশিঞ্জখি। ঐনা লমদম অসিদা লাকপা কুইদ্রিঙৈ ইনেগী চায়োক নাওয়োক তশেংনমক লৈরম্লোই খল্লি। খল্লম্মী মীওইবগী থম্মোয়গুম পেৎপা লৈতে। ফজৈদা থম্মোয়গী ধর্ম্ম। অদুবু ঙসিদি পেৎকনবগী ৱাতমক ওইরম্লে অশেংবদি পেৎপা থোৎপা নৎলমদ্রে। মীওইবগী থম্মোয়না থোৎলম্লবদি মীওইবা

সমাজ অসিদা ঐ-নং-মা হায়দুনা মীনা মীবু য়েন্নরম্বগী অৱাবা অসি লৈরম্লোইদবনি। অথোই অহেন্ত তান্নরিবা সমাজ অসিদা ঐদি শুপ্নতগী শিবা ঙাইদুনা হিংবা তাখি। মখৈ ফংনা পিকশিনখ্রবা পুক্লিংবু খুদুম চনজবা নত্তনা হোৎনফম লৈরক্তবসু কুইশিল্লক্লে। খোংদাফম মচেৎ খাক্তনা মৈরি থোক্লা চাক্লক্লিবা পৃথিবী অসি নরক হায়বদুরা হায়না তত্তনা চিংনদবা ঙম্লক্লে। অদুম্না হৌরকপা মৈরিদুনা ঐবুদি তাঙ্গোই তানা চাকপীরমদ্রে। মিকুপ খুদিংগী লাম্না ৱায়রকপদা তপ্না তপ্না কংলকপগুম থোক্লে।

ঐসু খঙই ইনেগী অপাম্বা, মাম্মগী অনীংবা অমদি লক্ষোনিগী ৱাখল। অসুক খেন্নরবা অনীংবা অপাম্বা কয়াগী মরুম থুপ্লিবা ঐনা মখোয়গী নিশানগী মরু ওইরি। তশেংনমক ঐহাক অমগী মনাকসু নক্লুবা ঙমদ অমরোমদা চোংশিনবসু য়াদ, থৈদোকপগী পাঙ্গলসু য়াওদ কপ্না কপ্না খাঙবা তাবনি। মপান থোক্লা পুক্লিং পেন্না কপ্লুবসু য়াদবা মতাংনি। মিকুপ অমা পোথারুবগী মহুত্তা মিকুপ খুদিংগী অৱাবা ইনোৎ হাপ্লকই।

খোঙথাং অমতং ইনীং তম্না থাংজবা ঙমদ্রবা ঐনা পুন্সিগী শক্তম অমবু লাকশিন্নবা হোৎনবদি নোংমতসু কাউবা ঙমখিদে। লেপ্তনা চৎলিরা পুন্সিগী খোঙজংনি। মতমগী পাওখোং ফোঙ্ঙমদনা মাতনা পুন্সিগী অর্থ মপুঙ ফানা ফোঙঙমদবগী নীংঙমদবা লাক্কনি। কায়রবা থম্মোয় পুনা পুনা পুন্সি সন্ধ্যা ওইরকপদু মিৎলু পিরাং কংদনা ওইখিরোইদ্রা অরোইবা! মসিবু পুন্সিগী ফজবা শকফল্লা ?

ইংলবা নিংথমগী লিরিবা মালং মাগী শাফুবু খারবা উলেন মরক্তা মায়য়োক্নবা ঙমজদ কংলবা উপাল ৱাপাল কয়াবু উরুবগা নাকেন্থাবু করিনি হায়গনি। মরুভূমি হায়বদুনা চানবা প্রমান ওইরোইদ্রা? অদুবু কুইখিদে। বসন্তগী অয়ুক্তা ইংনা শীৎপা মালং মাগী তান্থাদা মালেম্না ময়োল চোংলকই, নিংথীরবা কুঞ্জবন শেল্লকই। মতম অদুদা অমুকসু নৌহৌননা শান্নররি তাইবঙ জিব কয়ানা মায়ায় কারবা বসন্ত রাস। মতম অসিদনি নুংশি নুংঙোল্লবা ঈশৈগী সুরতনা মালেম শীনবা থুংখিবদি। অসিগুম্লবা নুংঙাইবগী ইথক ইপোম মরকসিদদী কনানা নিংশিংলুগনি মরুভূমিগী অৱাবা। কনানসু খল্লুদে কল্লবা নোংলৈনা ইকায় খুম্নরিবা ফিজি ফিনাবু হুমদোকখিগনি হায়বদি। নহাক্কী থম্মোয়গী অৱাবা উরবা মহাক্কী মিৎলুদগী পিরাংদুনা নহাক্কীদমক  কপখিবনি, ৱাখিবনি থম্মোয় শোক্তবা নহাক্কী

মিংলুদা শীঙ্বরক্লবা পিরাংগী ঈফুৎ লৈতে।

লৈপালদা শাৎলিবা লৈরাং অদুমা হেকপদা লৈপালদুনা হাইনা হুম্না খাঙখিবগুম লৈকোন্দা শাৎলিবা মালিকাদু হেকপদা মালতি পাম্বীনা হাইনা হুম্না কৈদৌঙৈদসু খাঙলম্লোই। ঙসি ঐখোয় মীওইবনা তাইবঙপানবা অসিদা ঐ-নঙ-মাগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী লৈদুনসু ঐগী হায়বা কোচি অমনা কন্না পনখিবনা অদুগুম্বা মরীদু মতৎ মতৎ অমগা অমগা ইশম শম্ন দ্রে। তৎন থানবা য়াদ্রবা মরিদু মাঙহনখ্রে, করিগী কনানা কদায়দা লোৎশিনখ্রিবা ? মদুগী মহুত্তা মপুং ফাদ্রবা সমাজ 'ঐখোয় মশেল নুংশিব্রবা ব্রাৎপদগী মীওইবগী মালেম অসিবু নরক্কী শীংদা চল্লক্লে। স্বর্গগী নুংঙাইবা ব্রারীগী মহুত্তা ফাওরবা বৈজ্ঞানিকশিংগী হৈশিংবগী ব্রারীনা নিল্লে। সোলার ইনর্জিবু ফাজিল্লগা মীওইবগী মীনাই ওইহল্লে। স্বর্গ মর্ত পতাল মরোল অহুম ফাওনবা লম্বী শেল্লে। এতোম বোম ন্যুক্লিয়ারনা শক্তি পূম্নমক পায়শিন্দুনা চাওখৎপা জাতিগী লেমজফম ওইরে। অহিং নুংথিল অনিদা ফাগী মথং মথং তৌদুনা মতু শোল্লবা জাতিবু লক্লবা লেপ্লে। শান্তিগী শেংলবা ঈরিক্লা মীওইলগী থম্মোয় খুদিংদা তুংবা ঙমশিল্লক্তরে। পূম্নমক খঙনা খঙনা নিংশিংনদ্রে থম্মোয়গী ধর্ম্ম। স্বর্গগী শেংলবা ব্রারীনা মীওইববু পুন্সিন্দুনা অমত্তা ওইনা মতম খুদিংমক্তা হিংমিন্নবা কনানসু পামদবগুম উরে। বিজ্ঞানগী ব্রারীনা মিকুপ কাংদনা থুগায়বিরিবা পৃথিবীনা লোইখিবদা ঙম্নমক য়াওখিগনি বিজ্ঞানগী ব্রারীসু, মদুসু কাউখ্রে। পূম্নমক কাউখ্রবদা করম্না কনানা অমুক নিংশিংবীরুনি ঐগী শোয়নাইরবা পুন্সিগী ব্রারীবুদি। পঙথরকপা মিকুপ অমদদি ঐসু শিখিবনা ফরবা মপোক্লি হায়না খনখি। অদুবু কুইখিদে, থংনবা মিকুপ্তুনা তাল্লকখি তুমিন্না পুন্সিনা ঐবু লক্লরম্বদো। ইকাইবা ফাওরকই, অনৌবা আশাসু য়াওরকই মী ওইনা অমুক হিংনিংবগী। নিংথম-কালেন, থাশি-পুর্ণিমা, কপ্পা নোকপা মতমগী শক্লোন ঙাক্তনি। শিখ্রবা মহাক্কীদমক তেংথা নাওইনা কপ্পবনি। হিংলিবা কনাগীদমক কনানবু তেংথা নাওইনা কপখিবগে ? ঐগীসু হৌখিবা পুন্সিদি হৌখ্রে লাক্লদবা মতেক অদুগীদি কপ্পরোই খল্লে। উনা উনা উশিন্নদবা খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা ঐসু তম্লকখি। অদুবু মদুনা ওইবা য়াদবা মতাংসু লাকখি।

নোংমা, ইনেগা নুপা অমগা ব্রারী শার-শারদুনা চঙলকই। ঐদি লংচাক চাক্লম্বদগী লং তৎখিদুনা লংজিন থিবা কন্না লাক্লরি। মাম্মসু

চখোকখিবা কুইদ্রি, লন্ধোনিসু কলেজদগী হল্লক্ত্রি। ইনেখোয়গী অহৌবা ৱারীদু তাহৌদ্রবসু খরমখৈদি তাহৌই।

- তাদদি লৈতবা জাৎলা ?

নুপা অদুনা হংখি ইনেদা। ইনেসু ইমুংলোমদা হাইরগুমক য়েংলগা খুল্লকই।

- লৈরম্লোইনা, লৈতমাল্লে চংলকউ লাও।

ইনেনা মাঙ থারদুনা চঙলকই। নুপা অদু চুরি মখা ওইরপ্লা লেপ্তুনা লৈহৌই। ইনেনা মাঙ্গোল কাখৎলক্তুনা ইমুং চঙগদবগী মখোঙ থাংনা থাংনা ঐঙোন্দা হংলকই।

- হায় মন্দি, নখোয় মাম্ম কদায়দা চৎকনি হায়রম্বগে ?
- ঐঙোন্দদি করিসু থোইদোকপা হায়রমদে, ইনে। নহানগী বিল শাবা লোইশিন্দবদু লোইশিন্নবা হোৎনরমগদ্রা খল্লি।

ঐগী থৌশাদবা ইতৌদুদা ইনেনা মখা তারকই।

- মী লাকই ফিদা থারু লাউনে।
- আ... য়ারনিদা... ।

নুপা অদুনা শোল্লাংননা হায়রকই। ইনেনা নুপা অদুদা ওনশিন্দুনা অমুক মখা তারকই।

- ঙহাক্তা ফমখিসিদনা কাখৎলকউ, চা গ্লাস অমতসু থকখিসি কৈদৌবগে? ঐসু ফি হোৎলুখিগে।

ঐনা ইমুংদগী মুড়া লৌথোক্লরগা হায়রুই।

- মাম্মা, সোমদা লেংশিনবীরকউ।

নীংবা কায়বগী শকফম্লি, মুড়াদু খিত্তং চিংথোক্লগা ফমই। মমিত্তুদি ঐবু য়েংই, ৱাদি ঙাংদে। ঐহাক চা লোল্লুগে খন্দুনা হায়রুই।

- মাম্ম, ঐহাক চা লোঞ্জরুখিগে।

চাকশঙদা চঙলক্তুনা চা লোন্ন-লোন্না খল্লি। ঐখোয় ইনেসিবু ফরিবা হায়বদুরা নত্রগা ফত্রিবা হায়বদুরা? মাগী ৱারীনা মীপুম খুদিংমক পুন্দুনা থম্বগুম মানা ঙাংবা হৌখ্রবদি লোইশিনবসি নাইদে। তারিবনা তানিংনা তাবরা হায়বদুদি তশেংনা চিংনদবা ঙমদে। ঙসিগীসু ৱারী হৌখ্রবদি লোইররোইসে। চা লোনবদু লোইরদুনা পুথোরকই। ইনেগা করিনো ঙাংনরম্বদু তারুবদা চাদু পীরুগদবসি খর

লুনা থোক্লদুনা থোঙজিল মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈ। ইনেনা মখা তারকপদুদগীনি তারুরিবা।

- নত্তে করি করম্না হায়রক্লিবনো হায়বা ?

খোয়রাংবা ব্রাহৈনি, পেন্দবা মতৌদুনা লোৎশিনবা হৈতবগুম হায়রকই নুপাদুনা।

- ইতৈমা, তাদ হায়গে হায়য়ু ইবুং কৌগে কৌ অদুদি নত্তদুনা 'মাম্মা' হায়না ঐবু... । ইস! ইতৈমা মীঙ্গৌসি হান্না ওহ্লোকহৌবনা ফরোইদ্রনে? ঐদি ব্রা হৌববু ইকাইরে।
- ইমাইপেম্মা অদুগী হেক ওইরে। হে... হ্রি ইনাওনা কৌহন্নীংবা অদুত হেক হায়য়ু কৌহল্লগা লোইরেদনা। নত্তে, কমদৌবগে ?
- ইতৈমা, পামজখ্রেদা। অঙাং ওইরবসু নুপীমচা অমা ওইবগী গুন শুনা চেনবগুম উই। অদুনা থাজদবসি ওহ্লোক্লা ব্রাংখ্রেদা।
- করিনোনে ইবুংঙো,কনাবুনো থাজদ্রিববো? নত্তে, ঐবুরনে ?
- হুম... হুম ইতৈমবু নৎচদে। মশক মতৌ ফজবী গুন চঙখোনবী অসিবু ননাও ঐগীদমক ইতৈমনা শীনবীবদি মেঞ্জরগী লাইবক ফবনিদা। অদুদা মহাক লৈশাবী মপুং ফারবীনি মশা মশা হায়না শীংনবা লৈরমদুনা মতম কুইনা পাখঙ শারুরগা চোপ্পা নংলোইদ্রা অসিনি। ই... ইতৈমা, ঐদি থাজবা ব্রাৎখ্রেদা।
- এ... খঙলে, খঙলে। লৈতে, লৈতে অমত্তা লৈতে। নত্তে ঐবু মদুককা খক য়েংশিন্দবী মানবরা? লৈরগবু অসুম্না অমুক হায়খিগদ্রা ?
- অদুদা ইতৈমা ঐদি চহি নিফু লাল্লক্লবনিদো।
- হেরা... ! বুদুসিদি করিনোনে? ঐনা থোকপা তৌগনি। নত্তে, নঙবু ঙাওরবরা মী পূম্নমক্লা নহা লৈশাবী তনৌবী থিবা ফংদদুনা কদায়্দগী অতা অতু খুল্লুদুনা পাঙন পাঙনবা হোৎনজবনে। য়াবা য়াদবগী ব্রাদি থোইনা খল্লুনুদা... লুহোংববু লোইখ্রবদি নঙনা হায়বতা ইনখ্রগদবনি। ঐসু নুংশিজখরে, ইমৌসে মরমসু ওকখ্রবা অঙাংনি। মরাইবক খর থীবসিদা খল্লুদুনা নঙগীদা লৈরবদি নঙনসু খর নিংথীজনা তৌবীনি খন্দুনা হায়বনি। ইনাও মেঞ্জরগীদি মীনা ফংগে ফংনদ্রবা... হা... হা... হা... ।

মখোয় অনি নোকমিন্নে। করি থোক্লগবা! ব্রাদবা ঙমখিদে ঐহাক

*থোঙজিন মরুমদুদা। ইনেনা ঐবু থাঙ্গৎপিরিবা থাক অদুদগী চোংথনিংলকই* মিকুপ্পুদা। অদুবু করিগুম্বা ৱাংলবা থাক অদুদগী চোংথরক্লগা মফম কৈদা অমুক তারুগনি হায়বদি ঐহাক খঙদে। ঐবু করম খাংসিবা খনবতদা ইশা পূম্বা খঙহৌদনা নিকই। ঐগী হকচাংনা নিকপদুদা ট্রেদগী কপ প্লেটশিংদুসু মখোন থোক্লা নিক্লকই। ঐহাক জ্ঞান তারক্তুনা চাদু পীরুই।

- মাম্মা... চা... থকসি।

ঐগী ৱাদু মখা তারকপসু য়ারিবনি অদুবু নংখিদে ইনেনা ঐবু য়েংদুনা ৱারৌবা খোঞ্জেন্না...

- ঙাইখো! করি হায়বা নঙগী হৌজিক্কীদুবো 'মাম্মা' মতুং মনাও অদুম্নকা কৌ লাক্কনু। তাদ কৌবা তল্লবসু ইশম শম্না তামো হায়না কৌবা য়াদ্রা? ফরবসু ফত্রবসু ইনাওসিগী ইমাদু লৈমনিনে লৈমা।
- ঐনা মাম্মা কৌবসিবু লাল্লবরা? ঐদি ঐখোয় মাম্মখোয়গী লেঙ্গা মানবদুদা।

নুপা অদু মরু লুক্তুনা অদুম্মক লৈ। ইনেনা থুনমক মখা তারকই।

- ঙসিদি খঙদদুনা কৌখ্রে। হয়েংমখৈদি তামো নত্রগা তাদা কৌ কদায়দগী নখোয় মাম্মগী লোন ওইগদগেনে। শকফমসিনা খিত্তং লিশন্না উরুবনি।
- হোয় হোয়... ঐহাক্কী ৱাখল অসিনসু অয়াম্বা শোকচিনখিবনি। মতম চানা ফাথবিনবা অমত্তং লৈরম্লবদি সি য়ৌনা অহল ওইজরম্লোইদবনি।

নুপা অদু মমায় খজিক্তং হাইগৎলগা ৱা পাংশিল্লকই। ঐহাক ইতোমতা ইকায়বদু খাঙজরগা ৱা লোইশিল্লুই।

- খঙদদুনা তৌবনি ৱারৌবীগনুকো।
- আ... ৱারৌজদেদা... মখা তানা খহ্নবিরক্নুদা... অ... হ...।

নুপা অদু খজিক খজিক নোক্তুনা হরাওবা মতৌদু উৎলকই। ঐসু চাদু থনল্লগা পহ্নরুবা লৈতনা ইমুংদা চঙলকই। চা থকপা লোইবগা ইনেগা লোয়ননা অদুম্মক থোকমিন্নখিবদো থোঙজিন ময়াদা য়েংলদুনা অমুকসু খল্লুরি ঐদি - করিনোনে, অসুক হনুরবা অসিবু মাম্মা কৌবিবসু ফরবসিবু তামোকাসু হায়হন্নীংলিমাল্লে। খল্লুবদা নোক্লিংবসু ফাওরক্তুনা ইতোমত থিক-থিক নোকথোকই।

## তশেংনা নুংঙাইবগী মীনোক্তুদি নত্তবনা -মীনোক্তুগী মরুমদা

*লোত্তুনা লৈরমই খল্লমদবা ৱাখল অমা নিংশিংলকই মমা অমদি মচাগী* শেংলবা মরিদো। কবিগীদমক্তা অসিগুম্বা ৱাখলসিদা তাওররিবনো খল্লুবদা ইনে *মহাক্তবু মরাল শীরুই। ঐহাক্না খল্লি ঐহাক্নদি লান্দে।* ঙকই থীনা ঙকই খল্লমদবা ৱাখল খল্লকপসিদা উরোইদবা কয়া উরকপগুম্না। ফমথদুনা লংচাক চাক্লবা হোৎনরুই অদুবু হান্নগুম্না চাকপা ঙমখিদে। ৱাখল খল্লিঙৈদা লংচাক চাকপগুম থোকখি।

লংচাক চাক্লা চাক্লা ৱাখল খনবদুগী ওন্ন তৈনবদা ইনেনা খল্লিবা ৱাখল খিত্তং খঙজরকপদুনা ঐঙোন্দদি পুক্লিং লৌশিং ওইজরি। অদুবু ইনেগী ৱাখল অসিগী হৌরকফম থিরুবদদি কোক ঙাওই। খন্দুনা য়েংউ, মচা নুপী লৈশাবী লৈনা লৈনা শিল্লক্লিবা খুশিল কনানা ঙক্তবা ঙমগনি। লুহোংবগী লাঙবা পাল্লগা মচাগীদমক লাঙবদি ইয়ামক যাদ্রবরা? ঐগীদমক ৱাবিবনি হায়রগা ঐগী ৱাদি তাবিফম থোকত্রবরা? নত্রগাঐনা ইনেখোয়দা লৈবসিবু য়াম্না কায়রবরা?

পূম্নমক খন্দবা য়াদবা ঙাক্তেনি। খল্লুবগী কান্নবদি ইয়াও য়াওদনা ঐহাক অদুম্মক খল্লি। খনবা মখৈ খল্লুরগা ঐগী লাইবক্তা তাইনজদুনা ইতোমতা হিক হিক কপই। নোংমা ইমাগী পুন্সিনা মরাই চাইথরক্তুনা পুন্সি অসি মল্লগনি খন্দুনা ঐবু মখুৎনা নাল্ল নাল্লদুনা কপখিবা ইনেনি। নুমিৎ অদুদা ঐগীদমক ৱাদুনা শিন্থখিবা পিরাংশিং ঙসিদি কদোম পাংনা চেন্থরক্লিবনো! মতম অদুদা ৱাখিবা পূম্বা মীনম্বরা? ঙকইকো মীওইবা নঙগী ৱাখল। নহাক্না তৌবা ঙম্বগুম সংসারসিদা কনা লৈরিগবা? অসুম্না ৱাখল লিশাং থারিঙৈ লোইশিঞ্জরুবা ঙমহৌদ্রবা ঐগী শন্নাংশিং মনিং তম্না চোইজাইনরমই লুতুংদা। ফাদোক্লবা শন্নাংশিং অদু অমত্তা ওইনা খোমগত্তুনা পুনশিন্ননবা হোৎনবতা ঙাইরি। লন্থোনি কলেজদগী হল্লক্তুনা প্রপ-প্রপ চঙলকই। নুংশা মরক্তা হল্লকপনা মমায় অদু ইঙাং ঙাংই। ফনদি ৱারমগনি অদুবু অৱাবা মতৌদি উত্তনা হায়রকই।

- ইনম্মা! ঐহাক ৱা অমা হংগেনা..., শেংনা তাক্কদ্রা?
- করি ৱানো? ঐনবু খঙলবদি হেক্তা তাক্কনি।
- অদুবুরো? ঙসাইনে... ।

ৱা মখা তারমদনা ইমুংদা চংখি। তাঞ্জা অদুদা ওইথংবা মিৎথক অসি

থীংবা ঙমদনা চোংলকই। লন্ধোগী ৱা অসিবু করি ওইরমগবা? করিগীদমক্তনো মানা লোইশিল্লমদনা চংখ্রিবা- খঙনিংবা মরক্তুদা মীপাইবসু য়ানশিল্লকই মিকুপ্তুদা। অদুবু তশেংনা খঙলগে হায়দুনা লংচাক চাকপদো লেপ্তুনা হংলুই।

- লন্ধো, করি ৱানো? মখাদুসু হায়রখো লাকখো, খঙনিংবনা শিগদৌরে।

লাংতক্লরবা ইতৌবু খঙনা খঙনা নিংঙাইদবা শাদুনা ফাগি ওইনা লাউরকই ইমুংদগী

- খঙনিংলনিয়ে, হন্ন হন্ন পল্লগা অমুক হেন্না হবাওরকখিনি।

মাগী পাউখুম তারুরগা থোইনা হেন্না ঙাইঙল্লক্তরে। মাগী ৱাঙাং অদুনা নুংঙাইবা পাউনি খন্দুনা থম্মোয়না তুমিন্না নোকচখি। তানিংবনা লাংতক্লরবা নাপসিনা ৱানা ঙাইজখি লন্ধোনা মখা তারকপদুতা। অদুবু মহাক মখাদি তারকখিদ্রে। ফুক হৌগক্তুনা লন্ধোগী মনাক্তা চঙলগা হংলুই।

- লন্ধো সে, করি ৱানো হায়রো। সেবা হায়রো।

ঐগী ইতৌদুদা নোকখি নোকখি তৌরদুনা ঐবু য়েংলগা হায়রকই।

- ঙসাই নুপা অমা লাক্লম্বরা?
- লাক্লমদেনা, কনানো? লাক্কনি হায়বরা ?
- নচিন থীগনু! করিসু হায়বিরোই ইবেম্মা !
- নঙনা হায়রিদুবু কনানোনে... ? ইহে... ঙসাই ঐখোয় ইনেগা লাকপদুরো?
- মানি।
- চৎখিবা কুইদ্রি ইনেগা অদুম থোকখিবনি। চা গ্লাস অমত্তং থক্তুনা ফল্লমই। মহাক কৈদৌরবগে... ?

খিত্তং ঙক্লা হংলুই। লন্ধোদি ঐঙোন্দা খর ৱারৌবা মিৎয়েংনা য়েংলদুনা -ৱাহং অমদুম হংজিল্লকই। ঐগী পাউখুম্নি খঙদবনা ঐদি অমুক্তা হেন্না ঙকই।

- ইনম্মবু দানি নুংশি হায়দুনা শোন্দুনতা লৈবদাইনে?
- হোয়নে মাবুদি নুংশি। নহাক মাবু থেংনরকপরো? কদায়দা লৈহৌবগে? কৈদৌঙৈ থোরকই হায়বগে? য়েংউ লন্ধো অসুক কুইবসে, নোংমতসু উনবা ফংলক্তবনি। মহাক ঐহাকপু শোয়দনা

উনীংলমগনি। ঐসু মাবু নোংমত উনরবদি হায়দুনা খন্দুনতা লৈরক্লিবনি।

- হাইমা... হৌজিক্তা লাক্লমইবা নত্রো?
- করম্বা কান্দা লাক্লন্নিবা? ঐদি থেংনহৌদেনা। মাদি লাক্লমদেদা... লাক্লমই হায়রকপ্রা? কদায়রাইদা থেংনরকপগে... উনবা ফংলরোইদ্রা? লন্মো মহাকপু অমুক্তা উনহল্লুবা।

কুইনা নোকউ তমখিদ্রবা ঐগী থম্মোয় অরাবগী লৈচিন্না কুপশিনখিবা খঙহৌদে। দানি লাক্লমই অদুবু ঐগা উন্নহৌদ্রে খন্দুনা নীংঙমদবনা হেল্লক্কুনা মিৎলুদা ঈরা হৌরকই। অদুবু লন্মোনিগী মমাঙদা লাওনা খোংনা কপ্লুবসু ঙমদ তুমিন্না লেপ্পুনা লন্মোগী রাবু অমুকসু ঙাইরুরি। মমিৎ অনিদুনা ঐবু য়েংনিংদবগুম মিহুৎথোঙদা য়েংথোক্লদুনা ফমুংদা হিপথরগা মখা তারকই।

- হৌজিক মীঙোন্দা অরাবা পিরুবগী কান্নবা লৈতে।
- ঐহাক্লা মঙোন্দা অরাবা পীবা! হুম.. ঐদি মাবু রাহনবসু পামদনা...।
- ইনম্মা... ! নোকউ নহাক্লা নুংঙাইতনা কনানা নুংঙাইনি।

ঐদি দানিবু রাহনগে খন্দবনা নোক্লিংবা পোক্লুবনি। অদুবু লন্মোদি ঐবু তশেংনা রারৌবগা লোয়ননা হিপ্লম্বদগী ফমুং মথক্তা ফল্লদুনা ঐবু শাওনা য়েংদুনা লৈ। ঐহাক রাফম অদুগী অর্থদু লৌশনবা ইঙম ঙমদবগুম মখা অমুকসু তারুই।

- ঐহাকপু নুংঙাইবা মানব্রনে? মানবু মাল্লবদি ফৈদা। মসিসু ঈশ্বরনা শেম্বদা হাপ্পীরকপা গুণ অমনি। অদুগা লন্মো, ঐদি দানিবু রাহনগে হায়না অমুক্তসু খল্লুদনা করম্না রাহনগদৌরিবনো?
- ইনম্মা! কনা কনাগুম্বা নুংশিনবা কায়নবগী পাউদুবু ইনম্মবু তানিংবরা? নহাক লুহোংলনি তাবদা দানিনা ওইগদবা ফিভমদুবু নুংঙাইবনি হায়না খনবনা চুম্বরা ?
- ঐবু লুহোংবা... ! হ... হ... হ... কনানা পাউথোকপিরিবা ?
- ইনম্মা নহাক্কী দানিগী মহুৎ তাদ মেঞ্জরনা শিন্দুনা নহাক মেঞ্জরগা লুহোংদৌরিবা নত্রা ?
- লন্মো... !

লন্মোনিগী খজাইদা খুবাকসিনা থারুই। কিনা নিক্লবা থম্মোয়সি

ঈহৌরক্তুনা মিৎলু অনিদা ঈফুৎ ওইনা তরং তরং শিহুরক্লিবা পিরাংশিং তৈথোক্লুবা নাইদনা ৱাখন্না কঙাওনরক্লি। মিৎলুদগী শিহুখিবা পিরাংশি অদুনা লিক্লু পরেং তত্তুনা চোইনা কেনবগুম লৈমায়দা তপ-তপ তারি: ঙাইহাক্কী মমাঙদা লাক্লম্বা ইনে মহাক্কী মফমদা মরাল পূম্বা হৈজিন্দব। ঙমখিদ্রে। হৈনদ্রবদা খাঙবা ঙমগদবা থম্মোয় অতাংবনি। তশেংনমক ঐসু খাঙবা ৱায় লঙ্কোগী ৱাহৈশিং অদু। মৈ হৌনা নিক্লুবা হকচাং অমদি ফাইথ্রবা লৈয়েংনা মখা তারুবা তৌদনা ইতোমতা হিক হিক কপ্লি। লঙ্কোনা মখা তারকই।

- ইনম্মা! ঐহাক্না ঙসি তল্লিবা পাউ অসিনা ইনম্মাগী থম্মোয় কায়বা তারবসু পাউ অসি করিগীদমক্তা তল্লরিবনো হায়বদি ইনম্মনা খহুবীয়ু ইনম্মনা হার্যাখিবদাই 'নুংশিবা হায়বসিনা সংসারসিদা খ্বাইদগী নুংশিবা পোৎশক্লি' হায়না। থাজৌ ইনম্মা! ইমানা নহাকপু মেঞ্জরগী মফমদা শিন্নরল্লে। ঐহাক্কি ইনম্মসু খঙলবদি খন্দুনা ইমাবু করিসু হায়রুদে। ঐহাক ইমাবু থিংজৈদ্রে। পুকচেল পিক্লুবী ইমানা ইনম্মবু খঙহন্দনা শিন্নরল্লে। ইনম্মবু খঙহন্দনবনা ইমাগী লাইনিংনি। ইনম্মা, ইমানা হায়বা ইন্দবগী চৈবাক অদুদগী নুংশিবা অমা মাঙখিবগী অৱাবা অদুনা হেন্না কিনে। ঐসু নুপীনি নুপীনা নুপীগী অৱাবা খঙদ্রবদি নুপী ওইনা হিংলুবগী অর্থ করিনো ?

লঙ্কোনিগী ৱাহৈশিংদো তাবা ঙমশিল্লক্তরে। ৱাহৈ খুদিংমক বজ্র অমমম্গা মান্নরে। থাক লাওবগী খোঞ্জেলতনা পীক থনখ্রে। ঐহাক অৱাবসু মাংখ্রে, শাওনিংবসু কোকখ্রে, সুপ্নতগী নোক্লিংবতনা পিক থনখ্রে। জ্ঞান তাদনা নোক্তুনা হায়দোকখি।

- লঙ্কো নহাক্সু ঐবু লক্লরি। খঙউ লঙ্কো নহাকসু নুপীনি হায়বা। অমুক্কসু তাকপিগে খঙজৌ নুংশিবা হায়বসে পুখমদা হাপ্লগা পুখম মানবা তেঙ্গোত্তা হাপ্লগা তেঙ্গোৎ মানবা ঈশিংগুম্বা পোৎ নত্তে।
- ও! ইনম্মা, ঐবু লান্না লৌবীগনু। নুংশিবগী ৱারী তত্তনা লীরিদুনা ইনম্মনা ঐবু নুংশিবা মশক তাকপিখি। অদুগা ইমাঙমক্তদা মাঙখিদৌরবা নুংশিবা অদুবু কন্নিংবা পোত্তুবদি করি কান্নরুখিগনি নুংশিবা মশক খঙলুবগী।
- লঙ্কো, লুহোংবা অদু করি থাগী কয়ানি পানবদনো ?

- ইনম্মা, নুমিৎ অদু লেপ্পরবা মতমদা শোয়দনা খঙহল্লক্কে। মতম অদু ফাওবদদি ইমাগী মাঙদা খঙশিন্নদবা শাবিযু নত্রবদি ইনম্মগী অৱাবা তাখিগনি।
- খঙলে লন্ধো চৎলো, নহাক্লা তৌগদবা নথৌ তৌরুরো।

হায়রম্লগা থোরক্কুনা লংচাক চাক্লুস্না ময়ামদু লোইশিল্লুরে। ঙসাইগী হনুবা অদুবু... ঐগী ইনেমক্লা... অদুগা ঐনা... পূম্নমক ওইথোক্তবনি। ইনেনা ঐবু নুংশিবা ইঙম ঙমদ্রবরা নত্রগা নুংশিমন্দুনা তৌরিবরা? মহাকসু নুপীনি - ঐগী ৱা তাদ্রবসু য়ানরবরা? ঐগী উপাইদি করি লৈরি। খল্লুবদা কোক্তুম ঙাওই। পুম্নমক দানিগা অমুক্তং উনরবদি ৱারুবগী কান্নবা [illegible]। অসুক কুইবসে উনরক্রুগা ঙসি হয়েংসিদা করম্না উন্নরগবা! ইনেনা তানখিবা তারগা ঐহাক অসুম মাঙখিবা তারবরা? ওইথোক্তবনি, ঐহাক শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কৈ।

খল্লুনা খুদিং শাননবা তাখি। পূক্লিংগী শান্তি করম্না মতমদা ফংলক্লে। নোংমা নোংমগী খর খব ইক্কেকপিরক্লে মীরমলেনসিদগী। থিংনা থিংনা থিংনিংলক্করে। সমাজ অসিবু য়েংলুরগা নিংঙমদবনা থল্লক্লে নুপীগী পুন্সিদু খল্লুরগা পুক্লিং অসি পিকশিল্লক্লে। ঐগী লাইবকপু নিংশিংলগদা পুক্লিংদা অনিঙবা থম্লিংদ্রে।



# মাপনশুবা শরুক

নীংবা কায়বা হায়বসিনা থেংলুরবদা মচেৎ তাদনিংঙাই করি লৈরি কায়গল্লবা থম্মোয়দা- ফনা ফনা হৌরকপা মীওই কয়ানা নীংবা অমুক্তং কায়খিবদা পুন্সিবু ফাগিগুম খন্দোরক্লুনা মপুন্সি চুপ্পা মায়ওন শোয়খিবা অতাংবা নত্তে। অসুম্না নীংবা কায়বা হায়বসিনা পুন্সিবু মশক থীহল্লি। ঐহাকসু অসুম থোকখিগদ্রা মিপাইবা হৌরকই। ব্রাফম অসিদদি থোইনা শাংনা খঙ্কুরুবা ঙমখিদে। মরমদি হাংপা কনবা হায়বসিদা কনবনা চাউই হায়বসে ময়াম্না খঙনরবা ব্রাফম্লি। ঐনা ঐগী পুন্সিবু দাগ কয়া লৈদুনা অমুক হেন্না মশক থিজিলহনবা পামদে। ঙানা অখংবা খুদিং ফ্রং-ফ্রং চাউখৎলি হায়বদু নিংশিংলক্লুনা পুক্লিংবু থৌনা হাপ্লিরি। তশেংনমক মশিং খঙদনা কায়রবা ঐগী থম্মোয়নি। নীংবা কায়বগী হকখিবা দাগ খুদিংগী খাঙবা কনবগী লিচিংদি হেন্ন হেন্না চেৎশিঞ্জবা তাখি। চাবা থকপা, তৃম্বা হিপ্পা মতম খঙলক্লবা কুইরকই। নোংমসু কাউদুনা চারুদে। নোংমসু তৃম্বা ময়াদে। অসুম্না হৈনরমদবা কয়া হৈনরকখি। পুন্সিবু ফাজিন্নবা হোৎনবদা। নুমিৎ কয়ানি চরা হেনবা চোকথবা হৈতবগুম খাঙখি। অহিং কয়া তৃমদবগী মিৎশেন খাঙবা ঙমজখি। অমরোমদা হকচাং অসিদি মালিনা য়েংশিনবীদ্রবা লৈকোনগুম নোংম নোংমগী মঙ্কুরক্লি। মতম্না হৌখিবগা লোয়ননা পুন্সিসে লায়না কয়ানা তিল্লকখি। ব্রাখলগী লায়না হকচাংগী লায়না পূন্না অমুক খাঙজবা তাখি।

তৃমদ-চাদবনা তোয়শিল্লকপগী হৌনবী, ঐগী হকচাংসু নোংম

নোংমগী চপশিন কংশিল্লকখি। ফঙমদ্রবা লায়না অমনা লাইওইরক্তুনা ঐগী শকফম ওল্লক্লবনি। ঐগী শকফম কায়বদুনা মরম ওইদুনা ইনেগী থৌশিলসু মতম  কক্তনা য়েথোকখিবগুম তৌই। মাম্মা রনবীর অদুক হাক্লা জ্ঞান তাদবা মীশক নত্তবা অমদি মীরক তিনবা ওইখিবনা ঐগী ফিভম ফগৎনবা লেপ্তুনা হোৎনৈ। নোংমতা লেপ্তে মাইবা ডাক্তর কয়া কয়া কৌরুদুনা ঐবু য়েংহল্লি। ইনেনসু ঐহাক্কী ফিভম ফগৎনবতা হোৎনরি। ঐসু খঙই ঐগী লায়নাসিদি হীদাক চাবা কাপ্পনা ফগৎপা য়াররোই হায়বদো। অদুবু ঐহাক হায়দোক তমথোকপদি য়াদনা মখোয়না হায়রিবমখৈ য়ারমই।

নোংমসু ডাক্তর অমা লাকই, ঐখোয় মাম্মনা কৌরুদুনা - ঐহাকপু য়েংলবা তুংদা হায়রকই।

- খর লুবা লায়নানি।

ডাক্তরগী ৱাদুদা খিত্তং পাখৎপা উৎলদুনা মাম্মনা হংলকই।

- কমদৌবা ডাক্তর ?
- অনাবসিবু হায়জরিবা, হিদাক চারগা কাপ্পগা ফবদা খর ৱাগদবা লায়নানি হায়জরিবা, হকচাং খিত্তং কনখৎনবা ইঞ্জেক্সন মচা অমত্তং পীবদি করিসু কায়দবা! মসি ৱাখল খনবা হেনমনবননি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অসিগুম্বা লায়নাসি মতমগী মখা পোল্লি হায়নসু হায়জনিংই। সুম চুম্না করিসু থোইদোকপা তৌদনা চাক্কা সুকচামক চাদবদি নত্তবা চাবগী চাংসে খর খর হন্থরক্তুনা চাং চারক্তবা, তূম্বা হেক য়ারক্তবা মসিনা হকচাংবু শোকহন্দুনা অনাবা মীগুম উহনবা অসিগুম্বা লায়নাসি শাথিবা লায়নানি। হীদাক লাংথক্কীদি দরকার ইওইবু ওইদে। ঐখোয় মপি মপা শকপশিংনা খর ফজনা শেন্নবিরগা হেক্তা ইরাই লাইনা কোকপসু য়াওবজাৎনি।
- হোয় ডাক্তর, মনিংবুদি ইথুং থুংজদ্রবা অঙাংনি। অদুদা হীদাক লাংথকসু থোইনা দরকার লৈতে হায়বসিদা ইয়াম্বদি তৌফম অমা খঙলোইদৌরিবো।

থোইনা দরকার লৈত্রে ইয়াম্বা হিদাক লাংথক্কীদি। মসিদি য়ারিমখৈ মপুক্লিং নুংঙাইতবা তৌহন্দবা। আ... ঐখোয়গী... মথৱায় নুংঙাইরগা চাবা তূম্বা খর য়াদুনা খর মফগনি হায়জরিবা। মথৱায় নুংঙাইতবনা হেঞ্জিনখিবা তারবদি ৱাহুবনচিংবা থোক্লকপসু য়াই। ঐখোয়গী অকি অখঙ

হায়বদি থুক লাউবা পাউসিনা য়ারিবমখৈ তাহনবীদনবা হোৎনবিবা ফৈ।

ডাক্তরদু মপোৎ মচৈ লোইশিনবা লোইদুনা মাম্মগা থোকমিন্নখি। ঙাইহাক লৈরগা ইনে চঙলক্ত্নুা হংলৈ।

- করি করি হায়রমই ডাক্তরনা ?
- করিসু থোইদোকপা তৌরোই হায়রমই।

ঐহাক মখাদি তারুদ্রে। ঙাইহাক লেপ্লুরগা ইনেনা ঐবু য়েংদুনা হায়রকই।

- করিসু থোইদোকপা তৌররোই হায়বা! ফরে ফবু ফরবদি শোয়বদি য়াবা নত্তেকো মন্দিনা

ইনেগী অকোনবগী ৱাহৈ অদু তশেংনমক অকিবগী তু চুংই। ইনেমক ওইদুনসু ঐদি নক্লজনিংদ্রবনি। অদুবু নোংম নোংমগী তকশিল্লকই। ইনেগী ৱাসিবু মাম্মদি ইখঙ খঙদবগুম্নসু উই। মাম্মসু ঐগুম্না খঙদবা শাদুনা লৈরবরা? লুহোংবগী ৱানা করম্না লেপ্পখ্রবা হায়না খল্লিঙৈদা হোয়-মাই অমত্তা হায়রুদে। ইনেনা খিত্তং মোমোন তৌনা মখা তারকই।

- নখুত্তা হামদনা চারুগদবনি। ইমৌনা হায়রিবমখৈ য়ারগদবা নুপানি।

তানিংদবনা পরেং লেংবা হৌরকপদুদা ঐহাক লৈফম খঙখিদে। ঐগী ইতৌ অদুদা ইনেদো মখা অমুক তারমদনা ইমুং চঙখি। লম্মুক্লরবা ৱাখন্না পুন্সিগী উপায় অমত্তং ফংলরোইদ্রা হায়না খনবা হৌরকই। ইনেগী ৱাসিবু ঐখোয়গী মাম্মসু খঙলবা ৱাফম্লা? লুহোংবগী ৱানা কনাগা করম্না লেপ্পখ্রবা! খঙনিংবনা লাংতক্লখি। মরক অসিদা দানি অমুক্তং থোরক্লবদি ঐগীদি মপোক অমা ফংবগুম্না নুংঙাইজবা ঙমগনি। করিগুম্বদা মাবু উন্নজরবদি ফোংদোক্লগে খল্লি পূক্লিংগী ৱাসে। পুঙমদ্রবা পুক্লিংঅসিবু খঙবীদুনা লাপ্পা তাম্না পুবিদুনা পুন্সিগী অনৌবা থাক অদু কাজনিংলুই। মসিসু লাইবক অসিদদি তপ্লমদ্রবোই পূম্নমকসে ৱাখল মাতনা ফংনিংলুব। ঙাক্কনি। তরক্লরবা পুন্সিনি হায়বা খঙলবা ঐনা কনাগী মতেং নিরুখিগনি। তশেংনমক নাইতোম তাদুনা লাক্লবা পুন্সিনিকো। ঐগী পুন্সিগুম্ন তরক্লিগদরা নোংঙাইল্লমদাই শজিক হায়নবদো। মীওইবগী চৎনরোল ৱাংমদা চৎলুরসিরা হায়না ইতোমতা খল্লকই। অদুবু থম্মোয়সিনদি য়াদ্রি লৌনম নমথাক অদুবুদি। পিরাংলক্তা হৌরক্লবা পুন্সি অসিনা তরক্লবা তারবসু নাইতোম ঙানবা নোংঙাল্লমদাই শজিক্লম্না মিকুপ অমতং ওইরবসু

ঙানজনিংবা মপোক্লি। অদুবু নোংঙাল্লমদাইগী অতিয়াদা পকলম্বা শজিক মহাক্লা মালেম লৈতঙ্গাইসিদা তারক্তুনা মচেৎ মচেৎ চাইথোকখিগনি হায়বদি থাজবগী ৱাংমদা থমজরুবনি। পুন্সিগী অকা অকুম তুংইনজবা ঙমদ্রগা কপচবনা ইথৌ ওইরকই। অসুম্না অসুম ৱানা হৌখ্রবসু পুন্সিনিকো। অদুগা মিকুপ অমত্তংসু অৱাবা মমি তাদনা মিকুপ খুদিং হরাও মীনোক তম ময়েক শেংনা নুংঙাইবগী ময়িনা য়েক্লসল্লবা মখোয়গী পুন্সিসু পুন্সিনিকো। পুন্সিগী মরক্তা খেন্নবা অমুক লৈরি হায়বা কাওথোক্লুরবা ঐনা তত্তনা ওল্লুরি অনেম অৱাং অফ-ফত্ত খন্দুনা। অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা পুন্সিগী অর্থ অসি নোংম নোংমগী পাকথোক চাওথোকপগুম্না ঐগী পুন্সিগী মমলসু কাখৎলক্লি।

পাম্বৈ অমা থিরগা লানবা য়াবা মফম ওইরগা লাল্লগে খল্লি। অদুবু হোৎনবা হায়বসিদি লেপহৈদ্রবা থৌদাংনি। ঐহাকসু হোৎনবদি লেপ্তবা তাই। হায়জফম থোকপা হায়জরবা ফাওবদা য়াবিবা লৈখিদ্রবা ইনেগী অরেপ্পনি। তশেংনমক ইনেগী সেবা তৌদুনা পুন্সি লেঞ্জরগে হায়জরবনি অদুবু য়াবিবা লৈখিদে। লমদম তাম্না লৈখ্রবা দানিগী মফমদা চিঠি মচা অমতং থাজনবগী তাঞ্জাসু লৈখিদ্রে। তামোহেন ওইরবসু ঐগীনি হায়বা মীশক অমদি ঐহাক উননীংবনা মিকুপ অমতং পল্লেপফম খঙলক্রুবা মতমনি। অদুবু উনবা ফংবা ফংদবগী ৱাদি ঐঙোন্দগী লাপ্না অদুম্মক লৈখি। নীংদুনা থুংদ্রবী ঐগী ইফমদদি নীংলুবগী অর্থ লৈতে। নোংমগী অহিং অমা নুংথিল অমদি লেপ্তনা চৎখি। থুংঙমদ্রবা অনীংবদি লেঙদনা লৈহৌরি লোইখিবা হৈতনা। অসুম্না নুমিৎ কয়ানিসু হৌখি। অৱাবা কয়াসি খাঙনা খাঙনা পুন্সি মতেক অমসু হৌখি।

ঙসিনা করিবু থোক্লগবা - নোং হেক ঙানবগা হৌরুবা নাইদনা খল্লবা ৱাখন্নি। ঐনা ফংলিবা পুন্সিগী শক্তম অসি অতোপ্পা কনাগুম্বনা ফংলম্বা থোক্লবদি পুন্সিগী শক্তম মাঙখিগনি হায়বসিদা ঐহাক্লী থাজবসু লৈবগুম্না অমুকসু ইথন্ত চাউথোকচরুই। খাঙবা কন্নবা হায়বা অসিনা ঐগী ৱাশক অমদি তৌদ্রবা য়াদ্রবা পুন্সিগী থৌদাংনি। পুন্সিগী লানফমদা মায়োক্ল বা ঙমজবা নত্তনা করিসু পাম্লক্তবা কুইরবনি। অদুবু ঙসিদি ঐহাক কন্না লৈহৌদ্রবা য়ুমদুদা অমুক্তং চৎলুগে হায়না খল্লকই। শীংখোং কিন্থুরবা ফক্লাংশিংদুদা য়েক্তুনা তাক্লমগদবোই নীংলুই ঐগী পুন্সিগী লম্বী। ঐগী

য়ুমদুতদা য়ৌরগা কোক্কদ্রা খল্লকই অৱাবা কয়াসে। অদুবু ইনেগী মফমদা পঞ্জরুবা ঙমখিদে। ঐনা ইয়ুমদা চৎনিংলবসু ইনেনসু য়ারক্তবা কুইরবনি। ঐনা তৌগদবা থবক খুদিংমক ইনে মহাক্না য়ারবা মতুংদা চত্থবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। পাঙজদ্রবা পুক্লিং অসিবু ফাজিন্দুনা ইনেনা হায়বা ইন্দুনতা লাকপনি অদুবু লুহোংবগী ৱাফম অসিদদি ঐহাক ইনেনা হায়বা ইনগে হায়না খল্লুবা ঙমখিদে।

ঐহাক থোইদোক্না জ্ঞান লৈত্তবী নুপী মচা অমদি নত্তে হায়বা ইশা ইথন্তসু খঙজে। খনবা মখৈ খল্লুরগা ইনেবু অমুক্তং ৱারী শাদুনা জ্ঞান তানা ঙাঙনগে খল্লবসু কান্নবা লৈখিদে। ঐগীসু নুংশিবা লৈ হায়না চোংথোকচরুবসু তশেংনমক ঙমজখিদে। মরমদি দানিবু ঐনা থম্মোয় শেংনা নুংশিজরবসু মহাক্কী অরেপ্পা অদুদি খঙলুদ্রি। মহাকপু উনদবসু ফনা কুইরে। উপাই লৈত্রবা ৱাখল কয়ানা ঐগী পুন্সিবু মশক নাইরোইদবগী অকিবা পোকহল্লি। করিগীসু মিপাইরোই ঐনা ঐগী পুন্সিবু খঞ্জরুরগা মায়াগী কল্লবা থৌরীনা পুন্দুনা থল্লিবা তাইবং পুন্সিনি, পাঙ্গল লৌশিংনা থদৎপা ঙল্লরোই খন্দুনা লৈথোকপসু ঐগী ইফমদদি ওইথোক্তবনি। ঐহাক পুন্সিবু জয় তৌবা নত্তনা ৱাখল অতৈ লৈতে। তশেংনমক পুন্সিবু পুথোক্তুনা মশক তাকপা ঙম্বা মীশক অমা ওইনিংই। চাওখৎলবা মীওইবা জাতিনা মঙালবু ফাজিন্দুনা বিজ্ঞানগী শক্তি ওইহনবগুম্না পুন্সিবু খুৎনা তাপ তাপ পায়দুনা মপুং ফাবা শক্তম অমা লাকশিনজবদু নত্তনা অতৈ অতোপ্পা খঞ্জরুদ্রবা পুন্সিগী তাঙ্কক্লি। অৱাবদি, ঙায়োক চফুদা য়োক্তুনা থল্লিবা লেমলৈগী পুন্সিনা মাইকৈ খঙদ্রবা সমুদ্রগী আশা থাদোকপা ঙমজদ্রিবসিনি। কুমগী নোংহৌ লাক্তুনা ঈরম খোংলম ইচেল ঈচাউরল্লবসু চফুদা য়োল্লিবা লেমলৈ ঙানা মাইকৈ খঙদ্রবা সমুদ্র য়ৌরক্তুনা চেন চোংদুনা শান্নজবা ফংলকখিগদ্রনে? ওইথোক্তবা ৱাফম্নি। পীল্লবা চফু অদুগী ঈয়াইদুদা মনিং তম্না চেন চোংদুনা শান্নজরল্লগা নোংমা চাক্লুক্কী ঙারৌ ওইরুবা হায়বসিনা অরোইবদুনি। করি খেন্নরি ঐগী পুন্সিগা। অসুম্না অরোইবা অদুতা ঙাইদুনা লৈবা অচুম্বা অফবা নত্তে। মরিং মরাংলবা ৱাখল কয়া খন্দুনা নোংমগী নুমিৎসু য়ুংলকপা মপাসু চারুরি খঙহৌদনা জীপ অমা থৌজিল্লকই। ঐগী ফমুংদুদা ফম্লদুনা লৈরম্বদগী ঙক খিত্তং থাঙ্গত্তুনা মিহুৎথোঙদা য়েংথোক্লুবদদি জীপ অদু শুমাঙ মচিদা থারমল্লগা তামোহেননা মাঙ্গোল তম্না

চঙশিল্লকপদু উরুরি। ঐহাক হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা ফাওই। হ্রাওমনখিদুনা তৌফম খঙখিদে। প্রপ প্রপ চেহ্লোক্তুনা কৌরুরি।

-- তামোহেন করি থবক্কীনো চঙবীরকউ, কদোম চৎপিরুবনো? হেক্তো লেঙখৎপিরকউ য়ানিয়ে।

কুইনা উনরুদ্রবা তামোহেনবু উরুবগা মিৎলুদা পিরাং শিন্থুরকই। শিন্থুরিক্লবা পিরাংশিং অদুবু ফিজিনা তুমিন্না তৈথোকচদুনা ফিদা থারুই।

- অস! ব্যাবহ্যবকাসিদি য়াম্না হৈরম্লেনা... ।

ৱা মখাদি তাদনা কাখত্তুনা ফমই। ইকোয় কোয়নরমদবা তামোহেননি। অদুবু কুইনা উনরুদ্রবা অদুদা ঐসু খিত্তং খৌতক তৌরুই। তামোহেনসু নুমিত্তুদি খর হঙ্গোইবগুম্না উই। মীসে সুম লোয়নখিবনা ফৈ।

- নহাক্কী লৈফম থিরকপদা ঐদি আ... য়ৌরুরে। য়াম্না নুংঙাইরমাল্লে অমুক্তা লাকখিদ্রেনে।

তামোহেনগী ৱা তাবদা ঐহাক্কী নুংঙাইতবা অমুক হাপচিল্লকপগুম তৌই। শকফম হঞ্জিল্লবা মায়থোঙনা পাউখুম পীরুই।

- তামোহেন ঐহাক নুমিৎ খুদিংগী লাক্লিংদুনত লৈখি অদুবু ফনা চৎনিংদুনসু ঙসি ফাওবা খোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রিবা অসিনি। তামোহেন্না খঙবিরিবা অদুনি, ঐগী পুন্সিগী ফিভম খর ফত্তবননি।
- নহাকপু য়াম্না চিল্লবরনে, ফি শারি হায়বদুরা ?
- নত্তেদা ফি শাবগী ৱাফম নত্তে..., ঐহাক চা লোল্লুখিগে ঙহাক্তং ফম্লস্মুকো।

ঐগী ইতৌ অদুদা নংহৌররোই মতাগুম খাল্লকই।

- এ... চা লোল্লুরগনু... থক্তুবসু য়ারনি। ঐহাক চৎলগদবনি। নঙোন্দা ৱা খরদং হায়রমগে হায়না চঙলকপনি।
- ইস! হৈত্রা থক্তবকা অমত্তা য়ারোই। অসুক কুইরবগী তুংদা উনরগা ঙহাক্তা ফম্লমখো চা গ্লাস অমতা থকমিন্নখিসিকো।

ঐহাক ৱা মখা তারুদ্রে অদুগা তামোহেন্না হায়রকপা অমুক ঙাইরুবা তৌদনা ইমুংলোমদা চা লোনবা চঙলকই। ঐখোয় ইনে থোরক্তুনা তামোহেনগা ৱারী খর শাহৌই। ঐহাক মখোয়গী ৱারীদু তারুদ্রে। ঐহাক্না চা লোনবা লোইরদুনা চা পুথোক্তুনা থোরকপা মতমদদি ইনেগী মহুত্তা লন্ধো ওইনা লৈরমই। ঐসু চঙশিন্দুনা চা পীরুই।

- তামোহেন চা থকসি।

ঐখোয় ৱারী শানা শানা চা থকপা হৌই।

- তামোহেন চাসি থুম্বা খিত্তুং হেনমনখ্রমাল্লে।

লম্বোনা খঙহৌদনা হায়দোরকই। তামোহেনসু নোকমি নোকমি তৌরদুনা পাউখুম পীরকই।

- হয়েংমখৈ থক্কদবা চাগী চিনিসু ঙসি পুন্না থাক্লবরা খঙদ্রে মাগীসে। ঙসিনা লোইরবনিনা ...।

তামোহেনগী পাউখুম তারুবগা ঐহাক খিত্তুং ঙকই। অদুবু খল্লুবা নাইদনা ইয়াং য়াংনা হায়দোকখি।

- ইস! হৈত্রা, অমুক লাক্লিংদ্রবরো? ঐ ঐদি তামোহেন্না লাকপা খুদিংগী চা হেক্তা লোনগনি।

- অদুদা ঐনা ফনা লাক্লিংদুনসু লাকপা ঙমগনি নীংদ্রে। নত্রনে লম্বোনি।

লম্বোনিবু মাগী মীচঙগুম্না ওনশিন্দুনা হায়রকপদুদা ঐহাক অমুক হেন্না ঙকই। অর্থ খঙদবা ৱাহং খরদুগী পাউখুমদি ৱাহং অমনা পীরুই।

- করম্বা মতমদনো? কৈদৌগদৌরিবনো ?

- মৌ অনৌবী ওইখ্রবদি... মপুনা শোয়দনা শাওফম থোকইদা... থোক্রনে ?

- ইস হৈত্রা... ঐখোয়দি ৱাংলিয়ে। মপুসু লৈতনা কনানা য়েংশিনবীগদৌরিবা? ঐদি নৌসু নৌররোই।

খল্লুবা লৈতনা হায়দোকখিবা ৱাহৈ খরদুনা তামোহেন্না হায়গে লাকপা ৱাহৈ খর চিংথোরকপগুম থোকখি। ঙসাইমখৈ হৌদোকপা ইঙম ঙমদনা লৈরম্লবা ৱাহৈ খর পল্লকপদুনা ঐবু খরদি খছ্হল্লি। শকফম খিত্তুং হঞ্জিল্লগা তপ্না হায়রকই।

- মন্দিনা ঐনা লাকপগী মরম অসি নহাকসু খঙনীংলমগনি। অদুবু ঐগী ৱাসে খঙলগা নহাক্কী ৱাই চিনবা শোয়দ্রে হায়বা অসিমদি ঐহাক খঙলে।

- করি মরমনো? করিগী ৱাই চীনগদৌরিবনো ?

- ঐদি ৱা হৌদোক্কে হায়না লাকপনি অদুবু নহাক্তি ৱা লোইশিন্দুনা লৈরম্লে। ঐহাক চৎলগে, ঐসু লুহোংবদো য়াওবা ঙম্বা

য়েংগে। লুহোংবদো নংননবা দেব্বানিদসু টেলিগ্রাম তৌখিগে।

- কনাগী লুহোংবা নুমিত্তা ?

ঐদি ইঙক ঙক্কা হংলুই। ইনেগী খুৎশিন তামোহেনসু খঙলবরা হায়না চিংনরকই। অদুবু হংলুবদি লৈতে।

- মন্দিনা ঐহাক নহাক্কী তামোহেন্নি। করিগীদমক্তা খঙহন্নীংদ্রিবনো? নহাক্কী অপাম্বা লম্বীদা থীংননবা পাঙ্গল লৈত্রবনি। ঐহাক্তি সুম চুম্না দেব্বানিনা ব্বা অমা হায়রমউ হায়বদুদা লাকপনি। মানা ব্বা অমা হায়গে হায়না হায়রম্বরা ?
- উম হায়রমই, করি ব্বানো হায়না হংলুরবসু হায়য়ু য়াখিদে। তামোহেনবু করি ব্বানো খঙব্রনে ?
- ব্বাদুবুদি কোন্না হায়বসু য়াবনিদা - অদুবু কোনবা ঙাইরিবঁদা অচৌবা ইরাল ওইহৌরে।

ইতপ তপ্না মরৌ লৈবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা ঙসাইমখে তুমিন্না লৈরম্বা লঙ্কোনিনা মরক থৎলকই।

- ঐখোয়দি মীনা ব্বাবা উরগা ঐখোয়না হেন্না ব্বাজে, অদুবু মীগী অব্বাবা খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবসু য়াম্না লৈরমই।

লঙ্কোনিগী ব্বাদুনা মচেক্তা য়েবগী চৈনা ফংবগুম্না তামোহেন ঙহাক তুমিন্না লৈরুবগা থৌ ইশা শাদনা খুমলকই।

- হেরা... খোঙহৌ কোনবা লমজেল চেনবা! খোঙহৌ থেঙজবননি লৈবীহৌরোকা হায়রক্কদরা হায়না খলহৌদবা য়াদবনি।
- করিগীবু হায়রুগবনো? ঐখোয় ইনম্মদদি হায়রুরবসু হায়রুদ্রবসু য়ারবনিদা! নত্রনে ইনম্মা?

লঙ্কোনিনা নোকফেৎ তৌনা ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লকই। মখোয় অনিগী ব্বারীদো অর্থ ইয়াও য়াওদবগুম্না করিনো হায়বা খঙদনা তামোহেনবু অমুক য়েং, লঙ্কোনিদা অমুক য়েং তৌদুনা লৈরি।

- লাল্লিবদি ঐগী মরুপ ওইরিবা মহাক্নি। অসিগুম্বা অনীংবা অমা লৈ হায়বা খঙলবদি মতম চানা ফোংদোক্লমগদবনি। য়াহৌ থেঙবা মহাক্না ব্বাজহৌবা তারেদনা হৌজিক্তি।

তামোহেনগী ব্বাহৈদু তারুবগা ঐহাক ভ্রান খরসু তাবগুম ইকায়বসু খিত্তং পোল্লকই। ঐনা খল্লিবা ব্বাখলদু অচুম্বরা অরানবরা হায়না ইতোমতা

অমুক তুমিন্না খল্লুরি। লন্ধোনা মখা অমুক তারক্তুনা হায়রকই।

- মতমদি হৌজিকসু লৈরি। মতম্মুদি চারিদা... আ... অমুক হায়নরুদ্রবসু য়াদ্রিবরনে ইনম্মা! ঐখোয় ইনম্মদি মশানা য়াদুনা লৈরবনিদা।

ঐহাক শ্বাই লাওই মরমদি মমাঙদা শাখিবা ব্রারীদু নিংশিংলদুনা "মশানা য়াদুনা লৈরবনিদা" হায়বা অসিতনা নাপ থন্ন নিল্লরিবদু খাঙবা ব্রাখি। ঐহাক ইনেগী খুৎশিন্না লুহোংবদু ইশানা য়াগদবালৈতে খল্লুবনা য়াম্না থুনা হায়দোক্লুই।

- লন্ধো, ঐগী ব্রাসু তাখো - ঐহাক ইশানা য়াগদবা লৈতে। মদু ঐগী অপাম্বা নত্তে।

ঐহাক্কী ব্রাদুনা তামোহেনগী থৌনা পুম্বা নমথখিবগুম থোকখ্রবরা? মরু লুকথদুনা লৈখ্রে। ঙহাক তুমিন্না লৈরম্লগা

- হৌজিকপুদি কৈদৌরুনি? হুরানবা মতুং মৈরিংবা তারেদনা!

অব্রাই অখুমগী ব্রারীদুদা ঙকপদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। ঐনা খল্লি ঐহাক লুহোংবা অদু ইশানা য়াদে হায়জবনি। অদুবু তামোহেন্নদি হায়গে লাক্লিবা ব্রাশিংদু ঐনা তানিংদবগী ব্রাফম ওইনা খনখ্রমাল্লে। ঐবু নুংঙাইতবা মীৎয়েংনা য়েংলদুনা মখা অমুক তারকই।

- মন্দিনা ঐহাক চৎলগে, অমুক্তং লাকপা ঙম্ব্রা য়েংগে মরকসিদা - পুম্নমক ইচলগী অপাম্বনি।

- তামোহেন, ঐগী অপাম্বা অনীংবদি লৈ। অদুবু কান্নদনা নীংলুবা ঙাক্তেনি। ঐগী পুন্সিসে ঐগী সুম ওইজরগে পুন্সিগী অনৌবা খোঙথাং অমা লাক্কনি হায়বগীদমক ঐহাক হরাওব ঙমদে অদুগা খঙহৌদনা পুন্সি খোঙথাং লেপখিনি হায়বগী চিংনবসু লৈতে। ঙসি ওইরক্লিবা থৌদোক ঙরাং খঙলম্বা থোক্লবদি অচুম্বা অফবা ফল লৈরমগদবনি। ঐগী পুন্সিসে মশক নাইরবোইদ্রা হায়না ব্রাখ্রেদা। করিগী অদুক পুক্রিং হঙ্ছরিবনো? য়ুম পানবা হায়বসে মী অমগী পুন্সিগী মতাং অমনি। লুহোংবা হায়বসিনা হায়রিবা মতাং অসিগী অহৌবদুনি।

- তামোহেন ঐহাকসু খল্লি ঐগী পুন্সিগী অহোংবা নুমিৎ অমা লৈ হায়নদি, অদুবু ঐহাক লুহোংবগী মতমদি খর ব্রাৎলি। হোংবা

তারবসু ইশানা য়াবা মফমদা হোংগনি নত্রবদি ওইথোক্তবনি।

- হ... হ... কোন্না ঙাংনরসি, ঐহাক থেঙত্রে চৎলগে।

তামোহেন হৌগত্তুনা চৎনবা থৌরাং তৌরকই। ঐখোয়সু কায়নরমদাইগী ৱা লোইশিল্লুই।

- ফরেনে য়ৌরো... কোন্না অমুক উনরসিনে।
- এ... মন্দিনা নহাক নশানা য়ানা লুহোংখ্রনি খঙলবদি দেৱানি শোয়দনা কপকনি।
- তামোহেন ঐহাক দানিবু অমুক্তং উননীংবদি কুইরে। অদুবু ঐহাক মাবুদি উনবা ফংলরোইদমাল্লে।
- ...উনখো মানসু উন্ননীংদুনতা লৈবনি। করিগী ফংলোইদৌরিবনো? উনখিনিদা ঐনা শোয়দনবা শিল্লগা লোইরেদনা। হুরানবা মতুং মৈরীংবদি তাগদৌরিবনিদা। ঐহাক চৎলগে... লৈহৌরো... য়ারে... য়ারে।

হায়দুনা গাড়ি থৌদোকখি। ঐহাক্তি অমম্বা ৱাখলগী ঈয়ায়দা তাউদুনা লৈহৌবগুম্না চমম্নরি। গাড়ি মখোল তাখিদ্রবদা নিংশিংলক্তুনা লন্ধোনিদা হংলুই।

- হুরানবা মতুং মৈরিংবা তাগদৌরিবনিদা! তামোহেনগী ৱাসিবু নহাক খঙব্রা লন্ধোনি? নহাক খঙলবদি অমুক্তা হায়য়ু।

ঙসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা লন্ধোনি সুন্দা মমিৎনা য়েংলদুনা উপাই লৈত্রবা ৱাহৈনা তপ্না-তপ্না হায়দোরকই।

- ইনম্মা! ইনম্মগী লুহোংনবা নুমিৎ লেপখ্রে।
- করি হায়বা লন্ধোনি? লুহোংবগী নুমিৎ লেপখ্রে হায়বা।

লন্ধোনিগী ৱাদু তাবদা কোকচাওবী কাখি। তনিক্লবা থম্মোয় অসিন হকচাং ফাওনা নিকহল্লকই। হায়ফম খঙদ্রবা অৱাবা অদু খাঙবদা উয়ুংগুম্না লেপ্লুই। পুন্সিগী লানফমদা অৱাবদা মায়োক য়ারক্লবী ঐহাক্কি ৱা মখা তারুবগী পাঙ্গল লৈখিদে। লন্ধোনা মখা অমুক তারকই।

- ইনম্মা, ইমানা হৌজিক তামোহেন্দা লোয়না হায়খ্রবনি। ইনম্মা ঐসু ফনা খাম্বনি অদুবু লমহেনবী মীওম্বী তাদুনা তোক্লে। মহাক য়ুমশকৈশা নুমিত্তা শোয়দনা লাক্কনি।

- তামোহেন অমুক লাকখিগনি হায়রম্বরা ?
- লাকখিগনি হায়রমই, লুহোংবা নুমিৎ য়ৌদ্রিঙৈদা ইনম্মবু চাক্কৌগনি হায়রমই।
- ইনে নমৌগী ৱা তাবিদ্রবনিকো- ঐগী লুহোংবগী নুমিৎ লেপখ্রবা-! লন্ধো নহাক খঙব্রা নুমিৎ অদু করি থাগী কয়ানি পানবদনো ?
- ইনম্মা খরদি ৱাৎলি, হিয়াঙ্গে থাগী তরামরিনি পানবদা লেপ্লরে হায়।

হিয়াঙ্গে থাগী তরামরিনি পানবদা! লন্ধো নুমিৎ অদুদি ঐগীদি ইতিহাস অমা হৌগদবা নুমিৎনি। মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অদুদি কাউখিবা ঙমদনা নিংশিংলক্কনি নৌহৌননা- তরামরিনি পানবা থাজগী মঙাল ফংলবদা থম্মোয় অসি পুঙল্লরোইদবা শোল্লবী ঐহাক্নি। লন্ধোনি, ঐহাক করি তৌফম থোক্লিবগে অমুক্তা হায়যুবা? নহাকসু ঐহাক্কুম্না তৌফম খঙদ্রবরা ?

- ইনম্মা! লাইবক্না তম্বা হায়বদুনি, তাদ মেঞ্জরসু থোইদোক্না হন্থবা মীওইদি নত্তে। শেল-থুম খর পায়জদুনা লৈকায় অদুদা হাইনা হুম্না পাঞ্জবা ঙল্লিবা লৈকায়নসু মচিন চৎপিরিবা মীওইনি। মাগীদি অৱাৎপা লৈররোইদবনি। মরল মথুম্না কুবেরগী লনগৈগুম্না...।

লন্ধোনিগী ৱাদো নাকোং শিংজা য়েরকই। ৱা লোইশিনবা ঙাইবা ঙমজখিদে। শাওবনা থুমহৎলবা ঐগী থম্মোয়নি। ঈ কারবা মিৎ অনিনা লন্ধোবু চাগদৌবমখৈ য়েংলগা নিক্ক ঙংলবা অশাওবগী খোঞ্জেন্না লাউরুই।

- ওক্কে লন্ধো মখা তারগনু। ঐনা খল্লম্বদি মদু নত্তে। থাজৌ, নহাক্কী নতেংতনা থুংজগে খল্লম্বনি পুক্নিংগী অনিংবসে। কৈনা তোকপা পোকখিদে, লন্ধো নঙসু মমাগী মচানি। ঐনা লানবনি, ঐনা নঙবু থাজরম্বনি। অদুবু লন্ধো ঙসি ঐনা নখোয়না থাকপা লাংদা থুরবসু ঐগী আশানা লৈরিবমখৈদি নাহোল্লবা হোৎনগনি হায়বা অসিতদি কাউগনু। নহাক নুপী অমা ওইরবসু নুপীগী মগুন মাঙখিবগুম উরে। নহাক নৎত্রা নুপীগী অৱাবা নুপীতনা খঙই হায়না নখৌ পোঙনা লাউখিবদো।
- ইনম্মা...!
- ফরে লন্ধোনি, পূম্নমক অসি ঐগী লাইবক্নি। অদুবু ঐহাক

হোৎনবদি লেপ্তুবা তাই। নহাকসু হোৎনৌ নখোয়গী জয় ওইনবা। অদুগা হায়য়ু লন্ধো মেঞ্জরগা লুহোংবা নুমিত্তুদা ঐহাক দানিবু নিংশিংলনুরা? মদুবু করম্না ঙমফম থোকপগে? নুমিৎ অদুদগী দানিবু ঐনা কাউখ্রগনি হায়বা নহাক খঙবা ঙমব্রা? সংসার অসিদা লেঙলি পাম্লিবা জীবশিংগী মরক্তা তোল্ল তারবা ওইরবদি মখোয়গী ব্রা তাবিফম থোক্ত্রবরা? মখোয়গী নীংবদি থুংহৈদ্রবরা? মদুমক ওইরগা লোল থোক্লবগী অর্থ কারনো? নিংলুবা খুদিং অরেম্বরা? খঙউ, লন্ধোনি, তাংজবি উরিনা পামেলগুম্না লেপ্লগা নীংজবা আশা য়ৌজগে হায়বগীদমক অরেপ্পা উপালদা য়েচ্চবনি। ঐগীসু নিংজবা অসিত থুংগে হায়দুনা নখোয়গী মপান তাংবনি। মদুবু নৎলমদ্রবদি ইশাগী ঈজ্জৎনা কৈদৌরুগনি। ফরে লন্ধো অরেম্বদা মতম মাঙহনবা কান্নদে, চৎলো নখোয়না শিনগদবা শিল্লুরো। ঐগী ইনাক্তা অমুক লাক্লগনু।

ব্রাহৈ খরসি হায়রল্লগা কায়রবা থম্মোয় পুরদুনা ঐহাক ঐগী কাদা চঙলকই।



## তরাশুবা শরুক

করিনে ঐনা তৌগদবা? তামোহেন্না নীংবা কায়না হনখিবা ইনেগী ৱারী তারুবননিকো। ইনেগী ৱাবীনা তামোহেন্না ঐবু লান্না লৌশিন্নলিকে। করম্বা মতমদা কৈদৌঙৈ লানজদ্রবা থম্মোয়গী ৱাংং মসিমতং কাঙথোকচবা ঙমগনি। করম তৌবগা শেংলবা থম্মোয়বু শক তাকচবা ঙমগনি। অসুন্না মওন মওন খল্লবা ঐগী ৱাখল্লি। লোংজু মা ওইরক্লবগী ঈচাওরক্লবা তুরেলগী ঈরৈ নাইববা ঈচেলগুম্না উক উক লৈনা চেল্লিবা পল্লেপফম খঙদ্রিবা ঐগী ৱাখলগী ঈচেল্লি। চেক্সিনবনা মশিনা ওইববা তুরেলগী ঈচেল অদুনা মমায় চুম্না হৈজদা থেক্লা খোয়না চেন্দুনা শুপ্লতগী লৈরাই অনিদা চাম্মা থোক্লা থেংজিনবগুম্না ঐগী খনচুমদ্রবা ৱাখল অসিনা নক্লরুবা খুদিং থেংলুরি তত্তনা উপাই ওইগদ্রা খন্দুনা অদুগী পম্মমক অরেম্না তাখি। খন্দ খঞ্জিল্লুরগা কনানো অমনা লাউরকপগুম্ম তাখি নাপনা -

"মন্দিনা ননুং কনগনু। নমা নপাদি লায়রদুনা নঙগীনি ঙায়না চঙ্না য়েংবদা কনা উজদুনা নঙক হাইগংপা শাবিবনো? নুংশিরে ঙায়রিবা মতক অদুনা নংগীদমক কদাই ফাওবা লেপ্পীরবগে? নচাত্তনা খঙবা ওইংল্লো, কনানা নতুং লেপ্পীগনি। কান্নরোইদা ইবেম্মা লুহোংহৌনো লুহোংহৌনো।

ঐগী ৱাখলগী আকাশবানি তশেংনমক অচুম্বনি। ঐনদি দানিগীও খন্দুনা অসুক ৱারিবনি। অদুবু অঙকপদি মহাক ঐহাক্কী অরেম্বা ৱাদি লৈতে। মিকুপ অমতং ওইরবসু অরেপ্পা ৱারীদি নোংমতসু শাক্কদে। মহাক ঐহাক হায়নবা শীংনবা অমত্তা লৈখিদে। থম্মোয়না নুংশিরুবা অসি নত্তনা

মহাক্কী মফমদগীসু করিসু নিরুদে। মহাক্কা ঐহাকপুসু নুংশিবি হায়বা অসি নত্তনা ঐহাক করিসু খঙলুবা ঙমদে। মহাক্কা ঐগীদমক পুন্সি চুপ্পা লেপ্পিগদ্রা খল্লুরবদি অকিবা অমদি ইকাইবদুম পোক্লকই। ইনেনা হায়বা ইন্দবগী অৱাবা অমদি ঐগীদমক কনাসু লেপ্পীররোইদ্রা হায়বগী মিপাইবা অনিগী মরক্তা ঐহাক লৈরে। ঙা উরোক নমাওসু লাং নতুংসু তেন হায়না তেংথ্যারুবগী কান্নবদি উখিংবে: ঐবু লুহোংহৌবনা ফরিব্রা? অমুকসু খল্লকই ঐগীদমক ৱাঙরবী কনানো অমনা নিংঙমদনা শোল্লকপগুম -

''মন্দিনা অদুক ৱারিবা করিগীনো? অৱাববু কিদুনা নুংশিববু মীরাইরগেরা? লাঞ্জদ্রবা থম্মোয়বু মরাল হাপকে খল্লিবনা পেনবা লৈতে তাক্লিবরা? নহাক হিংখো অসুম্মক হিংখো। লুহোংবগী ৱাখল থাদোক্তুনা লৈখো। মহাক্কী নুংশিবদি শেংলবা থম্মোয়গী ধর্ম্মনি। অচুম্বগী পাঙ্গল কনানসু নমশিনবা ঙম্লোই। খঙবীদ্রবা ৱাকৎসু মাঙখিসনু ফোংহৌদনা পঞ্চ-ভুতনা শাবা হকচাং মাঙখিসনু অরেম্বদা। সমাজগী মীনোক খাঙবদা কংখিসনু ৱাখল লৈরাং অদুবু নহাক্কী নুংশিবদি মাঙহনগনু অরেম্বদা। নহাক দানিবু নুংশি হায়বদাই নহাক মহাক্কীদমক হিংখো।''

মঙলাক্লরে ইতোমতা ৱাখলগী মঙলান্দা - লুহোংবা অমদি হোংদবা অনিগী মরকতা লেপ্পরে। লৈরায় অনিগী মরকসিদা অমদা নক্লবসু ঙমদ অমদ থেংলুবসু য়াদ ঈয়ায়দা তাউদুনা লৈররে ৱাখলগী হিরেনসে। কনা খঙদ উদনা ঈরাক্লহন্দুনা ঈয়াইসিদা লুপ্পসিরা? খল্লক্লে ৱাখল য়েন্নিং হুন্দনবা। তশেংনমক ইতোমতা শিরসিরা হায়না খল্লক্লে। শিবা... ইশা ইতোমতা হাৎচবা অচুম্বা অফবা নত্তে। শিবদি নোংমা শোয়দ্রবনি। অমুক্তং শোয়দ্রবা অসিদা অকন অরিং শকপদি ঐগুম্বনদি ওইথোক্তবনি। শিদবা য়াদে হায়রবসু ঐহাক দানিগীদমক শিফম থোকই। ঐহাক্কী অশি অচঙ ঙমখৈ অনিমক্তা দানিগী ময়েক লারবা শক্তম্না লৈতেং ওইরি। করিগুম্বদা আসিগুম্লবা পুন্সিগী ঙমখৈদা লৈরিবা থম্মোয়গী শেংলবা ধর্ম্ম অসিবু কল্লবা সমাজগী নোংলৈ হৌরক্তুনা মাংখিবা তারবা মচেৎ মচেৎ ঐহাক খাঙবদি ঙমগদ্রা! মীৱা মৈশা লাংলবা পাপ চেল্লবা হকচাংনা কয়া কুইনা তেকখৎকনি ঋতু নাইরিবা মতমসিদা। করিগুম্বদা কংখ্রবসু ৱাখল লৈরাংসে মাগীদমক মতম অমদা তদেক তদেক্লা মক্লা ফল্লমই হায়বা অসিতদি লৈহৌরগদবনি। পুন্সিগী অৱা নুংঙাই অনিমক খেন্নবা লৈরক্তবগুম্না

থোক্লরে। অদুবু নেম্লবা লাইবক অসিনা ৱাংলবা ৱাখলবু নমথবদি ঙমখিদ্রে। ঐগীনি হায়না হন্নায়েংবদা কনা লৈতে ফনা নোক্লিংবা ৱানি। অসুম্না খন্দুনা পুক্লিং হম্বী পাংদবীদু ঐদি নত্তে। ঐগীসু অমদি লেঙদনা লৈরি করিগী পুক্লিং হম্বরুগনি, ঐগীসু ঈশ্বর লৈরিদনা। থম্মোয়গী থাউমৈনা মুৎঙমদনা মুৎপা ঙাইরবসু খঙহৌদনা হৌরকপা নোংলৈদা মুৎকদবদি নত্তে। ঐনা ঙাইরিবনা মুৎলমদাইগী থাউমৈনা অমুক্তং খঙঙান ঙাম্ছোরকপা অদুতনি। ঙাইখিনি ঐহাক অসুম্মক নোংমা ঐগী পুন্সিনা শক্তম অমা লাকশিন্দুনা মীওইনা মীরক্তা তিল্লবদো। পুন্সিগী অৱাবা অমদি নুংঙাইবদা ঐহাক্তা চিংনরুবগী অর্থ লৈতে। পূম্নমক ঐহাকপু শেম্বদা য়াওখ্রবনি। ঐগী পুন্সিদা থোক্লক্লদবা থৌদোক কয়া শিবা য়াবা লানফম ওইরবসু মায়ওন্দনা মায়োক্লবা তাই। পুংলোন নেংনা জগোয় শাবী মহাকসু শাথেক হোংলি পুংলোন খায়বদা। করি চিংনবা লৈরি পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোই শাবনি। ঐগীসু অৱা-নুংঙাই শাথেক অনিমক মপু মানা য়ৈরকপা পুংলোনগী মতুং ইনজবনি। অসুম্না অফ-ফত্ত অনিমক শেম্বীবা ঙম্বা মঙোন দত তাইনজদুনা ৱাখল ইচিক হুনজরকই। অৱাবা খিত্তং হন্দোকচদুনা ঙহাক পোত্থানবা মতম ঐগীদি লৈখিদ্রবোই, থংনবা কাদা ইনে অমদি লন্ধোনি লাউনরকপা তারকই। ঐহাক মখোয়না ঙাংন শক্লরিবা ৱাহৈ খুদিংমক পুক্লিং চঙনা তারুই।

- অদুবু ইমা, ইনস্মনা য়াদে হায়রেদনা, মশানা য়াদে খঙনা খঙনা ইমানা শিল্লিবসিবু চোপচগে হায়রিবরো ?
- করিগী য়ারোইদৌরিবা! মানা য়াদে হায়বনা চৎনগদ্রা? নুমিৎ লেপখ্রবদবু তোকপা হেক্তা য়াবরা?
- নুমিৎ লেপ্লুবা ইমানা লানবনি। করিগীদমক্তা য়াদে হায়বা খঙনা খঙনা য়াননবা হোৎনরুরিবনো? ইনস্মনা লুহোংবা ওইথোক্তবা ৱানি। ইনস্মনা নুমিৎ খুদিংগী কপ্পুনা লেনবা ইমা য়েংগে হায়রিবরা? পুবা ঙমদ্রবী ৱাখল অদুত পুবদা ঙসি ওইরিবা ইনস্মগী ফীভম উনা উনা খঙদ্রিবা করিগীনো ইমা? ঙসি ইনস্মনা তারিবা দষা অসি নচা ঐঙোন্দা থোক্লমলো ইমাবু তুমিন্না লৈথোকপা ঙমগদ্রা? লাল্লিবদি ইমানি।
- খঙলে হৈরেদা... ! নঙগী আইন কানন্নকা চৎনবা য়াররোই। ঐনা

শিনবা থবক্তা হনচক ঙাচক হেক শারদনা। নত্তে, নমা ঐনা তৌবা থবক্তা নঙনা অসুক য়াম্না য়েংশিল্লিবসিবু করিগীনো? নত্তে, করিগীনো? ফরবসু ফত্রবসু ঐহাক অসি নঙবু পোকপী নমানিনে নমা।
ইমা, ঐসু খঙই। ঐসে ইমানা পোকপনি হায়বা। মমা অমনা অব্রাবা তারক্লবদা করম্না মচা অমনা মোমোন নোকপা ঙমগনি। ওইরক্লদবা ইমাগী অব্রাবা কয়া খল্লুবদা নচা ব্রাদবা ঙমদে। শোয়রগদবা লুহোংবনি। মতম লৈরিঙৈদা হায়দোকপিখো নত্রবদি ইমাগী অফবা ওইরোই। ইমানা চোপ্পা নচাদি য়েংনিংদে।
ঐদি করিগী চোপ্তৌরিবা? নমদুনা থোক হোঙদোকখ্রগা লোইরে। ঐনা চোপ্লগা লৈশাবী নংগী করি হক লৈরদনা অখঙ অহৈ শারিবনো?
ইমা অদুবু ওইবা য়ারিবরনে? ইমা মথন্তগী দায়নি হায়রবদি পিক্লবা পুকচেল অদুগী মতিক চাবনি হায়না খন্দুনা খাঙবা ঙমগনি। অদুবু ইমাগী ফত্রবা খুৎশীন অসিনা লাঞ্জদ্রবা পাবুংবুসু পুন্সিদা থোকখিদ্রিবা থৌদোক্লা অব্রাবা ওইহনগদৌরিবনি। পাবুংনা মীমাঙ থোক্লুনা ইকায়বা নংবা নচাদি য়েংবা ঙমজরোই। লুহোংবা য়াম্না পাম্লগা নচা ঐগীদমক শিনবিবা য়াদ্রা? নচা ঐগীদমক ব্রাবিদ্রিবা করিগীনোনে ইমা ?
ইচাবুদি হনুবা অসিদা করিগী থাজরুগনি। ইচাগীদমক্তনিনো ইমানা হোৎনরিবসে। ইচাগী করিসু ব্রাত্তনবা হায়দুনা ননম্মবু মেঞ্জরদা ইমানা থাজবনি। নহাকসু ননম্মবু খর থেমজিল্লু।
মদুরা ইমাগী পুকচেল নুপীঅমা ওইনা ওইনা করিগী মীনুংশি অদুক খঙদ্রিবনো? ইমাগী পুকচেল অদুদি নুপী অমগী মগুন য়াওদ্রবনি।
ব্রা মখা তানা ঙাংনগুমসি ইমা লুহোংবা অদু হায়দোকপীখো। মসিগী মরমদা ব্রা ঙাংনবগী কান্নবা লৈরোই।
তুমিন্নতা লৈয়ু। ঐনা থোকপা তৌগনি। ঐনা তৌবা থবক্তা য়েৎকনু।
ফরে, ইমা ঐহাক তুমিন্না লৈরগে। ঐহাক ইমাবু থীংবা ঙমগনি নীংদ্রে। অদুগা ইমা ইনম্মদি লুহোংলোই। লুহোংবদু শোয়রবনিকো।

ৱাহৈ খরসি তাবদা মৈরি থোক্লা চাল্লকই। মাম্মা-ইনে-লঙ্গো অমদি ঐহাক কদাই ফাওবা খেন্নবগে হায়না চোই চাং ওল্লবা ঐনি। ঐহাক অচুম অরান অদুবুদি লেপচবা ঙমদ্রে। ইনেনা পাল্লিবা অমদি মাম্মগী থাজগনবা, লঙ্কোনিগী উপাই পূম্নমক থিজিল্লুরগা মহৌশাগুম মরাল লৈহল্লক্তে। পুক্লিংগী অনীংবনা ফনা লাল্লবসু খঙদবা হায়বসিগী দণ্ডিদি থোইনা কল্লবগী অফবা নত্তে। কনাবুসু মরাল লৈতে খনবনা অচুম্বনি হায়না খল্লরুবা মিকুপ অদুদা ইতোমতা হিক-হিক কপচরকই। শাওনিংবা কয়া শাওরুবা খাদনা খাঙলকই। অচুম্বা কয়া অরানবতা তাদুনা লেল্লকই। ঙসিসু অসুম্মক লোৎশিল্লি অচুম্বগী পাঙ্গল অদুদি তোল্লবীনি হায়না খন্দুনতা। অদুবু কয়া কুইনা লোৎপা ঙমগনি হায়বদি খল্লুদে। ইনে চঙলক্লুনা ইমাঙদা লেপ্পগা হায়রকই।

- মন্দিনা ! শোয়বা য়াবা নত্তেকো ইনেগী ইবেম্মা! নুমিৎ লেপ্পখ্রবনি ইনেনা হায়বা ইনগদবনি ইমৌনা নুংঙাইনবা ইনেনা শিনবনিকো।

ইনেগী ৱা তাবদা ইশা পূম্বা হুমাং অনপ্পী কারকই। ইনেবু য়েংলুবা তৌদনা লৈমায়দা য়েংলদুনা থম্মোয়বু ফাথরগা তপ্না খুমখি।

- ইনে ঐহাক য়ুম পাঞ্জররোই। লুহোংবা অদু হায়দোকপীখো।
- হায় মদুকা য়াবা নত্তে খঙলেদনা।
- ঐহাক ঙমজরোই ইনে, পুন্সিগী ননাই ওইদুনা সেবা তৌজগে। লুহোংবা হায়বা অদুতদি হায়বিগনুনে ইনে।
- নঙ য়াদ্রে... ?
- ঙমজরোই ইনে,
- ফৈ... ফৈ... অদুদি, নঙনা ঙল্লে হোঙলনু ঐনা ঙল্লে হোঙলগে... ফরে... ফরে...।

মখয়াৎ চিক্লুনা থোকখি ইনেদো। ঐঙোন্দা পাল্লল্লিবা দণ্ডি ঈরালগী মতিক থোকপরা হায়না থিগৎচরুবদদি ঐহাক খাঙবা ঙমখিদে। অতোনবা মপোক ওইরুবনা ঐগী ইরাল ওইরমই, পাঙদবা হায়বসিনা অচৌবা ইরাল ওইরকখি। তশেংনমক মতম নৈবা খিবিক্তা ইনেনা হায়বতা ইল্লুবনা ঙসি ইনেনা ঐবু লাকচবা লায়রিবনি। মরুভূমিগুম্না কংলবা ৱাখলগী লৈকোল অসিদা করম্বা ৱাখল লৈরাং চোংলকখিগনি অমুক। ঐনা তৌগদবা করিনো কনানসু তাকপিবা লৈত্রে। মতাং অসি য়ৌরকপদদি ঐহাক লাক্লরোইদবী

*মহাকপু কৌদুনা খাঙবা তাবনি। ঙসিসু ঐদি হায়দোকনীংই, লিথোক্লিংই ঐগী অৱাবা উবিগদবী লাইররবী ইমা মাগী মফমদদি পুক্লিংগী পেন্দবা* কয়াসে।

লাপ্পা উরিবা চীংদোল কারুরবা অদুগা চীংখোঙ অসিদা হুৎচিন্দুনা চেনখিবা লোক্কী লম্বীদুদা অমুকসু কুমথরবদি শোয়দনা খঙলক্কনি চীংদোল অমদি লোক্কী অনেম অৱাং। চীংদোল অসিনা ৱাংখৎলক্লিবা মখৈ লোক অসিসু লুথরক্কনি। লায়ররবসু লায়রনা লৈরম্লবদি লায়রবিদো পুক্লিংগী অনীংবা কয়াসে ফোঙদোকচদুনা মহাক্কী মফমদা, অৱাবা কয়া খাঙমিন্নরমগদবনি খর খর য়েন্নদুনা। অদুবু ঙসিগী মালেমসিদি শোংলবা জঙ্গল অমা ওইরি। শা-কৈনা থল্লবা শোংলবা জঙ্গল অদুদা অচৌবা শাশিংনা অপিকপা কয়াবু শরাক তম্লবগুম্না ঙসিগী মীওইবা মরকসিদা অত্রোননগী ফমফম লৈত্রে। পুন্সিগী য়াইফ-নুংঙাইবা হায়বসিবু মপান ফবা অমদি শৱাংবা থাক্তা কৈনাক থাদুনা থম্বীবম্লবা মখোয় খরতগীনি হায়বদা চিংনদা লৈশিল্লক্তে।

লৈরাকসু খঙই, অসুক কুইবসে ইনেগী মপান তাংদুনা লৈরক্লিবনি। ইনং অমদি মাম্মুনা অপোকপী অমদি অপোকপা শক্লা হিংলক্লিবনি। মপোখগী শিংচমদ্রবা লমন তেনশিল্লে হায়বসে, অদুবু লুহোংবা অসি হৌনতনা চাউরবা লমন অদুবু শিংবা শকপদি ওইথোক্তবনি। অসুম্না নিংশিংলক পল্লনগী কান্নবদি কংবা লৈতে। লাইবক্তা খুদুম্না শুদুনা অদুম্মক খাঙবা ঙম্লনি। ঐগী পুন্সিবু মনুং মপাল ফাওনা উবরম্বা মিংস্না অনিমক লৈরম্লা কংখিদে অবা পিরাং। অসিগুম্বা মিকুপ খুদিংগী ইহৌরক্লিবা মিৎলু পিনা অসিনুদি কন্নসু শক খঙবিখিদে। তশেংবদি লেপ্তুবা পিরাং অসিনা ৱাংবা নখী অমা লীবিবনি। শঙখ্রবা মচু অসিত কোকখিনবা চান্নতনা শিংলক্লিবা পিবাংগী থৌদাংনি। কোকখিবা লৈতে চুখ্রবা মচুনি মচু চান্না অদুম্মক। করম্না থাংদোক্কনি তুং-হন্না অমুক থাংজিল্লরবা মোঙথাং অসিবু পম্বুংফম য়ৌদনা! লেপ্তুনা লৈবা তাবনি লেপখিবা মফমদুদা। নংগুম্না কনশিনিংলবা ঐগী থম্মোয়নি, জগৎ সংসার অসিবু কাক্নিংনবা থরায়নি। তোল্লবী মপোক অসিতদি শীংনজবা ঙমখিদে। পুন্সিবু পাম্মুক্তনবতনা ৱাজবা তাখি। ৱাখল অসিত খল্লুবদা জগৎ-সংসার পম্লমক্লা য়েক্লবা ওইনা লেপ্লি ইমাঙদা। অসুম্না ইতোমতা য়েক্লবা লিশিং

---

মায়োক্লবগী চোকথবদি লৈতে। থম্মোয়গী শেংলবা কাচিন অমদগী তত্তনা লাউরক্লি মিকুপ খুদিংগী পৃথিবী অসি চিংখায়রক্তুনা মচেৎ মচেৎ তানা মাঙখ্রবসু থক্ত ঙাল্লিবা কোরৌনা অমৃত ওইনা চেন্থরক্তুনা মহাসাগরদা তিনখ্রবসু ঐদি হিংখিনি অসুম্মক ঐগী পুন্সিদি পুন্সি ওইহনখিগনি হায়না।

অসুম্না নাইতোম তারবা হিহোনবা ঐহাক লেপ্তনা অসুম্মক হোন্থরকই পুন্সি হিদোমসে। হিমায় চুম্বা ঙমজদবনা অমদি হিনাও শাবা য়াওরক্তবনা নোংলৈনা পুবা মায়কৈদা হোন্থরকই। করিগুম্বদা অথেঙবা অহিংদা নোং-নুংশিৎ হৌরকপসু খাঙজখি লৈরাইদা হোঞ্জিন্দুনা তন্না অমুক হোন্দোরকই নোং নুংশিৎনা ইংথরকপদা। পন্থুংদুমা য়ৌনবা হোৎনবদা থেক্লা কোয়না হোল্লুই। নোংমদি শোয়দনা য়ৌরক্কনি খন্দুনা ব্রাখল ঙহাক পোখাজে।

- অনৌবী... অনৌবী ...।

মতম কুইনা তারুদ্রবা খোঞ্জেল অদু হেক তারুবদা নুংঙাইবনা থনখি থম্মোয়দা। নুংঙোল্লবা পুক্লিং তপথবা য়াওদনা ইমুংদগী প্রপ-প্রপ চেন্থোক্তুনা য়েংলুই। মাম্মা অমদি তামোহেন শুমাংদা লেপ্লম্বদো উরগা নুংঙাইবগী ঙমখে লৈখিদে। মকা ফল্লবা থম্মোয় অসিনা তরাম্না ওকপগা লোয়ননা হৰাওনা কৌরুই।

- মাম্মা! কাখৎপীরকউ সোমদা হেক্তা চঙবীরকউ য়ানিয়ে। তামোহেন চঙলকও ঐহাক তামোহেনবু উন্ননীংদুনা লৈরম্লিবনি। সোমদা ফমসি লাকও। মখোয় অনিসু ঐনা থারিবা ফত্তুদা ফমথৈ। ঐনা ইরাং লাংবদুদা ঐবু য়েংদুনা ঙহাক লৈ।
- মাম্মা... কুইরেকো ঐখোয় উনদবা, ঐদি উনররোইদ্রা হায়না হেক্তা খল্লকই। ঙসিদি মাম্মাখোয় উনবসিদা য়াম্না নুংঙাইরে।
- অঙাওবিসিদি করিগী উনরোইদৌরিবনো? শিবু শিদ্রবদি চাম্মরক উনরখিনি। নঙবু য়ুমদকা লাক্লিংদ্রবরা?
- লাক্লিংই, লাকখিনিয়ে মাম্মা।
- হোয়নে নোংমতং লাক্তুনা চাক চরা অমত্তং থোংদুনা মাম্মবু পীজরম্মু হায়বা !
- থোংগে মাম্মা।

মাম্মগী ব্রাহে খরসি তারুবদা মাঙগী ব্রা নিংশিংলকই। ব্রা মখা

তারুবা লৈতনা নিংশিংবগী রাগদা তাওদুনা লৈখি। মাম্মনা মখা তারকপা ওইনা হংলকই।

- নখোয় মাম্মখোয় ননেখোয় লৈতবরা?
- মাম্মদি লৈতে, থবক চৎখ্রে ইনেদি লৈরমগনি কৌথোক্লুগে।

অসি হায়রল্লগা ইমুং চঙদুনা ইনেবু কৌথোক্লুরে। ইনেগা তুংথ মাংথ থোরক্তুনা থোঙজিন মপান্দা অমুক লেপ্লরে। ইনেনা মাম্মগা ৱারী শাবদে ঙহাকসু তাদুনা লৈথোক্লে।

- তাদ করি থবক্নী? ইবুংঙোসু য়াওরকইদনা।
- সুমদৌবা ইবেম্মা, অনৌবীসে চাক চরা অমত্তা পীজহৌগে হায়না হোৎনজরিবা।
- মন্দিবু চাক্লৌবগী বার্ত্তন লাকপা তারেদনা তাদা।
- হোয়... হোয় ইবেম্মা বার্ত্তন তৌবা লাকপা তারে।
- হৌনবনি হৌনবনি তাদা, করি নুমিত্তা তারিবগে তাদা ?
- হংচিৎ ইরাই নুমিৎসিদা ফরমাল্লে হায়না হোৎনরুরে ইবেম্মা !
- হংচিৎ...।
- হোয়, হংচিৎ ইরাই নুমিৎ অসিদা ঙহাক্তং... আ... মাগী তামোহেন্না লৌবা লকচগনি।
- হোয়দা... হোয়দা... অদুগী ৱাবুদি জীপ্লা করিনো গাড়ি অমা ঙহাক থাবিরক্লগা লোইরেদ, করি হায়গে তাদ।
- হোয়নে, হোয়নে মাগী তামোহেন্না থোকপা তৌজরনি। মরম ওকখ্রবা অঙাংনি। তাদগীদি ইচা নিঙোল শক্লা লৈরম্বনি। নুংশিজখ্রে ঐগী ইচা নুপাদুগা মখোয় অনিসিগী মতৌ য়েংলগা মমা-মমা নোকচরিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী পুল্লবনিনা লিলা অমনি।
- তাদগী ইচা নুপাদুগা হৌমিন্নবরা?
- হ, ঐখোয়গীদুনা চহি খরদি হল্লি। অদুদা সুম ইমুং-মনুং ওইবা হায়বদো হেক থোকপদৌনা তিন্নখিবা। অনৌবীগী মমাদুসু ফখ্রপোৎনি, লৈকায়দুদা য়াওদে মাগুম্বী।
- খঙদেদা তাদা মরাইবক্কা থীরে, পঙবনা, করম থোক্লগবনো? মখোয় মাম্মসু মাগীদমক খনবদা সাইমন কাংলবনি।
- হোয়নে মমাদুত লৈজরবদি খরসু ফগদবা... নত্তে... নুপা মচাদুবু

কমদৌবা জাৎনো?

হন্দক্তি ইনেদো ঐঙোন্দা হাইরপ য়েংলগা মাম্মগী পাউখুম পিরুদনা হায়রকই।

- মন্দিনা মাম্মখোয়গী চা লোল্লুগেদি হায়দ্রদনা সুম লেপ্পুনা লৈরিবসিবু করিগীনো?

ঐহাক মখা তারকপা ৱারী তারুগে খল্লুদরে চা লোল্লুগে খন্দুনা চঙলকপদা লক্কোনা হান্না চা লোন্দুনা লৈরমই। খর চঙশিন্দুনা হায়রুই।

- হাইমা চা লোনগে চঙলকপদি চাদি লোনবা লোইরল্লেদনা।
- ইনম্মা নহাক পুথোকপিখো। ঐদি ইকায়জে।
- হাইমা কনাবুনো নহাক্কা ইকায়রিববো ?
- তল্লি সে, নহানমুক লাকপা তামোহেনসু য়াওরকমাল্লে।
- তামোহেনবুরো নহাক্কা ইকায়রিববো? মাগী মীৎয়েংদু ওইবে নহাক্কা ইকায়রিবদি। ইকায়রুনু ইবেম্মা নুংশিদুনা তৌরিবনি।
- অদুগী ৱা নত্তে সে, নহাক পুথোক্লুবো।
- এ... তল্লি, তল্লি পুথোকচরকউ।

হায়রল্লগা ঐহাক মাঙ থাদুনা থোরকই। তামোহেন্না লক্কোবু উনিংবা, লক্কোনা মাবুসু খঞবা ঐসু খঙই। মখোয়গী মতৌ উরুরগা অমুক হেন্নদুম নুংশিরুই। মরম অদুনা চাদু লক্কোনি ওইনা পুথোকহনগে হায়না খল্লুই। মাসু ইমুংদুদা উপাই লৈত্রমাল্লে চাশিংদু পুথোক্লক্লগা পী।

- মাম্মা চা থকসি।

মাম্মনা খিত্তং ঙক্লা য়েংলগা ইনেদা ওনশিন্দুনা হংই।

- লৈশাবীশিদি... ?
- সিনা তাদা ঐগীনি।
- আ... ইবেম্মগী ইচানুপী অহন।
- হোয় তাদ অহনসু অতোনবীসু মানা লোইরে। অসিমখক্তনি।
- ইহে... হে... সিননিদনা অনৌবীনা নোংমা ফাওবা লাক্লিংদ্রিবসে নবান্নিদি চপ মান্নরদনা নুংঙাইরেনে? মিংদি করি কৌবা ?
- লক্কোনি কৌই তাদ, লৈশাবী লৈবসিদি চাউর-চাউরগা ৱাখ্রেদা তাদা।
- এ... হৌনবনি মপা-মমা ওইবগী, লৈশাবীতগী নত্তেনে মচা নুপা

নুপী পোকপা খুদিংমক্কি। যুগশিনা যুক্তা অমা ওইবসিদা ৱাদবা য়াদবনিনে। ইচাগীদমক ৱাবা হায়বসিদি শিদ্রিফাওবা ৱারগদবনি। মঙ মঙবা য়াদবনিনে ইবেম্মা।

ৱারী শানা শানা চা থকপা লোইশিন্দুনা কপ্তু খিত্তং লাপ্তক্লা থল্লদুনা লন্ধোদা ওনশিন্দুনা মাম্মনা হায়রকই।

- ইবেম্মা, লন্ধোনি নঙসু হংচিৎসি চাক চাবা লাকউকো। হাওবা হাওতবা চরা অমত্তা চামিন্নসি হায়বা।

মাম্মদো চৎলমদাইগী ৱা লোইশিল্লকই। লন্ধোনিনা ঐঙোন্দা খিত্তং য়েংলল্লগা মাম্মদা অমুক ওনশিনখিদুনা

- লাক্কে মাম্মা - মাম্মখোয়গী তাদ দেৱানিদি থোরক্কদ্রা?
- মাসু লাকপা য়াই, ঙসি নত্রগা হয়েংদি থুংলরনি হায়বনিনে। ময়াং কংশিল্লে মশাদু ইনুং নুংঙাইতে থাঅনি অহুমদং য়ুমদালৈনবা ছুটি লৌরক্কনিসু হায়বনি। মশা ফত্রবদবু মহৈনা কৈদৌনগনি হা ইবেম্মা! ঐগীদি মচে অমগা মাগদনি।
- মাম্মা চাক থোংবা নংনবা লাক্কে।
- নোং ঙানবগা লৌবা লাকহল্লগে নখোয় লাক্লগা চাক থোংনবা।
- য়াম্না ঙন্না লাকহল্লু শোয়বা য়াদেকো মাম্মা।
- ইয়া -য়াহৌ ঙনবী তান্নরগা লোইরেদনা। নখোয়দা লোইশিল্লম্মু। শেয়বদি শোয়নরনুকো অনৌবী। মাম্মখোয়সু চৎলগে।
- হোয় মাম্মা সুম লৈহৌরগে।
- ইবেম্মা তাদখোয় অমুক য়ৌখ্রগে। খর ঙন্না লোইশিনহনবীরল্লো।
- ফরে তাদ য়ৌবিরো। সুম লৈজহৌরগে।
- ফরে ফরে ইবেম্মা।

অসুম্না কায়নবগী পুংজাদু লাক্কুনা মাম্মসু থোকখি। তামোহেনসু হৌগৎলক্কুনা

- মন্দি ঐখোয় অমুক চৎলগেনে।
- য়ৌরো তামোহেন লৈজহৌরগে।

হায়নদুনা কায়নরে ঐখোয়।

চাক চাবা চৎকনি খল্লুবদা মাঙগী তুংগী ৱাবু কাওরে। নিংশিংসুদ্রবা

ঙহাক্তুগী ওইনা হৌথ্রবা ৱারী পূম্বা কাউজরুই। করিগীদমক্তা মাম্মনা ঐবু চাক্কৌরিবনো হায়না খল্লুবা লৈতে। চাক চাবা চৎপগী রাগদা নিনিগী পুন্সিনা তাউদুনা লৈখি। ঙাইখো হায়না খাম্বদা ঙাইবিয়ু য়াররোইদবা তাঙলবা মতম শুপ্পগী নুমিৎ নিনিদুফাওবা ঙাইবা ঙমশিল্লক্তে। মতম কুইনা থাদোক্লন্নবা ইয়ুম লমদম শোয়দনা উরগনি খল্লুবদা খোঙ প্রপ প্রপ থাংনিংলকই, নুংঙাইবনসু তৌফম খঙখিদে। লঙ্কোসু নুংঙাইরমাল্লে ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

- ইনম্মা নখোয় মাম্মসে ঐদি য়াম্না নুংশি ফগদবা মাল্লি। হংচিংনিকো ঐখোয়না চৎকদৌরিবসে।
- য়াম্না ফৈ, ঐসু নুংশি, হন্দক্তি য়ুমদা চৎনিংবদো ফংগদৌরে, তান য়াম্না চানরে।

ঐগী পাউখুম তাবদা ইনেনা খিত্তং চঙশিন্দুনা হায়রকই।

- জীপ্পা কাররা অমা লাক্তুবদি চৎপকা য়ারোইকো।

ঐহাক মখা তাবা ঙমজখিদে লোন থোক্তুবা মীগুম্না তুমিন্না লঙ্কোদা য়েংদুনা লৈখি। লঙ্কোনা পৈরপ য়েংলগা খুমখি।

- ই... ই... জীপ কার নত্রবদি য়ারোইদৌরিবা? ইমাগী ৱাসিদি লাক্তবা তারবদি চরা হেনবা তারিনে।... খঙদে খঙদে ইনম্মা পুং ৭ তাবা ফাওবদা লাক্তুবদি ঐখোয় অনি হেক্তা চৎখিসি।

লঙ্কোনা ইনেবু খর ৱারৌবদুদা ইনেনা লঙ্কোবু খর হেন্না ৱারৌদুনা মুন্না য়েংলকই। ঙহাক লৈরগা মখা তারকই।

- মদু হেক য়াবা নত্তে।

অমুক শাংথবগী মহুত্তা লঙ্কোদা মমিৎ খিত্তং খৎলম্বদো ঐসু উরুই অদুবু উদবা শাদুনা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈখি। কুইনা অমুক লেপ্পমদনা ইনেদো কোম্ভোংলোমদা থোকখি।

- ইনম্মা নখোয়গী দানিদো অমুক্তং উনজবা ফংলবদি ঐগীসু পাঙ্গল থোক্কদবনি। চাক্কৌবা চত্তুনা মাবু উনদবা য়াদেকো ইনম্মা।

ঐহাকসু পুক্রিংগী খোয়রাংবা অদু ফাজিল্লগা অপাম্বা অদু ফোঙদোক্লুই।

- চৎসিনে, নহাকপুদি ঐনা হেন্না চৎনিংলিবনি ! অদুদা... ।
- অদুদা অমুক করি তৌরবগে ?
- অদুদা... লঙ্কো ঐদি উরিনিনে তাংজরিবী।

---

- *ইনম্মা তাংজগদবা মতম ৱাৎলিয়ে, ৱাখল অদু ওন্নরে।*
- *ওন্নদে লঙ্কো অচুম্বনি খন্দুনা য়েংউ নঙসু, ইনেনা থিংলবদি খোঙ অসি করম্না থাংদোক্কনি।*
- ইনম্মা! ইমাবু অদুক লুনা খল্লুরগনু। ৱাখল য়াওদ্রবী মশাগী ওইজবতা পান্নবী, পুকচেল পিক্নবী মাবু অদু য়ৌনা কিরুফম লৈতে।

হন্দক্কী লঙ্কোনা ইনেবু ৱারৌবগী মীচৈ অসিবু ঙসাই ইনেনা খৎলম্না মীৎ অদুগী করম্না অর্থনো? খনফম থোকপনি। মিকুপ অসিদা লঙ্কোবুসু ইনাক্তগী ইছোকনিংলকই। থাজদ্রবা পুক্লিংদা লঙ্কোনিবু করেম্নবগা লোয়ননা মখা তারুই।

- লঙ্কো নহাক্কী ৱাদু থম্মোয়দগী থোরকপা অচুম্বা ওইরল্লসনু।
- ইনম্মা ঐবু থাজবীয়ু। ঐবু পোকপী ইমা ওইরবসু মহাক্তি অপঙবী ঙ্গান লৈত্রবীনি।
- লঙ্কোনি, মহাক নহাক্কী ইমানি। করিসু লৈত্রবী তোল্লবী মপোক অমগীদমক মমা মচা কায়নবা হৌনদে। ইমানা নুংঙাইবদা নঙগীসু শরুক য়াওরি কাওগনু।
- ইনম্মা! ঐহাক ঙসিসু য়ারি ইনম্মগী অৱাবা শরুক তংখ্রসনু ইনম্মা মমা-মচা ওইবগী মরি। ইছোক্লসনু ইমানা ঐবু য়ুমসিদগী পুক্লিংসিদা লৈরিবা নুপী ওইবগী পুকচেল অসিমতদি মাঙহনবীগনু, ঐবু থাজবীয়ু।
- ঐহাক নহাকপু থাজদে লঙ্কোনি, নহাক্কী ৱাহৈনা ঐগী ওইরবসু নহাক্না পাঙথোক্কদৌরিবা থবকশিং অদুদি নুংশিরবী নহাক্কী ইমাগীদমক্লি।
- ফরে ইনম্মা, ঐহাকপু থাজররোই মপোকসিমগী। ঐবু থাজদ্রবসু চাক্কৌবা অদু পুবিদুনা দানি অমদি তামোহেনবু অমুক্তা উনহল্লুকো।
- মদুদি নংগী ননিংনি। অদুদা... দানিবু শোয়দনা লাক্লমগদ্রা? লাকপসু য়াবনিনা লাক্তবসু য়ারমগনি। লঙ্কো ঙসিদি ৱা খর হায়গে, ওইররোই হায়না খনগনুকো।
- ইনম্মা করি ৱানো অদুক লাইরিবদুবো?
- হায়গে তাও, হিয়াঙ্গৈ থাগী তরামরিনি পানবা নুমিৎ অদুদা নহাক লৈ-থিবা চৎকনিদনা লুহোংবগী। শাৎলমগনি মখল মথেল সুনা লৈরাং কয়াসু হেল্লুগনি নখুত্তুনা পৎ-পৎ থত্তুনা -অদুদগী লৈহৌগনি

লৈখোক্তো ফর-ফর হাইদুনা খল্লুকো অৱাবগী বীদায়নি হায়না।

- অদুরো হায়গে হায়রিবা ৱাদুবো?
- লোইহ্রি মখাসু তাখো লন্ধো, অদুদগী লৈগী পোল্লাংদা মচু কয়াগী লৈশিংদু উরগা থৌগৎলবা থম্মোয়দু হরাওগনি নুংঙাইগনি নহাকসু। অদুগনে লন্দোনি, লৈশিংদুনা পাল্লিবদি ফজবসু নত্তে, নাচোম ওইবসু নত্তে, লৈতেং ওইরুবদুসু নত্তে...
- পরেং ফজনা লেংবা ওইরমগনি।
- নত্তে লন্ধো পরেং লেংবদুসু নত্তে।
- এ... অদুদি শেগায়রগা চাইবদুরা ?

লন্ধোনা মরক থৎলকপদুদা ঐসু ঙহাক্তং লেপ্তুনা সুন্দা মীৎ য়েংদুনা লৈ। মীনুংশি খঙদ্রবা ৱাহৈশিং অদু তারুবদা মিত্তগী পীদুম তারকখি। ইপা পাখৎনা হায়দোকখি।

- ওন্নরে লন্ধোনি, মদুসু নত্তে, লৈশিংদুনা পাল্লিবদি... মখোয়না পাল্লিবদি - শাৎচরম্লগা কেনবা অদুনি।
- ইনম্মা, অদুদি লাইদা লৈকা কৎনরিবসিদি কমদৌবা তারে ?
- ওহ্নোকপা ৱাফম্লি, করম্বা লাইনা করম্বা ঈশ্বরনা লৈ হেক্লগা কৎলকউ পাপ কোকপীগে হায়রকপগে? নুং অমদি লৈবাক্লা শাবা শকখঙদবা মুর্ত্তিশিং অদুনি লৈশিংদুনা ইহান হান্না কিরিবদি, মখোয়নি লৈরাংশিং অদুগী য়েক্লবদি। মীওইবগী খুৎনা মেত্তুনা শেম্লবা শারবা ঈশ্বরনি-, শুপ্লতগী মুর্ত্তি অদুগী খুয়া য়ৌরগা শেংলবা ঈশ্বরগী দর্শন ফংলবদি লৈবাক্কী লাইনীংবা পূম্নমকসে মকোক্তা অমমম পুদুনা চৎপা য়াদবরা? থাজৌ লন্ধোনি ঈশ্বরদি মশক নাইদে, লৈকোলগী লৈরাং পূম্নমক অসিসু শাৎচরম্লগা কেনখিনবা ঈশ্বর মহাক্লা শেম্লস্বনি। নঙসু ঐসু শিননবা পোক্লকপনি। অদুবু পোকপা শিবগী মরক অসিদি মী ওইনা হিংবা তাই মীরকসিদা। নুমিৎ অদুদা ঐহাক ইথন্তগীদমক লৈরাং কয়াগী পুন্সিনো অরেম্বদা মাঙখিগদবা, লৈখোক লোইহ্রিঙৈদা কংখিগদবা - মখোয়দি মরোল থোক্তে অদুনা অৱাবসু খঙলম্লরোইদ্রা? নত্রগা লৈথোক্লবা পাঙ্গলদি লৈজদ তুমিন্না খাঙলমগদ্রা?
- ইনম্মা, খঙদ্রে ইনম্মা নহাক্কী ৱাশিংসে, লন্ধো নহাক মসিমদি

তৌনু, মসি তৌ হায়না হেক্তা তাকপীবা য়াবনি। নহাক্কী ব্রাবোল অদুনদুম থোইনা লুনা থোক্নে।

- লন্ধো নহাক শাওগনু ঐনা খিত্তং লায়নবা হায়দুনা খর কোয়না হায়বনি। নহাক্না খর খঙলিবদুনা য়ারে। চাক্কৌবা চৎপা হায়বদো করি হায়বা?
- হাইমা, অদুবুদি চৎকদৌরিবনি, অমুক তল্লবরা ?
- হ... তন্দে, অদুদা নখোয় ইমাসে মতা অমনিনা খল্লিবা।
- ঐখোয় ইমাগীদি খল্লুরনু ইনম্মা। নোংমখক্তু কৈদৌই হায়বগে? মদুফাওবা য়াদ্রবদি লুহোংবা কায়গদৌরিবসিদি কমদৌবা?
- লুহোংবদি করিগী কায়গদৌরিবা?
- কান্নদে ইনম্মা, কোন্না খঙলক্কনি, চাক্তুম থোংলুরসি লাক্নো।

হায়বল্লগা মাও থাদুনা লন্ধোসু প্রপ-প্রপ চঙখি। ঐসু পুঙমদ্রবা ব্রাখল অদু পুনা পুনা তপ্পা তপ্পা মতুং ইন্দুনা ইমুংদা চঙলকই।



## তরামাখোইশুবা শরুক

লেপ্পা নৈতনা চৎলিবা পুংজানি। চাক্কৌবা নুমিৎ অদুসু য়ৌশিল্লকই। হয়েংদি চাক্কৌবা চৎকনি খল্লুবদা অহিং অদু তূম্মিংবা পোকখিদ্রে। অহিং অদুমদি য়াম্না শাংবগুম ঐহাক নোং ঙানবা ঙাইবদা ৱায়। নোংঙানবা হায়বদুবু অমুক লাক্লরোইদ্রা হায়না চিংনরকই। টেবল মথক্তা লেপ্তনা চৎলিবা টেবল ক্লোক্কী কাটাশিংদু মচি ইরেং লেংদ্রদুনা পুংজাশিংদা শোয়রবরা হায়দুনা চঙশিন্দুনা কয়ারক য়েংলুবদসু তপ্পা তপ্পা চাং নাইনা অদুম্মক লেপ্তনা চৎলমই। অহিং অদুদা ঘড়ী অদুনা ঐবু লাক্লরবরা হায়না খল্লদুনা হন্দক্তি ফনা কুইনা য়েংলুদ্রে। ফমুংদা তুমিন্না অদুম্মক হিপ্তুনা লৈরে। অহিং নোংয়াই চল্লকপা মতমদু ওইরক্লমাল্লে, কৌজেং হারৌগী খোঞ্জেন্তনা অচিকপদুদা নিল্লি। অচিকপা অহিংগী সংসার অদুদা মপান থোক্তুনা তিঞ্জনিংলবা মিকুপ অদু য়ৌরক্লবসু ঐহাক থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোকপা ঙমদ্রে। মরমদি করিগুম্বা ইনেখোয়না খঙথ্রগা ঐবু লান্না লৌবিখিগদ্রা হায়না কিরুবননি। অদুবু থেঙলবা অহিংগী অচিকপা অমদি অমম্বা মালেমগী ফজবা অদুতা মিতাঙবী পুক্লিং অসিবুদি ফাজিন্দুনা থমজবা ঙমজদ্রে। তপ্পা হৌগক্তুনা মিহুৎথোংদু হাংদোক্তুনা মপানগী ফজবদু শরুক মচেৎ অমত্তং উজনবা হোৎনরুই। মচেৎ ওইনা ঙাল্লিবা থাজনা নোংচুপ চীংদোল য়ৌনবা তপ্পা তপ্পা চৎলিবদু উরুরগা চেহ্লোক্তুনা খাম্মিংলুই। নোংদোলথক্ত নীংঙাইবা নৈতনা মালেমগী কুম্মেবু য়েংলিবা

থৱানশিংদা হংনিংলুই করিনো খরা। নীংঙমদ্রবা থম্মোয় অসিনা পাউহংলুরি তত্তনা খোঞ্জেলগী ৱাংমদা। পাউখুম ফংদ্রবদা মিন্না অনিসিনা কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা ৱারৌরুবি থৱানশিং অদুবু। শেংলবা থম্মোয় অসিগী ৱারী খঙবীবা করম্বা থৱান মিচাক্না ঐগীদমক ঈঙ্গিৎ মচা অমত্তং তৌবিরক্কদ্রা খল্লুবনা অমমমতা ওইনা মিৎচানরুরি। অৱাবনি, ৱাত্ত পাদ্রবা স্বগগী লৈকোন্দা হৱাও মথোই কানা লৈখিবনা পাপনা থল্লবা মালেমগী অৱাবা ৱারী তানিংদ্রবোই শকফম ইওন ওন্দনা নীংঙাইদা অদুম্মক নোক্লি শঙ্গু-শঙ্গু পুল্লদুনা। চাক্লবা থৱায় অসিনা তাওবা কনাগী মঙলান্দা মঙফাওনবা য়াওখ্রবরা - তাম্না খোংলকপা হূইগী খোঞ্জেলসু তারকই। লাল্লুরবা কনাদা ৱারৌরবা তাওবা হূইদুনা লাক্না খোংবদু তারগা মিপাইরকই ইতোমতা। থিছুরুবা লৈতনা মীহুৎথোঙদু থিংজিল্লম্লগা অমুকসু হিপথৈ ফমুংদা। অমম্বা অহিংনা লোইখ্রগা ঙাছোক্লকপা কোরৌগী অহানবা মশেক অদুতা ঙাইবদা কয়া ৱানা লেঞ্জরীবা ঐতনা নিংশিংজৈ। হন্দক অমুক হন্না য়েংলুবদদি টেবলদগী ঘড়ীদু ফনা য়াঙনা চৎলম্বগুম্না পুং অহুম মথায় তাগদৌরম্লে। নোং ঙাছোরকপগী অহানবা মিকুপ্তু য়ৌশিল্লক্লবদা থম্মোয়সি মদোম লাংজরক্লে। লন্ধোবু হৌদোক্লগে খন্দুনা তপ্না তপ্না কৌরুই।

- লন্ধো... লন্ধোনি! হৌগৎলসি নোংঙাল্লে।

ওঙ্কোক্না নুংঙাইনসু তূমখ্রবোই কৌরুবগী তাবা লৈতনা লেঙদনা য়াতারি। মিকপ থোকপসু লৈতনা নুংঙাইনা তূমদুনা লৈরিবদু য়েংলগা খল্লকই। মাদি কদায়দগী চৎনিংলমগনি, করিসু চৎনিংলম্লোই। ঐতনি চৎনিংবা। ঐনা অসুক য়াম্না চৎনিংলিবসিনা দানিবু উনবা ফংলক্রুবদি করিবু কান্নগনি। মাম্মনদি লাক্কনি হায়রমইকো। তামোহেন্না ঐখোয়বু লৌবা খর ঙন্না লাক্লবদি নুংঙাইখ্রনিদা। খনবমখৈ খল্লুরগা জগৎকী মপু মঙোন্দগী নিজরুরি ঐনা দানিবু উনবা ফংহনবিয়ু হায়দুনা। করি থোক্লগবা হায়বা অদুদি নোংদম্বা মঙোন্দা ইঙ্কোকচরি।

থোঙ হাংদোক্কুনা থোরক্লগা অঙানবা মাবু খুরুমজরবা মতুংদা তৌগদবা অয়ুক্কী থবক লোইশিন্নবা হোৎনরে। মহৌশাদগী খর ঙন্না অমদি খর থুনসু লোইশিঞ্জরে। মতম অদু ফাওবা লন্ধোদি হৌগৎলক্তরে। থবক লোইরবা অদুদদি তৌফম খঙদ্রদুনা লন্ধোগী মনাক্তা চঙদুনা তাননবা হৌদোক্লুই।

- লঙ্কো... লঙ্কো, হৌগৎলো সে, থেঙখ্রনিয়ে।

হন্দক্তি তারমাল্লে, ফুগ হৌগত্তুনা থোকখ্রে। মাগীসু তৌগদবা খর তৌরুদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই।

- ইনম্মা ঐদি মিকপ থোক্লুন্দরে। য়াম্না থেঙলম্লে। ইরুজরুরসি লোইশি দুনা লৈরসি, ঙন্তা লাক্কনি হায়বদো।
- হোয়নে ইবেম্মা, ফনা কুইরে ঙাইজরিবা।
- অদুবু কোক হৌদোরকপা য়াদ্রা ?
- হৌদোকপদা তাদ্রবদি হৌদোক্তবগা মান্নরেদনা।
- ই... অওইবগী হৌদোকপরনে? হৌদোল্লবদি তাননবা হৌদোকপা কৈদৌবগে ?
- তামন্দ্রবা অদুদা তুম্লিংলিমাল্লে খন্দুনা তোকথোল্লবা।
- ঐদি মিকপ থোক্লুদ্রেনা- লাকও ইরুজরুরসি থেঙখ্রবদি হোরেল কুইনা ঙাইনরনি।

হায়নরদুনা মখা পুখ্রি অচৌবদুদা ঐখোয় অনি ইরুজবা লাকই। লম্বীদা থেংনবা মীনা ঐখোয়গী ইতৌদু উরগা হংলকই।

- অসুক ঙন্না চাইথগদৌরিববু করম্বা চাকঙন থোংগদৌরিবনো ?

ঐখোয়সু নোকখি নোকখি খুল্লমই।

- চাকঙন থোংগদবা নত্তে, চারুগদৌরিবনে।

পুখ্রি য়ৌরল্লবদা পায়নরিবা বাল্টিনশিংদু ঈশিং শোক্কত্তুনা ইরুজবা হৌরে। নুংঙাইবা রাগদা ব্বারী শানা শানা ইরুজবদু থোইনা নুংঙাইবা পোকই। ঐখোয় অনিতনা পুখ্রি মপান্দু ইরাং লাংই। লাঙনা লাংনা ইরুজবদু লোইশিল্লকপদা অরাপ্পদগী জীপ অমা য়াঙনা থৌরকপদু উরদুনা পুক্লিংশিংসিনা অমুক হেন্না লাঙখি। চোৎলবা ফদিদু শুম্না শুম্না লঙ্কোনা হায়রকই।

- ইনম্মা আদা লাক্লিবা জীপ অসি ওইরমদুনা য়াহৌ থেঙইকা হায়ররবদি ইকাইখ্রনিদা।
- ঐদি ইকায়রবসু নঙোন্দা তাইশিনগনি। নঙনা থেঙনা হৌগত্তুনা শোয়বনিদনা।

হায়বগা তৌবগা চপ মান্নে হায়বদুনি। জীপ অদু থৌজিল্লত্তুনা ঙহাক খাল্লগা তামোহেন্না হায়রকই।

---

- ঐনা হাল্লেদনা।

লন্ধোগা ঐখোয় অনি অমগা অমগা য়েংনদুনা নোকই। ঐহাক্না খুম্নই, ঙক খিত্তুং ইল্লদুনা।

- ঐদি ঙসাইনা লোইরগদবনি। তু! ইবেম্মসে ঙাইবদা থেঙলিবা।
- নহান্দি য়াম্না ঙন্না হায়বদুদা ঐদি থেঙলে হায়দুনা গাড়ি কন্না থৌরকখ্রপোৎনি। নহান্দি ঙন্না লাকউগা হায়রগা কৈদৌরবা?

লন্ধোসু খুমই মরু খিত্তুং লুকথরপ

- অসুক কন্না হোৎনরিবসিদি লোইশিল্লগে, দানিদুবু শোয়দনা লাক্কদ্রনে।
- লাক্কদ্রনে নত্তে মানা থোংবা চাক্লিনে হোরেল চারুগদৌরিবসে। মানা ঙরাং লাকপদা দক্ষিনা য়াম্না লৈরক্লবনি। হোরেল নখোয় অনি পুবা ঙমজরোই। লোইশিল্লো লাকও, য়ুমদা লৈরল্লগে।

হায়রল্লগা য়ুম তম্না থৌখি।

দানি লাকহৌরে হায়বা তাবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মাবু উনরবনি খল্লুবদা অব্বাবা পূম্নমক কাওখিবগুম্না থোকই। ইরুজবদু লোইশিন দুনা য়ুমদা হল্লক্লগা ঐখোয় চৎননবা থৌরাং তৌরে। তামোহেনসু ইনেগা ৱারী শাদুনা ফমই। মখোয়গী ৱারীদুদি পুক্লিং চঙলুদবনা তারুবা লৈতে। ঐখোয়সু ফি-রোল হোংদোক্তুনা লোইশিনবা য়াবা লোইশিন্দুনা লৈরে।

ইনেনা ঙহাক্তং চঙলক্তুনা হায়রে।

- ঙন্না থিলহল্লকউকো মন্দিনা।
- হোয় ইনে।

চৎলসি হায়নদুনা গাড়িদা কাখৎনরে। তপ্না তপ্না গাড়িদু থৌদোরক্তুনা য়ুম হুন্দোক্লল্লে। মথং মথং লাম্বোরক্তুনা থুংলুগদবা মফম লাপতক্লা উরক্লে। নকশিল্লকপগা লোয়ননা ঈহৌরক্লে মিৎলুদা। উনবগীসু অব্বাবা লৈববা হায়না খন্দবসু ঙমখিদে। মতম কুইনা উরক্তবা ইয়ুম লমদম্বু উবা ফংলবদা হরাওদ্রবা থম্মোয়সিবু করি মতৌনো খঙখিদ্রে। অব্বাবগী ঙমখৈদসু নুংঙাইবগী অরোইবদসু পিরাংগী ইফুৎ মহাক্না কোইচেন চেন্দুনা ঙাক্লিবরা? শিন্থুরকপা পিবাংশিংদু থীংবা ঙমজখিদ্রে কোম্বোং মপা য়ৌশিল্লক্লবদা নংহৌরোই মতাগুম্না হায়দোকখি।

- তামোহেন অমুক্তা খাম্বীয়ু।

---

তামোহেন ব্রেক খংকাও কাওদুনা গাড়ী খাল্লগা হংলকই
- করি তৌরবগে ?
- করিসু তৌদে, ঐহাক ঐখোয় য়ুমদা অমুক্তা চঙলমখিগে তৌবনি।

হায়দুনা গাড়ীদগী কুমথহৌরে। লঙ্কো অমদি তামোহেন গাড়ী অমুক থৌখিদুনা চঙখরে। মল্লবা থোঙ্গাল অদুদা লেপ্লদুনা লৈ-লৈদুনা য়েংলে। অচিকপনা ঐবু তরাম্না ওক্লমই। কনানসু ঐবু কৌবিরক্তে। শ্বর শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা খোঙ তপ্না তপ্না থাংলদুনা য়ুমদু তম্না চংশিল্লকই।

মপুনা য়েংশিনবিদ্রবা ফক্লাং শীংখোং কিছুরবা অমদি মতম কুইনা মন্দুনা লৈবদা শেগায়রক্লবা য়ুম অদুদগী থোরক্তুনা কনানসু ঐবু কৌবিরক্তে। ঐগী য়ুম্নি হায়দুনা কনানসু কৌবিরক্লোই খঙনা খঙনা চঙলকপনি। ঐহাক খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে। থাংবা ব্লারবা খোঙ অসি থাংনা থাংনা মাঙ্গোল কাখৎলুই। শিত্তোক নাহ্লোকপীনব কনা লৈখিদবনা ঈশঙ কারমই। কনা লৈতে হায়বা তাক্লন্দুনা কল্লবা থোং অদুসু তুমিন্না ঙাশিন্দুনা লৈরমই। মল্লবা মাঙ্গোলদুদা লেপ্লদুনা মতম অমগী দৃশ্য কয়া নিংশিংলুরি।

কদায় ঙসিদি অদুগী দৃশ্যশিং পূম্নমক ইওন ওন্নরম্লে। শকফম ওল্লবা দৃশ্যদু উরুবদা হংলক্লে অমুক থম্মোয়না থম্মোয়দা। মেরাগী থাবল ফংজদ্রবা শুমাঙলা, কনা লৈতে খন্দুনা কোরৌ মশেক্লা য়ৈবীদ্রবা। মল্লবা শেগায়রবা শকফমসি উরগা পূম্নমক্লা কিদুনা চেনখ্রবরা? শুমাঙ ময়ায়দা মনা পুংনা অমত্তং হৌহৌবা বৃন্দা দেবী ঙসিদি শুমাং শিনবা থুংনা হৌরম্লে। শুমাঙ ময়াগী থাবল্লে ঙসিদি অঙকপা ফংনা ব্লাংলম্লে, অকিবা ফংনা পুংলম্লে। মতম অমদা ফৈদোম শানা লৈহৌবা ইঙ্খোল ঙসিদি শুমাঙগা অমত্তা ওইনা পুন্সিন্দুনা নাপিগী অশংবা লম্পাক ওল্লম্লে। য়েংলুবা খুদিং ব্লাকৎলক্লি তুমিন্না ওল্লবা শকফমশিংদু পুথোক্তুনা। মখোন থোক্তনা লোল্লক্লিবা ব্লারোলশিং অদুনাঐবু নুংঙাইহনবগী মহুত্তা ঐবু ব্লাহল্লি ঐবু কপহল্লি। কপ্না কপ্না চংলক্তুনা থোঙ খজিক্তং নম্লুবদা গে লাউনা হাংদোকখি। ইমুং চঙদুনা য়েংলুই, নোংখাং চাইরবা শুম-মিরাং চারবা শাইরুক অদুনা লময়াইদা তাদুনা লৈরমই। নোংমতা কাংদনা ইমানা কৈথেল কাবদা পুনরম্বা থুমোক অদুবু উরগা ইমাগা পোৎ থোন্নবদু করম্না নিংশিংদবা ঙমগনি। চঙশিনবসু ঙমদ হন্দোকপসু য়াওদ লময়ায়দুদা লেপ্তুনা কপচখি। নচা লাক্লে ইমা। লাক্লিবরা হায়দুনা অমুক্তদি কৌবিরখো। অরৈ লৈত

তানদবা কুইরে, তানখিসি লাকখোগবা হায়না লাওনা খোংনা কপচবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে। ইশাগী খোঞ্জেল নত্তনা করিসু তাবা ফংখিদ্রে। কপ্লদা চোকথরবা হকচাং অসিনা তুগদৌগুম ব্বারক্লে। অচিকপবু মরুপ ওইজনিংবা পুক্লিং ঙসিদি অচিকপনা চিক্লরে। চৈনা খাঙবা ব্বারবা ঐহাক ব্বাখলগী ঈপোম হৌরক্লে।

লাক্লে ঙসি নঙগী মল্লবা মন্দিরসিদা
কুইরবগী তুংদা নিংশিংলকপা মিকুপসিদা
তাইওন্নরে নঙগী তাইবংপান তাইওন্নরম্লে।
নিংশিংবনা কপহল্লে ব্বারীদুনা ব্বাহল্লে
কনানবু তাবিনি নঙগীদমক ব্বাবিনি
পোত্থারখো ঙাইহাক্তং ফংজখোনে নুংঙাইবা
নঙবু ঙাইনা লেপ্লম্বা তুগদৌরে মন্দিরসে।
য়ুম্বুরেনবা নঙতনা মাঙহনলেদো পূম্নমক
পূম্নমক্কী কায়নবনি কায়ন ঈশৈ শক্লমখো।
কদোম পাংনা পাইখিনি মায়কৈদুমা লেপ্লমখো
নঙবু থিবা লাক্লবা মায়কৈদুতা তাক্লক্লে।

কনাসু লৈত্রবা অহাঙবা য়ুম অদুগী অচিকপনা ঐবু থোকখ্রো হায়না তাহোকপিরকই। নুংঙোল্লকপদা নুংবংনরবা পুক্লিং অসি পুরদুনা তপ্পা তপ্পা মপান থোক্লকই। য়েংলুবা খুদিংদা শ্বর শাংনা শাংনা হোল্লদুনা অরোইবা বীদায় পীরুরি। মতম কুইনা কায়নরুববা ঐগী পচুনা চুরি মখা ওইরপ্পা মতু ইপোন পোন মমৈ ফর ফর হাইরদুনা মমিত্ত ঈরা চেনবমখৈ ঐবু য়েংলম্বদো মিৎচানরুই। মিকুপ অদুমক্তদা থিংঙমদনা শোন্দোকখি নিক্লবা সুরদা

- পচু... পচু...।

শিঙ্গরক্লিবা পিরাং কংলো হায়না তমদ্রবোই চেহ্ণখিবা ঈচেল লেপহৈদ্রবোই। পচুবু কোল্লগা অমুক্কা হেন্না ইনোৎলক্লি মিৎলুদা।

'ও পচু পলেম কায়না মৈন চাক, নিঙোল ইজ্জৎ কন্ননবা ইয়ুম লমদম থাদোক্তুনা নুরা শাইদাংনা খাঙজরুবা পিরাংলক্তা পীরোইনৌ হায়না তমখ্রবোই। নুরাই মপোকসিত খন পচু নঙবু কাওরুরে, ব্বারৌগনুকো ঐহাকপু মতম অদুগী শক্তম ঙসি নঙগী শকফমসি নত্তে, লুরবা নমিৎ, শোংলবা নতু, নোয়রবা নখোঙ নখুৎ কৈদা চৎখ্রবগে নহাকপু কনানা চাক

পীজবগে? ইশং কারবা মাঙ্গোল অসিনা নঙগী য়ারেকফম, লৈকাইনা হুকে দাকপা লুখাক চগুম খুন্দুনা পচু নপুক থন্নবরা? হাপ্লবা পুক অদু পুদুনা লৈকাই য়েনখা চংলুবা য়ুম্বুদুনা শাওদুনা পচু নঙবু ফুরকপা, শোল্লবা হকচাংদুনা চৈনা করম্না খাঙবগে? নীংঙমদ্রবা থম্মোয় অসিতনা হংজরুবগী ৱানি। ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীরকপগী মহুত্তা মপি ইরা চেল্লদুনা ঐঙোন্দা ঙাথরকখি। তাইবঙ মীরোল থোক্তবনা ঐবু হরাওনা কৌবদি ঙমদা মতম কুইনা কায়নরুরবা মতুংদা অমুক উনবগী পিরাংগা লোয়ননা নুংঙাইবা পুক্লিংগী ইহুল অদুমদি মমৈ পোপ পোপ ফুরদুনা ফোঙদোরক্লি। মতম অমদা কয়াদা লুনা তিন্নখিবা মরুপ্পো হায়না খল্লুরবদি হৌগ্রবা ৱারীতনা শাক্ষি ওইরি। অথেঙবা থাবলদা শকমিন্নখিবা ঈশৈ শান্নমিন্নখিবা মা ঐ ঙসিসু তারি নিংশিংবগী মমি শেংলবা থম্মোয় মিংশেল অসিদা। অদুবু মীওইবা ঐগী থম্মোয়না মতম কুইনা থাদোকপীরমদুনা করম্বা দণ্ডি পীরম্লিবা? মীরোল শুদ্রবা জীব ওইখিবনা মরাল ওইনা খাঙলকপদি মদোম তুমিন্না শকফম ওল্লম্লে ঙসিদি, অহলশিংদ চল্লম্লে। কালেনগী নুংশা নোংজুগী নোং কয়া কয়া খাঙদুনা ঙসিসু শংলম্লি শোগায়রবা য়ুম অসিতবু। ৱারবা পুন্সি অদুনা কনাগীথৌদা ইল্লিবা? তাইবঙ মীরোল থোক্কুনা য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা চাক্লিবগুম্না অরাম খৌরাং কোক্লরমগদবসু নত্তে। ইনাক খুনবা কনাদগী হুরুবসু ঙমদ করম্নবু কোক্ল রিগবা অরাম খৌরাংবা। শুপ্নতগী হুন্দোরকপা অদু নত্তনা করিবু ফংলমগনি। মদুসু নোংমদি লেমদুনা হুন্দোক্লমগনি লেমদবা নুমিত্তনা করম্না খাঙলিগবা। পিরোইনরবা ঐগী ৱাখন্নি। খন্নীংদ খন্নীংদ অদুম্মক খল্লি লোইখিবা লৈতে। শুমাঙ ময়াই য়ৌরবদা নিংশিংবগী খোহ্বাংনা মায়কৈ শীনবা থুংলকই। হৌগ্রবা থৌদোক কাউখ্রবা ৱারীনা লক্লরক্লি মথং মথং লোইবা নাইদনা। শুক্লবা জঙ্গল মচা অমগুম নাপিতনা শোংলবা শুমাং, নাপীরক্কী লৈরাংশিংনা নিংঙাইদনা শাৎলিবা কুপ্তবা মিৎসিনা উরুবগা খল্লক্লি থম্মোয়দা খেন্নবা কয়াদো। নোংমা মেরাগী থাবলদা শান্নখিবা পচুগা ঐগা ঙসিনা কৌজেং হারৌগী য়াতাফম, অসিগুম্বা শুমাঙ অসিদা থাবল মপান তাংদুনা পুন্সিগী কাউররোইদবা ইতিহাস অমা হৌখিবা - ঙসিনা শারবা নুংশাদা ইতিহাস অমা নিংশিংলুবগী অৱাবা কয়াদা খেন্নরিবা মাং অমদি তুং। অমম-অঙান, অৱা-নুংঙাই ঐঙোন্দদি করিবু খেন্নরি। ঐগী

পুন্সিসিবু পুন্সি নত্রবরনে? নত্রগা মান্দবগী ৱারা? ফনদি নোক্লিংইসে ইতোমতা খল্লুরগা - অসুম্না অঙাওবীগুম পল্লেপফম খঙদনা খুদক খুদক্তো হোংলকপা পুক্লিংগী ইথিল ফাজিনজবা ঙমদনা মোমোন তৌরক্লে চীনবন্দা। কয়াদা পকচরিবনো কপ্পা নোকপা মচিন মনাওনি। পুন্সিগী মশক তাকপদা ঐগী পুন্সিনা চানবা প্রমান ওইরি। অৱাবদি ৱাহৈ খরসিনা য়েকপদা য়ৌদ্রবা ঐগী পুন্সিগী শকফমনি। তম্বদা তাররোইদবা পুন্সিগী ফিরেপনি। অদুবু মাংহনজনিংদে পুন্সিগী মহাওসিমদি। ঐগী পুন্সি অসিমদি মশক নাইরসনু হায়না ৱাখন্না ঐগী পুন্সিবু অর্শিবাদ কয়ারক হন্না তৌরুরি। থংনবা ইমুংদা ইরাং লাংনরকপদু তারকই। মশক্তি উবা ফংদ্রি, খোঞ্জেন্দি মতাই, খোঞ্জেন্দুনদি মশক তাক্লি ঐঙোন্দা। ইনেনি, চাকখুমদগী মাল্লি লাউরকপদু

- ইবেম্মা নখোয় লাক্লবরা? ফরে ফরে খর ঙন্না য়ৌরকপা, নবুংগী কাদুনা খর কোম্বনি, নফি-নরোন হোংদোক্তুনা ঙহাক পোত্থারুখো। ... মন্দিনাদি য়াওরক্লবরা?

  লক্কোনিনা খুল্লকপদুসু তাই

  য়াওরকই ইনে, মখোয়' য়ুমদা চঙলুখিগনি হায়দুনা চঙহৌরি।

  ইনেনা অমুক হান্নগী খোঞ্জেন্দগী খিত্তং নেমথরগা মখা তাখি।

- অসিনিদো য়ুম হায়বসে, নুংশিখ্রবা, নুংঙাইখ্রবা, ময়ুম্নি হায়দনা মতোমতা লৈবদি য়াদবনিনা নুংশি নুংশিনা থাদোক্লম্লবা।

ঐহাক খোঙ অসি দানিখোয়রোমদা থাংলকই। মাঙ্গোন্দা দানি লেপ্তুনা লৈরমই। হঙ্গাম মপাল মচুগী খুদৈ অমা শেৎলম্বদো ওহ্বোক্রা পকচৈ। অসুক ফজবা মমাঙদা অমুক্তসু উখিদ্রি হায়না খল্লি। দানিবু য়েংনা য়েংনা থাংলকপা খোঙনি, খোঙ য়েৎ ওই লৌশিন্নদুনা তুশিনগদবা শম্নাদা লিৎলি। শ্বাই লাওবগা লোয়ননা জ্ঞানসু তারকই। করি ৱাখল খল্লুদুনা মীঙোন্দা অদুক মুন্না য়েংলুবিবনো হায়বদু খঞ্জরুবা লৈতনা চঙশিল্লকই। নিংঙমদবা মিৎয়েংনা নিংখায়গদবগী ঙাইদুনা লৈরবা পিরাংশিংদুবু ফাজিল্লদুনা ঐবু চিংনা য়েংলকপদু মিৎচানরুবা মিকুপ্তুদা ঐগী খোংথাংসু লেপখি। তশেংনমক ঐহাক খোঙ থাংবা কাউথোক্লুই। লৈমায়দা মিতাদুনা মিকুপ অমদি ঐনা ঐবু কাউজখি। জ্ঞান মাঙলবী ঐনি দানিগী ৱাহৈ খরনা অনৌবা জ্ঞান হাপ্লকখি।

---

- নপোৎ শুনা লৈরমদ্রবরা? লৈরমগনিদা কনানবু হুবিগনি, হুরানবদি হায়রুনু নহাক লৈতঙেদগী পচু নত্তনা তুমিং ফাওবা পাইদ্রবনি।

ঐহাক লেপ্লুরগা খোঙথাং তপ্পা তপ্পা থাংলদুনা চঙশিল্লকই। তপ্পা থাংবা খোঙথাং অদুদা তাম্থা ওইনা তপ্পা তপ্পা হায়দোকখি চিনবানসিনা

- পোৎ থিজিল্লুবা নত্তেদা,... চঙলুদবা কুইরে হায়দুনা চঙলুবনি।

মাঙ্গোল কাখৎলক্লুনা ইমুংদা চংলমদাই য়ৌরক্লবদা দানিনা ঐবু য়াম্না নীংঙমদনা করিনো অমা হায়নিংবগুম্না অমুক্তং কৌরকই।

- দেদে...।

মখা অমুক তারকপা তৌদনা ঐঙোন্দগী লৈথোকখিদুনা তুমিন্না লৈথোকখিবদুদা ঐহাকসু খুমবা ঙমদনা তুমিন লেপখি। নীংঙমদ্রবা মীৎ অসিনা পাউখুম পিরুনবগীদমক দানিনা য়েংথোরকপা ঙাইখি। অসুম্না নীংঙমদ্রবা মিৎ অনিসিনা মাবু য়েংদুনা নিংঙমদ্রবা মীকৌ অদুগী পাউখুমদি পিখি। লৈথোকখিবা মমায় অদু তপ্পা তপ্পা লৈশিল্লক্লুনা মহাক্লসু ঐবু য়েংলকই। মিৎচানবগী পাঙ্গল য়াওদ্রবা ঐগী মিৎ অনিমক্তি খোঙদোল তম্না য়েংথজখি। তপ্পা হায়দোকখি লুরুক্লনা।

- করি তৌরে, তুমিন্না অমুক লৈরবদি ?
- খর নুংঙাইরিবরা ?

লৈথোক্লুনা হংলকপা ব্রাহংদুগী পাউখুম থুনমক পীখি ঐসু।

- নুংঙাইরি, দানিসু নুংঙাইরমখিগনি খল্লি।
- হোয়নে পুক্নিগী অহোংবা মতম লাক্লবদা নুংঙাইরোইদবা কনা লৈতে নত্রা ?

হন্দক্কী ব্রাহং অসিমদি পাউখুমজবা ঙমখিদে। অদুবু থিংবা ঙমহৌদনা শোন্দোকখি নিক্লবা সুরদা। অমুক্তং কৌরুই।

- দানি...।

ঐহাক মখা অমুক তাজবা ঙমখিদ্রে। শিহুনবা মিকুপ অদুতা ঙাইদুনা লৈরম্লবা ঐগী মিংকী পিনা খোঙবী তম্না হৈথরক্লে। লোম্হোক্তবা পিরাং অদুনা থম্মোয় শেংনা লোল্লিবা মরোল অদুবুদি কনানসু খঙবীখিদ্রে। ঈরা চেল্লবা মিৎসিনা কনাবুসু হন্না য়েংলুবা লৈতনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরে। তাঞ্জা অসিদা তামোহেন থোরক্লুনা হায়রে।

- *করি তৌরে? তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরিবদি, ইমুংদা কোক চংবা য়াদ্রো?*
- উম চংলগে।

হায়রম্লগা ঐহাক ইমুংদা চঙলক্তুনা লন্থোনিগী মনাক্তা ফমই। ব্রা ইঙাং ঙাংনিংদে, থব্রায় ইনুং নুংঙাইতে। তুমিন্না অদুম্মক ফমই। কা অদুদা লৈতেংলিবা পোৎ চৈশিংদু অমমমতা ওইনা য়েংবা হৌরকই। ফক্লাংদা য়াল্লিবা কেলেণ্ডরদুনা নুংশিৎকী শহুম ফংবদা লেংলি লেংলি হায়রম্বদু উরুবদা কোক ঙাওরকপগুম খল্লকই। নান্না থারিবা ফমুংদুগী নাকন্দা সাইদ টেবল অমা থারিবদুদা খিল্লল্লিবা মোমোন নোকপা দানিগী ফোটো অদুনা ঐবু য়েংলগা নোক্লম্বদুদা ইতোমতা ইকাইবা পোকচৈ। তুমিন্না লৈবা হৈনরক্লুমাল্লে, লন্থোনা হায়রকই।

- ইনম্মা ! ফোটো অসে মওং য়াম্না তাদ্রা ?
- উম, ফজবা হায়বসিদি ফজদুনতা লৈরগদবনি।
- অমুক্কা হেন্না ফজহনবা য়ারি - ফজহন্নিংদ্রা?
- অসুক ফজরিবসিবু কদায়দা অমুক য়েকশিনগদৌরিবনো ?
- অমখক্তং হাপচিনবগী ব্রানিদা।
- শন্বুগা হায়বদুরো?
- শন্বুগী ব্রা নত্তে, ইনম্মগী ফোটোনে।
- তাজনীংদ্রে ইবেম্মা! সে, চৌকিসিদা ফম্মু, ফক্তুদা ঐ ঙহাক্তা হিপকে। কোকসি ঙাওরি ঙাওরি তৌই।

হায়দুনা ফক্তুদা হিপথবতা ঙায়রি, তামোহেন অমদি দানি চঙলকই। ঐহাক হৌগৎপসু নংহৌদনা তুমিন্না হিপ্তুনা লৈ। তামোহেন্না হংলকই।

- করি তৌরে মন্দিনা, ব্রারবরা?
- করিসু তৌদে, কোকসি ঙাওরি ঙাওরি তৌই হায়দুনা হিপ্লল্লিবা। দানিনা মখা অমুক শাংথরকই।
- হিপকে হায়রগা ফমুংদা হিপ্লুদনা- গাড়ি তোংলুবদুদা তৌবা ওইরিনি। ফমুংদা কাখৎলগা হিপ্লু ঙহাক পোথারগা ফজখিনি।

লন্থোনা ঐবু য়েংদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরকই। ঐহাক মাগী মতৌদু উরগা শাওনিংলুই। অদুবু য়েংলুদ্রগা ফনি খল্লদুনা অমুক য়েংলুদরে। ঐগী ব্রারী লন্থোনা খঙদবা লৈখিদ্রবনি। মাঙগী পুন্সিগী শাংলবা ব্রারীদু লীবা মতমদা ইকাইখিদবনি। ঙসিদি ঐহাক লন্থোনিবু ইকাইরকই।

তামোহেনগী মিৎয়েংদু উরুরগা লঙ্কোসু মমিৎ খর মচোইদে। মখোয় অনিগী মতৌদুনা করিগুম্বা খরদি ফাওহল্লি পুক্লিংদা। মখোয় অনিগী মিৎয়েং অমনা ঐঙোন্দসু ফাওহল্লি ফোঙদোক্তবা নুংশিবা অমা। করিগীসু খল্লোই ঐনা অদুগুম্লবা নুংশিবগী শেংলবা ঈঙ্গিৎ অদুদি, তশেংনমক ফোঙদোক্তবা নুংশিবা হায়বা অসিতনা পুন্সিবু পুন্দুনা থম্লক্লবা ঐতনদি মনুং ফাওনা উরুবা ঙমই। মহূ কল্লবা নুংশিবা নহাক্লা যৌবনগী পুন্সিবু হেক হেক থেঙ্গাইবিরেদকো। অদুগা অমুকসু থম্মোয়দা থল্লিবা নুংশিবা নঙবু পুথোক্তুনা উৎলুবা ঙমদবগীসু চাউরবা ইৱাল ওইরি। মওন মওন খল্লদুনা কনাগী ৱাসু তারুদে। মখোয় অহুম্মা শারিবা ৱারীশিংদুদা পুক্লিং চিংশিল্লুদবনা ভাব তাবা ঙমদে। মখোয় অহুম মরক মরক্তসু হেক হেক নোক্লকই। অদুম্মা নোক্লকপদুদি মরম শুকখঙ খঙদনা ঐসু হেক্তা য়াওরুই। ঙহাক লৈরগা দানিনা অমুকসু হায়রকই।

- ফমুংদা হিপ্পু হায়বসিবু কয়াম্না কায়রবগে ?

  ঐহাক দানিবু য়েংলগা খিত্তং নোক্লিংবা উৎলদুনা খুমখি।

- য়ানিসে, সিদ সুম হিপকে।

- অদু ওইরগা মোনসি খাঙউসে।

হায়দুনা ফমুংদগী মোন্দু পীরকই। ঐসু লৌদুনা খাংই। নুংঙাইরিবরা থম্মোয় নহাক নত্রগা কপ্লিংলিবরা পুক্লিং নহাক অৱাবসু লৈত নুংঙাইবসু য়াওদ করম্বা রাগদা তাউরিবা? তাক্কক অমগী লিলা য়েংবিনবা য়াওদনা শান্নরি থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা। করিগুম্বা মতাংদা লাকঙমদ্রবা ঈপাক অমদা, ঙহাক লৈরগা অমুকসু অদুগুম্লবা চাংজৌ লাম্বা ফংদ্রবা ঈপাক অদুদগী কাখৎলক্তুনা ৱাংলবা চীংজাও অমবু চীংদোল লোম্না কাদুনা স্বর্গ লৈকোন্দা কোয়রুরি। মণিমুক্তানা থাম্লবা থৱান লৈরাং খুজোক খুজোক হেক্তুনা চাইথরুই মম্লবা মালেম অসিবু ঙাঞ্জরসনু খন্দুনা। অমুকসু ভৈরবীগী শক্তম লৌরদুনা খয়াৎ লাওনা কাথোক্লদুনা য়োৎশিনগে তান্নরুবি অরোনবা অরানবা কয়াসে। পূম্নমক ময়াবী ওইরিবা ৱাখল মাতনা ঙম্লুবনি। ৱাখন্না য়ৌদবা করি লৈরি য়ৌনিংবা মফমদা। ঐসু কোইরুরি ৱাখলগী হিরেল তোংদুনা। মরি মরি য়েৎশিন্নখ্রবা ৱাখল অসিবু নোক্লরদুনা পুন্সিনা নাকল অমদা লেপ্লমই। চিং লেম্না পাউতাক কয়া পীরকই - ঐগী পুন্সিনিকো হায়বা নিংশিংলকই অমুক হন্না। মৈরিবু উরগা মৈশাতবু কিরবদি মম্লবা থাশিগী

অহিংদা শুক্রা মল্লবা লক্ষ্মীদা নিংশিংলুদবা ঙম্লোইকো মঙাল কৌবা মহাকপু। করি অমুক খঞ্জানরিবা পুন্সিগী, ব্রা ঙাংলুদবা কুইরমাল্লে। দানিনা ফিয়ান্দা য়াল্লিবা ফুরিৎ খোঙগ্রাওদু লৌন লৌনা হায়রকই।

- চাকসু ঙহাক ব্রাৎলি অশ্বাইফাওবদা কোয়রুখিগে নখোয় ব্রারী শারমউকো।

তামোহেন্না খাময়

- হেরা হৌজিকপু কদায়দা অমুক কোয়রুগে হায়রিবনো ? বাজি হেক লাকপগা ঙা শেমমু হায়রগদবনি চৎখ্রনু ভায়।
- য়াম্না থুরক্কদবনি বজারফাওবদনি কুইরক্লোইদা। হায়রম্লগা থোকখি। তামোহেনসু চৎনিংলক্কমাল্লে হৌগৎলগা ফুরিৎখাও হাইরপ হুমখিবদা ঙাইরি থুনমক হায়রকই।
- এ... কৈনোমা য়াওরি, পাগেরা সে। ঐসু বজার চৎপা য়াওহৌরুখিগে।

ব্রা মখা তারমদনা চিঠি অমা লংশিল্লম্লগা থুনা থোকখি। ঐহাক চিঠি অদু খুনগত্তুনা তপ্না তপ্না ফাকপা হৌই। ময়েক ওইনা লোল্লিবা মরোল অদুবু খঙনীংবদি লাঙতক্কখি। অদুবু থোক্কপা ওইরকপা থৌদোক কয়ানা নীংঙমদবগী মচাক ওইদুনতা লাকপা মপোক ওইরুবনা ইথৌ থৌশারুদে। ঐগী ইতৌ অদুদা ঙাইঙম্লক্ত্রমাল্লে লন্ধোনিনা হায়রকই।

- খর লাউনা পারকউ ইনম্মা।

লাঙতক্করবা মতৌ অদুনা চিঠিদুগী মমল খর কাখৎহনখিবগুম তৌই। ঐহাকসু চিঠিদু ফজনা ফাক্তোক্লগা পাবা হৌরুই।

দিয়ার মোহেন,

ফরে মরুপ পূম্নমক লাইবক্লনি খন্দুনা লেমহৌরিবা পুন্সি মতেক অসিমদি লোইখিবা তারমাল্লে।......

মখাদি লাওনা পাবা ঙমদ্রদুনা তুমিন্না পাবা হৌরে। লন্ধোনা ঐবু য়েংলগা হংলকই।

- কৈদৌরে মীনা লাউনা পারকউ হায়রগা।
- ঙাইখো নহাক ওইনা পাজরো, ঐ অমুক্তা য়েংখিগে।

হায়দুনা চিঠি অদু অমুক হন্না পারুরি তুমিন্না

**দিয়ার মোহেন,**

ফরে মরুপ পূন্নমক লাইবক্লনি খন্দুনা লেমহৌরিবা পুক্সি মতেক অসিমদি লোইখিবা তারমাল্লে। করিগীদমক্তা ঐনা মাবু দেদে হায়না কৌথ্রিবনো হায়বা মহাক কাওখ্রমাল্লে। মাগী ঈশৈ ঐগী থৱায় অমুক ময়েক শেংনা তাররোইদ্রা, নিংশিংবগী নাপসিদা নিল্লিবা অসি নত্তনা। মাগী ৱাঙাং অমনা ঐবু কয়াদা নুংঙাইহনখিবা মহাক্লা চৎখ্রবা মতুংদগীদি অরেম্বনিকো মরুপ। ঐনদি মহাকপু কয়াদা নুংশিরব্বা। মোহেন মহাক্তি লোন থোক্ত্রবা থম্মোয় অসিবু মশক খঙবীরমদনা অসুম্মক লমলানখিবা তারবরা? ফোঙদোক্তবনা ইৱাল ওইহৌরিবা থম্মোয় অসিবু নিন্দা তৌদুনা অসুম্মক খাঙবা তারমাল্লে। মহাক লুহোংবা অদু মশানা য়াখ্রবনিকো। মহাক্লা লমলানবী ওইদ্রিঙৈদা মহাকপু অমুক্তা উননবা মরুপ্না খর শীনবীয়ু। থুংনবতনা নুংশিবা নত্তে হায়বা ঐসু খঙই অদুবু মরুপ দেদেনা লুহোংখ্রনি তাবদা পুঙমদ্রবা অৱাবা অমনা ঐবু ওৎলরে। ঐহাক খনফম খঙদরে। মচল মবুং ওইনা হৌমিন্নখিবনা পুক্লিংগী অনীংবা ফোঙদোকপা ঙমখিদরে। ফোঙদোক্লরোই মরুপ লৈহৌরসনু পুক্লিংদা অনিংবা ওইনা। মরুপ নহাক্লা মাবু উননবা শীনবীরমউ। ঐহাক লাক্লিবা তাং তরাতরুক ফাওবগী মনুংদা য়ুম য়ৌরক্লবা হোৎনগে। শোয়দনা উনহল্লুকো মরুপ।

*থেঙ্ক য়ু*

*নহাক্কী মরুপ দেরাবি*

মখা অমুক তারমদনা লোইশিনখ্রবা চিঠি অদু লন্ধোদা পিথোক্লুই। ৱারোনশিং অদু পারুরবা মতুং অদুদসু ঐহাক নুংঙাইফম খঙখিদ্রে। লোৎশিনখ্রবা মহাক্কী নুংশিবা অদুগী মরুমদা ঐগী নুংশিবসু অদুম্মক লোৎশিনখিবা তাবনি। হৌখ্রবা ৱারী ঐতনা নিংশিংলুবা নত্তে, দানিসু কাউরমদে খঙলবদা ইতোমতা চাউথোকচরুই। ঐগীদমক লেপ্পীখিদ্রবা লেপ্পীবগী মহুত্তা নীংঙমদনা লেপহৌগনি হায়না চোংথোক্লিবা পাঙদ্রবা মঙোন্দা - ঐগীদমক লেপ্লিনবা অমুক হায়জরব্বা ঐহাক পামদ্রে। খল্লক্লে ঐহাক মহাক্কীদমক হিংলম্লগে, পাঙদ্রবা মাতবু অমুক্তং পেলহনবা হায়বসিতনা ঐগী লাইনীং ওইরগে খল্লে। লন্ধোনিদি করি খল্লিবনো খঙদে, ঙাইহাক অদু চেক মোক লাওদে। অচিকপা অদু থুগায়রদুনা লন্ধোনা হংলকই।

---

- ইনম্মা, হোরেন্দি ঐহাক হেক্তা হায়রনি।
- করিবু কনাদা হায়গদৌরিবা ?
- দানিদা...।
- করি হায়না।

ইনম্মনা লুহোংবসে মশানা য়াদে হায়না।

- অদুগা কৈদৌদৌরিবা? করিগী য়াদ্রিবনো হায়রবদি?

ইনম্মা নহাকপু মেঞ্জরগা লুহোংবা অমুক য়ারবো?

হন্দক্তি ঐহাক অশাওবদু ফাথবা ঙমহৌদ্রে। লন্ধোবু ব্বারৌবতনা পেন্দ্রদুনা পুক্লিংসু নুংশিরক্লে। পেল্লসনু মতাগুম হায়দোকখি।

- লক্লগদবা লক্লহৌরো। লোইদ্রিবা নত্রা? করি করি ব্বাংলি খরগা হায়রকখো পেন্দ্রিফাওবা।
- লক্লবা নত্তেয়ে, অওইবনি।
- ব্বাথী ঙাংগনু তনীংদে লাকও ইনেগী মনাক্তা চংলুসি। করি করি তৌবা য়াবা খর তৌরুসি।

হায়নরদুনা চাকশঙদা চঙলকই।

- ইনে করি করি তৌরকউগে?

পুখমদগী ফুত্তোক্লবা আলুশিংদো মকু খোক্ল-খোক্লদুদা ইনেনা খুন্নকই।

- করিসু তৌনিংঙাই লৈত্তেদা- সে, নখোয়না তৌবীগে হায়রগা মরোয়শিংসি খর মনখোক্লকউ। মরোয় খর পীরক্তুনা লন্ধোগা ঐখোয় অনি চঙদুনা মল্লি। ইনেনা মখা অমুক তারকই।
- নখোয় মাম্মখোয়দা লৈবদুবু নঙবু নুংঙাইবরো ?
- নুংঙাই ইনে।
- নখোয় অনি চপ মান্নরবনিনা ননেখোয়সু ব্বাই শঙজরন্নগদপোৎনি। লৈশাবী লৈবা হায়বসিদি নুংঙাইখ্রপোৎনি। ঐখোয়গীসু নচে থোইনুদু লৈরিঙৈদদি অফ-ফত্ত ইমা ইচা হেক হেক তানরমই। মা লৈতঙৈদগীদি নাম্ম হাঙবগা চপ মান্নে। ওহ্নোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। নখোয়গুম্বা অমত্তং লাক্লবদি ব্বাই খরসু শঙগদবা। ইমুংগী মকুপ মতাসিদা ইনেদি নোংমতবু লাকপা ঙদ্রিবশিনি। খর খর লাক্লবা নঙগী নবুংসে নুপী থিরসিরা খল্লে। মৌ লাক্লগা মরক মরক্তা

চখোরকপা হায়বদুনি।

ইনেগী ৱাদু তাবদা লন্কোনিনা হংই।

- নুপীবু লৈরবরো ইনে করি লমদগীনো ?

- লৈরম্বা য়ারেনা, পাখঙনবু, খঙনা চান্নবা অমদি লৈরমগনি। অদুদা ফবা ফত্তবা হায়বদুগী ৱাদনিদা। ইনেখোয়দি মবুক মপাও ফবা, মরম ওক্লগা লোইরে। মরল মথুম পাম্বজাৎ নত্তে, মরমচৎ ফজরগা লোইরে। মন্দিখোয়গুম্বা ইমিৎনা ইখোঙনা উবা অমা ফংজরবদি ফৈদো। অদুদি নত্রদুনা খঙন চান্নরিবনি হায়দুনা তম্নলাই মানবী অফাওবী অমা পুরক্লবদি হেক মাঙলেদনা।

- দানিদি অদুগুম্বদি পুরক্লোইদা।

ঐনা মরক থৎলুই।

- পুবু পুরক্ত্রবদি ফৈদে,া পুরক্লবদি হায়রিবনিনে।

নঙসু ইংজৈ লেমজৈ, ফৈ খঙদুনা পামজনা হোঙগদৌরিবনিদো। হোঙগদবনি, নুপীমচা হায়বসিদি অদুনিদনা... ঙাইখো। নুপাদুবু শকখঙ মাইখঙনরবরা? কমদৌই করি থবক তৌই হায়বগে? ইনেগী অকোনবগী ৱাহংসে কোকচাওবী ফ্রং কারকই। থম্মোয়বু ফাথরগা শ্বর শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লই। থৌশাদনা পাউখুমদি পীখি।

- খঙদেদা ইনে।

- হাইমায়পেম্মা অদুগা করম্না হোঙগদৌরিবা।

ৱারী অদু শাংথহন্নিংদবনা তৌফম খঙলক্রে। লোইশিনখ্রসনু মতাগুম খুমখি।

- ইনে ঐদি লুহোংখিরোই ৱাৎলিয়ে।

- ইহে... হে... অঙাওবীসিদি, হৌজিকপু অমুক ইকায়রিবরা ?

ইনেদি ঐহাক ইকাইরবোই খনখ্রমাল্লে ৱা মখা অমুক তারকখিদ্রে। ঐখোয়সু মরোয়শিংদু মনবা লোইশিল্লদুনা খর ইহোক্লনা থমই। লন্কোনা অমুক হায়রকই।

- ইনে, করিসু তৌনিংঙাই লৈত্রবনিনা ইনম্মখোয়গী ইঙ্খোন্দা চৎলুখিগে।

- চৎলুচো চৎলুচো, অদুগা য়েংঙোই নখোয় মাম্মা লাক্লবদি নখোয় ঙা খর শেন্বীররাওকো।

- হোয় ইনে, মাম্মা লাক্লবদি হেক্তা লাকে।

হায়নরদুনা ঐখোয় অনিমক চিক্লবা ইঙ্খোল অদু তম্না লাকই।

ইঙ্খোল অদু য়ৌরদুনা অশংবা নাপীগী ফিরাংজি থারিবা লম্পাক মচাদুগী ময়ায় ওইরপ্না ফমথরে। মখা থংবা লৈপল ময়াদা লশিং কৌবা লৈরাংনা লুপাগী থাউমৈ থানবগুম চরোং চরোং য়াম্বদুনা শাৎলিবদুনা পুক্লিংবু চিংশিনবিখি। ফল্লম্বদগী ফুগ হৌগত্তুনা চঙশিল্লগা পুক্লিংনা খোয়দাবা অমা খন্দুনা হেক্লুই। লৈরাং লৈচু অঙৌবা শান্তিগী লাংওল মক্তবীনি। তরু তরবী কুচুদুনা নৌরিমখৈ পকচবিনি। শঙনীংবা মচুনা চুরগদবী লৈরাং লশিং লৈপোপনি।

- লন্ধো য়েংউ ফজদ্রা, ঙৌশ্রোক ঙৌরদুনা। ওইজনীংদ্রা মাগী পুন্সিসে কুচুসিনা তাক্লিবসে অমকপা লৈত্রবা পুন্সি অমথক।
- তু... তৌখৎলক্লদৌনি, মাগী হৌনবী।
  খিত্তং লাপ্তক্লা য়েংলদুনা করিনো অমা খন্ন-খন্ন খুমখি ঐনা।
- লন্ধোনি লমথুংফম খঙদনা লমজেল চেল্লিবা মহাক অদু লমজেল থোইগনি হায়না খঞ্জবা ঙল্লিগদ্রা? নত্রগা চাংজৌ লুরবা ঈপাক, তোর্বান পূম্নমক্তগী তান্নবা ঈয়ায়দুদা ঈরোইবসু হৈত, ইরুপ্পুবসু ঙমদ, করম্বা তান্নবা তোর্বান্দগী হি লাকপগে হায়না য়েংলুনবা পাঙ্গলসু য়াওদ্রবা থৱায় অদুনা শিবা শোয়দ্রে হায়বসি নত্তনা করিবু খল্লমখিনি।
- লন্ধো মদুবু নুংঙাইরিবরা নত্রগা ৱারিবরা? মীওইবগী থম্মোয় হায়নৈ লৈগুম্না থোৎলি, অদুবু লন্ধো, নুংগুম্না কনবসু য়াওদবা নত্তে মসিনা করিগীনো ?
- ইনম্মা, ঐহাকসু ৱায় ইনম্মগীদমক মশাগী ওইবা ওইদবগী য়ুম্ফমদা মীওইবগী থম্মোয়না লৈগুম্না থোৎলি অমদি নূংগুম্না কল্লি। নুপীগী অৱাবা নুপীতনা খঙগদবনি। ঐনসু ঙমজবমখৈ ইনম্মগী মতেং পাংজগনি। অদুগা ঐনা ৱা অমসু হায়গনি।
- করি ৱানো ?
- কোন্না হায়গে, য়াবু য়াগদ্রা, য়াদবদি য়াদবনিকো।
- অদুবু করি ৱানো হায়বা ?
- কোন্না হায়গে নোংমা।

- নোংমা... নোংমসু...।

মমাঙদা থোকপ্লবা থৌদোক অমবু নিংশিংলক্লুনা শোল্ছাংননা শোন্দোকখি। শ্বর ওইনা চৎপ্লবী ব্বাহৈ অদুনা লন্ধোবু ঙকহনখ্রমাল্লে। থুনমক হংলকই।

- নোংমা... নোংমসু কৈদৌখ্রবগে ?
- লন্ধোনি, ঐগী থম্মোয় অসি ঙসিদি খোল্ছাংফম ওইরবে। নোংমনে লন্ধো, নোংমা দানিনা ব্বা অমা হায়গে হায়না হায়খি। করি ব্বানো হায়রো হায়রুরবসু নোংমা হায়গনি হেক্তা হায়খি। নংগী নতৌসিদা নিংশিংলকই। হোরেলদি হেক্তা হংলগে।
- অং, ইনম্মা শোয়দনা হংউকো।
- ঐসু হংলগে হায়নদি লেপ্লে, অদুদা লন্ধো, অসুক কুইবসে নোংমা নোংমা হায়দুনা হৌখ্রবনি। ঙসিসু নোংমা হায়দুনা হৌখিরোইদ্রা?
- অদুবু হংবতদি কাওগনু হায়বা কো।
- হোয়নে... হংলগে।

অসুম্না ঙহাক ব্বারী শারিভৈদা ভীপ্পু থৌজিনখিবা তাই। মাম্মা লাক্লে হায়বা খঙলদুনা।

- লন্ধো, লাক্লো মাম্মখোয় লাক্লমাল্লে। ঐদি ঙা শেম্বা কয়া হৈতে, নহাক অদুম শেমউকো।
- শেমগেনে, ঙাদুগী ব্বাদি।

ব্বারী শার শারদুনা ইনেগী মনাক্তা অমুক চঙলকই। ইনেসু ঙাশেম থাঙ অনিখক পুথোরক্লুনা পীরগা হায়রকই।

- ইবেম্মা সে, সে, নখোয়না থোকপা শেল্লুরো। ঙা থোংলগা লোইরে। ঙসাইদগী ঙাদুতা ঙাইদুনা লৈরবনি। দানিনা চঙশিল্লক্লুনা তামোহেন্দা ঙা শেম্বদু য়াওরুনবা হায়রকই।
- ভায়, ঙাসি নখোয়না থোকপা তৌবিরুবোনে ?

তামোহেনসু খুল্লকই।
- য়ানি, য়ানি হোৎনজরুরগে।

ঐহাক ঙা শেম্বা য়াওরুগে খল্লুদবনা ইথৌ থৌশাদে।
- তামোহেন ঐদি ফস্লুরগে।

হায়রল্লগা দানিগী কাদা চঙলকই। মখোয় অনিদি থাঙ পায়বা য়াও,

ঙা পায়বা য়াও ঙা শেমগদবগী থোকখি।

ঐহাক ইতোমতা কাদুদা থোইনা নুংঙাইজরকই। চৌকি খুদিংমক চোং চোংদুনা ফমই। টেবল মথক্তা মরোল মরোল লৈরিবা অমনবা বোইশিং অদুদগী অমা পায়খত্তুনা ফাক্লুই। অনিরক অহুম্লক ফাক্লগা পদ্রাক হেক থাদরুই। অমা ফাকই লংথোক্লুনা হেক থম্লুই। শিৎ নান্না লোইশিল্লম্বা টেবল মথক অদু পুমচাই চাইরকপা খঙহৌদে। ঙসাইগী ফোটো অদু খঙনিং নিংশিংলত্তুনা চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংলুই। কনাসু লৈত্রবা চিল্লম্বা কানি খল্লুবদা ইকাইবা য়াওদনা ঈশৈ মতেক অমা ঙংবা হৌরুই। ফোটোদু য়েংনা য়েংনা -করিনো অমা খনবগুম্বা মখা তাবা ঙমদনা য়ারক্তা ঙংদুনা লৈখি ঈশৈদো। খঙতৎ তৎখিদুনা চপ লেপই। মী চঙলকপগী শহুম ফংবদা খিত্তং হন্দোক্লগা লেপ্লুই। দানি চঙলক্লুনা মাগী ফমুংদুদা ফমথরগা তপ্পা তপ্পা ৱা খর হংলকই। ঐহাকসু চৌকিদা ফমথরগা চাইখাইরুবা বোইশিং অদু ফজনা অমুক লোইশিল্লুরি।

- দেদে, নহাক্না অপাম্বা অমত্তং হায়রমউদনা উনরিঙৈসিদা। তান চারে খন্দুনা য়াম্না হরাওনা ঐনা
- অওইবা হায়য়ুরা ?
- অওইবনি, নহাক্না খ্বাইদগী পাম্বা অমা খল্লগা হায়রমউ।
- অদুদি, দানিনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়গনি হায়না থমজিনখিবা ৱাদো হায়রো। মদু নত্তনা ঐহাক করিসু পামজদে।
- মদু ঙসিফাওবা নঙদি কাওরমদ্রি? ঐসু কাওবা লৈতে, মতম খুদিংমক্তা নিংশিংদুনতা লৈখি। অদুবু অৱাবদি হায়গে হায়বা খন্ন-খন্ন মতম অদু হেনদোকখ্রে। মদুমদি তোক্লসি।
- নোংমা অদু ঙাইবদা নোংমা কয়া ৱানা ৱানা হৌখি, করম্বা কাউখিবা নোংমা য়াওখিদুনা মতম অদু হেনদোকখ্রিবনো, ঐহাক খল্লুবা ঙমদে।
- দেদে, নহাক্কী ৱাঙাংতা তারগা নুংঙাইরম্বা ঐসে, ঙসিদি নুংঙাইবা ঙমদ্রে। অদুবু, লোত্তুনা থম্লক্লবা ৱাহৈ খরদু হায়রগে, নহাক ঐহাকপুদি ৱারৌগনু। নহাক্নি, ঐগী থম্মোয়না তশেংনা নুংশিরুবা। অদুবু ঙসিদি মঙলান ওইররে। নহাক্কী পুন্সিগী অহোংবা খোঙথাং য়ৌরক্লবদা লমন অসিমদি শিংত্থ...। নঙদি কাউখিরম্বসু য়াই, নহাক্না নখোয়গী শুমাঙদা, ঐনা ঐখোয়গী শুমাঙদা , ঐনা

---

য়েংলুবদা শুগৎলকই নঙনা, ঐনা লৈতুম্না থারবসু নঙদি শাওখিদে, নঙগী অশাওবা শকফম য়েংনিং-য়েংনিংনা নোংমতা উবা ফংখিদে। ঙসিদি অমুক্তা শাওরমউ, ঐবু থীনা অমুক্তুং চৈরমউ ইরালগীনি খল্লগে। নহাক্কীনা লুহোংবা ঐগীনা পিরাং, ঐ করিসু চিংনবা লৈত্রে। নহাক ঐহাকপু ৱারৌগনু লাকদবা পুন্সিদু মশক মচু থোকপা শকনাইবা পুন্সি অমা ওইনা লেল্লুরো। নুংশিবনা ঐগী পুন্সিবু মাঙহনগদৌরে।

- নত্তে নত্তে দানি, করিসু লৈত্রবা নুংশিবা হায়বা পোৎশক অমগীদমক পুন্সিবু ফাগীনি খনবীগনু। লৈ অমনা চোইনা কেনখিবদা অতিয়াদা ঙানবা থৱান মহাক্তি য়াওহনবা চুমদে, পুন্সি অসিমদি মফম খঙদনা মাঙখ্রবসু দানিগী পুন্সিদি অফবা ডাক্তর অমা ওইনা লেঙদনা অদুম্মক লৈবিয়ু।
- অফবা ডাক্তর, ঐহাক অফবা ডাক্তর অমদি ওইদবা য়াদে, মসিনা নঙগী অপাম্বনি ঐনা শোয়দনা নঙগী অনীংবসিদি থুংহল্লগনি। অদুগা নঙগী অউনপোৎ, ঐনা ঙমজবা খরদুদি থম্মোয় শেংনা লৌহন্নিংই। সে, অপাম্বা অদুতদি হায়রমউ।
- দানি, ঐহাক লুহোংখিরোই। হয়েংৱাই মতম চারবা কান্দা দানিনা থম্মোয় শেংনা পীবীবা পোৎনা ঐগী অপাম্বা শোয়দনা ওইগনি।
- অদুনা নঙগী ৱানি, কুইদ্রবা লুহোংবনি।
- দানি নঙনা ঐবু নিংশিংদবা ঙমগদবা ওইরবদি ঐহাক হোঙখিবা য়াই নত্রবদি ওইথোক্তবনি।
- মদুম্না কাউবদি ওইথোক্তবনি। ঙসিসু নহাক্কাঅমুক্তুং উনহৌনবা হায়দুনা ভেলোর থাদোক্লক্লিবসিনি। মতুংদদি ঐহাক নহাকপু অমুক ওৎলরোই। ঙসি নহাকপু উনজবসিনা ঐগীদি লাইবক ফবা শক্লবনি। ও. সে. নোংমা নহাক্না পিরকপা লুপা ২০ (কুন) ঙসিদি পায়শিনখ্রো। নহাক্না মিঠাই চাও হায়বদো ঐনা নুংশিদুনা কায়থোক্তবনি। মসি লৈরবদি নিংশিংদুনা শোয়দনা কপ্পগনি। সে... লৌশিল্লু।

লুপা কুন চৎপী নোট অদু লাম্ছোরকই। ঐহাক ইকাইবা অমদি নুংঙাইতবনা খুৎ তিংথোকপা ঙমখিদে। অমুকসু হায়রকই।

---

- দেদে, নহাক্না পীরকপা নুমিৎ অদুদা ঐগী খুৎ হরাও হরাও তিংথোকখিবদাই। ঙসি ঐনা পীবদনা করিগী হরাও হরাও লৌশিন্দ্রিবনো? কায়নরমদাই মিকুপ অসিফাওবা নঙ ঐ করিগী খেন্নহলিবা ?
- দানি, মতম অমদা ঐনা কপ্পগা নহাক্না থেম্বীখিবদায় ঙসিদি নহাক ঐবু থেম্বীররোইদ্রা? থাজৌ দানি, ঐগী পুন্সিদদি অহোংবগী নুমিৎ লৈতে।
- দেদে নহাক ঐবু ব্রারৌগনু নোংমা নঙনা কপ্পদা থেম্বা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরমই। অদুবু ঙসিদি নহাক্না লাপথোকখিবগা লোয়ননা অদুগুম্বা পাঙ্গল অদুসু লোৎশিন্দুনা থমখ্রে। নহাক্কী লুহোংবগীদমক ঐহাক করি তৌরকউ হায়বগে, ঐনা অপাম্বনা নংগীসু অপাম্বা ওইরবদি সে, খুদোপ অসিমতং খুদোল ওইনা তম্লগে হরাও হরাও লৌশিল্লু।

খুদোপ অদু ঐগী ওইথংবা খুৎনিংথৌদা শিবিরকই। লুপা কুন অদুনা ঐগী খুত্তা শিন্নরকই। ঙসি ঐগী খুৎনিংথৌদা শিরিবা খুদোপ অসিনা তুংগী পুন্সিদা নীংঙমদবগী শাক্তি ওইরগনি হায়বা খঙনা খঙনা ঐহাক করিসু হায়রুদ্রে। নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা হায়রখিনি হায়রম্বা ব্রা ঙসিদি বীদায়গী শৈশক ওইরগ্লে। ঙসিগী চাক্কৌবগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিনা ঐগী পুন্সিগী ইতিহাসতা বীদায়গী নুমিৎ ওইরগদ্রা? অসিগুম্লবা অব্রাবদা থেঙলবা থম্মোয় অসিনা তুংগী পুন্সিগীদমক করি তৌরকখিগদগে হায়বদি কন্নানসু হায়বা ঙম্লরোই। থবক ব্রানা শুরুবদি পোথারগা ফখিবা ঙাক্তনি অদুবু ব্রাখন্না ব্রাখ্রবা মহাক অদুদি পোথাফম খঙদ্রবা অব্রাবনা চুরবনি।

নীংঙমদ্রবা পুন্সিনা নিংশিংনফম ওইদুনা পুন্সি পীরোইনরনি খঙলবা খুদোপ অদুবু মিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈরুই। ইতোমতা পুবা ঙমশিল্লক্রবা অব্রাবা অদু লন্দো লাক্লগা খর ময়াংগনি খল্লকই। মহাক অমুক্তং লাক্লবদি নুংঙাইগনি। অদুবু মহাক ঙা শেম্বা লোইদ্রবদি লাকখিরোই। তুমিন তুমিন লৈবদা ঙহাক হৌখ্রমাল্লে। হৈনদ্রবা ইতৌ অদু য়েংবা নুংঙাইত্রমাল্লে দানিনা অমুক হায়রকই।

- নঙগীসু নুংশিবা অমদি লৈ, পাইবক ফবা মহাক কদায়দা লৈবগে ?

হন্দক্তি ঐহাক করিনো খর খল্লদুনা দানিদা মুন্না য়েংলুই। মহাকসু ঐবু য়েংদুনা পাউখুম ঙাইরি। ঐনা খুমখি।

- ঐগী নুংশিবদি খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা লৈ। নহাক্কী নুংশিবগুম্না মপাঙ্গল শোন্দে।
- অদুবু ঐদি লাইবক ফবা মঙোন্দগী লাপথোকচবা নত্তনা উপাই লৈতবনি।
- লাপথোকপগা নকশিনবগা করি খেন্নে?
- অফ-ফত্তগী ৱাতনি। লাপথোক্লগা ফবদু নকশিল্লগা ফত্তে, অদুগা নকশিল্লগা ফবদু লাপথোক্লগা ফত্তে। শিফম থোক্লবদি শিবা তাই।
- মদুদি নুংশিবগী পল্ছুং নত্তে। নুংশিবদি লোইবা লৈতে।
- নুংশিনবা কায়নরবদি করম্না খাঙগনি ?
- নুংশিনবা কায়নবদা পুন্সিসু কায়হনবা হায়বসি পুকচেল পিকপা মাতগীনি। কায়নবা হায়বসি নুংশিবগী খুদম নত্তে। কায়নবা তারবদি পুন্সিদুবু মপুং ফাহন্নবা হোৎনদুনা মশক নাইহন্দুনা নুংশিবগী খুদোল ওইহনবা ফজবা পুকচেন্নি। কায়নশ্লবা কনানসু মদুমক পাম্লমগনি।
- নহাক করিগুম্বদা ঐগীদমক ৱাখিবরা ?
- য়াইফবা মহাকনা য়াইফরিঙৈদা ঐহাক অমুক্তসু ৱাখিদে।
- অদুবু ঙসিদি য়াইফবা য়াদ্রে। অসুম নুংঙাইখিগদ্রা ?
- সিদগী হেন্না ৱারবসু য়ারি অদুবু ঐদি করিসু চিংনদে।
- ফরে, নুংঙাইবা হায়বদো অসিনি ঐসু য়ারে। দেদে. নহাক ঐখোয়দা তত্তনা লাকউকো। ঐহাক নঙবুদি খাম্লরোই নহাক্কী অনীংবা থুংসনু।
- তত্তনদি লাকনিংই অদুবু ঙমদবনা কনখি। মতুংদদি তত্তনা লাক্লগে

অসি হায়দুনা টেবলদগী মেগাজিন অমা ফাক্লুনা য়েংই। মথং-মথং ফাক্লুনা ফোটোনচিংবা য়াওরিবদু য়েংই। পুক্লিংদদি করিনো অমা খল্লি। খল্লুরগা হায়নীংলুই কনাসু তাহন্দনা "ঐখোয় কদায়দনো অমা চৎলসি" হায়না। মদুম্না হায়দোক্লুনবা ঐগী পাঙ্গল লৈজদে মরমদি, মতম ৱাৎলি। দানিসু মেডিকেল লোইগদবা চহি অসিমত্তং ঙাইরবনি। ঐহাকসু এম-এস-সি থাদোক্কে খল্লি। চহিসু ফনা মাঙদুনা লৈরক্কে। অদুবু এম-এস-সি থাবগী ৱাখলদি থাদোকপা ইঙম ঙমদ্রি। ঐনা থোকপা তৌরুবা ঙমদবনা

ঙসিফাওবা হোৎনরুবদি লৈতে। অমরোমদা এম-এস-সি তম্বগী ওন্ন তৈনবদা ইনেনা ঐবু লুহোংনবা হোৎনবীরি। ঐগী নুংশিবা অদু থুংনবতা হোৎনবদা মফম মতম য়েংলুদবা য়াদে। ময়ুম পাল্লবা মহাক্না ছাত্র ওইবগী অফবা লৈরক্লোই খল্লুবনা তুমিন্না খল্লগতা তোক্লে। দানিসু ফমুংদা লোংনা হিপ্লদুনা অতোপ্পা সংসার অমদা তাউখিবগুম্না লাপ্তক্লা য়াল্লিবা কেলেঙুর অদুদা মিং কুপ্তবমখৈ য়েংলি। চিক্লবা কাদুদা লৈরিবা পোৎশিংদু হান্নগুম্না মাগী মাগী ফিরেপ কায়রমদে। ঐখোয়গী ৱারীদু লেপ্লদা অমুক্তা হেন্না চিকথ্রবা কানি। লন্ধোনিগা তামোহেনগা চঙলক্লুনা ইরাঙ লাঙই। ইনাক্তা লৈবা চৌকি অমদা তামোহেন ফমথররে। লন্ধোগা তামোহেনগা খর লাপ্তক্লা ৱারী শান্নরি। ঐনা তামোহেনদা ওনশিন্দুনা হায়খি।

- তামোহেন নুংশিবা হায়বসিনা খুৎনা পায়দুনা পুথোকপা য়াবা পোৎ ওইরম্বা থোক্লবদি ঙসি মীওইবা সমাজদা প্রেমিক প্রেমিকাশিংনা ৱানরিবসে ৱানরম্লোইদবনি। অদুগা থাজবা থাজদবগী চিংনবা অর্থসু লৈবম্লোইদবনি।

  তামোহেন্না অমুক খুম্লকই।

- অদুমকপু ওইরম্লবদি ঙসি দেৱানিসু অসুম্না ৱারম্লোইদবনি। নহাকপু লুহোংখ্রবদি মহাক অঙাউবগা পাঞ্জক ওইখ্রগদবনি।

তামোহেনগী ৱাসি দানি তাখ্রবরা হায়না হাইরপ য়েংলুবদদি থোইনা তাদবগুম্না লন্ধোগা ৱারী অমা শাদুনা লৈরমই। মখোয় অনিগী ৱারীদো নুংঙাইবা মাল্লি মরক মরক্তা অমুক অমুক নোক্লকই। ঐহাকসু তাখিনি হাযবগী থৌশারুদ্রে অদুবু ঙসাইমখৈ ঙাংনরম্বা চাংদগী খরদি হক্সুনা খুমখি।

- তামোহেন মদু ওইথোক্তনবা হোৎনবীয়ু। ঐহাক হোংখিবা য়াই হোঙদবা য়াই, অদুবু মহাক্না ডাক্তর অমা ওইনা লৈনবদি তামোহেন্না হোৎনবীয়ু। ঐনা চৎখ্রবসু মহাক চিত্রাগা লৈহৌসনু। চিত্রানা দানিবু নুংশিজবা ঐহাকসু খঙই। মহাক্না মতিক চানা সেবা তৌবীগনি। অদুগা তামোহেন ঐগীদি পুক্লিংগী অরেপ্পা অমদি অরেম্বদা মাঙহন্নিংদে।

- ফরে নহাক্কী মতসে মঙোন্দা তল্লগা মানা থোকপা তৌরসনু। মানদি নহাকপু শাথীনা নুংশিবনি। অদুবু ঙসিদি মহাক লাল্লুরবা মীগুম্না নীংঙমদবদু লাক্লে।

---

- ঐসু মাবুদি নুংশি। অদুবু মাগী পাঙদবা মতৌশিনদি ঐগী লাইবক্পু থুগায়বা ঙম্লরোই। ঐসু অসুম থোকখিগদ্রা খল্লি। অদুবু ঐহাক হোৎনদুনা য়েংগে। ঐগী অনীংবা অসিমদি অরেপ্পা ওইনা থম্লগে।

ইরাঙ লাঙলিডৈদা ইনেনা কৌবা তাহৌদ্রমাল্লে। ইনে চঙলক্তুনা থোঙজিন মপান্দা লেপ্লদুনা হায়রকই।

- নখোয়গী ব্রারীদো লোইশিল্লো। লাকও, চাক চাথোক্লসি, নখোয় মাম্মসু ঙাইদুনা লৈরে। ঙসাইদগী কৌবা তাদ্রেদনা- লাকও, লাকও চাক্কা চাথোক্লগা কোন্না অমুক শারো ?

ঐখোয় লোইনমক হৌগত্তুনা ইনেগী তুং ইন্দুনা মরি মরি থোরকই। চাক্লুক মপান্দা ফম্লদুনা মাম্মনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমই। ঐখোয় চঙলকপা উরদুনা হায়রকই।

- লাকও, লাকও, হাউবা হাউতবা খর খর চারসি। ফম্মো ফম্মো ওক্ত্রিমখৈ হাপহল্লুকো ননেদা।

ইনেনসু ব্রা পাংলকই।

- হাপকনি হাপকনি। চাক য়েঙ্গাং য়াম্না লৈরি।

লন্ধোগা ঐখোয়সু চাক্লুক মপান্দা ফমথরদুনা

- হাপ্লিবসিসু য়াম্লে য়ারনি।

হায়রদুনা ঐখোয় চাক চাবা হৌরে। ইনেনা কোন্না চাগদবগী হোৎনবদুদা চামিন্ননবা হায়রুই।

- ইনেসু চারসি... ।
- চারো, চারো ইনেদি কোন্না চারগে।

অসুম্না মাম্মসু চাক চাবা লোইশিনখ্রে। তামোহেন অমদি দানিসু হৌগত্তুনা থোকখ্রে। ঐখোয়সু লোইশিন্নবা তৌরক্লে। ময়াম্না চারম্বগী লুখাক চগুমদু শেংজিনবা হৌরকপদা ইনেনা চৈরকই।

- ইহে... য়ারনি, য়ারনি ইনে লোইশিনগে, নখুৎ নশা হামদোক্তুনা ব্রারী ব্রাতাই শারুরো। নিঙোন্না লোইশিনবা ফত্তে হাইদাইনে।
- য়ানি ঐখোয় লোইশিঞ্জরম্লগে, নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎসু নত্তনা - কৈদৌই হায়বগে ?

ঐখোয় ব্রাইনচিংবা তৈথোক্লমদুনা কোন লিকশিংদ পুদুনা ফেংবা থোরক্লে। নুমিৎ খুদিংগী শিত্তোক শেংদোক্তুনা থম্লবা কোন ফেংফমদুদা

ঐখোয় অনিমক কোন ফেংবা হৌই। পুখ্রিদুসু য়েংবদা ফজবগী মনুংদা নুংশিবসু য়াওই। মখা থংবা পুখ্রি মপান অদুদি হৈরাং লৈরাংগী পান্থীতনা পুম্মং মংখ্রি। মুনা লংলবা ঈশিংগী কুচুদু উরগা চাংজৌ লাম্বা ফংদনা লুরবা পুখ্রিনি হায়বা খঙই। পুখ্রি মপান অকোয়বদু তনান তনাল্লি। মপুং মরেপ ফারবা ব্রা তরেৎনা অমত্তা ওইনা খাবক লাক্কুনা চেকশিন্না খড়া অমা শারিবদুনা লোক্তাক্কী তোর্ব্বান ময়াদা হি অমনা হিহোনববু ঙাইজবা মাল্লি। খড়াদুদগী কাখৎলক্লগা ইরুজফম ওইনা নুংপাক অমখক তরু-তরু থারি। কোন-লিক ফেংবা লোইশিন্দুনা নুংপাক মথক্কুদা ঙহাক থল্লে। পুখ্রি মপান্দুদা কোয়দুনা ঙহাকসু ব্রারী শারে। পুখ্রিগী নাকন ওইরপ্পা লৈরিবা ফুরা অদুগী মখোঙদা চঙদুনা থারিবা ময়েকশিংদু পারুই। অকোয়বদা শাৎলিবা লৈরাংশিংগী লৈনমদুনা অমগা অমগা য়াল্সিন্নদুনা থোইদোক হেন্দোক্লা নুংশিরবা লৈনম অমা থোক্লকই। লৈখল লৈচু শুনা শাৎপনা য়েংবদা মীৎ থক্ল উহল্লি। তপ্পা লিরি হুম্বা মালংবনা মনা পুংলবা লৈহাও পান্থীদুগী মরুমদুদা অইংবা ওইরি। কালেনগী অশাবা নুংশাগী মৈশা অসিগুম্বা মফম অসিদদি ইয়ৌ য়ৌদবগুম্না থোকই। লন্ধোনিগা ঐখোয় অমুক হনখিগনি হায়বা কাওথোক্লুই। তশেংনমক ঐহাক অমুক হঞ্জিনিংখিদে। শেগায়রবা য়ুমদু য়েংলদুনা পুক্লিংগী পেন্দবা ফোঙদোকচরুই। মতম অমদা হুন্দোক্লম্বা য়ুম অদুদা অমুক হন্না লৈরসিরা হায়না খল্লকই। য়ুম থাদোক্কুনা চৎলুবা ঐহাক অরানবনি হায়বা খঙলকই।

ঐগী হায়বা য়ুম অসিদগী হেনবা য়ুম লৈতে হায়বা খঙলবা ঐহাক অদুম্মক ইয়ুম থাদোকপা তাখি। মরমদি ঙসিদি ঐহাক কনাসু করিসু লৈজদ্রবী লৈশাবী অমা ওইরে। ইথন্ত করম্না য়ুমলেপ্পুগনি। ব্রাখন্নদি তত্তনা খল্লি ইতোমতা অদুম্না লৈবসু ঐহাক শোয়দনা ঙমগনি। অদুবু হে সমাজ নহাক্তবু য়েংদুনা মীগী ময়ুমদা অদুম্মক লৈবা তাবনি। নুপীগী মপোক নিঙোলগী ইজ্জৎ নঙতনা পুন্সিবু পুন্সিন্দুনা থন্বীরে। মতাং অসিদা নুপা ওইবগী মপোকপু করম্না কল্লক্তবা ঙমগনি। নুপা ওইনতা পোকপীরম্লবদি ঐনা অসিগুবা ইথন্তগী সংসার অসিবু শীংনজরমদুনা পুন্সিগী অর্থবু মপুঙ ফাহনবা ঙমজরমগদবনি। খল্লিবা পূম্নমক্কী ওন্ন তৈনবদা ঙসি নুপীগী মপোক ওইরুবনা লাইবক্লা তম্বতা ঙাইদুনা লুরুক্লরি তাইবঙপানসিদা। অসুম্না পুন্সি অসিমা নোংদম্বা মাতনা তম্বনি হায়দুনা থোক্লগদবা অদুতা

ঙাইদুনা লৈরগদ্রা? ব্রাহং অসিমক্কী পাউখুমদি মাগী মাগী ব্রাখলগী মখা পোন্না লেপকদবনি হায়বদি কনাগুম্বা অমগী মফমদদি ইশানা হোৎনবা হায়বসিনা লাইবক্লা তম্বদগী হেন্না কল্লি। পৃথিবীনা মশক খঙলমদ্রবা উস্তনা কুপ্লবা হিমালয়বু মীওইবনা জয় তৌরি। অমরোমদা কনা অমগী মফমদা লাইবক্কী ব্রাংমদা হোৎনরুনবা থৌনা অমত্যা লৈনদ্রি। মদুগী শেংলবা খুদমদি হোৎনবগী মহৈ ফংখিদ্রবা মহাভারতকী কর্নতনা ওইরি। অনিগী থেন্নবা লেপ্পা তারবদি ঐগী ব্রারীনা ওইররোই। তশেংনমক মসিদা অরেপ্পা খনবা ব্রাগনি। নাকপাক নাকপাক তাদুনা লৈতুম লংনদুনতনা লোইশিনবা য়াদ্রবা লাল লাক্কনি। মরম অদুনা ঐসু অরেপ্পা অদুমদি হায়জবা ঙম্লরোই। মতাং অসিদা ঐসু লাইবক্লা তম্বা লাক্কনি খল্লকই। খজিক্তং অসি খনবতদা ঙহাক মিৎফম হোংলুদ্রমাল্লে। ঐবু মুন্না য়েংলদুনা লঙ্কোনা হায়রকই।

- ইনম্মা করি খল্লিবনো ?

ঐহাক তশেংনমক মাবু ঙহাক্তুদি কাউরুরে। মাগী ব্রাহংদু তাবদা নিংশিংলক্তুনা খুমই।

- করিসু খন্দে, চঙলসিরো? করি তৌরুসিগে ?
- করি তৌরুনি, ইনেগা ব্রারী শারুসি চৎননবা মতম ঙাইবা ওইনা - লাকওনে, নুংশাসু য়াম্না শারে।
- হোয় চঙলসি, খর ঙন্ন থিনবীয়ু হায়সি নত্রবদি হোরেন ইনেনা চৈগনি।
- থেঙবা ঙনবা খঙদে, নুংশা নেম্লগা পুং অহুম-মখায় মরি তারকপা অদুব্রাইদা চৎসি।
- অদুদি থেঙমল্লি, শোয়দনা চৈননি তল্লি। পুং অনি তারকপা অদুব্রাইদা য়ারে।
- লৈনিংদ্রবো? ... ইমাগী ব্রাবুদি খল্লুনু ঐগা ঙাংনগে।
- হুম, ... লৈববুদি লৈনিংই। ঐদি হনবু হন্নিংদ্রে। ইতোমতা লৈবা য়ারবদি য়ুমদা নুংঙাইনা লৈজগদবনি।

ব্রারী শানা শানা কোন পুরদুনা ইমুং চংলকই। মাঙ্গোন্দা হিদাক থক্লদুনা মাম্মসু ফমদুনা লৈরমই। ইনেনা সনাবুল অমা পায়দুনা ঈশিং শোক্লগদবগী থোরকই। থোঙজিন মপান্দা ঙহাক লেপ্লদুনা ঐখোয়রোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

---

- মন্দিনা, ইবেম্মা নখোয় অনি ঙহাক পোত্থাদুনা লৈরমউ। ইনে, ঈশিং সনাবুল অমত্তা শোক্লুখিগে হল্লক্লগা ৱারী শাসি।

ইনেনা ঈশিং শোক্লুগে হায়বদুদা চাকশঙদা কোনশিংদু থনম্লগা লন্থোবু হন্না য়েংলমদনা প্রপ-প্রপ চেপ্তোক্লুনা হায়রুই।

- ইনে, ঈশিং শোক্লুগদবা ওইব্ববদি ঐখোয় শোক্লুগে য়ানি।
- ময়ায় পুখ্রিদনি, নুংশা শাথনিদা ৱারনি, চাক পীক থন্না চারগা ইনে শোকচক্নরগেদা হায়রল্লগা চৎখি। ঐহাকসু তান্নদুনা ফারুই।
- ঐখোয় শোক্লুরগে ইনে।

হন্দক্তি ইনেদো উপাই লৈত্রমাল্লে। মোমোন মোমোন নোক্লদুনা

- চৎলো, চৎলো, পঙকুই কুইরক্নুকো।
- হোয় ইনে।

হায়রদুনা সনাবুন অদু লৌরগা লন্থোগা ইবান্নিসু ঈশিং শোকপা থোরকই। মতম কুইনা উনরুদ্রবা লৈকাইগী ইনে-ইন্দোন, ইচিন-ইনাও, তাদ মাম্মা থেংনরুবা খুদিং হরাও হরাও কৌনৈ। শুমাঙদা মাঙ্গোন্দা লাপ্না উবনা লাপ্না য়েংদুনা লৈহৌই। মখোয়বু উরগা হৌরুবা নাইদনা মিৎলুদগী তারকপা পিরাংশিংদু ফিজিনা তুমিন্না তৈথোকচৈ। চান্ন-চিন্ননা তিন্নরম্বা কয়ানা ঐবু য়েংদুনা লৈহৌবা অমদি ঐগী লাইবক্কীদমক ৱাহৌবা তারু উরুবা মিকুপসিদা থম্মোয় পুবা ঙমজখিদে। কপ্লগা কান্নদে খঙলবা, ৱারগা পেন্দ্রবা পুক্লিং অসিনা কনাবুসু নিন্দা তৌরুদনা য়ৌরক্লবদা ময়াই পুখ্রিদু কুমথরকই সিরি থাকশিংদু মথং মথং। ঈশিং ঈমায় হাইদোক্লুনা ঈশিং সনাবুল অদুমা শোক্লদুনা থাঙ্গৎলক্লুনা কাখৎলক্লে। চৎনা চৎনা লন্থোনা হায়রকই

- ইনম্মা, ঐহাক্না ঙম্বা ইতেংদি পাংনিংই। পাংনবা হোৎনগে। লুহোংবা অদু থুগায়রগা এম-এস-সি তমথবা য়াবরা য়েংশি।
- মদুদি ওইথোক্তবনি। অদুম্না তৌববদি ঐহাক্কী এম-এস-সি দি লায়রদনা অহিং অমতং লৈজবা ঙম্লরোই।
- পাবুংদা ফজনা ভাংনরগা য়াগনি। ঐ ভাংনগে।
- তোক্লো তোক্লো, ঐনা থোক্পা তৌজখ্রগে, লন্থো মাম্মদা করিসু হায়রুনুকো... কো।
- অদুসু য়াদ্রবদি হোংলগে হায়রিবরা ?

- খন্নসি, হোঙবা য়াই, হোঙদবা য়াই। অঙম্বনা জয় ওইবা তাবনি।

লম্বোনিদু হন্দক্তি ব্রা মখা তারকখিদ্রে। শ্বর খিত্তং শাংনা হোল্লদুনা ঐগী ইতুং ইল্লদুনা অদুম লাক্লে। ইনেখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরদুনা চঙলকই। চাকশঙদা ঈশিংদু থল্লরগা খোক্লকপদা মাম্মনা হায়রকই

- লাকও, লাকও, ভাহাক পোখারো? অনৌবী নখোয় মাম্মদি ঠিকা তৌরিনিনা।

লম্বোনিগা ঐখোয়নিসু থারিবা ফক্তুদা ফমথরদুনা খুমই।

- উম, তৌরি মাম্মা।
- পৈশা নুংশাকাদি খর মপায়রিনিদো।
- হোয় খরদি পায়। মরক মরক্তসু পায়দে হায়না কোইচেন চেল্লি।
- মদুনিনে, শেলগী হৌনবী হায়বদো, শেল হায়বসিদি কোইপাই পাইদুনা লৈবনিনে।

ইনেনা মখা শমথরকই চংশিল্লক্তুনা ঐগী শমশিংদু মখুৎনা নাল্ল-নাল্লদুনা।

- মন্দিনাখোয়দি নুংঙাইনা লৈরপোৎনিদা মখোয় মাম্মগা মনেগনা মাগীদমক ব্রাজরিবসিদি ইমাই হেক পেম্মা।

ঐখোয় পূম্নমক নোকই। মাম্মনা মমায়দু ঐখোয়দা পুমওন ওনশিন দুনাঅমুক হংলকই।

- অনৌবী মাম্মদসু অপাম্বা অমদি হায়যুদনা, হয়েংলা হংচিৎলা চৎলগা হেক্তা লৈরুনবা।

হন্দক্কী মাম্মগী ব্রাহং অসি পাউখুম পাক পীজবা ঙমখিদে, ব্রাহং অসিনা ঐগী নুংঙাইবা পূম্নমক নমথখিবগুম্না অব্রাবা শকফম পুথোক্লুরি। ঐগী পাউখুম ফংদ্রবদা ইনেনা মখা শমথরকই।

- খল্লু খল্লু, খল্লগা হায়হৌ, নঙনা অপাম্বা অদুতা লৈজগনি। মদুতা হংনবা ঙসাইদগী নঙ লাকপা ঙাইরিবনি। মমলকা য়ামগে য়ামসনু অপাম্বা অদু হেক্তা হায়য়ু। শোয়দনা লৈরগদবনি।

ঐহাক তুমিন্না তাবসু ঙমশিল্লক্তরে, খুমদবসু য়ারক্তরে। থোইনা নুংঙাইবগী মতৌ উত্তনা খুমখি।

- করিসু পামদেদা ঐদি।

মাম্মনা ইঙক ঙক্লদুনা অমুক ওনশিল্লকই।

---

- অমদি হায়য়ুদা নঙবো হয়েং নীংঙল্লক্তদনা তোক্কনি। লন্ধোদা অমুক ওনশিন্দুনা।
- নত্রনে হা ইবেম্মা লন্ধোনি।

লন্ধোসু, ইনেসু, ঐসু পুল্লপ পূন্না নোকই। মাম্মসু নোক্লদুনা হৌগৎলকই।

- ইহে, অওইবনিনে মাম্মনা হায়রিবসে, মী হৌজিক কানসিদি তৌনদবা য়াদবনিনে। খল্লুকো, নংনা হায়বা অদু লৈগদৌরিবনি।

হায়রল্লগা মাম্মদি থোকখ্রে। ইনেনা অমুক ৱা হনজিন্দুনা হংলকই।

- নঙবু করিবু পাম্বগে? অপাম্বদো থোক হায়দোকউ ইমৌসিদি।
- করিসু পামদেদা ইনে করিসু লৈবীরগনু।

অসুম্না ইনেনা ঐগী অপাম্বা অমত্তং হায়রম্লবা কয়ারক হোৎনরি। মতাং অসি য়ৌরক্লবদা ঐনা করি খল্লি হায়বা কন্নাসু খঙবীদে। তশেংনমক ঐদি লুহোংলোই হায়না লেপখিবনা অউনপোৎকী মতাংদা খন্ননবা মিকুপ অমফাওবা লৈজখিদে। মীপুম খুদিংমক্লা ঐবু লুহোংনবগী ইরাং লাংনরে হায়বা খঙলবদা ইতোমতা নুংঙাইতবা পোকচরি। কপ্লিংবদা খম থেংলবা মিকুপ অদুফাওবা ঐহাক চিনবান চিক্তুনা খাঙজখি। পুম্নমক করিসু খঙদ্রবী ইনেনা অমুকসু হায়রকই।

- অঙাওবীসিদি, করিগী পঙলিবনো? নঙনা হায়বদা লৈরগদবনি। নহান্দগীনি নখোয় মাম্মনা অদু লৈসিরা অদু তৌসিরা হায়দুনতা লৈরিবা। অদুদা ইনেনা নশা লাক্লগা হংসি হায়নদুনা লৈরিবনি।
- ইনে, ঐহাক করিসু পামজদে, ঐনা পামজবা হায়ববু, হয়েংৱাই ঐনা ইয়ুম্লি হায়দুনা চঙজবকপদা ইনেখোয়না হরাও হরাও তৌবিবদুতনি।
- অদুবুদি শোয়দ্রবনিনে, অসুক য়াম্না পংবসিবু করিনো? অসুম্না হায়নরিভৈদা তামোহেন্না কৌরকই।
- মন্দিনা, লাওনে সিদা...।

লন্ধোগা ঐগা কাদুদা চঙদুনা ফম্লুই। ৱারী কয়া শাদুনা ৱা-ৱা নোকই। অসুম্না ঙহাক নোক্লবদগী হঞ্জিন্নৱকপদা মঙায়রি ফক্লাংদগী দেং-দেং হায়দুনা পুং অনি য়ৈরকই। ঙসাইমখৈ হনগনি হায়বা কাওরম্বনি অদুবু পুং অনি তারে হায়বা খঙবগা লোয়নন্না খঙনিং নিংশিংলকই। চৎননবা লোইশিনবা য়ারে খল্লদুনা লন্ধোনিদা হায়রুই।

---

- লঙ্খো, পুংঅনি তারে।
- তাসনু কৈদৌরবগে ?

ঐগী ৱাদু ভাব ইতা তাদবগুম লঙ্খোনা খুন্নকই। ঐনা মখা তাখি।
- থেঙখ্রনিয়ে লোইশিনবা য়ারে হায়বনি।
- ঙহাক্তং লৈরগা লোইশিনসি, চৎনীংলবরা ?

লঙ্খোগী ৱাদু ঐহাক খুন্না ঙমদনা মিৎনা য়েংদুনা লৈ। তামোহেন্না ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা।
- অসুক ঙন্না চৎলগে হায়রিবরা? থবক য়াম্না লৈহৌবরো? খঙঙে চৎনীংলনিদা।
- থেঙদোকখ্রবদি কমদৌনি ?
- থেঙখ্রগা থেংখ্রেদনা।
- থেঙদনবা চৎপা য়ারে।

দানিদো তাদুনা লৈবা ঙমশিল্লক্তুমাল্লে ৱা পাংশিল্লকই।
- মীগী অপাম্বা থীংবা ফত্তে ভায়। অসুক য়াম্না চৎনীংলবসিবু অমুক পুন্দুনা থল্লগুমসি, থিনবীনবা তৌরসি। কদায়দগী লৈনিংপোৎ নত্তেদা...।
- ইস. হৈত্রা... ?

ঐহাক মখাদি তারুবা ঙমদনা মিৎনা য়েংদুনা লৈ। ঐহাক ৱাদু মখা তানিংদবদি নত্তে। ৱারী ওইনা লীদুনা তাক্লিংলকই পুক্লিংগী অনীংবা কয়াসে। ঐনা মখা তারকপা অদুতা তাগদবগী ঙাইরিবা দানিনি।

ঐহাক ৱা ঙাংনিংবা পোক্তবগুম তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। মরোল থোক্রুবা মিৎয়েং অসিনা ৱারৌবগী অর্থদা মরোল কয়াদি লোল্লুরি তুমিন তুমিন। উনবগী অরোইবা নুমিৎ অদু ঙসি অসিনা ওইরবরা হায়না চিংনরল্লবা ঐনা নুংঙাইবা ৱারী শাদুনা অমুক নোক্লিংলুদবে।

থেঙজিল্লক্লবা অদুদদি ইনেখোয়সু চৎননবা হায়রক্লে। লঙ্খোগা ঐখোয় অনিসু চৎননবা লোইশিন্দুনা থোরক্লে। তামোহেনসু গাডী থৌদোরক্তুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরে। ঐখোয়সু মাম্মা অমদি ইনেবু বীদায় পীরমদুনা গাড়ীদা কাখৎলি। দানিসু ফুরিৎ অরাংবদু লিৎশিল্লগা কুদাম পান্না পান্না কাখত্তুনা ফল্লরে। গাড়ি ষ্টার্ট তৌদুনা তামোহেন্না তপ্না তপ্না থৌদোরকই। ইনেনা শুমাং মতোন্দা লেপ্তুনা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈহৌই।

গাড়ী মনুংদগী অরোইবা ওইনা ঐগী মল্লবা য়ুমদুদা মিতাক্লবা ঐগী মিৎনা মিৎফম অমুক হোংনিংখিদরে। মতম কুইনগী ওইনা থাদোক্লল্লবা য়ুম অদুনা ঐবু খাম্বীরকপগী মহুত্তা তুমিন্না বীদায় পীরক্লি। য়েংনা য়েংনা লাপথোরকপনা লাপ্পা তাম্না লেপ্তুনা লৈহৌরে। অসুম, অসুম থৌরকপনা য়ুম য়ৌগদবা ইৱাৎ-ৱাৎশিল্লক্তরে। লন্ধোনিখোয়গী কোম্বোং লাপ্তক্লা উরক্লে। অদুক শাংবা লমশাংদু লাকপদা গাড়ী মনুংদুদা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে। কায়নরনি হায়বা কাউবা মখে, লম্বীগী ফজবা য়েংদুনা লাকপনি। কোম্বোং য়ৌরবদা গাড়ী থামই। ঐখোয়সু মথং মথং গাড়ীদগী কুমথরে।

মতম পূম্নমক্তা, কায়নবা অমদি লৈরি হায়না খন্দুনতা লাক্লবা বীদায়গী মতম্না মাঙদা লেপ্তুনা ঙাইররে - মতৎ-মতৎ ওইরবা অহিক লক্লক্ল রবা বীদায়গী ৱাহৈশিং অদুতবু। কায়নরনি হায়না ৱাক্লবনা ফাইখ্রমাল্লে ঐগী লৈয়েং, ৱাহৈ অমফাওবা থোকখিদরে চীন্দগী। দানিতবু য়েংদুনা শিস্থরক্লে মিৎলুদা পিরাংসু। উনররোই হায়না খল্লুবদা নুংশিবসু হেনগৎলক্লে। তত্তনা ইনোৎ হাপকৎলক্লবা মিৎলুগী পিরাংনা মিৎলু নাপোম পাদুনা মালেম লৈমায় তম্না চেম্থ্রে।

অৱাবনিকো নুংশিগনবা থম্মোয়। নুংশি হৈরবা নহাক্না নুংশিবা মশক খঙলমদ্রবদি কায়নবগী বীদায়সু অৱাবগী মশক ওইরল্লোইদবনি। খঙহৌদে, হৌখ্রবা পুন্সিগী করম্বা মীকুপ্তা লাম্বোকখিবা থম্মোয়নো, করিগীদমক্তা চৎকদবগী ঙাইরিবা মাগী মতুং ইন্নিংলকইবা। কনানসু খঙবীদনা কখোকখ্রবা থম্মোয় ঙসিদি নপাং কনাসু লৈররোই। মসিরা নুংশিবা নহাক্কী অশেংবা শক্তম।

নুংশিবনা চুরবা থম্মোয়গী শেংলবা মীনোক অদুনা চিরবা বীদায়গী মতমসিদা খাঙঙমদ্রবা মৈচাক ওইররিবা। লাইবক থীরবী কনাগীদমক নোংদম্বা মানা তম্বীরকপা নোংদম্লো। পাঙ্গল য়াওদনা নীক্লবা খুৎনা, লৈতোন শেংনা ফাইরবা লৈয়েংনা থম্মোয়গী ফোঙঙমদ্রবা ৱাহৈবু সুর হাপ্লবা খোঞ্জেন্না থম্মোয়গী অৱাববু থম্মোয়দা লোত্তুনা - চিরোল হৈরবা চীন্দুনা লৈহৌরোকো দে... দে, লৈহৌরো - হায়বা পীনিংদনা পীরম্বা বীদায় অদুবুরনে, নিংশিংবগী ৱারীনা নিল্লবা নাপসিনা ঙাইরক্লিবা - হায়দোরকখি তপ্পা তপ্পা ঐবু চিংনা য়েংলদুনা।

- লৈহৌরো... দেদে, লৈহৌ... রো... কো... চৎ... ল... গে।

---

মীকুপ খূদীং জগোয় শারিবা নোংথাংগী মরক্তা অখাক অরাওনা খঙনবগুম, লৎ-লৎ লাউরবা নেম্না য়াক্লবা বীদায়গী সুরদু তাবদা পৃথিবী অসি শরুক অনি থোক্লা চিংখাইখিবগুম থোকই। নাইতোম তানবগী অকিবা অদুনা থব্রায় হকচাং পূম্নমক নীকখি। নীক্লবা খোঞ্জেন্দা কায়নবগী রাগদা সুরগী ঈপোম হৌখি শোন্থাংননা।

- দানি লৈ... হৌ... রগে চৎ... লো... কো।

ঐগী ইতৌ উবদা কনাসু ব্রা ঙাংনিংখিদ্রবোই,তামোহেন অমদি লন্ধোসু ব্রা অমত্তা ঙাংদনা ঐখোয়বু য়েংদুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লি। কায়নবগী অরোইবা মীকুপ অদুদা লাপ্না পুরক্লি ব্রাখন্নসু সুর অমগী সহেনাই। থংনবা মীকুপ অদুদা গাড়ীদু তপ্না তপ্না থৌবা হৌখি। নোক্লিংদনা নোকপা দানিগী মায়থোঙ অদু খর খর লাপথোকখিদুনা উদবা ফিজংনা থনবিখ্রে। লম্মাংনরবা ব্রাখল অসিনা মালংদা কোইপাই পাইরুদুনা পুক্লিংগী শান্তি থিরুরে। নীংঙমদ মৈনা চাক্লবা পুক্লিংঅসিদা শান্তিগী ফমফম লৈরক্তরে। ব্রাখন্না হঞ্জিল্লকপদা ইতোমতা লেপ্লমই তুমিন্না জীপ্তুনা লাপথোকখিববু ঙাইরদুনা। শ্বর শাংনা হোন্দুনা তাম্না থৌখ্রবা জীপ অদুবু অমুক্তং চিংনা য়েংলদুনা অমুক হন্না বীদায় পীরম্লগা তপ্না তপ্না লৈশিল্লক্লে যুম তম্না।

নীল খোংলবা বীদায়গী ব্রাহৈশিং অদুনা পুক্লিংগী অথুপ্পা মফম য়ৌখিদুনা ব্রাখলগী লাল হৌরক্লে। কাউঙমদ্রবা ব্রারী কয়াদুনালক্লরক্লে ঐবু হন্না হন্না খোঞ্জেলগী ব্রাংমদা। ঙমখৈ নাইদ্রবা ব্রাখলগী পোইরৈদা মীৎলু ইরা ইহৌননা য়েংদুনা লৈহৌরে ঐদি। লোইবা নাইদ্রবা ব্রাখলগী অতিয়াদা মনিং তম্না পাইরক্লে থব্রায় চেক্লো। কায়দোংফম খঙদনা মপোক অসিমগী ওইনা। অরাপ্পা অনকপা মফম কয়াদগী শক্লক্লে ঈশৈ কায়নবগী। অব্রা নুংঙাইগী অতিয়াসে নিল্লরে ঙসিদি বীদায়গী সুরনা। অরাপ্পগী চীংমায়দসু খোন্থাং ওইনা য়ৈখরে, পাক্লবা ঈপাক্কী তত্তনা কারিবা ইথক-ইপোমদসু ইরোইনখ্রি মথং মথং অসুম অসুম...।



## তরানিথোইশুবা শরুক

হৌখ্রে মতমসু, চৎখ্রে তুমিন্না অদুবু লৈহৌরি ঙসিসু পলেপফম খঙদ্রবা পুক্লিংগী অনীংবা অসিমদি।

করিগী কপ্লি পাঙদ্রবা পুক্লিং নহাক্তি, চাক্লনি হায়বা খঙনা খঙনা মৈনুংদা চোংশিল্লুরগা। ঈপাছাগী ঈচেন্দা কাওশিংনা, ইরোইননা পনফম, পুনফম লৈতনা তাওথরকপবু থৌজাল হৈরবা কনাগী থম্মোয়না কনবীখিবগে? কাওশিংগী অৱাবা খঙলবা নহাক্কুম্বা কনানা তেংথাবীখিবগে থম্মোয় শোক্লা। মশাগী অততাই নত্তনা কনানা কনাগীদমক ৱাখিবগে? নোংজু থাগী শাইজিনগী ইচুম্বু কনানা থীংলুবা ঙম্বগে, নোংজুনা লেপখিবা নত্তনা। কুমগী অহানবা নোংখোংদি হায়নৈ কংলৈপুংগী নোংদমখোন্নি। অদুবু ঙসিগী নুংশি শৈহৌ অহানবদি বীদায়গী শৈশক ওইরম্লে। অনৌবা শৈশক্লি তাঙলবা রাগনি। পামজবা সুর নত্তনা কনানা ঈশৈদা তাওবগে? শীঙ্গারৈগী অৱাবা শীঙ্গারৈনা খঙদনা গন্নাথক্কী লৈরাংনা করম্নদি খঙলুনি। ৱাকচিং থাগী গুলাপ্পা ৱাকচিং উনখাবু কিবরা? মপুগী য়াথং নত্তনা কনানা করি পাংবগে, অফবসু ফত্তবসু, অৱা-নুংঙাই অনিসু মপুগী য়াথং নত্তবরা? কপ্লনুনে কপচেৎপী পুক্লিং নীংঙমদ্রবা ৱারীশিংদু নিংশিংদুনা। মঙলাল্লক্তা তিনখ্রবনি মঙলাক্লরুরগনু অমুক হন্না। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা অকাও লৈরোল চনখিনবা মিকপ, খোঙ্গাং হাপ্লুরগনু। নীংশিং-নীংশিং কাওখ্রগনি।

---

লেপ্পা লৈতে লোইবা নাইদে নোংমতসু অহিংগী লিক্লাগুম্না, - অহিংনা অসুম অসুম থেঙজিল্লক্লগা, মীচিক মীরাওখোন্না তারক্লগা তারকপগুম নোংদোল লিক্লানা অচিকপা মফমদা লৈরগা অহাঙবা মালংদা থোক্লগা খোঙ্ছাং শুরি ঐগী মীকপসু।

ঙসি মঙানিগী মতুংদা হোংখিবা তারিবরা ঐগী পুন্সিগী ফীরেপ - শোয়খিবা মিকুপ্তা খঙহৌদনা থাংদোকখিদুনা খোঙথাং অমা হোংখিবা তারিবরা পুন্সি অসি অসুম্মক, হোংবা তারগা করম্বা ফীভমদা - লুরিবদি অসুম্মক হোংখিদুনা শকখঙদবা করম্বা তোর্ব্বান্দা তারুগনি। অদুগুম্লবা তোর্ব্বান্দুদা ইপাং কনাসু য়াওদনা লেল্লুবা তারিবরা পুন্সিসিনা লোইদ্রিবা ফাওবা। শিঙমদ্রবা পুন্সি অসিনা শিবতবু ঙাইদুনা অসুম্মক হৌথ্রসনুরা? নোক্লিংলকপা মতাংদা নোকথোকপা ঙমদবগী পেন্দবা অসিসু ফনদি ৱানা খাংলিকো ঐহাক।

উইশিল্লু য়াদ্রবা মিৎ অসি পাংনিঙদবগী য়েত্তুম পায়দুনা পাংদবঙম্বগী লংলা লেংদুনা ফোৎচিনগদবতা মঙায়রে। অহিং কয়া তূল্লক্তবগী তূম্নিংবা পোত্ত্রি ঙসিসু। মৈ মম্লগা খর ফদুনা তূমথবা য়াগদ্রা খন্দুনা মুৎলি মুৎলি ঙাল্লিবা মৈ অদুসু হৌগত্তুনা মুখৎলুরে। অদুবু অৱাবনি, কান্নবা লৈখিদ্রে। মৈঙাল অদু লৈরিঙৈদদি পাঙলিবা মিৎকী মিৎথমফম লৈরমই। মঙান্দুগী ৱাংমদদি হিপ্পুনা লৈবা হৈরক্ত্রে, নাশোন পিক্লা হৌগত্তুনা থোঙ তপ্পা হাংদোক্তুনা মরম ইরৈ লৈতনা থেঙলবা অহিং অদুদা থোরক্লে তপ্পা তপ্পা ইমুংদগী।

ইমুংদা লৈরিঙৈদনা খর ঙাল্লম্বোই নীংই। মপান্দদি শুক শানা মল্লমই। পাক চাউরবা অতিয়া মকোয়দা থৱানমীচাক অমত্তসু উদে। থানা কদোম পাংথ্রবা কনানসু হায়বা ঙম্লোই পূম্মম মমই। ঐগী অৱাবা ৱাবী লীররনি কিবনা লোৎথ্রবরা মখোয়দুবু, মদুসু হায়বা ঙমখিদরে। অরাপ-অরাপ্পা মফমদগী নোং খোংবগী খোঞ্জেল মরক্তা শিৎলকপা নুংশিৎকী অকনবা শহুম নত্তনা কৌজেং হারৌগী খোঞ্জেল ফাওবা তাবা ফংখিদরে। মঙাল কৌবা মহাকপু মালেমদা অমুক হন্না খোঙদারক্লরোইদ্রা হায়না পুক্লিংদা চিংনবা ফাওরকই। অমম্বা অদু উরুবগা থককৎথ্রবা থম্মোয়না মঙালগী লংলবা শক্তম কাউরকই। মরক মরক্তা নোংথাংগী মৈরানা মিকুপ্তা ঙানবদু উরগা মঙালগী শক্তম লাকশিঞ্জদুনা হরাওবা পোকচরি। অদুবু

কুইখিদে নোংথাংগী জগোয়না লোইখিবদা অমুক হেক্তা মাঙখি। লেপ্পা লৈতনা তারক্লিবা নোংখোল খোঞ্জেল অদুনা খর খর নকশিল্লকপগুম্না মল্লবা শরুক অদুসু থোইনা হেন্না শুক শুরক্লি। লম্মাংনরবা ঐহাক্লি অমম্বা অদুদা মাঙখ্রবা লম্বীনা ময়েক শেংনা য়াত্তুনা লৈরম্বগুম উরকই। খোঙশাল্লগে খন্দুনা মায়থোঙনা মোমোন নোকচরকই। পন্থরুবা লৈতনা ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙলক্তুনা মোন ময়াদগী মৈখেত্তু মারদুনা থাউমৈদু চুখৎলি। লেমটন অদু পায়রদুনা লন্ধোনা তূপ্লিবদু শংত্রিক য়েংদুনা ঙহাক্তং লেপই। অশিবগা পাঙ্খক ওইনা য়াতারিবী মহাক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা কৌরুরি তপ্লা তপ্লা।

- লন্ধো, লন্ধোনি... লন্ধো... লন্ধোনি।

হুরানবগী মীকৌনি তাবা কৌবা লৈখিদ্রে। মখা তানসু কৌরুদ্রে। কয়াদা নুংঙাইনা তূপ্লিবা অশিবনা কৈদৌনি। কালেন মৈশা মরক্তা ৱারুরবা হকচাংনা অচিকপা অহিং অদুদা উত্তুপ তাবগুম তারবনি। মিকপ থোকপা লৈখিদ্রে। মনাক্তা তপ্লা ফমথরে, মমায়দা চোইনা তারিবা শল্লাংশিংদু, হাইগৎপীরগা শিন্থরকপা মিৎকী পিরাংগা লোয়ননা তুমিন্না বীদায় পীরুরি।

"লৈহৌরোকো লন্ধোনি, ... ঙসিদগী হৌদুনা উনররোই নঙগা ঐগা পল্থৌগী 'নাক্তা লৈদুনা মথংগী কুম্মে য়েংহৌখো পোম্বী চেক্লা মতৌগুম নচিন্দনা ইনম্মা ইচিন্দনা লন্ধোনি, নীংথম-কালেন ওন্দবী অৱা-নংঙাই মরুপ্লোই, - কায়নরসিকো ঙসিদি। ঐগীদমক খনবদা অৱা পোৎলুম পুরবী লমনসিমদি শিংলমদনা চৎলগে ৱারৌগনুকো ঐবুদি। হয়েং কৌবা নুমিত্তগী নুংশিগী ৱারীসু লীররোই, হয়েংমুক্কী মপোক্তা নহাক্কী লমন শিংলগে। মথংগী লাংওল অমদা উনসিকো মরুপ ওইনা। অমম্বা অসি নত্তনা ঐগী লম্বী উদরে। চীংলোন মাপল ৱাংমা লান্না পুন্সিগী শান্তি থিরুখিগে। পুন্সিগী ফীরেপ চুম্লবা মতমদা উনসিকো নঙ-ঐ, তৌমিন্নসি মাম্মগী সেবা। তমথিরবা সমাজগী পন লান্দুনা চৎলগেকো ইনম্মদি। মাঙখিসনু নিংঙোলগী ইজ্জৎ, তৎখ্রসনু নহাক-ঐহাক্কী ৱারী, তোল্লসনু মাম্মা অমদি ইনেগী লমনসু কায়খ্রসনু মেঞ্জরগী আশাসু শিংলুরগে নুংশিগী লমন ফোঙলুরগে থম্মোয়গী ফোঙঙমদ্রবা শেংলবা ৱাকৎ। নতা শক্ল নিবি ঙসিদি কায়নবগী বীদায়, হরাও-হন্নাও পীনীয়ুকো চান্নবী।"

কন্না পায়শিল্লুই নীংঙাইদনা তূপ্লিবী মাগী মখুত্তুবু। অমুক হন্না

পায়ররোই খন্না থোইনা হেন্না চেংনা পায়রুরি। মিংলুদগী অরকপা পিরাংতনা নপশিন্নখিদুনা অমত্তা ওইনা পুনশিনখি ঐখোয় অনিগী খুৎশিংদু।

তাইবঙ মঙফাওনদ্রবী মহাক্রি, নুংঙাইনা তূস্নি, খঙলমলোই ঐগী অব্বাবা - অসুম্না নুংঙাইনা তূস্নি খঙলগ্নোইদ্রা হায়দুনা নিজরুবা বীদায়গী ভিক্ষা হাপ্পীরগ্নোইদ্রা? মসিমদি খল্লুবনা লানবনি। ঐগী ব্বরীত তাবদা নুংশি মচুনা শঙথ্রবী মাগী থম্মোয়না ঐগীদমক ব্বাখিবনি। ঙসিসু ব্বারমখিগনি, হৌজিকসু কপ্লমখিগনি মাগী থম্মোয় ঐগীদমক। ঐগীদমক ব্বাবদি মাতনি শোয়দনা পীরমগনি বীদায় ঐবু, ঐগী য়াইফবতা য়েংদুনা হীক-হীক লাওরবা মীকপখোন্দা লঙ্কোবু বীদায় পীরল্লগা তপ্না তপ্না থাদোক্লগে মাগী মখুত্তু। ইনে অমদি মাম্মগী কাদা ওনশিন্দুনা পুন্সি বীদায় নিরুরে অমুকসু। তুমিন, তুমিন য়াতারিবা মখোয়বু উরগা ঈথক ঈপোম তোয়রক্লে মিংলু নাপোমদা।

অব্বাবা অমা ফংবদা নুংঙাইবা চাম্মা কাওব্রে, নুংঙাইবা অমা ফংবদা ব্বাখিবা 'পুন্সা নিংশিংলুদবগুম্না। য়েংনিংদবা কুইরুবা ইনেগী মায়থোঙ ঙসিদি অহিংসিদা পেন্না য়েংলুরে। নিরুরে বীদায় কায়ননবা, হায়জরুরে ইব্বাল কোকপীনবা।

"লৈবীহৌরোকো ইনে,... ইনেগী য়াথং ইন্দনা চৎচরগে নমৌদি... য়াথং ইন্দে ব্বারৈবীনু। ইনেগী লমন শিংলমদা নিজরগে বীদায়, ইনেগী য়াইফ মঙ্গল নিজরি তত্তনা মপুদগী। পলেম শকপী ইনেগী লমন নোংমদি শোয়দনা শিংজবা ঙম্বা পীবীসনু মপুনা।"

মাম্মগী শক্তম উবদা নিঙমদরে বীদায়। নোংমগী নুমিৎ অমত্তা অশাওবগী শকফম উরক্তবা মাম্মনি। ঐগীদমক ব্বাবনা পুন্সি লাইমন ওইরিবনি। ইনেগী খুৎশিন্না হুমখিবনা মাম্মগী আশা লেপচখিবনি। ইনেগী ফজবা য়াব্বানা ঐহাকপু মেঞ্জরদা থাজবদা পেঞ্জরিবা থম্মোয়নি। থাজবদা পেন্না নোকচবদু উরগা পুক্লিংগী পামজদবা মচেৎ অমত্তং ঙসি ফাওবা ফোঙদোকপা ঙমজদবনি। ঐনা হায়জবদা তাবিগনি খঙনা খঙনা ঙাংথোক্লবা পাঙ্গল অদুবুদি লোৎশিন্দুনা থাঙলকই। মনাক নক্লা চঙশিনবসু ঙমদনা চিংনা অমুক্তং য়েংলল্লগা তপ্না তপ্না লৈথোরক্লে।

মঙালগী মশক উদ্রিঙৈ মৈত্রবাক ব্বাংমা লানথ্রগে হায়বা অসিত খন্দুনা থম্মোয়দা থৌনা হাপচিল্লে। লুখুম কাদা য়াল্লিবা ময়া নোংথাং

*শারিবা থৌদ থৌবী চিন্দুম্বী থাঙশাংদুমা পায়দুনা লময়াইদা ঙহাক লেপ্তুনা* শ্বর পুংফম য়েংজরে।

সনামহী লৈমরেল খুরুমজরে পুক্লিংনা লেপ্পা হৈত্রবা পিরাং ইরিকশিংনা চামথোকচরে শেংলবা থম্মোয়সে।

'ইমা লৈমরেল শিদবী, ইপা ইবুংঙো শিদবা... ।

ঙসিগী অহিং লোইদ্রিঙৈ, লমথুংফম খঙদ্রবী নচাগী লমথুংফম্বু য়ৌনবা লমজিংবীয়ুকো নচাবু। নিংঙোল ইজ্জৎ মাঙহৈদবা কনবীয়ুকো অনিমক্না। অকি-অখঙ লাক্তুনা থকৎ-পাখৎ থোক্লবা নুপীজা পুক্লিং অফিংবা ফাথবীয়ুকো ইমানা, নচাগী লম্বী অসিদা অথীংবা পলবু লৈরম্বা নুপা ওইবগী থৌনা হাপ্পীয়ুকো ইপানা পল্লোন্দুবু লানঙম্বা, পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইদা ইপা-ইমা অনিবু কাওজদবা পীনবীয়ু। নচাগী নীংবা অসিমতং থুংজগেকো।

তপ্পা তপ্পা থাংদোরক্তুনা খোঙ অসি চঙশিল্লক্লে অমুক ঐগী হাঙলবা ফমুংদু তম্না - ফি-রোল শ্বর খোমজিন্দুনা ঐগী মুর্ত্তি শাদুনা থনপ্লে ফমুং মথক্তুদা। লেমটনগী মৈরা অদুনা মমি শাম্না লৈথরল্লগা ফমুং মনাক অদুদা থনমদুনা থোরক্লে। খোঙদু চেপ্পক্না ঙাশিল্লমদুনা পুন্সিগী ওইনা খোঙশাল্লক্লে। মিৎলুদগী তারকপা পিরাংতনা চোৎলবা চীনবান্দগী থোক্লকপা মতেক ওইবা ৱাহৈনা খোঞ্জেল থোক্না কৌরুরে।

"দা... নি... দা... নি...।"

কদায় ঐগী পাউখুম, অমম্বা অদুগী হাঙলবা মালংদুদা য়েখিবা ঐগী মীকৌগী খোল্লাংদুনা ওইখি ঐগী পাউখুম, তপ্পা তপ্পা লোইশিনখি।

"দা... নি... দা... নি... ।"

তাররোই খঙনা কৌরুবনি নুংঙাইনা য়াতারমগনি মাদি পম্বৌগী শঙ্গায় নুংঙাইবদা। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিংদুদা নিংঙাইদনা তূমখুল তাল্লিবা মহাক্লবু মঙফাওনরিদ্রা? খঞ্জবতনা নুংঙাইজখি ইদোমতমক, মফম খঙদা মখা তারুবা ঙমদনা নিংশিংলকই মিকুপ্তুদা ওইথোক্তবা মতৌদু। করম্না য়ৌরুনি নিক্লবা খোঞ্জেলসিনা লমদম তাম্না লৈহৌরবা মহাক্কী নাপদদি, পাওজেল হৈরবা মালংবা মহাক্লসু পুবিরল্লোই মফম খঙদনা খোঙশাল্লক্লবী ঐগী ইপাও অসিমদি খোল্লেন মিকপ থোক্তবা মাতগী মফমদদি।

অদুবু চৎখি থব্রায় মঙা অসিতদি নিংঙাইদনা তূল্লিবা মাতগী মনাক্তা - হায়রুরি করিনো খর নাপ্ল চিক্লা মাতবু লাইনিং ওইরবা থব্রায় অসিনা -।

"দানি চৎলবনি ঐদি পূম্নমকপু মীনম্লমদুনা, কদায়দা থুংলুগনি, কদোম পাংলুনি, করম্না চৎকনি কনাসু খঙলরোই। হংলুগনুকো কনাদসু, থিরুগনুকো মফম কৈদসু। অদুবু খঙহৌ নহাক্তি ঐহাক ঙসিদি লুহোংলরোই। করিগুম্বদা নিংশিংলক্লবা নহাক্লা ঐবু লাকউকো ইনাক্তা, উনসিকো নঙগী ব্রাখন্ত খন্দুনা ঙাইরমগেকো নহাকপু। অমম্বা অহিংসিদা নত্তনা ঐগী লম্বী উদরে, ঙসিগী থেঙলবা তাংলৌসি নত্তনা ঐগীদি মতম লৈতরে।"

খুল্লকখি ঐবু য়েংদুনা মোমোন মীনোক্লা ঈহৌরবা মায়থোঙদুনা।

"দেদে, ঐহাক অমুক হল্লরোই। পুন্সি অসিমদি নীংঙমদবনা পুল্লে, নীংবা কায়রবা পুন্সিনা করম্বা অফবা ডাক্তর ওইরকখিগনি। ডাক্তর ওইবগী আশা ঙসিদি মমি শামখ্রে।"

"ইস হৈত্রা, নীংবা কায়রেকা হায়জিল্লদনা... ।"

"খন্দুনা য়েংউ দেদে, নীংঙমদবা ব্রাখন্না লাইওইদুনা লৈরবা মহাক অদুনা করম্বা অফবা ডাক্তর ওইরকখিগনি। ওইরকপা তারবসু মীহাৎপা ডাক্তর ওইনদি ফাওরগনি। দেদে, অদুগুম্বা মীহাৎপা ডাক্তরদো ঐহাক পামদ্রে, ঐহাক মখা তমথবা ব্রারনিনে দেদে। কান্নদে দেদে, আদসু নীংবা কায়না অসুম্মক হিংলগনি, সিদসু নীংবা থুংদনা অসুম্মক হিংলগনি। চপ মান্নে ঐহাক ভেলরদা অমুক হল্লরোই হায়না খল্লে।"

"ফরে, লৈহৌরোকো চৎলগে ঐদি, খোঙশাল্লক্লে ঐদি মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিংসিদা- নঙবু য়েংনা লাক্লে অমম্বা লম্বীসিদা, অমুক করম হঞ্জিল্লুনি পুন্সিগী মহাও মাঙখিনবা। ঐসু অমুক হল্লরোই। করম্না, কনাগীদমক লেংলুখিগনি ইখুৎ অসিনা পুন্সিগী কুন্দো পরেং অদুমদি, লেংলরোই ঐহাক কৈদৌনুংদসু ফাইরেল লিশিং লাক্কুনা কুন্দো চরোং চুল্লবসু। নিংশিংবীয়ুকো মতম খুদিংমক্তা -ঐহাক চৎলে ব্রারৌনুকো।"

ব্রাহং অমগী পাউখুম কয়া অরোইবদা বীদায়, করি চিংনবা লৈরি? পুক্লিং নহাক ব্রাজবতনা নশিন ওইরবা থম্মোয় নহাক্লা হংজরে ব্রাহং কয়া অমুকসু নহাক্লা খুম্নবা পাউখুম কয়া, করি কায়বা লৈ পুক্লিং নঙগী ননিংনি।

অসুম্না খন্ন-খন্ন খোঙ থাংবদি লেপ্লুদে, খর খর লাপথোরকপগা লোয়ননা থল্লে থম্মোয়সে অকিবা অমদি চীংনবতনা। কিবনা নিক্লে মাইথিগদৌরবা মহাক্কুম্না, পুল্লে চেৎনা লম্মখাঙদগী হল্লক্কদ্রা? মিকপ থোরকপা তাঞ্জাদা তারুদুনা শাগৎচরুবা আশা পূম্বা অরেম্বা তাখিগদ্রা? অমরোমদা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতম অসিদা শুক্ল-শুক্লবা লম্বী কয়া ফাওদুনা চৎলিবনি ইথন্ত, অকি অখঙ মরক্তা। ভুত-প্রেতকী ৱারীসু তত্তনা তারবা ঐনা ভুত-প্রেতপুসু কিরুদবা ঙমদে। অদুগীসু মথক্তাঅহিং অসিদি শুক্লা মল্লি। চীং-মান, পাৎ-পুখ্রি, উমং-ৱামং অমদি লৌবুক লম্ফাং পূম্নমক অমম্বা অমুবা মচুতনা অমত্তা ওইনা কুপ্লি। কিন্দনিংঙাই করি লৈরি সিদগী, থোইনা হেন্না খুদোং থীবনা থল্লবা লম্বীনি। অথেঙবা মতমদা নাইতোম তারবা যাত্রিক কনাদগী খুদোং চাবা লৌরগা পথরবা পুন্সিবু তেকখৎনবা হোৎনরিবা, হিংশাগী মীওই কয়া অমসু খুদোং চাবা মফম মতমতবু তান্নরিবনি। অফ-ফত্ত, খন্দনা অৱা-অনা য়েংদনা, খিত্ত য়াওরে খিত্ত য়াম্না য়াওরে য়াম্না, অয়াওবা মখৈ মুনবা ঙম্বা ডাকু কয়া কয়ানা অথেঙবা লম্বীদা চাই চাইদুনা লৈ হায়বসু খঙদবা নত্তে। ইজ্জৎ চাউবী নুপীনি, হিংশাতনা মথৌ ওইরবা তৌবা ঙম্বা কনাবু লম্বী লমখাঙদা থেংনদুনা নিঙোল ওইবীগী ইজ্জৎপু মুন্দুনা পুবিখিগদ্রা হায়নসু খল্লুদবা ঙমজদে। মসিমকপু থোক্লবদি ঐগী ইখুৎনা পায়রিবা থৌদ থৌবী চীন্দুম্বী থাঙলেনসিগী ময়াদা পুন্সি পন্দোম লোমদুনা নিঙোলগী ইজ্জৎ কল্লল্লগে, অসিমক্তা খন্দুনা খোঙ থাংবদি লেপ্লক্তে। হকচাং পূম্বা নিকপদি হনবা লৈতে, লোইবা য়াওদে। খোঙথাং মঙা তরা থাং ইদোম দোম দোম তুশিল্লি, য়েৎসু ওইসু অনিমক খোঙথাং খুদিং লৌশিন্নে। ওইদা লৌই ওইদা তুই, য়েত্তা লৌই য়েত্তা তুই, তুবগী মশীং নাইরক্তে। তুর চৎল তুর চৎল কদায় য়ৌরে হায়বসু খঙজদে ঐহাক মতাংদো। পাখৎ পাখৎ চৎপদা, চোংনা চোংনা চেনবদা ফনদি লাপ্লমলগনি হায়বা অসি নত্তনা ঐহাক করিসু খঙলুদ্রে। লেপ্পা লৈতনা লাকপনা তম্পাক্কী লমদম লোইশিন্দুনা চীংগী লমদম য়ৌরক্লবরা, লৈনা লৈনা কারিবা চীং লম্বী অদুদা তপ্পা তপ্পা লৈখভুনা কারকই।

অকুৎপদা লৈতৌবা মপু মাগী খুৎশেল্লা! ঐগী অৱাবা উরগা মানা থাক্লা নোকপরা? মকচদ্রবী পুকচেল অসিনা নুংশি লমন শিংলিবরা?

খুদোং থীরবা লম্বীদা শা-উচেক অল্লিবরা? মদুমক নত্তরগনা পলেম শকপী কনানা মচাগী বাবা উদুনা তেংবাংবীগে লাক্লিবা - মদুসু ওইদ্রগনা নুংশিবা মশক খণ্ডদ্রবা করম্বা লাইগী মচানা অবা ইনোৎ হাপ্লিবা উ... বা... হায়বা খোঞ্জেন্তনা মায়কৈ পূম্বা নিল্লক্লে। তোয়না কুপ্লবা নোংথাংলক্তা অখাক অরাও কুংলক্লে। অঙাওবা নোংলৈ খাংঙমদা তেকথরকপা উশানা মাঙগী লম্বী থীংলক্লে। পাখৎ-পাখৎ বাখন্দা চোকথরবা খোঙথাংনা লেপ্লা লৈতে লাকপগী শোঙ্করবা পাঙ্গলসে চীংগী লম্বী ওইবগী ঙম্না থেক্লা কারকপনে, খাক লাওবগী খোঞ্জেলনে, নুংশিংকী অকনবা শাফুনে তুগদৌরে হকচাংদি। থুংলুগদবা পঙ্খুংফমদুদি বাখন্না লাম্বা ফংঙমদ্রি অদুবু লেপ্পদি লৈতে খোঙথাং অসিদি, লেপ্তনা অদুম্মক চৎলি।

নোংথাং কুপ্লা উরগা খাংলে মিৎ অসি উইশিন্দুনা খাকপা লাওবা তারগা মেনশিল্লে নাসু তাদনবা -"ইমা, ইমা" হায়দুনা কিনা বানা চৎপদুদি লেপ্পীংলক্তরে। লেপখিগদ্রা হায়দুনা ঙাইরুরিবা নোংলৈদি লেপখিবগী মহুত্তা থোইনা হেন্না কল্লক্লে। নোংগী মহুৎ ওইদুনা লেন্না তুপ তুপ তারক্লে, মায় মিৎ খঙজিল্লক্তরে। অপান খুদিং লেন্দুনা অয়ো অয়ো হায়দুনা শিবা ইয়া য়াদবগী লাক্লে ঐদি লেপ্তনা, বানা চৎলি লম্বীদো চাক্লা খাঙলবা থম্মোয়সিনা তন্না উহল্লি তাইবঙপানসে।

বাখিবনা হেনবনা বাখল মচিং কারক্লে। লৈজবা পাঙ্গল পুথোক্তনা অঙম্বা থৌনা হাপচিল্লে। থবায়সিনা লৈরিমখৈ হনবা কৌবদা লৈররোই খঞ্জরক্লে বাখন্না। পুন্সি অসিমগী ওইনা মিৎলু পিরাং কংখ্রবরা? অহিংসিদগী হৌদুনা তাইবঙসিবু তাইওন্নব্রবরা? অবাবা পূম্বা ফাজিনখ্রে পুক্লিংঅসিনা-, চীনবান থক-খা চিক্তনা শেম্বীবা মপুবু পুক্লৌ পারৌননা চৈরুরে। শেম্বীবা মপু নহাক্তি মিৎপু পান্না তাঙবরা নাবু তানা পঙবরা? তাইবঙ মীওইপোকসিবু শেম্বদি নঙতনা ঙমই খন্দুনা লায়না শিদোক্লে খনবরা? মবা পোল্লি মীরাইবরা ভক্তগী বাশক কিদবরা? লমথুং য়ৌগে খন্দুনা অমম্বা অহিং কিদনা ইদোম লাকপনি উদব্রা? মীকুপ খুদিং কাওঙমদনা নহাকপু তত্তনা খুরুমজবা, অবাবসি ফংননবরা? পুন্সিসে অসুম থোক্রবরা... ? খাঙলক্লে অসুম্না লেন্না থোম্বগী চৈনাখোন্দি, কোক্কী মফম অয়াম্বদি মত্রং-মত্রং পোমখৎলক্লে। নোংলৈদগী তেক্তনা তাথরকপা উশানা ফুরকপগী চৈনানে লেনগী শাফু অদুনে পূমতেক তেক্লে হকচাংশে।

---

শোক্কু শোক্কুবা মফমদা অয়োগী অয়ো ওক্তা অয়োনা পূয়োম য়োমখরে। অমুক্তা নত্তে, অনিরক্কসু লোইদে, প্রেক-প্রেক হায়বা খোঞ্জেন্না লোইখিবদা চাওর চাওরবা উশা কয়ানা ইথক্তা দম-দম তরকই। অখুবা লৈরক অদুতা লাছোক্কবদি খর ফগদ্রা খঞ্জরকই অবাবদি চীংগী লম্বী ওইবনা নাক য়েংকী উপাল বাপালসু চিক্লা চায়নদনা হৌরি। নোংলৈনা লেপখিবা নত্তনা অবাবা অসিমদি কোক্করোই হায়বসু থাজরক্লে থবায়না। কুমগী নোংহৌ অহানবা নোংঙাল্লমদাই তাঞ্জাদা ঙল্লবা চীংগী লম্বীদা বাজরবী ইথক্তা অমুক হৈথরক্লে। অবাংবা চীংদোন্দগী হৌরকপী ঈপান থাগী ঈরৈনা তম্পাক তম্না পুরকপী তুরেলগী নুংদুম থরোবীদু মঙাইরে পূমচোৎ চোৎলে হকচাংসে। নীংথম্বনসু থক-থক নিক্লে। নোংথাংনা কুপ্লকপদা মৈঙালদু উরুরগা মৈশাবু নুংশিরক্লে। পল্লেপফম খঙদনা লাকপনি লম্বীনা পুরিমখৈ চংখিগদ্রা অসুম্মক ঐহাকপু, বারবা পুক্রিংনা পোথাবতবু নীংলক্লে। কদায় য়ৌগনি খঙদ্রবা খোঙচৎনি, কনাদসু হংফম লৈতে ইশানা ইশাদা হংজবদু নত্তনা। চোকথবনা লেঙনিংদ্রবা হকচাং অসি থরো-থরো ওহ্থিদুনা শুক্রবা লোকুং য়ৌখিগদ্রা পাখৎলক্লে। ঙহাক্তং পোথাগে খল্লদুনা চাওরবা উচান পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমথরে। ইনফীদু লৌথোক্তুনা ঙম্বমখৈ শুমদোক্লগা অমুক ইনশিল্লে। ঈশৈতন থৌনা ওইবা থবায়নি শক্রিংলক্লে ঐগী ঈশৈ খোঙচৎ অসিবু নিংশিংদুনা। ইনুং নুংঙাইবা পুক্রিংগুম্না রাগ লাক্লে ইতোমতা থাঙশাংদুনা লাম লামদুনা ফৎ-ফৎ কক্তুনা নুংঙাইরবা সুরগী মশা পানশিন্দুনা  ঈশৈ ওইনা পাইথোকখ্রে নিংলকপা ময়েক অমনা। থক থক নিক্লবা চীনবান অসিদগী ঈশৈ অদো, লেপ্তনা হৈথরম্বা নোংদুসু লিরি লিরি লেপখ্রে। অহানবা য়েনখোং হায়নবদুরা অরাম্বা চীংগী য়ুমদগী য়েনবা লাবা খোংলক্লে। উচান মশাদগী তারকপা তপ-তপ হায়বা নোংজুমগী মখোলনা তাম্বাররে ঐগী ঈশৈদা।

ঈশৈদুনা লেপখিবদা লাপ্তক্লা থৌরক্লিবা টাটা গাড়ী অমগী হোরোল মখোল তারকই। য়েংথরুবদা উরুই গাড়ী মচা অমদগী হেনগৎলক্তুনা টাটা গাড়ী অদুনা য়াঙনা থৌগৎলকপদু। অসুম থৌগৎলকপনা ফনা নকশিল্লক্লে, গোল্লাই অমা থেকচিনখিদুনা অমুকসু উখিদ্রে। মখোন্দি অদুম্মক তারি। গাড়ি মচা অদুসু তপ্না তপ্না ইন্নরক্লি। ঙহাক লৈরগা টাটা অদু অমুক ফাওদোরক্তুনা নকশিল্লক্লে। হন্দক্তি ঐহাক তুমিন্না ফমদুনা লৈবা

ঙমশিল্লক্তরে। ঐবু খঙবা য়াওরমদুনা হোৎনজরুবা খুদিংমক অরেম্বা তাখিবা তারে খল্লুদবা ঙমদরে।

উচান পাম্বীদুগী মরুমদা লৈশিন্দুনা ঙহাক লৈরগে খল্লদুনা ফুগ হৌগত্তুনা লোৎলুরে। টাটা অদু লেপ্তনা থৌরক্তুনা হেন্দোক্তুনা চৎখ্রে। য়াম্না য়াঙনা থৌখিবনা ঙহাক্তুগী মনুংদা গোল্লাই মথং-মথং থেকখিদুনা মশক উখিদ্রে, মখোনসু তাখিদ্রে। ঐহাক্কী অৱাবা পূমকোক কোকখিবগুম শ্বর চনীং তানা হোল্বদুনা খিত্তং লৈথোরকই। ঙসাইগী গাড়ী মচাদু ভৌরুনরবা কার অমা ওইনা ইনক নক্না খামদুনা লৈরম্বদু উবদা শ্বাই লাউনা অমুক লৈশিল্লি। করি থোক্লগবা হায়দুনা নোংথক্তা য়েংখৎলুই। গাড়ীগী থোঙদু হাংদোকখিবগী মখোল তারকই। খজিক্তং হুদুনা য়েংলুবদা কনানো অমা পোৎয়োম মচা অমা কোল্লদুনা কুমথরকপগুম তৌই। ঐহাক অমুক তুমিন্না তাশিন্দুনা খল্লি, ঐহাক কদোমদা চেহ্লোকহৌরসিগে হায়না। ঐনা লৈশিল্লকপদু উখিদুনা গাড়ীদু লমদাং চাদনা খাল্লিবরা হায়নসু চিংনরকই। কিবনা নিকখিবনা খোঙফম অমত্তসু লেঙবা ঙমশিল্লক্তরে, থাঙশাং অদু চেৎনা পায়শিন্দুনা অদুম্মক তুমিন্না লেপ্লি। করি উপাই লৈরি হায়না ঙহাক্তং খল্লিভৈদো নুপাঅমনা ৱা ঙাংলকপা তারকই।

- হাই, ঙাইখো, সে ফি মচাসিনা কুপশিনবীরমউ।

ঐহাক্না খঙনিংমনখিদুনা খিত্তং লৈথোক্তুনা য়েংলুবদা ফি অঙৌবা অমা লান্নদুনা লৈরমই। কারদগী কুমথরক্লিবা মহাক অদু নুপীনি হায়বা খঙলকই। কার মনুংদগী লাহোরক্লিবা ফি অঙৌবদু নুপীদুনা লৌরগা ঐনা লৈরিবা মফমসিমক তম্লদুনা প্রপ-প্রপ লাকই। ঐহাক পাখৎপনা জ্ঞান মাঙগদবা কুইরক্তুমাল্লে শ্বর ফুনবা হৌরক্লে। চেন্দুনা হিঙ্গদবা মাল্লক্তুদুনা উচান পাম্বীদুগী মরুমদা তাশিন্দুনা লৈরে। ঙহাক অদু শ্বর হোনফম খঙখিদ্রে। নুপী অদু য়ৌশিল্লক্তুনা ঐনা ফমলম্বা উচান পাম্বী মখোঙদুদা লেপ্লরে। য়াম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা খিত্তং য়েংলুবদদি পিক্লবা অঙাং অমা পল্লদুনা নুপী অদুনা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলম্বদু উরুরে। থুনমক অঙাং অদু উখোঙদুদা থল্লদুনা ফি অঙৌবা অদুনা কুপশিনগদবগী কন্না হোৎনরি। নুপী অদুগী মায়থোঙদু উরুবদা খঙহৌদনা শোন্দোকখি তুমিন্না।

"চিত্রা...!"

ঐনা অসুম্না চিত্রা হায়না শোনখিবদুগা অঙাংঅদুনা খংকপ

কপ্পকপগা চানখিদুনা তাখিদ্রবোই, করিসু থৌশাবা লৈতনা অঙাং অদুবু অমুক্তং নাল্লম্লগা অশির্ব্বাদ পীরকই।

"লৈহৌরোকো ইমাগী ইবুংঙো... হয়েংমুক্কী মপোক্তা ইমাগী মণি ওইদুনা তম্বাকথক্তা শান্নরো, মপোক অসিমদি কায়নরসিকো ইমাগা - নঙনা হয়েং চাউরগা হ্ংলক্কদবা ব্রাহ্ং অমদি ইমা খুম্বা ঙম্লরোই ব্রারৌগনুকো ইমাবু...। পারি নঙনা লাইবক ফবা ওইদুনা শারেপ ফারকপা মতমদা পোকপগী লমন শিংজরো। ইমানা অশির্ব্বাদ পীরগে, পিক্লিবা নহাকপু ঈশ্বর মানা য়োক্লসনু। লৈহৌরোকো ইবুংঙো।"

ব্রাহে খরসি হায়রম্লগা হৌগৎলক্তুনা হান্নগুম্না অমুক কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলম্লগা থুনা য়াঙনা চৎখিদুনা কারদা কাখৎখ্রে। নুংশি খঙদ্রবা থম্মোয়দুনা শিথ শিথ কপ্লিবা পিক্লিবা অঙাং অদুবু হন্ন ফাওবা য়েংবীরমদরে। ঙহাক্তুগী মনুংদা কার অদু মমায় লৈথোকখিদুনা নুংশিংকী মমাঙ থাদুনা থৌখ্রে।

শিথ-শিথনা কপ্লিবা অঙাং অদু য়েংদুনা ঐহাক লৈহৌরে। পিক্লিবা মাগী মীকপখোন তানিংদবনা নাকোং মেনশিন্দুনা খাঙলে। মফমসিদা অমুক পঙ্খনীংদবনা থাঙশাং অদু পায়রদুনা খোঙথাং মঙা তরাদং প্রপ-প্রপ থাংদোরক্লে। মথা তানা খোঙ থাংবা ঙমখিদনা লেপ্তুনা কপ্লিবা অঙাংদুবু হন্না অমুক্তং য়েংলুবদা অঙাং অদু কপ্পা ফখ্রে। অঙাংদুগী মনাক্তাচংশিনবসু ঙমদ, পিক্লবা মাবু থাদোক্তুনা চৎপসু ঙমদ চীংমায়দুদা লেপ্লদুনা কারদুনা থৌখিবা মায়কৈদা তাম্না য়েংদুনা লৈরে।

'চিত্রা করি পুকচেন্নো? পিক্লবা অঙাং অসিবু নথাদগী থাংথদুনা কল্লবা লৈতঙ্গায় মথকসিদা কনা লৈতে খঙনা খঙনা হুন্দোকপিরল্লি। ফনা ঙমইকো, নৃংগুম্না কল্লবা থম্মোয় অদুনা মরাল লৈজদ্রবা অঙাং অসিগীদমক লেপ্পীরম্বা থোক্লবদি ঙসি করিসু লৈত্রবী মন্দিনাগী পুন্সিনা মতিক চাবা সন-মান উচ্চরমগদবনি। নুপী ওইনা পোক্লগা নিংঙোলগী ইজ্জৎপু য়োঙ্খোক্লবী নহাক্তি নোংমা নত্রগা নোংমদি নিংদোল পোম্না কপ্পনিদো। নোংমনা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা এম-বি, বি-এস কী অৱাংবা দলান্দা ঙসিনা সহরগী খুরবা গলিদা শাৎলুবগী অৱাবা পোৎলুম পুঙমদনা কনাদা অমুক শিন্নররিবা? নুপীগী মমল খঙদবী নহাক্তি পুন্সিগী মমলসু খঙদ্রবোই।

চিত্রা তাইবঙপানবসে নথন্তগী নত্তে কাউগনু। নশানা নশাবু মীনম্বগী অৱাবা নহাক খঙদ্রি। অদুবু ঙসিদি ওক্তবী নহাক্কীদমক কপ্লমগেকো পুন্সিসিনা। নহাক্কী তুংগী পুন্সিগীদমক নিরমগে থৌজাল ঈশ্বর মাগী মফমদগী। শেংলবা থম্মোয় অসিনদি নহাক্না ওক্তবগী শাক্ষিনি হায়বা নোংমদি নহাকসু খঙলকউকো। পেন্দ্রবা থম্মোয় অসিনা পেনবমখৈ চৈরুরে ওক্রুবী মাবু। পুন্সি অমা মাঙখিবদা কপ্লক্লে ঐগী পুন্সিনা অমুক। নুপীগী মপোকপু থোইদোক্লা নুংশিজবা থম্মোয় অসিনা চিত্রাবু থোইনা ৱারৌরদুনা খোঙ থাংবা অমুক হৌরকই। ঙসাইমখৈ কপ্পা তোক্কুরবা অঙাংদুনা খঙকপ কপ্লকই অমুকসু, ঐহাক খোঙ থাংবদু লেপ্তুনা হন্না য়েংই। অঙাংদুনা কপ্পদু খর নেমথখিবগুম তৌই। তন্ন অমুক লৈথোরক্তুনা চংপা হৌই। অমুক হন্না শিথ-শিথ কপ্তুনা ৱাছখ্রে অঙাংদো নুংশা থীবা অদুনা হেনমনখিবনা চেনশিন্দুনা অঙাংদু পমখৎলুরে। অৱাবদি পিক্লবা অঙাংঅদু পাক কোনশিনবদি ঙমদরে। মৱাং হৌরবা ৱাখলনা থিংবগুম্না থোক্লে। শিথ-শিথ কপ্লিবা অঙাং অদুদা শংত্রিক য়েংলদুনা করিনো খর খল্লক্লে। অকিবা ফংলবা ৱাখলশিং অদুনা ঐগী পাঙ্গল শোছ্হনখ্রে। অঙাং অদু হান্নগী মফমদা থনম্লগে খন্দুনা লৈরিঙৈদা অৱাং নোংপোক কাচিন্দা চিঙ্খৈ ফীদুপ হুল্লকপদু উরুরে। মায়কৈ শিনবা থুংনা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলুবদা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা ঙাইরম্লে! মহৌশাগী নুংশিবনা পুক্রিংবু শান্তি পীররে। মোমোন নোকপা মহৌশাবু উরুবগা মপুগী শক্তম উজবগুম্না পুন্সিনা মোমোন নোকচরক্লে। অহানবা অয়ুক্কী চিঙ্খৈগী মঙান্দা তিঙ্খং তুম্বৌনা থল্লবা চীংলৈবাক অসিবু স্বর্গমক্লিখল্লক্লে।

তিঙ্খং তুম্বৌনা থল্লবা অরাপ্পগী চীংমায়দা মীৎয়েংগী পোইরৈদা অইংবা পীনদুনা পুক্রিংগী শান্তি ফংনবগুম্না চীংথক্তগী য়েংথখিবদা তমগী লমদমসু কয়াদা ফজরিবা য়েক্তুনা থোক্লোই। অনেম-অৱাং নাইরবা ৱাপল কয়া কয়াগী জঙ্গলগুম্না পুম্নুম পুম্নুম তারিবা খুলশিং, শুক্লবা খুলশিংদুগী মরক্তগী তুরেলগুম্না থেক্লা কোয়না চেঙ্খোরক্লিবা লম্বীনা চীংখোঙ তম্না লৈশিনখ্রিবা। অদুগুম্বা শুক্লা মম্লবা মরক্তগী শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মণ্ডিরগুম তাম্না উরিবা ইনাক খুনবা কনাগী মথোল কয়াগী ফজরবা দলান, পাক্তক্লা তারিবা চীংগী ইচিল-ইনাওশিংগী মশক নাইরবা খৃষ্টানশিংগী চর্চ অমত্তা ওইনা তিল্লি ঐগী মিৎসিদা। ফজবা পূম্বনা শুমহৎলবা থম্মোয় অসিনা

হৌখ্রবা অহিংগী অৱাববু কাউজবমখৈ নোক্লুই।

মীনোক অদুনা হঞ্জিল্লকপদা পিক্লবা অঙাংদুনা ঐবু ওক্লমই। মৱাল লৈজদ্রবা, মোন্দুম মোন্তেক্তা য়াতাগদবা মহাক্লা চীংলৈবাক্কী কল্লবা চীংচেপ্তা লেনগদবা পুন্সিদু নিংশিংলকপা মিকুপ্তুদা অৱা পিরাং শিন্থরকই। উপায় লৈত্রিবা মাগীদমক থল্লুবদা ঐগী পুন্সি কাউরুরে। নোংম-নোংমগী হম-হম চাউরক্তুনা শরেপ ফানা লেপ্লরে ইমাংদা, মীথোই মীহেন শক্তুনা পৃথি থুংনা কোয়রুরগা হল্লক্তুনা পুন্সিগী মশক তাক্লরে। নাওয়োকমন্দু ফংলবদা হৱাওনা জগোয় শাররে ৱারষ্ক্লবা পুন্সিনা।

অসুম্না তরেৎ তরা থোক্লা থল্লুরগা য়োক্লগে থল্লে অঙাংদো। পুক্রিং অনি লোঙদনা কল্লগে থল্লে মাঙগদৌরবা পুন্সি অদুমদি। শেংলবা থম্মোয় অসিনা লেঙদ্রবা ফীরেপ্তা লেপ্তুনা নিজরে থৌজাল মপুদগী থাজবা থৱায়না ৱাশক অমগী মখাদা থম্মোয়না শাক্ষি থমদুনা কৌথোক্লুরে চীনবানসিনা মীরোল তাদ্রিবা অঙাংদুদা।

“তাইবঙদা খোঙ্গুল তারকপদা ঙায়রিবা! থাশেৎনবীরল্লবা ফৈরা থক্কী নৱা মহাকপু ঙসিদগী হৌদুনা “চিত্রসেন” হায়না মিংগৌগে। নিংঙমদ্রবা পুন্সিনা ইচাশক্লা য়োক্লগে। নঙনা হয়েং চাউরগা নঙবু পোকপী পলেমগী লমন শিংজরোকো চিত্রসেন।

হায়না তপ্লা তপ্লা ইথানুংদা কোনশিঞ্জরে। মকচদ্রবা পুন্সিবু মঙ্গল অশির্ব্বাদ পীরদুনা মশেক মঙালগা লোয়ননা নোংপোক থংবা চীংদোন্দগী তপ্লা তপ্লা লৈখৎলক্তুনা মোমোন নোক্লক্লে অয়ুক্কী কোরৌহনবনা।



## তরাহুমদোইশুবা শরুক

অৰাবনি, হৌজিক ঐহাক করি তৌগনি হায়বা খঙজিল্লক্তরে। ইশা ইথন্তগী খল্লিঙৈদনা শিরবসু চঙলবসু খর লায়না থোক্কদৌবগুম্না খল্লি। ইথানুংদগী মীরোল তাদ্রিবা অঙাং অদুগী খল্লুবদা মায়কৈ শলাই খঙদনা কঙাওনরক্লে ৱাখলনা। মল্লবা অহিং অমদি চীং লম্বী অদুদা লেনখিবনি অদুবু অয়ুক অদুমদি কদায়দা করম্না লেনসিবা খনবনা ঐগী লাইনিং ওইরক্লে। নোং-নুংশিৎ মরক্তা অহিংচুপ্পদুমা ইতিংলুবনা শিবা য়াগদৌবগুম্না ৱাররক্লে। উপাই লৈত্রবা তাঞ্জা অদুদা ঐনা তৌরিবসিবু মঙলা হায়নসু খল্লক্লে। পিল্লবা অঙাং অদুনা ইথাদা চেৎনা কোনশিন্দুনা থাঙশাং অদু পায়রদুনা ঐগী লম্বী য়েংবা হৌরক্লে। চুম্না চৎখিবা লম্বীদুদদি ঐহাক খোঙ থাংগে হায়না খল্লুদ্রে। হুরান্দুনা লাকপনি খল্লুরগা অরোনবা অখুবা লম্বীত খন্দুনা চৎনিংলকই। তরেৎ-তরা থোক্লা খল্লুবা লৈতনা অৰাং পাংনা হাইগৎখ্রিবা খুরবা লম্বী মচাদুদা প্রপ-প্রপ কাররক্লে। হন্দক্কী লম্বী মচা অসিদি হান্নগুম্না নীং-তম্না খোঙ থাংবা য়াবা লম্বী ওইরমদ্রে। খোঙফম অমা শোয়বদা ওন্থখিদুনা চীংখা য়ৌখিগদ্রা হায়না চিংনদবা ঙমদ্রে। ঐহাক শোয়দনবা খোঙফম য়েং য়েংদুনা পোত্থা পোত্থা কারকপদি লেপ্তে। ঙসাইমখৈ চেক মোক হায়রমদবা অঙাং অদুসু অরাম খৌরাং খোঞ্জেন্দা তেংথা নাওইনরক্লে। মচি মচিদা লেপ্তুনা হোয় হায়না লাওদুনা কয়ারক থেল্লে, পিল্লবা মচিনবান্দুনা থক-থক নিক্লা কপ্লিবদুদি লোইখিবা য়াওদ্রে।

---

*মীনোঙ্থৌগী মরুমদো*

হান্নদগী অঙাং হায়বসি মশক ফাওবা তাঙনা উরক্লবা পুন্সি অসিনা চিক্লবা লম্বী অদুদা করি তৌরুগনি। ঐহাক তৌফম খঙলক্তরে। মপুক লামদুনা কপ্লিবনি হায়বা খঙনা খঙনা ঐগী উপায় লৈখিদরে। অরাম খৌরাংবনা থম্মোয় শোক্লবা পিক্লবা মহাক্কী ব্বারবা ব্বাকৎ অদু তাদুনা লৈবা ঙমশিল্লক্তরে। ব্বাছ্-ব্বাছ্ কপশিল্লকপনা খোঙকাপ ব্বায়শিনবা ঙম্লক্তরে। চীংথক চীংখা লৈদুনা য়েংলুরে। উচেক ব্বায়াগী খোঞ্জেন্দু নত্তনা করিসু তাবা ফংখিদ্রে। অরাপ্পা চীংনুং তম্মা অনকপা উশাদগী পাইখ্রিবা উচেক মচাশিংদু নত্তনা তাইবঙ জিব অমত্তসু উবা ফংখিদ্রে। অঙাং অদুগী মপুক লাম্বদু কোকহনবনা ঐগী অহানবা তৌদ্রবা য়াদ্রবা থৌদাং ওইরক্লে। হন্দক্তি কোয়বৈ লৈনা য়েংনা য়েংনা খোঙ থাংবা হৌরক্লে। অহিক লকক্লরবা তেংথাখোল অদুনা তনিক তনিক্লবা নুংশিরবা মচিনবান্দগী মিকুপ কাংদনা পাইথোরক্লিবদুনা ব্বারবা থম্মোয়বু তত্তনা থুগায়বা হৌরক্লে। পিক্লবা মহাক্কী অরাম্বা মতৌদু য়েংবা ঙমশিল্লক্তরে। অসুম্না লম্বী মতেক অমদি লাপ্লোরক্লে। অমত্তং চৎলম্বা লম্বীদুসু মায়কৈ অনি ফাংনা লৈরম্লে। লম্বী অনিগী ময়ায়দা লেপ্পদুনা কদোম পাংসিগে খন্দুনা ঙহাক লেপ্পুনা লৈরিঙৈদা তুংলোমদগী খোঞ্জেল অমা তারকই।

- কন্না ওইব্রা ?

ঐহাক তপ্না তপ্না লৈথোরক্তুনা য়েংলুই, চীংগী লৈশাবী অমনা ঈশিং পুল অথনবা অমা পায়রদুনা লেপ্লম্বদু উবদা পুক্লিংদা অকি অখঙ পোক্লম্বা পূম্নমক কোখিবগুম নুংঙাইজখি। অদুবু পচ্ছুংফম খঙদনা খোংশাল্লক্লবী ঐহাক্না লম্মাংনরবা লম্বীদুগী মায়কৈ লেপ্পা ঙমজখিদ্রে। কদোম পাংলুনি খঙদ্রবা ঐনা লৈশাবী অদুগী পাউখুম পীরুবা ঙমখিদ্রে। লৈশাবী অদুনা কপ্লিবা অঙাংদুদা অমুক য়েং ঐবু অমুক য়েং তৌদুনা ঐগী পাউখুমতবু ঙাইরিবদু খঙনা খঙনা ঐহাক তুমিন্না অদুম্মক লেপ্পুনা লৈরে। লৈশাবী অদুনা খর চঙশিল্লক্তুনা অমুকসু হংলক্লে।

- কন্না উনবীগেরা? করি খুলদগী লাকপনো ?

হন্দক্তি ঐহাক খুম্বদা ইরায় লায়না থোকপগুম্না খুমখি।

- ঐহাক কন্নাসু উনবা লাকচবা নচ্চদে, ঐহাক... ঐহাক...।
- অদুদি নঙ লম্বী ওন্নরে, সিদি খুল তাবা লম্বীনি। লম্বী অচুম্বদি অসোমদা লৈহৌরে। অসোমদা চৎপিয়ু।

---

ঐনা কারক্লিবা লম্বী অসি খুন তাবা লম্বীনি খঙলবদা ঐগী উপায় লৈবগুম্না পুক্লিং মকা লাম্বা হৌরক্লে। য়াম্না হরাওনা খিত্তং নোক্লদুনা হায়দোকখি।

- যুম লৈরবা! অদুদি ঐহাকপু নহাক্কী যুমদা অমুক্তং পুশিনবীয়ু... ।
- ঐগী যুমদা... ! ফৈ চৎশি, অদু... , অঙাংদো থেম্বীয়ু কপ্পদা ৱারমাল্লে।
- থেম্বা য়াবমখৈ থেল্লবনি, অদুবু মহাক্কী মপুকসি থন্দ্রিবমখৈদি থেম্বা য়াররোই। ঐবু যুমদা হান্না অমুক্তা পুশিনবীখো, ৱারী কোন্না শাসি।
- ফরে ঐগী তুং ইনবীরকউ।

হরাওবা অমগা লোয়ননা ঐহাক কপ্লিবা অঙাংদুবু চেৎনা কোল্লদুনা চীংমী লৈশাবী অদুগী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। অহিংগী অমম্বনা কুপখিবনা মল্লম্বা মালেম্না অয়ুক্কী মেঙলবা মঙান্দা মল্লম্বা পূম্বা ঙাহ্বোরকপগুম্না, পুঙমদনা ৱারম্বা থৱায়না মিকুপ অদুদগী হৌদুনা খরগী মখৈ ওইনা তয়াংলক্লে। তুমিন তুমিন ইন্নরকপনা লৈশাবী অদুগীময়ুম য়ৌরদুনা ইমুং তম্না চঙলকই। চাউরবা যুম অদুদা কনাসু লৈরমদে। মী খর লৈবগী খুদমদি ইমুংদা লৈরম্বা পোৎ-চৈ কয়াদুনা তাকই। লৈশাবী অদুনা ফি খর পিরক্তুনা অচোৎপা ফিশিংদু হোংদোক্লবা হায়রকই।

- অসে, ফিসি হান্না হোংদোকপীয়ু। য়াম্না ইংবা ফত্তে।

ঐগী নিংথম্বগীদদি থোইনা খল্লুবা লৈতনা খুমখি

- ঐগীদি য়াগনি, অদুবু অঙাং অসিগীদমক্তদি ঐহাক করিগুম্বা খর নিজনিংই।
- অপাম্বদু হায়বীয়ো... ফিগী ওইরবদি য়াম্না লৈ।
- ফি নচ্চদে,... অঙাং অসি.... মপুক লামদুনা কপ্পা কুইরবনি... অদুবু... অদুবু ঐহাক্কীদি... করিসু... লৈ... জ... দে...।

লৈশাবী অদু ঐঙোন্দা ইঙক ঙক্লা ঙহাক্তং য়েংদুনা লেপই। ঐহাক ইতোমতা ইকাইবা পোকখিবা খঙহৌদে। লৈশাবী অদুনা ৱা মখা তাগে তৌরকপদা ঐনা থুনা হায়দোকখি।

- ৱারী কোন্না শাসি, অঙাং অসিগী উপাই অমত্তদি য়েংবীখো।

লৈশাবী অদু ইঙক ঙকপা অমগা লোয়ননা মনুং থংবা কাদুদা চঙখি। ঙহাক লৈরগা শঙ্গোম গ্লাস অমা পায়রদুনা থোক্লক্লগা পীরকই।

---

- *অসে, শঙ্গোম নত্তনা করিসু লৈত্রে। শঙ্গোমদি ওক্তবসু য়াম্না লৈরি।*

শঙ্গোম গ্লাস অদুবু উরুরগা মিংকী অইংবা পীনবগুম্না পিরাংনা ঈহৌরব্লবা মিং অসিনা লৈশাবী অদুনা পায়রিবা শঙ্গোম গ্লাস অদুত্তবু নত্তনা অতৈ করিস‌ুউবা ফংলক্তরে। অরাম্বদা চাক, খৌরাংবদা ঈশিং ওইদুনা পেঞ্জরবা পুক্লিং অসিনা তৌবীমল উৎপগা লোয়ননা মকা লাল্লবা মায়থোং অসিনা মোমোন নোক্লা শঙ্গোম গ্লাস অদু লৌরদুনা খৌরাংবনা খৌগংনরবা নৌৱা মাবু মপুক পেন্নবা ইনবিরুরি।

মপুক থল্লবা মহাক অমুক হন্না কপ্লকখিদ্রে। শ্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লদুনা লূরবা মমিৎ অদু তপ্লা তপ্লা উইশিনখিদুনা তূমথখ্রে। খৌরাংবনা ৱানা খঙলকপগী হিক... হিক হায়বা শ্বর মচাদুদি তূম্না তূম্না লেপখিদ্রে। ঙহাক অদু কয়াদা ৱানা খাঙলক্লিবা অঙাংনো খল্লুরগা থোইনা নুংশিরকই। ফিশিংদুনা চেকশিন্না য়োমশিন্দুনা তম্পাক্তা ঙহাক্তং তূমহন্নবা হোৎনরিঙৈদা ইশাগী অইংবা কাউথোকচরুই। ঐগী ইতৌ অদু য়েংলগা লৈশাবীদুনা হায়রকই।

- সোমদা অঙাংদু পীবিয়ু -অসে ফিদু হান্না হোংদোকপিয়ু।

ঐহাক নীংথম্বদু খর হেঞ্জিল্লকপগুম থোকখি মহাক্লা নিংশিংবীরকপদুদা। তপ্লা তপ্লা অঙাং অদু লৈশাবী অদুদা শিন্নরগা অচোৎপা ফিদু হোংদোকই। ফি হোংদোকপা অদুতনা ঐগী অইংবদি ফবা ঙমখিদরে। ঙসাইমখৈদি ৱারবা অঙাংদুগী অৱাবদা য়াওরুবনা কাউথোকপা ঙল্লুবরা? হৌজিক্তি ঐহাক নিকপা হেঞ্জিল্লক্লে। ঐগী ইতৌদু য়েংবা হৈনদ্রবগুম্না লৈশাবী অদুনা অমুকসু হায়রকই।

- নহাক ইংলে, মৈ য়াইরুসে।

ঐহাকসু তপথবা তৌদনা মাগী মতুং ইন্দুনা মনুং থংবা কা অদুদা চঙলক্লে। চাওরবা কা অদু মৈ হৌফমসু চাউনা লৈরমই। লৈশাবী অদুনামৈ হৌগৎপীদুনা ঐহাক মৈ য়াইদুনা হকচাং শাগৎহল্লি। মৈ ঙহাক য়াইরবা মতুংদা ঐহাক্কী হকচাং হান্নগুম্না তেকখত্তুনা কনখৎলকই। মৈনাক্তুদা ফল্লদুনা অমুক অঙাং অদু পমদুনা লৈরে। হৌজিক মতুং তারকপসিদি কমদৌবা হায়না খনবা য়াবা খল্লুরে অদুবু অরেপ্পা তং তাবা অমদি খঙদ্রে। ভ্রান মাঙলবা মীগুম্না মৈরিদা য়েংলুরিবা মিৎফম অদুদি হোংদোকপা ঙমদনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরুরে। ঙহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা লৈশাবী

অদুনা হংলকই।

- করি মিং কৌবগে? নহা ওইমনখিবনা ইমা হায়না কৌবদি ঙমদ্রে।

ঐহাক শ্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। ''ইমা'' হায়বা ব্রাহে অদু তারুবদা মথং মথং ওইরক্কদবা তুংগী পুন্সিবু মিকুপ্তুদা নিংশিংলকপগুম থোকখি। ঙসি তম্পাক্তা নীংঙাইদনা য়াতারিবা অঙাং অসিনা মীরোল তারবা মতমদা ইমা হায়বা মিঙ্গৌ অসিমদি ঐগী শরুক ওইনা থুংলরগনি খল্লুবদা হৈনরক্তে। ব্রারবা ঐগী লম্বীদা খোঙবু ওইনা লোয়নরক্লিবা থাঙশাং অদু য়েংলদুনা পুন্সিগী তাঙ্কক অসিমা লোইশিনবনা ফরদ্রা হায়না খল্লকই। ইথাদা কোল্লিবা অঙাং অদুগা ঐগা করি মরি লৈনরিবা খল্লুবদা নোক্লিংবা পোক্লকই। অপোকপী মমানফাওবদা মীরাইবীদুনা শা-কৈনা খুদোংচাবা য়েংদুনা লৈরিবা চীংলক অসিদা হুন্দোকপীরম্লবা জিব অসিবু ঐনা করিগীদমক্তা লময়ায়দা তারম্বা মণিগুম্না থাদোকপা ঙমদ্রিবা? ঐগী ব্রারক্লবা পুন্সি অসিনা ঙসিনা অমুক কনাগীদমক ব্রাখিগে থৌরাংলিবা? মীওইবা অমনা ওৎপা নৈবা মীওইবা অমনা ব্রানা খাঙবা তত্তনা থোকপা ফাগিনি। হাৎপা কনবা অনিমক অহৌবা অরোইবা খেন্নবগুম্না খেন্নে। পিক্লবা মহাকসু মী ওইনা মীতম্লক্লবনিনা ঐহাক মাগা য়াম্না নক্লবা মরি লৈনৈ। মীওইবা খুদিংমক্তা লৈনবা মরিদগী করিসু খঙদ্রিবা অঙাং অসিগীদদি ঐগা লৈনবা মরিদুনা ইহেন হেল্লি। মরম অসি লৈবতনা থেঙলবা মতম অদুদা মহাক ঐহাক থেংনরুবনি। ঐহাক মহাকপু থাদোকপদি ঐগী অরানবনি, করিসু লৈত্রবা 'ইমা' হায়বা মিঙ্গৌ অসি কিবদগী চঙজরক্লবা মহাকপু কদায়দা অমুক ঐনা করম্না হুন্দোক্লগনি। মায়কৈ খুদিংমক্তগী স্নজীং চীংলোন মাপল খোঙ্গাং য়েরক্লবসু 'ইমা, ইমা' হায়দুনা, ঐহাক মহাকপুদি থাদোক্লরোই হায়না লেপ্লে।

তপ্না তপ্না লৈথোক্লুনা খুমখি ঐনা।

- মন্দিনা কৌজে।

- কদায় য়ৌগে খনবীরে ?

হন্দক্তি ঐহাক শ্বর শাংনা হোন্দুনা লৈমায়দা য়েংদুনা শকফম হঞ্জিন্দুনা খুমখি।

- ঐগী পম্বুংফম... লেপত্রি।

লৈশাবী অদু খিত্তং ঙক্লদুনা থুনমক হংলকই।

অদুগা... করম্না ঐখোয়গী খুল য়ৌরকপা... ?

ঐহাক খুম্ফম খঙলক্তে নুংঙাইরনি খন্দুনা লাকপনি, ৱাররোই খন্না চেল্লকপনি, অদুবু ৱাহং মচা অসিগী পাউখুমফাওবা পীবা ঙমখিদ্রে। লুরক্লনা খাঙবদু ঙল্লক্ত্রদুনা ইতোমতা হিক হিক কপচখি । ঐনা কপ্লদুদা ঙহাক্তি লৈশাবীদো ৱা মখা তারমদে। ঙহাক লৈরগা নুংঙাইত্না হংলকই।

- করিগী কপ্লিবনো? কপ্লগী মরম লৈরবদি হায়বীয়ু। মপুক ফত্তবা কনানা নঙবু ওৎপিরে।
- ঐহাকপু কনানসু ওৎপিবা নত্তে, ঐহাক পেন্দবা অমা পুদুনা মফম অসি য়ৌরকপনি। নহাকপু থেংনজবা ঐগী লাইবক ফবনি। ঐবু মীং ওইনা কৌবীয়ু। মিং ওইনা কৌনসি নহাক্কীসু খঙজগে।
- ঐহাক্কীদি পাম্ছোইবী কৌই। ময়াম্নদি ঐবু পাম্ছোই হায়না অদুম কৌবী। ঐবু পাম্ছোই হায়না কৌবীয়ু।
- পাম্ছোই... ।
- পাম্ছোই অদুম হায়বনি। নঙগী ৱারী লীরো... ঐসু নহাক্কী ৱারী খঙনীংই।

ঙহাক তুমিন্না লৈরুরবা তুংদা পাম্ছোইবু য়েংদুনা ঐনা হৌরকপগী ৱারীদু লীবা হৌই।

- ফরে, পাম্ছোই তারো, ঐগী ৱারীদো লীরগে। ঐগী ৱারীদি নুংঙাইবা ৱারীদি নত্তে, অৱাবা ৱারীনি। কনাদসু লীথোক্লিংদ্রবা ৱারীনি নহাক্না কনাদসু অমুক হন্না লীথোকপীখিনুকো।

ঐহাক মতম অমদা ইমা অমদি বাবাগী অমত্তা পোকচবী মচা ওইনা নাওথি শানা লৈরকই। পুন্সিগী অৱা অনানা থেংবা ঙমদ্রবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকই। ঐনা চহি নিপাল্লোম শুরকপদা ঐগী বাবা মশক খঙদবা লায়না অমনা নারকপদগী কনবা ঙমখিদ্রে। বাবা লৈখিদ্রবদা নৌরবী থস্মোয়দা অৱাবা মমি তাবা হৌখি। ইমা ইচা লৈত-লায়র কয়া খাঙমিন্নদুনা মীরক তিন্নবা হোৎনরকই। ঐহাক উচিন নাচিন্না বি-এস-সি পবিক্নাদি থাদোকচখি। অৱাবদি ইকুই কুইদনা ইমানসু ঐবু ইতোমতা হন্দোকপীরম্লগা চৎখ্রে। ঐগী বাবাদি মতোমতা পোক্লম্বনা ঐহাক য়ুম অদুদা ইতোমতা লৈবা তাখি। লৈকাই ময়াম চঙদুনা ঐগীদমক কংদো ৱাখিবা ঐহাক ঙসিসু নিংশিংলি। অদুবু ঐগী ইমাগী মবুং অমা লৈবদুনা ঐবু য়োক্নি হায়না

চোংথোকপিরক্লুনা ঐহাক মাম্মগীদা চৎখি। মতম খর লৈরগা ঐগী ইনেনা ঐবু মেঞ্জর কৌবা নুপা অমদা লুহোংনবা কন্না হোৎনরকখি। পাছোই, ঐহাক লুহোংবা অদু হৌজিকসু পামদ্রি। ইনেনা ঐবু নমদুনা হোংননবা হোৎনদুনতা লৈ। পাছোই লুহোংবা অদু ঙসিদগী মরিনি চনবা নুম্মিত্তনি। লুহোংবা অদুতা পামদবদগী ঙরাং অহিং ঐহাক লোন্না চেল্লকপনি। ঙসিদি সংসার অসিদা ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রে। ঐহাক্কী পম্বুং কদায়দনো হায়বা ঐহাক লেপচবা ঙমদ্রে পাছোই।

ঐহাক্কী ৱারীদু তারগা পাছোইদি থোইনা ৱাদবগুম্না উরকই। খিত্তং নোক্লদুনা হায়রকই।

- নঙবু লৈশাবীরা পৃকচেল শেংনা হায়বীয়ু। অচুম্বা ৱারী লীয়ু ওইদবদি তানিংদে।
- পাছোই, ঙসি ঐনা হায়রিবা ৱাশিং অসি অচুম্বনি। ঙসি ফাওবদা কনাদসু মীনমগে হায়না খন্দ্রি। উপাই লৈত্রবী ঐগী উপাই ওইরবী নহাক্কী নফমদা ঐনা করম্না মীনমগনি ?

হন্দক্তি পাছোইদো ঐবু শাউবা উৎলদুনা হায়রকই।

- অঙাং মচা অমা কোল্লগা লৈশাবীনি হায়না লাউরগা হেক্তা ওইগদ্রা? ঐহাক থাজবা ঙমদে অশেংবা হায়য়ু।

ঐহাক পাছোইদা তশেংনা লাল্লুবে হায়না খল্লি। মরমদি ঐগী ৱারী অদুদা চিত্রসেনগা উনবগী মরমদা করিসু পল্লমদ্রে। ঙহাক্তং খল্লগা হায়দোকখি।

- ও..., পাছোই অঙাং অসিগী ওইরবদি করিগী ঙকফম থোকপগে? ঐগী পুন্সিনা লৈরবমখে ঐহাক মহাক্কী মমা ওইনদি লৈনিংবনি অদুবু হয়েং মতম অমদা পোকচবী মমা অদুনা মচাবু য়েংনিংলক্লবদি ঐহাক লোত্তুনা থম্বা ঙম্লোই।

ঐবু ইঙক ঙক্লা য়েংলগা মখা তারকই।

- মন্দিনা, ওইদবা ঙাংগনু। ফরে, নহাক্কা অঙাং অদু নহাক্কী নচা নত্তে হায়রো, ঐনা নচানি খল্লগে। নহাক করি হায়নিংই।

পাছোইগী পাউখুমদু ইখল খন্দনা পাক পীথোকপা ঙমখিদ্রে। ঙহাক খল্লুরগা খঙলকই চিত্রসেনবু ইচানি হায়রগা মাবু চাওনন্নবা য়োক্লগে। তশেংনমকসু অঙাং অসিবু য়োকপদা মাগী পরিচয় অমুক পল্লুবগী অর্থ

লৈরমদ্রে। মতাং অসিদদি ঐহাক তশেংনা মীনম্বা তারে, লৌনম্বা তারে। চিত্রসেনবু অপোকপী মমা লৈরি হায়দোক্লুবা ঐহাক ৱাখল খলহৌদবা তরক্লে। খনবমখৈ খল্লুরগা নোর্কশিন্নদুনা হায়দোকখি।

- হ... হ... পাম্বোই... মমানা মচাবু মথাদা কোন্না কোন্না মচা নত্তে হায়রবদি কনাসু থাজফম থোক্তে।
- হায়যু মন্দিনা অঙাংদুগী মপানা, নঙগী নুপানা নঙবু তাম্বোকপিরকপা নত্রা ?
- নত্তে নত্তে, পাম্বোই ঐহাকপু কনানসু তাম্বোকপীরকপা লৈতে। ঐহাক তুমিন্না চেল্লকপনি।
- অদুদি ঐগী ইপানা নয়ুম য়ৌনা শোয়দনা থিলহনগনি ঙহাক ইপাবু ঙাইসি।

পাম্বোইগী ৱাদুদা পাখৎনা খুমখি।

- নত্তে পাম্বোই ঐহাক্কী চঙজফম কনাসু লৈত্রে। হৌজিক্তি কনানসু ঐবু হরাও হরাও তৌবিররোই। ঐবু য়োকপীবা মাম্মা অমদি ইনেবুসু মীনম্লম্লবা ঐহাক্কি।
- নঙগী নুপাদি লৈখিদ্রবরা ?

ঐহাক ঙহাক খন্দুনা লৈখি ৱাফম অসিমক চীনসিনা হায়দোকপা ঙমদনা তুমিন্না কপখি। থম্মোয় শেংনা মীনম্লেদকো খন্ন খন্না হায়দোকখি।

- পাম্বোই ঐগী ইপুরোইবদু লৈরম্লবদি ঐহাক মফম অসি য়ৌরক্লরোই। নহাক মহাক্কী মরমদা করিসু হংলগনু।
- অৱাবনি, হৌজিক করি পাম্বীরিবা ?
- পাম্বোই... ঐহাক হৌজিক পিক্লিবা অঙাং অসিগীদমক হিংবা পামই। নহাক্না ঐবু নুংশিবীদুনা খুল অসিগী খুল্লাকপবু তাকপিয়ু। ঐহাক্কী মতম খরদং চঙজফম নিজগে, মহাক্তি মদু শোয়দনা ঙম্বীগনি।

মাইথোঙ লাঙশিল্লম্বা পাম্বোইনা খিত্তং নুংঙাইবা উৎলদুনা হায়রকই।

খুল অসিগী খুল্লাকপদি ঐগী ইপানি। ঐগী ইপাদি ফরবদি ফৈ ফত্রবদি ফত্তে। নহাক্না ফরবদি অসিদা সু... ...বদা করিসু হায়রোই। য়েংউ, ঐগী ইপাসু লাক্লে। ঐনা নঙগী অপাম্বদু হায়গনি। ঐগীসু

নঙগীগুম্না ইমা লৈত্রবীনি। ঐনা হায়বদা ইপানা য়াবীগনি।

হায়রল্লগা মপান থোকখি। কনাগুম্বা অমগা মখোয়গী মরোম্দা ব্রা খর ঙাংনরিবদু ফজনা তারবসু অর্থদি খঙদবনিনা জ্ঞান তারুদে। ঙহাক লৈরগা চীংগী ইপাদুগা পাম্লোইগা মখোয়গী লোম্দা ব্রারী শানা শানা চঙলকই। ঐহাক করি ওইরুগনি, কিবা অমদি অব্রাবা ইকাইবনা মায় থাঙ্গৎচবা ঙল্লক্তরে। চিত্রসেনবু য়েংদুনা তুমিন্না অদুস্মক ফমদুনা লৈরে। ইপাদুনা চঙশিল্লক্তুনা ইমাঙদা লেপ্লগা হংলকই।

- ইচা নঙদি ঐগী খুলদা করম য়ৌরকপা... ?
- ইপা ঐহাক মফম খঙদনা চেঞ্জরকপনি, ঐগী লাইবক্লা মফম অসিদা ইপা অমদি পাম্লোইবু উনজবনি।
- ফরে নঙগী ব্রারী তারে। অথেঙবা অহিংদুদা নহাক কনানা থিনবীরকপা।
- ইপা ঐহাকপু কনানসু থিনবীরক্তে, লোন্না লাকচবনি।
- নচীন থীগনু থৌনা ফমল্লি। হায়য়ু কনাগা লোয়নরকপা... ?
- ইপা, অচুম্বনি, ঐগা লোয়নরকপা হায়ববু ময়া নোঙথাং শারবা থাঙশাং অসিতনি।

হায়দুনা থাঙশাং অদু উৎলি। ইপাদুনা থাঙশাংদুদা মুন্না য়েংলগা করিনো খর নিংশিংখিবগুম্না তৌই। ঐঙোম্দা য়েংলগা হংলকই।

- ইচা অসিগুম্বা থাঙ অসি নঙনা কদায়দগী ফংবনো ?
- ইপা থাঙ অসি ঐগী মাম্মগীনি। ঐনা অমম্বা অথেঙবা লম্বীদুদা উপাই ওইগনি খন্দুনা হুদুনা পুরকপনি। ইপা ঐগী পুন্সিগী লানফমদা মায়থিবা ফংলবদা থব্রায়গী লান্নফম ওইগে খনবনি অদুবু ঙসিদি পিল্লিবা অঙাং অসিগী খনবদা ঐহাক শিবা ঙমলোইদৌরে।

ইপাদুনা থাঙদুবু পায়রদুনা অমুক্কা হেন্না মুন্না য়েংলিবদু ঐহাকসু ঙকই। থাঙ অসিবু মমাঙঙৈদা উখিবা লৈবজাৎলা নত্রগা পামদুনা তৌরিব্রা হায়না ইচিং চিংনরকই। ঙহাক লৈরগা ঐবু য়েংদুনা মখা তারকই।

- ইচা, নহাক্লা ঙসি মতম কুইনা কায়নখ্রবা মরুপ অমবু নিংশিংহল্লে। হায়য়ু নহাক ইতাও রনবীরগী মচা নত্তবরা ?
- ইপা, ঐহাক মানা হেক পোকপদি নচ্চদে, অদুবু ঐগী ইপা লৈখিদ্রবা মতুংদগীদি মহাক্লা ঐবু মচা শক্লা নাওকোনবীখি।

- নঙবু পোকপী ইমাগী মিংদি... ?
- ঐবু পোকপী ইমাগী মিংদি, পুর্ণিমা... ।

ব্রা লোইবা ঙাইঙমখিদরে, ইপাদুনা লৈখিদ্রবী ইমাদুগীদমক মমিত্তা ইরা চেল্লক্লে। মাঙদা থোকখিবা থৌদোক কয়া নিংশিংদুনা ব্রারী ওইনা লীরক্লে।

- ইচা নহাকপু ইচল পুর্ণিমাগী ইচা ওইরেকো। আ! নুংশিরকইদা ইচা, নঙগী ইমাদি মৈতৈ চনুরা অশেংবীনিনে ইচা। চহি কয়াগী মমাঙদা নমা খুল্লাকপীগা লোয়ননা ইপা ইম্ফালদা লাকখি মতম অদু ঐগী ইচা পাম্বোইবীসু পলেম মমাগী পীবুক্লুংদা থাবুম অহুমতমক হায়রক্লি। ইম্ফালদগী হল্লকপা মতমদা ফত্রবা ডাকু খরনা ইপাগী পোৎ মুনখি। ইপাগী খুত্তা থাঙলেন অসি পায়না পায়না ইপাগী উপাই লৈখিদে। ফত্রবা মখোয়না খুল্লাকপীবু ফাদুনা পুগদবগী হোৎনরিঙৈদা ঐগী মরুপ রনবীরগা মাগী মচল নঙগীনা ইমা পুর্ণিমাগা চেম্বোরক্লুনা ঐখোয়বু কনবীখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ইতাও রনবীর ঐগী মরুপ ওইখি। অহিং অদুমা মরুপ ওইবগী ব্রারীদা পোত্থাদুনা লৈরগা মচল মবুং চঙদুনা ঐখোয়বু থিনবীরকখি। মদুগী তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা ইপাগী থাঙলেন অসি ইতাও মাগী মফমদা শিন্নরম্বনি। ইচা নঙগী নমা পুর্ণিমানা খুল্লাকপীবু অব্রাবা কয়াদগী কনখিবনি। মতম অদু পুর্ণিমা লৈশা ওইনা লৈহৌরি। ফরে, ইচা ঙসিদগী হৌনা ইপানা নঙবু ইচা শক্লা কোনগনি। হৌখিবা থৌদোকপু নিংশিংবা ওইনা ইপানা নঙবু ইতাও মাগী মফমদা শোয়দনা শিন্নগনি।

ইপাগী ব্রাদু তাবদা নুংঙাইবগী পিরাংনা থম্মোয় থুমখি। মাম্মগী মফমদা ঐবু শিন্নগনি হায়বদু তারুবদদি অঙকপা ফংনা অকিবা পোকখি। লৈবাক মমাঙদা মমায় ফিরুক খুম্না খাঙহৌবা মাগী মফমদা ঐহাক অমুক হন্না চঙলুবা ঙন্নরোই হায়বসি থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিনা শাক্কিনি। হায়জবা নত্তনা উপাই লৈত্রবী ঐহাক্লি ইপাদুগী মখোঙ শোক্লা হায়জখি।

- ইপা, ইথাদা কোল্লিবা অঙাং অসিনা শারেপ ফারক্লুনা পাম্বোম তিংবা ঙমদ্রিমখৈদি নচা শক্লা নাওকোনবীয়ু। তমদগী তান্নবা মফম অসিদা নচাগী পুন্সি লেঞ্জখিগে। ঐহাক ঐগীনি হায়বা কনাসু উনজনিংদ্রে।

- ফরে, ইচা ঙসিদগী হৌদুনা ননীং তম্না লৈজরো ইচানি খল্লগে ইপানসু, নঙগী ইপানি খন্দুনা ইপাগী য়ুমসিদা লৈরোকো।

ঐহাক পিল্লবা চিত্রসেনগীদমক খন্দুনা চীংলৈপাক অসিবু থাদোক্লগে খনখিদ্রে। থেঙলবা অহিংদা মল্লবা লম্বীদা ঙাওরবা নোংলৈদা মুৎলমগদৌরবা মৈরা অসিমদি ঙাল্লনি খল্লে চীংদোলপোকসিদা। নুমিৎ অসিদগী হৌনা চীংমী অমা ওইনা লেনবা হৌখি ঐগী পুন্সিগী তাঙ্কক অমদি।

মতম খরদি ঐহাক মফম মরাং খঙদনা হৌখ্রে। পিল্লবা অঙাংসিগী খনবদা তূম্ফম চাফম খঙখিদ্রে। অচিকপা চীংগী পুন্সি ওইবনা তপথদুনতা লৈহনখি ঐবু নোংমতসু মাঙগী পুন্সিগীদমক নিংঙমদ্রবা থম্মোয় অসিদা মৈ অমুক হৌরকখিদ্রে। চিত্রসেনগী মপুক থন্নবা হোৎনবতনা ঐগী লাইনিং ওইখি।

চীংগী ইপাদুনা থোইদোক্লা খুল অদুগী খুল্লাকপা ওইরম্বনা অৱাৎ অপা লৈরমদে। চাউরবা য়ুম অদুগী মনিংথংবা মায়কৈদা শা-ষনগী মপৈ মপৈ লোইখ্রি। অয়ুক অঙনবদা ইপাদুনা ষনগী শল্লুপ ইরোইগী মপৈ হোইদোক্লুনা থোকখিবদুনা পুক্রিংগী শান্তি তত্তনা পুরকই। মরমদি ষন অমোমশিংদুনা শঙ্গোম শোয়দনা পীরগনি খনবননি।

ঐহাক শঙ্গোমগীদমক্তদি থোইনা ৱারুবা লৈখিদ্রে, নোংমতসু লৈকাই লান্না হংলুবা লৈতবনিনা। পাছোইগা ঐখোয় অনি চঙদুনা অয়ুক খুদিংগী শঙ্গোম শুমই। মদুনা চিত্রসেনগীদমক্তদি লেম্না পানা কোন্নে।

পাছোই অমদি ঐহাক য়াম্না চান্ননা লৈমিন্নে। লন্দোনিগুম্না মাসু ঐগীদমক তত্তনা ৱাবি। মহাক্কী মতৌ উরগা তূমদুনা লৈহৌরবী লন্দোনিবু হেক হেক নিংশিংলক্লুনা মিৎলু নাপোম থুম্লরি। নোংমা নোংমগী হোংলক্লবা পুন্সিনা লন্দোনিবুদি খর খর থাপ্না থমখিবগুম তৌরি। নোংমা কয়া লোয়নদুনা তিংথোক্লরক্লবা পাছোই অমদি ঐগী পুকচেলনি, ইকুই কুইদনা অমত্তা ওইনা তিন্নখি।

চীংদা পাম য়ানবা থোইদোক্লা নুংঙাইবা থবক্রি খল্লকই। পাছোইনা পাম য়াল্লিঙৈদা ঐনা ঈশৈ শক্লুনা চীংয়া তময়া য়েংজবদুনা পুন্সিগী অৱাবা মশক কাওখিবগুম্না নুংঙাইহল্লি। চীংমায় থন্না কল্লানা মুল্লকপা, চীংয়া ঙাংনা কিহোম্না পাল্লকপা পামলৌনা চরোং চূম্লকপা পামগী পাউখোং

ফোঙলকপনি হায়নিংই।

লাপ্তুক লাপ্তুক্লা তানরিবা য়ুমশিং য়েংবদা নুংশিবা পোক্লি। শুমাঙগী মহুত্তা খুরবা খোঙ লম্বী, নাক য়েত্তুদনা হৈপাল লৈপাল, কালেনগী নুংশাদা অইংবা উরুম, অথেঙবা অহিংদা থাবলগী মরুম থুপ্লবা থম্মোয়দা নুংশি ইপোম তত্তনা ঈহৌরি।

অথাপ্পা চীংমায়দা লশিংগী লৈরাংনা অহিং নুংথিল অনিদা ফিঙৌ ফৌনা শাৎলিবা অচিকপা লোক্লুংদা হরিগী ঈশৈ, লোইজিং লোয়াদা মহৌশাগী ফজবা, শেংলবা থম্মোয়দা ইমাগী নুংশিবা লেঙদনা লৈথিনি অসুম্মক ঐহাক, শীচ্ছররুক্কবসু মিৎলুদগী লেপ্তবা পিরাং, খাঙলবসু পুম্সিসে তনিক তনিক্লা হরিগী ঈশৈ তাদুনা, মহৌশাগী নুংশিবা মাঙহন্দনা চীংলৈবাকসিদা চীংমী ওইনা...।



## তরামমরিশুবা শরুক

ফনদি কুইরক্লে, খাঙলক্লিবা পুন্সিসে চীংলৈবাকসিদা! পুক্লিংদা অনীংবা থম্মোয়দা থাজবা পুন্সি অসিগী ফীরেপ্পদি পূম্নমকপু মীনল্লি। অসুম্না লৌনম তৌদুনা কয়া কুইনা লেল্লগবা। অসুক কুইবা অসি কনানসু ঐবু থিরকখিদ্রে খল্লুবদা পুক্লিং অসি নুংশিরকই। কনানসু ঐবু নুংশিবীরল্লরোই হায়না খল্লকই। নোংমা অথেঙবা অহিংদা অঙাওবা নোং নুংশিৎ মরক্তা কনাগীসু করিসু খল্লুবা লৈতনা ঐহাক চেল্লকখিবনিকো। সুপ্পতগী পুক্লিংগী অনীংবা অসিগীদমক্তা ঐহাক ঙসি ফিভম অসিদা লাক্লিবনি। অদুবু ঙসিসু অনিংবা অসিমদি চীনবান লাম্ছোকহনবা ঙমদ্রি।

ব্রাত্ত-পাদ্রবা ইমুং অসিদা ঐহাক অমদি অঙাং অসিনা কদায় য়ৌনা য়েৎলিবা হায়বসিসু, নোংমা নোংমগী মরেপ হেনগৎলকই। ফনা কুইনা ঐহাক্না ইমুং অসিদা লৈরক্লবনি অদুবু নোংমতসু মতেং ওইনকদ্রি মতিক চাদ্রবী ঐতনদি। মসি খন্না খন্না উপাই লৈতবগুম ব্রাখঙদবী শাদুনা পঙশিন্নদুনা অদুম্মক লৈরকপনি। ঙসিদি ঐহাক খঙনা খঙনা খঙদবা শাবদি হৈনরক্তে। ঐনা তৌবা ঙম্বা করি উপায় লৈরি খনবতদা তৃম্বা চাবা ফংলক্ত্রবসু কুইরে।

লমদম অসিনা সংসার অমগুম্না লৈরল্লিবা অমদি মফমসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী পুন্সি থোইনা ব্রাংবা থাক্তদি নত্তে। লৈরক অমা শৈশক অমা হায়নৈ হায়বদুনি, ইমা লৈরিঙৈ য়ুমদনা পুন্সি অমা, ইনেখোয়দনা পুন্সি অমা, চীংলৈবাকসিদনা ইতোপ তোপ্পা পুন্সি অমদা অমুক। মথংসিদা

কদোমদা কদায়দা কনানা হায়বা ঙমগনি।

চীংমায়দা পাম য়ানবা ঙহাক অমদি চিত্রসেনবু লক্লদুনা ঙহাক নোকপসিনদি পুন্সিগী ফীরেপ্পু ওইবা য়ারোই। অদুগীসু মথক্তা পিক্লিবা অঙাং অসিদি পুন্সি চূপ্লা চীংমী ওইদুনা পাম য়ানগদবসু নত্তে। মহাকপু মহৈ-মশিং তমহন্দুনা মতিক চাবা শিক্ষা পীদুনা মী অমা ওইহনবা নত্তনদি করিসু পামদে। সুপ্লতগী হিংননবা খন্দুনা লেপ্লা ৱারবা পুন্সি অসিনা চৈঙাক ওইরুবা নত্তে। মফম খঙদনা মাঙ তাকখ্রগদবা থৱায়বু মফম চানা হাপচিন্দুনা তাইবঙদা তিলহনবা মপুগী শিন্থানি। পম্বৌগী ইঙ্খোল মতোন্দা মনা পুংলিবা মাইরেন পান্বী অসিগীদমক কংলি ৱাতোন কয়া, করিগী চিংনবা লৈরুনি। অমবু হাত্তোক্ত্রবদি অমা কনবা ঙমজদ্রবা তাইবঙপানবনি। পুক্লিং অসিগী পুঙমদ্রবা অনীংবা ইশাগীত ওইবা অরেপ্লা ঙসিদি অমুক তুংওইনরক্লে। লম্বী লমখাঙদা হৌরম্বা হৈরাঙ পান্বী অমা ফুক্তুনা পুরক্লিবসিমদি মফম চানা থারল্লগে খনবা অসিতনা মাঙ থারক্লে।

ৱাখল অসিত খনবদা লমদমসিগী খুদোং চাদবা কয়া কয়ানা ইমাঙদা পনফম ওইদুনা ৱাখল লিশাং থারগতা তোকই। মথং মথং মথোল কয়াগী ৱাংলবা দলান কয়া শাগৎচরুই, অঙম্বা চীংমায় ওইখিবনা মথোং. চারক্তবনা নীংথায়রকপনা হাল্লি। পেন্দবা কয়ানা কারল ওইরক্তুনা বুদ্ধী লৌশিং চমম্লে। খিত্তং চাওখৎনবা চহি কয়া চাদিং তৌবা তাই লুপা লিশিং কয়া হৈজিনখিবা তাই। খুঞ্জা কয়াগী অপূনবা পাঙ্গল ময়েং তাফদে। লমদম অসিগী পাখঙ লৈশাবীশিং, লৈতবরা হায়না তত্তনদি চিংনরম্বনি মদুসু ওইরমদ্রে। কুম্মৈগী মতমদদি অমগা অমগা য়া-য়া লিংজেল মান্ননা তিন্নে। অতৈ মতমদদি অনিশুনা পুন্দবগুম উই। পামদা উনবদু নত্তনা কনাসু খঙনদে ঐগদি।

চীংগী ইপানা খুল্লাকপনি ঙমই হায়দুনা গৃ-গৃ তকশিন্দুনা চহী অসিগী মনুংদা প্রপ-প্রপ হোৎনরুবসু য়াদে। লমদম অসিগী, খুল অসিগী যুম অযাম্বা ইনাক কৈরাক খুনবা ইয়াও য়াওদে। মী পূম্নমক শুপ্লগী চানবা থিবা নত্তনা থবক অতৈ লৈতবগুম উই। লৈতবগী থিরিঙৈ, লায়রবগী খল্লিঙৈ হন্না য়েংনবসু শংনজদ্রবা চীংলৈবাকসিগী পুন্সিনি।

খনবা য়াবা খল্লুরে খিত্তং লায়না ওইথোকপা য়াবা থবক অমত্তা লৈরমদ্রে। খুল অসিগী নহারোল অমদি অহল্লোন পূন্দুনা শকখঙনবা

হায়বসিনা ঐগী আশা অসিগী খোঙহৌবনি খল্লে। পূম্নমক শকখঙনরবা মতুংদা তত্তনা উননবা, অমদি পূন্না থবক তৌমিন্ননবা লম্বী অমা শেম্বদি খর লায়না থোক্কনি হায়না খল্লে। করম্বা মতমদা ময়ামসিবু অমুক্তং পূনসিবা, করম্মা নহারোলশিংসিবু অমুক্তং উনসিবা খনবদা, লাককদৌরিবা খৃষ্টমাস অদু ঙাইবা ঙমলক্তে। হৌখিবা খৃষ্টমাসকী কুম্মৈ অদুমদি হরাও নুংঙাইনা লোইখিবা খঙহৌদ্রে। জগোয় শাথেক্কী পুংলোন, শৈশক শৈথাগী তান্দুদা, খুদোংথীরবা মফম ওইরি হায়বদি ঐহাক মিকুপ অমত্তসু খলহৌদ্রে। লোইখ্রগা, হৌখ্রগা লৌশিং ওইররে।

লাক্লিবা খৃষ্টমাসকী কুম্মৈ অদু ঙাইবা ঙমদ্রদুনা নোংমদি ইপা খুল্লাকপদা হায়রুই।

- ইপা... খুল অসিগী মরমদা খরদি খঙজনীংবা কুইরে অদুবু ইপানা তাকপিবা নত্তনদি খঙজবা ঙল্লোইদৌরে।
- ইচানা খঙনিংবা হেক্তো হায়যু ইপানা ফজনা তাক্কনি।
- ইপা খুল অসিগী অঙাংশিং কদায়দা লাইরিক লাইশু তম্বগে ?
- ইচা, খুল অসিগী অঙাংশিং লাইরিক তম্বা ফংদে। মখোয়দি পাম য়ানবা, শীং য়ানবা মখোয়গী মথৌনি। ইপাগী খুলদা লাইরিক লাইশু তম্বগীদমক লৈরিবা গভর্নমেন্টনসু থৌরাং অমত্তা পায়খৎপিবক্তে।
- ইপা, হৌরক্লিবা অঙাংশিংগী পুন্সি কন্ননবা হায়বদি হিংবদা খুদোং খিত্তং চানবা লাইরিক তম্ফম শঙ লিংখৎপা হায়বসি তঙাইফদনা তৌদ্রবা য়াদ্রবা মতম্নি। ঙসি চাওখৎলবা মতম অসিদা ঐখোয়দি পাঙদ্রবনি উপাই লৈত্রবনি হায়দুনা লৈথোকপসি তৌদনা ঐখোয় ময়াম চঙদুনা হোৎনরবদি খরদি শাফগনি।
- ইচা... , ইপাসু চাওখৎপদি পামদবা নত্তে, ইপানা ঙম্বা মখৈদি হোৎনদুনা খুঞ্জাও অসি ঙাক শেল্লি। মণিপুরগী গভর্নমেন্ট ফত্তে। গভর্নমেন্টনদি খুন অসিগী চাওখৎনবা করিসু তৌবীরক্তে। মখোয় মখোয়গীতা য়েংদুনা লৈবাক ঙাকই।

ইপানা ষ্টেট গভর্নমেন্টপু থম্মোয় শোক্লা ৱারৌবা হৌরকপদুদা ঐহাক খিত্তং নোক্তুনা থেমজিল্লুই।

- নত্তে, নত্তে ইপা, ঐখোয় খুঞ্জা ওইবশিংনা লানবনি। ষ্টেট গভর্নমেন্ট হায়বদি মণিপুর গভর্নমেন্টপু থোইনা ৱারৌরুবা য়াদ্রি। গভর্নমেন্ট

হায়বসিদি প্রজাবু তেংবাংবীনবনি। মখোয়না তেংবাং পিরুবশিংদুনা অফবা অচেৎপা ওইরকপা মতম অদুতদা মখোয়না লৌশিন্দুনা য়েংশিনগদবনি। অদুনা খুল অসিদসু ঐখোয় খুঞ্জাশিংনা লিংজেল মান্নবা হোৎনরগা স্কুল মচা অমা লিংখত্তুনা হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু শিক্ষা পীদুনা মীরক তিন্নবা শিনবীবা হায়বসি তঙাই ফদ্রবনি। খুল অসিগী অঙাংশিং অসিগী মরক্তা অফবা য়াওরকপদুনা গভর্নমেন্টনা শক খঙবীদুনা শোয়দনা মতেং পীবীরক্কনি। ইপানা খুল্লাকপা অমা ওইনা নোংমতং খুঞ্জা ময়াম তিন্নদুনা তান্নবীয়ু। নচাসু খুল অসিগী চাওখৎ থৌরাংদা অঙম্বা ইতেং পাংজগনি।

মদুম্না তৌবনা ফবা ইচা, হোয় ইপাসু ভাব খর তারকপগুম্না তৌই। অহানবদা খুঞ্জাসুনা তিন্নদুনা তান্নরবা - ইচা অদুদা ওঝা ওইবীনবা, অঙাংশিংবু তাকপি তম্বীবা ঙম্বদি তাঙই।

ইপা, ওঝা ওইবশিংগীদি থোইনা চিংনবীরুগনু, অঙাংশিং তাকপা ঙম্বদি হেক্তা লৈরক্কনি। ঐসু লমদম অসিগী লৈশাবী, পাখঙ খরদি তান্নজনীংই। অদুবু লাক্কদৌরিবা কুম্মৈসি ঙাইরবদি চাওখৎপগী খোঙথাংসু তপথখিবা তাবনি। করিগুম্বা ইপানা খুলগী পাখঙ লৈশাবীশিং অসিবু অমুক্তং পুলহনবীবা ঙম্নবদি নচাগী লাইবক ফবা হায়বদো শোয়দনা ওইগনি।

পাখঙ লৈশাবী পুনবসিদি কুম্মৈদা তাবনি।

ইপা ঐখোয়দা কুম্মৈ অমা তৌরবদি শোয়দনা তিনগনি।

করি কুম্মৈ লৈরি ইচা, করিসু লৈতে।

লৈ, কুম্মৈ অমা লৈ ইপা অদুদা, ইপানা শেল খর তিংবীবা তারি।

ইচা, শেলদি ইপানা ঙম্বা তিংগনি, হায়য়ু করি কুম্মৈ তৌবা তারে।

ইপা, পাম্ভোইগী মপোক নুমিৎকী ওইবা লাক্লিবা শগোলশেল নুমিৎ অসিদা ইপানা লাই খুরুম্বীগনিদনা।

আঃ অদুদি কুম্মৈ নত্তবনিনে ইচা।

ইপা, মদু কুম্মৈ ওম্ভোকপীয়ু। পাম্ভোইগী মপোক নুমিৎকী পালন ওইনা ইপানা খুম্ভক খুনখা পুম্বা বার্ত্তন তৌবীয়ু। পাখঙ লৈশাশিংনা তিল্লগা ঐগী আশা মহৈ য়াঙ্গদুনা খুল অসিবু চাওখৎপদা মতেং ওইহনবীয়ু।

- ফরে, ইচা মদুম্মক ওইরসনু। ইপানা পূম্নমক শীনবীরগে, মখা তাবা ননীং থুংজরো।

ইপাগী ব্রা তাবদা নীংজরুবা আশা তঙ্খায় অমা থুংজবগুম্না নুংঙাইজখি। নুমিৎ খরনিদু পুক্লিং অনি লোঙদনা খুল অসিগী চাওখৎ থৌরাংদা কখোকচখি।

শগোলশেল নুমিৎকী অয়ুক্তগী হৌনা মীয়াম তিনবা হৌরবদা থম্মোয়না থনুংদা নোকচখি। নুংঙাইবদা তাউরবা চীনবানসিনা পূম্নমকপু তরাম্না ওকচরুরি। অমা লাক অনি লাক ইমুংদু মীতনা চল্লক্তরে। মনিং থংবদা লৈরিবা শঙশাংশিংদুসু ঙসিদি মীনা কৃক-কৃক ইন্নরে। খরনা চান - থক্লবা হোৎনৈ, খর অমনা মী ফমফম জগা য়েংদুনা শেল্লি। কাঙবু অমনা জগোই ঈশৈ তৌগদবগী লাঙলি। য়েনখাগী উপালশিংদা মাইক্রা নুংঙাই পাউজেল্লি তোয়না রেকোর্ডকী ঈশৈশিংনা নিল্লি। লৈশাবীশিংদু ফনেক কৌতক কৌতক শেৎপনা য়েংবদা মশা লোইনা খিং খিং লাওই। পাখঙ শিংদুসু মশা ফবতা নত্তনা মপাঙ্গলসু কল্লি। পাখঙ ময়ামদু চঙদুনা লৈপল মচাদু ঙহাক্তংদা তেমথোক্লুনা শুমাঙ মচা অমা শেম্বদু কুইহৌদে। অসুম্না অয়ুক ঙহাক্তুদা ইপা খুল্লাকপগী য়ুমদু শুমাঙ লম্পাক নাইনা শেম্লে। ময়াম ইরাঙ লাঙনা অৱাবা মশক খঙনদরে। ঐগীদি মপুং ফারবা আশানা লৈনা লৈনা জগোয় শাগৎলক্লবা মতাংনি।

ময়াম পূম্নমক পোত্থাবা ওইনা জগোয় ঈশৈনচিংবা কুম্মৈ কয়া পাঙথোক্লরে। মানা মানা খঙজ-হৈজবা কয়াসু পুথোক্লদুনা কুম্মৈ ওইনরে। ময়াম্না লিংজেল মান্নবদু উরগা ঐঙোন্দদি থৌনা হাপকৎলকপগুম্নসু থোক্লে।

ঐখোয় ময়াম লাই খুরুম্বা, লাইশোন ঈশৈ শকপনচিংবসু লোইশিল্লে। চান থক্লবদুসু নিংথীনা লোইশিল্লবা মতুংদা থোইদোকপা মিটিং অমা পাংথোকহৌনবা ইপা খুল্লাকপনা শীনবীরে।

খুল অসিগী চাওখৎ-থৌরাং ঙাক্তনা য়ুম্ফম ওইবা মীটিন ওইনা চংলক-চংলক্তুনা ঙাংলরিবা অহল লমনশিংগী ৱাদুনা ঐবু থৱায় অমুক্কা হেন্না য়াওশিন্নবা তত্তনা ইনশিনবীরকই। নহারোলশিংনা ফোঙদোরল্লিবা মশা-মশাগী ওইবা মতশিংদু মতম কুইনা ফোঙদোক্লিংনা লৈরম্লবা, ফোঙদোকপা ঙমনদনা লৈনরম্বা ঙাক্তনি হায়বা খঙলকই। কনাগুম্বা

কনাগুম্বী খরদি মশা মশাগী লোন্দা হায়বদি মৈতৈলোন নত্তবদা মশাগী মত পীনরকই। মদুসু শিং শিংনা খঙদ্রবসু মতম খরদি লোয়নরক্লবনিনা অদুম্মক তাশিল্লি। ঐনা খঙবা খরদু ঐগী ব্রাখলবু শৌগৎপীবা ঙাক্তনি।

লাক্লিবা নিংথৌকাবা নুমিত্তগী ইপা খুঁল্লাকপগী শঙ্গোই মচা অসিদা ওঝা ওইবীগদবা মীওইনা লাইরিক তম্বাহৌবা অমদি, লম্লোং অনি ফাংবা লম্পাক্তুদা লৈশাবী পাখঙ খাক্তনা অয়ুক ঙহাক ঙহাক থোরক্তুনা মশা মশানা ভোলুন্টীয়ার ওইনা থবক শুবা, চীংমায় নেমতক তৌবদু ময়াম চঙদুনা তেমখায়দুনা স্কুল শঙ শাগৎপা, খুছক খুনখা ফাওনরিবা লম্বী ময়াম চঙদুনা তেমথোকপা, হায়বদি লম্বী অকায় অতোই শেমজিনবা, য়ুমগী অহল-লমনশিংনা পিক্লিবা অঙাংশিংবু শিক্ষা পীবদা পুক্লিং চিংশিনবিবা, অমদি খুলগী ওইবা কমিটি থম্বীদুনা শিনশঙবু য়েংশিনবীবা, খুল্লং নাইনা থবক শুবা তমদুনা অঙম্বা মতেং পাংনবা ময়াম তত্তনা পূন্দুনা ব্রারী ব্রাতাই শানবা পায়খৎপা য়াবা থৌদাং কয়া পায়খৎনবা তান্নবা - দুকান খর থমদুনা মীয়াম্বু খুদোং চাবা পীবনচিংবা ব্রারেপশিং অসিনা মীটিন অসিগী অবোইবা ওইরি।

শুমাঙ চোন্না তিল্লম্বা, চীংমায় পক্লা লাংলম্বা মীয়াম অদু চাওখৎপগী য়ুন্ফমদা হরাও মথোই কানা মোমোন নোক্লা হন্নগ্রি। লাঙলম্বা ময়ামদুনা অচিকপদা চিকমাঙনখ্রবসু মকা লাম্লবা থম্মোয় অসিদি থব্রায় তানা নোকচরি। অব্রাবা কোঙ্গায় খাঙদুনা ঙম্বমখৈ হোৎনজদুনা পুন্সি ফীরেপ চুমজবসিতনা লাইনীং ওইদুনা লোইখি অহিং অমা চৎখি নুংথিল অমসু।

মীয়ামগী য়াইফবা, ঐগী আশা পিক্লিবা চিত্রশেনগী লাইবক পূম্নমক অমত্তা কায়দনা পুরক্কনি খঞ্জদুনা শিল্লিবা খুৎশিন পায়খৎলকপা থবক্তা অব্র-অনা য়াওদনবা অমদি অপন অথিং য়াওদনা মায় পাকপা ঙম্লনবা শেল্লিবা মপু মাতবু থম্মোয়নুংদা লাৎচরুই। তপ্না লিরি শিংপা মালংবা মানা নুংশিবা লৈনম পুবিরক্তুনা তোল্লবীগী প্রর্থনা মপুং ফাহনবীররি। পিক্লবা উচেক মচাশিংনা ফৈরাদা তোংদুনা লাইশোল ঈশৈ শক্লিবদু তারগা মপুগী দর্শন ফংবগুম্না ইংনজরি পুক্লিংনা।

ইবা পাবা তল্লিবা লৈশাবী পাখঙশিংদু জ্ঞান তানা অমদি পুক্লিং চঙনা হোৎনখিবনা মমিং মথা ইবনচিংবা নিংথীনা ঙম্নরক্লে। পাবা ইবা ফজনা হৈনবে। মথোয় পূম্নমক অদু মিং তাংলম্বদগী মিং উরকপগুম্না মহৈ-

---

*মীনোঙ্গুগী মরুমদা*

মহৈ হরাওনরে। ঐগীদমক তম্বীরকপা খুদোল পোৎশিংদু ঐহাক ওকচবা ঙম্লক্তরে। খুলগী অহল লমনশিংনা লেঙবীরক্তুনা ঐবু থাগৎপীরম্বদুদা ঐদি অনৌবা থৌনা হাপকৎপিবনি খল্লি। হোৎনবা হায়বসিদি তৌদ্রবা য়াদ্রবা মীওইপোক্কী থৌদাংনি অদুগা মায়পাকপা পাক্তবা হায়বা অদুদি হোৎনজমদুনি। ব্রানা হোৎনজরকপদুনা মহৈ য়ানবা হৌরকপদুদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরক্ত্রো লৈশাবীশিংদুগী মরক্তা পাঙ্খোইনা ইহেন হেন্না হৈবগুম্না তৌই। অতৈনা খঙদ্রিবা কয়া মানা হান্না হেক্তো খঙই। মরমসু লেঙদনা লৈ, মদুদি পাঙ্খোইগা ঐগদি পুং কুনমরি হায়বদি নোংমগী মনুংদা নোংমসি লোয়নদুনতা লৈ। পাঙ্খোইদি পুং কুনমরি চুপ্পা লাইরিক্তা ওরাইদুনা লৈবগা চপ মান্নে। ঐনসু খঙজবমখৈদি ইতৎ তত্তনা মাবু খঙহন্নবা কন্না হোৎনজরিবনি।

নোংমদি ময়াম পুন্না লাইরিক তৌমিন্নবদু লোইশিল্লকপদা পাখঙ অমনা হায়রকই।

- ঐখোয় অয়াম্বা ইবা পাবদি লোইনা ফজনা ঙম্মরে। লাইরিক তম্বসিদি লোইশিনগনি হায়নসু লেপ্পরে। ঐখোয় লাইরিক হৈবগী কান্নবদি ইবা-পাবা ঙম্বসিনা লোইরব্রা ?

পাখঙ অদুগী ব্রাহংদুদা ঐহাক ব্রাদবদি ঙমদে। নিংঙমদবা অদুমদি লোৎশিঞ্জবা ঙমদনা ঐনা খুমখি।

- ফজবা ব্রাহংনি, ময়াম্নসু হংনিংবা, হংবা য়াবা ব্রাহংনি। ময়াম পূম্নমকসু তাবিয়ু, ঐখোয়না ঙসি ইবা পাবা ঙল্লিবসি ঐখোয়গী চাওখৎ থৌরাং অসিগী অহানবা খোঙজংদুনি। খুল অসিদা স্কুল ওইনা লিংদুনা লাইরিক তম্ফম শঙ লৈরমদবা অমদি ঐখোয়না চহি কয়াগী ওইনা ক্লাস মথং মথং কারকপা নত্তবনিনা হৌজিক হৌজিমক মৈত্রিক থাবগী খুদোং চাবদি পীজবা ঙমগনি নীংজদে। মসিগীদমক ঐখোয় থোইনা পুক্লিং হঙ্গদবা নত্তে। মরমদি ঐখোয়না ঙসি পাবা ঙল্লিবা অসিনা ঐখোয় ইশা ইশাগী কান্নজবদু অদুম্মক ওইরবনি। ঙসি ঐখোয় ইচিন ইনাওশিংনা ইবা পাবতা হৈবসিনা তুংগী হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু নিংথীনা শেম্বা ঙমগদৌরিবনি। ঙসিগী অঙাংশিং হয়েংগী তুংগী য়ুম্বীনি হায়বসি ময়াম্নসু হেন্না খঙবীরিবনি। হৌরক্লিবা হৈরাং লৈরাংশিং অসিবু মপুং ফানা মহৈ য়ান্নবা ঐখোয়

ময়াম চঙদুনা মখোঙ শোমজবসিতনা ইচিল ইনাওশিংনা লাইরিক্তা থৱায় য়াওজবগী কান্নবা ওইরসি। মতুং তারকপা অঙাংশিংগী দমক্তদি মণিপুরদগী হেন্দোক্তুনা ইন্দিয়া, মদুদগী অমুক হেন্দোকখিদুনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা মতিক চাবা শিক্ষা ফংননবা খুদোং চাবসু লৈগনি। অদুবু হায়রিবা পূম্নমক অসি ঐখোয়না লমজিং ওইগদৌরিবনি। লমজিংবনবু ফত্রবদি পূম্নমক অরেম্বনি। মরম অদুনা ইচিল-ইনাও পুম্দুনা লমজিংবীদুনা লীচিং অমগী মখাদা খুল অসিবু অমুক্তদি ঙালহনসি।

ময়াম পূম্নমক তুমিন তুমিন তারম্বদু ইরাঙ লাঙদুনা অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা ৱারী শারি। পূক্লিংদা হৌরক্লিবা ঈহৌ অমদি, মোমোন্নরবা মীনোকশিংদুনা চিংথোকখিবগুম্না তৌই, পূম্নমকপু অমত্তা ওইনা পাক শন্না য়েংলদুনা হংদোকখি চীনসিনা।

- ঐখোয় ইচিল ইনাও ময়াম্নু, অঙাং মচা মচাশিংদা এ-বি-সি, ৱান-টু-থ্রিনচিংবা তাকপা ঙম্বীখিরোইদ্রনে? ময়াম পূম্নমক মদুদি ঙম্লগনি নীংই।

ঐগী ৱাদু তাবদা ময়াম পূন্না খুম্লকই।

- মদুদি ইরায় লায়রে, শোয়দনা ঙমগনি।

লৈশাবী অমনা অমুক হায়রকই।

- ঐখোয়গীদি ঐনা তাকপদা ইবুংগী মচাশিংদু এ-বি-সি, ৱান-টু-থ্রি ফারে। ইবদি তম্বীরক্দ্রি।

পাখঙ অমনা অমুক হায়রকই

- ঐখোয়গীদি ইবসু খর খর হৈবা য়াওনরে।

অসুম্না নোংমদু মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা ময়াম পূল্লম্বদু কায়নখি। মহে য়ানবা হৌরক্লবা আশাগীদমক নুংঙাই ঈপোম হৌরক্লবা ঐগী থম্মোয়নি। হরাও মীনোক কয়াগী মরক্তা পোত্থাজরবা থৱায়নি। করিগুম্বদা ময়াম পূন্দুনা মিটিং তৌরম্বদুনা নুমিদাংৱাইরমদা লোইশিনবা তত্তনা থোকই। ময়াম তিন্নরম্বদুনা হেক হেক লোইখিবদা নুমিদাংৱাইগী ড্রাঙাননবা মচু মরক্তুদা মায়কৈ ফাংনা কায়নখি। ঐখোয় ময়াম কায়নখ্রবা মতুংদসু পেল্লক্লবা পুক্লিংদা থম্মোয়বু থৌগৎপা অদুদি মাঙখিবা লৈতে। য়াচংলকপগী মমশিল্লকপা মরক্তুদা মায়কৈ কোয়না য়েংদুনা মাঙগী পুন্সিবু

অমুক্তং চিংনা য়েংলুরি।

খল্লকই ঐহাক ইনিং তম্লমাল্লে হায়না-, তশেংনমকসু ঐহাক নীং তম্লবনি। নোংমনা ইখোঙ ইখুৎ পুন্সিনবীদুনা ঙসিনা শম্বল কোয়না খাজিল্লিবসিগী মনুংদা ইনীং তম্না শান্নজরিবা পুন্সি অসিগী করম্বা খর হেনবা থাক্তা কারক্লিবা। হৌখ্রবা ৱারীশিংদু নিংশিংলুরগা নুংঙোল্লকপা মতমদা অরেম্বদা কপখিবা কান্নদনা ৱাখিবা পূম্নমক মকা লাম্লবা মীনোক অমনা কুপশিনখিবগুম্না ঙসিদি মিৎলুদগী পিরাং মরিক অমত্তসু শীঙ্করকখিদ্রে। থম্মোয় অসিনা নূংগুম্না কনশিনখ্রব্রা হায়না পুক্লিংদা চিংনবা পোকলক্তবদি নত্তে। মমি শাল্লবা মাঙগী থৌদোক কয়ানা ঙসিদি ঐবু অমুক ৱাহনবা ৱারক্লে। থাবল ঈপোম তত্তনা লাংলবা থম্মোয় অসিনা অচিকপদা অমুক তেংথা নাওইরব্বা ঙমদ্রে। নিংশিংবনা ৱাহল্লম্বা থৱায় অসি ঙসিদি খল্লুবদা নোক্লিংবা ফাওরক্লবনি।

পুন্সিগী লাইয়ুমদা পোরম কাংলক্লিবা ঐগী খোঙ অসিগীদমক খনবদা তাইবঙপানববু কাউথোক্লুই। পুর্ণিমাগী মপুং ফারবা থাজনা মমাঙ থংবা চীংদোন্দগী তপ্পা তপ্পা লৈখৎলকপদুনা ঐবু মিকপ থোকহনবিরি। শ্বার শাংনা অমুক্তং হোন্দুনা মপানগী দৃশ্যবু বীদায় পীরম্লগা ঐহাক ইমুংদা চঙলকই।

উচ্চানগী মৈরানা মনীং তম্না চাক্লিবদুগী মঙালদা পাছোইনা থৱায় য়াওনা লাইরিক পাদুনা লৈরম্বদুদা ৱা খর হৌদোক্লিংলম্বদু হৌদোক্লুদরে। ইপা খুল্লাকপগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্লুরে। চিত্রসেন্না কাফে কাফে চৎপদু ইপা খুল্লাকপনা য়েংলগা পুক্লি তিংনা নোক্লমই। মা... মা হায়দুনা মচিন্দসু পংলোন্দা লোল্লিবদু তারগা ইপানা হন্না হন্না লক্রমই। অপিকপা অঙাং ওইরবসু চিত্রসেন ফজনা শিংই। মহাক্কী মওং মতৌনা তুংগী পুন্সিগী শরুক অয়াম্বদি ফজনা তাক্লি। ইপানা শাওশিন্নদুনা চৈরগা কিবগী মহুত্তা পিক্লবা মহাক্লা ঐবু হাইরপ য়েংলম্লগা ইপাবু চেপথদুনা য়েংলগা মোমোন হেক্তা তৌশিল্লি। কাফে, কাফে চেনশিল্লক্তুনা ইপাবু চেৎনা হেক্তা কোনশিল্লুই। থুনা অমুক চথোকখিদুনা থোঙজিন্দা অমুক ফম্লুই। মাগী মতৌ য়েংবদা লিলা অমা ওইরক্লবনি। ইপাদুসু নোকমন্দুনা শ্বর চনিং তানা হোল্লুদ্রমাল্লে। মপুং ফাবা শ্বর অমা চনিং তানা হোহ্বরগা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রকই।
- ইশুদি, অচৌবা মী ওইগদৌরি। য়াম্না শিংই পোমিৎ পোরম খঙবা মী

ওইগদৌরি। ... মখোঙ য়াওদৌরি চেকশিল্লুকো ইচা !

- ইপা, ঙসি মঙা তরুক্লিসিদি স্কুল শঙ শাবগী য়ুমদা লৈবা খর ব্রানা থোক্কদৌরি, ইপাসু থবক অসি য়াওবিদবা য়ারোই, কমদৌসিবা হায়না খল্লি নচাসু।
- ইযা, ঙসি মঙা তরুক্লিগী ব্রা নত্তেদা, ইপানা হায়বদি মঙা তরুক্লিদুদি ইপানা পোবীনি। স্কুল শঙ শাববু ইপানা শাগদব্রসু নত্তে, নহারোলদা পূম্নমক শিন্নথ্রগদবনি। ইপাগীদি ফমদুনা য়েংবনি, ইশুগা অদুম য়েংগনি।
- হোয় ইপা, অদুদা তারেদনা, ঐখোয় ময়ামসু লৈ-শু থাবনচিংবা থবক য়াম্না লৈখিবনা অঙাং য়াওবদা নাতৈ ইচা-চারোই খল্লি। ময়াম্না থব্রায় য়াওরিঙৈদা মপুং ফানা লোইশিনহৌনবা হোৎনরুরে।
- মদুনসু ফৈ ইচা, ইচানা হোৎনবসে ইপা পেল্লে য়াম্না নুংঙাইরে। স্কুল মমিং ইচাগী মমিং লৌদুনা ইপানা থোনগনি।
- নচাগী লাইবক ফবনি। অদুবু ইপা মদুমক্তি তৌবীগনু। নচাগী হোৎনজমন মহৈ য়াঞ্জবসিতনা নচাগী অপেনবনি। ময়াম্না মপুং ফানা তেংবাং পীবীবনা জয় ওইগদৌরিবনি। খুল অসিগী ওইসনু ইপা।
- খুনসিগীনিনে ইচা, অদুবু, মতম অমদা ইচানা খুল অসিদা লাক্তুনা খুল অসিবু মপুং ফানা শেমগৎ শাগৎপীরম্বনি হায়বদু তুংগী মীরোলদা ময়েক শেংনা তাকপা ঙম্নবনি।
- ইপা, খুল অমবু করিসু লৈত্রবী ঐহাক্রা শেমগৎপা হায়বসি ইতিক চাবা নত্তে। ইপাগীদা নচানা মতম খর লৈজরম্বসিদা খুল অসিগীদমক অঙম্বা খর খঞ্জরুবগী ব্রাতনি। মনানি হায়দুনসু মদুমদি নচাগী ফৌরোই য়েংবীয়ু।
- পঙইদা ইচা, মসিদি ইপানা পীনিংবা মনাদ্নি। সিদগী হেনবা খুছক খুনখা চঙদুনা পীরক্লবদি নহাক কৈদা চোংগনি।
- ওন্থোকপা ব্রা ঙাক্তো তাকপিরে।

ব্রাফম অসিমদি নোক্রা নোক্রা লোইশিনখ্রে। পুক্রিংদাদি খল্লকই মতম অমদা কনাসু করিসু লৈজদ্রে হায়দুনা ত[illegible] লাক্লবনি। করিগী কন্না মিংথোল অসি লৌরুগনি। তশেংনমক ঐহাক মতীক চাদবনি।

অঙাং অসিগী ফৌরোই য়েংদুনা মতম খরদংদি লৈবা তাবনি। চিত্রসেন্নবু অফবা ছাত্র ওইরবদি খিত্তং চাউরকপদা মণিপুরগী ৱাংমদা হেক্তা থাজিন্দুনা মতীক চানা শিক্ষা পীগে হায়না খন্দুনতসু লাক্লিবনি। মদুমক ঙমদ্রবদি করি অমুক কান্নরুখিনি চীংশাং নাপোমদা শাইদাংলুবগী।

অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা ঐগী ৱাখল ওইনা চাওখৎ থৌরাং অসিগী য়ুম্ফম ওইরবসু চীংমী ইচিল ইনাওশিংগী মফমদদি ফোঙদোক্লুবা য়াদ্রি। চিত্রসেনগীদমক খন্দুনা লিংখৎলকপা স্কুলনি হায়বসি ইশা ইথন্তদি য়াদবা লৈরোই। অদুবু তুংদা হেন্না হেন্না চাওখৎলকপা খুদিংমক্তুদি চিত্রসেন গীদমক নত্তে। ঐনা ঙসি হোৎনরিবা অমদি হোৎনগদৌরিবা পূম্নমক খুল অসিগীদমক্তনি হায়বদা হায়মনবা নত্তে। পাঙথোক্লিবা থবক খুদিংমক্তা খুল অসিগী মীয়ামশিং অমদি চিত্রসেন মাইকৈ অনিমক্তা শৌগৎপনি হায়বা খঙলবদা থোইনা থৱায় য়াওশিল্লুবা তাবনি।

অসুম্না খল্লিঙৈদা পাম্বোইনা হংলকই।

- মন্দিনা স্কুল শঙ শাবা লোইদুনা লাইরিক তম্বীবদি হৌরগনি। অহল লমনশিংনসু অঙাংশিংবু স্কুলদা লোইনা থানীংগনি। অদুবু, নাতে চাদবা ইমুংসু য়াওবনিনা মখোয়গী অঙাংশিংগীদমক্তদি করম্বা থবক পায়খৎপীগনি ?
- মদুসু ঐখোয় ময়াম খন্নফম থোকপনি।
- লৈত লায়রবা ইমুংগী অঙাংশিংগীদমক্তা লাইরিক লৈবিবা অমদি মিংজন শেল লৌদবনচিংবা হিরম কয়াদা মতেং ওইনা চথরবসু কায়বা লৈতে। পূম্নমক ঐখোয় খন্নদবদি ইয়ামক য়াদ্রবনি।
- হোয়নে, অঙাংশিং অসিগীসু খর য়েংবীসি হায়বসি ঐসু খল্লিনে। ইনক নকপদসু লাইরিক লৈবা ঙমলোইদবা লৈরি, অঙাংশিং অসিনদি লাইরিক তম্লিংবনা স্কুল কাবগী খন্দুনা ইরাঙ লাঙলি।
- পাম্বোই, খুল অসিগী অঙাং খুদিংমক লাইরিক তম্বগী খুদোং চাবদি লোইনমক পীরসি। অফবা অঙাং অমমম ওইহননবা শেম্বদি ঐখোয় মথক থোংবশিংগী থৌদাংনি।

মথং মথং অসুম্না পাম্বোইগা ঐখোয় অনিসু তানবা য়াবা তানবদা নুমিদাং থেঙনা-থেঙনা তূম্বা তত্তনা থোকপা থবক্লি। ঙসাইমখৈ হৌদোক্লুদবা ৱা খরসু ঐনা হৌদোক্লুই।

*পাম্বোই, খন্নদবা য়াদবা ৱাফম খরসু ঐখোয়গী মাঙদা লৈরি। ঐখোয়*
মিটিং মচা অমদি দরকার ওইরি। করম্বা মতমদা পাঙথোকসিগে ?
খন্নবা য়াবা খন্নসি অদুবু মিটিং তৌবা তারবদি খর থীহ্বা তারে। হয়েংদগী স্কুল শঙ শাবদা মী পুন্নমক ঙহাক্তংফাওবা শংনররোই। করম্বা ৱাফমগীনো ?
ঐহাক্না খল্লিবসি ময়াম্না য়ানরবদি মিটিংগী থোইদোকপা দরকার লৈতবসু য়াই। য়েংউ পাম্বোই ঐখোয়গী স্কুলগী অঙাংশিং লাক্লিবা তাং অমসিদগীদি স্কুল কারক্লগনি। অদুবু লাইরিক তম্বীগদবা ওঝাশিংগীদমক্তদি ঐখোয় করিসু খন্নরুদ্রি। গভর্নমেন্টকী স্কুল ওইরবদি ঐখোয়না ৱাফম থোক্তবনি। হীরম অসিদা ঐগী মত খরদি লৈ মসি ময়াম্নসু য়াবীগনি হায়নদি খল্লি।
মন্দিনাগী মতসু ফোঙদোকপীবা য়াই। খুলগী অফবতা য়েংদুনা শীনবীরিবা নহাক্কি, ওঝাশিংগীদমক্তা করম্না খনবীরিবা... ।
পাম্বোই, হন্দক ইবা পাবা হৈনবতা তমখিবা মীওই খুদিংমক্তা ওঝা ওইবগী ভার পুন্নমক খর খর য়েন্নদুনা, মখোয় খুদিংগী পুক্নিংবু অমত্তা ওইনা থৌগৎখিসি। মখোয়গী হোৎনজমন মহৈ ওইনা মখোয় স্কুল অসিগী ওঝা ওইরসনু। নহাক ঐহাকসু অদুম্মক ওঝা ওইবা তারিবনি। স্কুল অসিনা মপুং ফাবা স্কুল অমা ওইরক্লবা মতম অদুদা গভর্নমেন্টনা কৈদৌনুংদসু তুমিন্না লৈথোক্লোই। মতম অদু য়ৌদ্রিফাওবদি ঐখোয় খর কন্না হোৎনবা তঙাইফদ্রবনি।
মদুদি য়াম্না ফবা ৱানি, ময়াম্নসু নুংঙাইগনি। মখোয়না তমজবগী মহৈসু ওইবা অঙাংশিংসু ফজনা তপ্পা ইংনা তম্বীবা য়াম্না ফবা ৱানি। অঙাং অহুমগী ওঝা অমমম পীবা য়ারে।
অদুম্না তম্বীবা অদুনা থোইনা হেন্না অঙাংশিংনা লাযনা থুনা খঙবা ঙমগনি।
পরিক্ষা তোয়না লৌশি, অফবা অঙাংশিংগীদি, স্কুলগী ওইনা ইস্ফালদা থাগদ্রা... ?
অফবা অঙাংশিংগীদি স্টেটকী ওইবা অমদি সেণ্ট্রেলগী ওইবা মাগী মাগী ক্লাসকী কম্পিটিসন য়াংলগনি। সেলেক্সেন ফংবা অঙাংশিংদি গভর্নমেন্টকী মতুং ইন্না চৎহনখিগনি। মখোয়না অকবা

ওইরকপদুনা ঐখোয়গী অৱামন ওইনগনি।

- নুংঙাইরে, মন্দি ঐখোয়গী থৌরাং মায় পাকপা ওইরসনু। পূকচেল শেংনা হোৎনবনি ঈশ্বরনসু থৌজানবীগনি।

অসুম্না পাঙ্থোইগা খন্নবতনা নুমিদাংগী থবক ওই। মীপুম খুদিংমক্না থৱায় য়াওবদুনা পায়খৎলুবা থৌদাং খুদিংদা অপনবা লৈতে। হয়েংদি অদুম্না ভৌসি হায়বদা কন্নানসু মাই হায়নবা লৈতে। ঐখোয় পূন্না শৎ-শৎ হেক্তা লোইশিল্লি। চীংমী লৈশাবী পাখঙশিংনা পূন্না য়া-য়া শুমিন্নবা থবক্তুদা কন্নাসু চোকথবা নাইনদে। খুলসিগী অহানবা চাওখৎ থৌরাং ওইরুবনা থবক পূম্নমক থৱায় য়াওনা হোৎনখিবনা থৌরাং অদু থুনমক মহয় য়ানগদৌরিবনি হায়না খঞ্জদুনা লৈতাজখি পুক্রিংনা।



## তরামঙাশুবা শরুক

হৌখিবা চহী খরদা কন্না হোৎনজরুবগী মহয় ঙসিদি লেপ্লমক ফংলরে। খুঞ্জা নুপা নুপী চঙনা ৱামিন্নখিবা অৱা মমল হল্লরে। চহী মরি মঙা লেপ্তনা মখোঙ শোম্বীরকপনা স্কুলগী কম্পাউণ্ড অদুগী অকোয়বদা থাবা লৈপালশিংদুসু ফুগায়না লৈশাৎ তল্লে। স্কুল শঙদুনা চেক্কী দলানমক নত্রবসু হৈপাল লৈপালশিংদুনা মশা মরেং শন্দোরকপদুনা প্রকৃতিগী অইংবা অমদি ইরেঙ লেঙদবগুম্না উহল্লি। কুমজা অমদা কুমদমমিন্নখিবনি, স্কুলগী অকোয়বদা শাৎলিবা লৈরাংশিংদুগা স্কুলগী কাদা ফল্লিবা অঙাংশিংদুগা। লৈশাৎ তম্বা মতম ওইরক্লুনা লৈরাংশিংদু শাৎলে ঙসিদি। অঙাংশিংদুসু অদু মঙায় ঙসিদি থৱায় য়াওবা অঙাং খরদি মেরিড স্কোলারসিপ ফংদুনা ইন্দিয়াগী মফম কয়াদা শিক্ষা ফংনখ্রে।

চহী খুদিংগী স্কুল অসিগী মিংচৎ ময়েক নাইরক্লে। চাং নাইনা মশক নাইবা অঙাং তত্তনা থোরক্লে। গভর্নমেন্টকী মীওইশিংনা মিৎয়েং চঙলক্লুনা মতিক চানা মতেং পীরক্লে। মীপুম খুদিংমক নুংঙাইবগী মীনোক মীতম্বতনা মায়থোঙ মকা লাম্লরে।

অসিগুম্বা মতম অসিদদি খুল অসিগী চাওখৎপগী মমি তারকপদু ময়েক লাথোরক্লবনি। লম্বী থোং শেম্বা কাঙবুনা অহিং নুংথিল খাক্তনা শেমজিল্লকপনা লম্বী থোংসু ফরে। কাণ্টিন, ডাক্তর খানা, পুলিস আউট পোষ্ট, ডাগ-ঘর লোইনা শুরে। চীংমায় কয়া তেমথোক্লুনা শাগৎলক্লিবা ক্লাটর কয়ানা অঙকপা পোকই। তৌফম খঙদবা লায়নানা মতম খুদিংমক্তা

নাদুনতা লাক্লবা খুঞ্জাশিং ঙসিদি মমিৎ মমায় পাঙজরে। সিতি বস চাং নাইনা চেলহন্দুনা খুল অসি ইম্ফালগা তশেংনা নক্লরক্লে। ফংফম থোকপা খুদোং চাবা কয়া ফংজরবদা পামদা পঙদুনা কনাসু লৈনদ্রে। চাওখৎপগী খম থেংবা থাক্তু য়ৌদ্রবসু ইম্ফালগী মশা মচা অমদি ওইরে।

নুমিৎ খুদিংগীগুম্না চিত্রশেনবু মখুৎ শন্নদুনা ঐহাক্না স্কুল কারকপদু ঙসিদি খিত্তং থেঙথ্রমাল্লে। পুং তরা মখায় খর হেনখ্রে। পাম্লোইদি হন্না চৎখ্রবনিনা ক্লাস ফজনা চখরমখিনি। থেঙদোকাখিবগী খর থুনা থাংনিংবা খোঙথাংনে, অঙম্বা লম্বীদু কুমথরকপনে, চিত্রসেনবু শেন্নরিবদুনে ইশা পুম্বা হুমাং অনপ্পী কারবনি। পোত্থাবদি লৈতনা চঙশিল্লকপনিনা স্কুলদুদা ওঝাশিংনা পড়া তাকপদু ময়েক শেংনা তারকই। চিত্রসেনগী খোঙথাংদুদা প্রপ প্রপ চেনবদি য়াদবনিনা য়ৌশিনবা ইয়া য়াদনা অদুম্মক লাকই। খিত্তং থুনা চৎনিংবদগী অঙাংদুদা হায়রুই।

- সেন খর থুনা চৎসি ক্লাস হৌখ্রে। নঙবু য়াম্না ৱারবরা ?

ঐগী খুত্তু থাদোক্লদুনা খুল্লকই।

- ঐদি ৱাবিদে, ঐখোয়গী পড়া তাকখ্রে। ইমা, নহাক নতোমতা লাকহৌরো ঐদি চৎলম্লগে।

অঙম্বা লম্বীদুদা চেম্বা হৌখিবদুদা ঐহাক তশেংনা পাখত্তবা ঙমখিদে। শোয়দুনা ওম্ফখিবা তারবদি থীনা শোকপা য়াবা লম্বীনি। পাখৎপদু ফাথরুবা লৈতনা লাউথোকখি।

- সেন, ঙাইখো তপ্পা চৎলু তুশিনগনি।
- তল্লি, ওঝানা পড়া মখা লৌথখ্রে ঐহাক চৎলম্লনি।

হায়দুনা মখুৎ হাইনা হাইনা চেনখিদুনা লাপথোকখ্রে। ওম্ফোকপা অঙাংনি, মানা নীংখ্রবদা হোংবা লৈতে।

লাইরিক্কী মরমদা কয়াম্না থৱায় য়াওবগে হায়রবদি অঙাং অতৈদগী ইহেন হেল্লি। মাগী ক্লাসকী ওঝাশিংনা মীথোই মীহেনবগী প্রমাণ তত্তনা পীরকপদু ঐহাকসু হরাও নুংঙাইনা নোকচৈ। অঙাং অসিগী চাং নাইবা মওং মতৌ, নোংমগী রুটিন পূম্নমক য়েংলুরগা পুক্লিংদা নীংজবা আশা থুংবগী থাজবনা থন্দুনতা লৈরি।

ঐসু য়েংনা-য়েংনা য়ৌশিল্লক্লবদা চিত্রসেন্দি ক্লাসকী থোঙজিন্দুদা লেপ্পগা হন্না য়েংলক্তুনা চঙলগে হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরকই। মখুৎ থাঙ্গত্তুনা

অমুক্তং হাইরম্লগা চঙখিবদু য়েংলদুনা ঐহাক নোক্না নোক্না চঙলকই। ঐগী অফিসতা ফমদুনা ঙহাক্তং হুমাং হন্দোকই। ইডুকেসন ডিরেক্টরনা ঐবু কৌরকপগী চেরোল অমা টেবল মথক্তা লৈরম্বদুনা ঐহাক ইম্ফাল থুনমক য়ৌনিংলকই। অদুবু ঐহাক ইম্ফাল চৎকে হায়না খন্দবদি চহি ফনা য়াম্লে। দরকার ফনা লৈরবসু অসুক কুইবসি ইম্ফাল য়ৌরব্বা লৈতে। ইম্ফাল কাবগী থবক্তদি ঐহাক লেম্না ছুটি ফংই। হন্দক্কী মতাং অসিমদি লৈথোকফম থোক্তবনা ছুটি লৌবা য়ারোই হায়বা খঙলে। কমদৌসিবা হায়না ঙহাক খন্দুনা লৈরিঙৈদা পুং তাখিবা খঙহৌদে। নাকন্দা য়াল্লিবা কেলেঙ্গুর অদুদা ইম্ফাল চৎপগী তারিক্লচিংবা য়েংদুনা লৈ। ইচিক চিক্লস্বদু মপান্দগী থুগায়রকই।

- মে আই কম ইন মেদাম।
- য়েস কম ইন।

থোইদোকপা ব্লা মখাসু তারুদে, চৌকিদগী হৌগত্তুনা চঙশিন্দুনা কেলেঙ্গুরদু মথং মথং ফাক্লুরি। চঙলক্লিবা অঙাংদুনা অমুকসু হায়রকই।

- প্লিজ গিভ মী মাই পেন, ব্লুইদাউথ পেন আই কান্ত দু মাই টেস।

করম্বা অঙাংনো হায়না য়েংথোরকপদা চিত্রসেন লেপ্তুনা লৈরম্বদু খঙলকই। মোমোন নোক্লদুনা মখুৎ তিংথোরকই। ঐহাকসু নিংশিংলক্তুনা বেগ হাংদোক্তুনা কলমদু লৌথোক্তুনা পী। য়াম্না হরাওনা লৌরদুনা কলমদু অমুক্তং চুপ্লগা।

- থেঙ্ক য়ু ভেরি মচ।

ঐহাক নোক্লিংবদু খাঙবা ব্লানা খাঙলদুনা হংদোকখি,

- হৌজিক টেষ্ট লৈব্রা ?
- য়েস মেদাম।
- করি সবজেক্ট ?
- য়ে হিন্দি হে।
- হিন্দি টেষ্ট ?
- জি হা !
- কয়াম্না পারকই ?
- সব কুস পড়তা হুং।
- চৎলো, চৎলো ফজনা ইরমউ।

---

বহুত বহুত ধন্যবাদ।

তুং হন্না খোঙথাং অনি অহুন্নক থাংলগা থোকখি। মাগী মতৌদুনা ঐবু নোক্লিংহল্লি। মোমোন নোক্না মানা থোকখিবদু য়েংদুনা চৌকিদা অমুক ফমথরুই। নোংমদুগী তৌবা য়াবা খর তৌরন্নগা পোইন্তরদুমা পায়রগা মপান থোক্লকই। স্কুলগী অকোয়বদা হঙ্গৎ হন্দা চৎনা চৎনা ইম্ফাল য়ৌরুনবা ৱাখল খল্লুরি। অমুকসু ইতোমতা বস ঙাইরগা চৎলুদুনা শৎ য়ৌথোক্লুই। অমুক্না পাম্ছোই চিত্রসেনসু হেক য়েপশিল্লি। অসুম্না হঙ্গৎ হন্দা চৎনা-চৎনা ইম্ফাল কয়ারক চথোকলুই, ৱাখন্না।

অয়ুক অঙনবদগী থৌরকপা জীপ অদু ফনসু য়াঙনা থৌরিবনি য়ৌবা কৌবা লৈতে। গাড়ী মনুংদা চিত্রসেন্না হংবা ৱাহং ময়ামদু ঐহাক খুম্বা ৱাখি। অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তারকপা অদুৱাইদা ঐখোয় ইম্ফাল য়ৌশিল্লকই। ইডুকেসন ডিরেক্টর উনরুরবা মতুংদা বজারদা চঙদুনা পোৎ-চৈ খর লৈননবা তানদুনা জীপ অদু থৌরকই। বজারগী অনানবা দলান, অচৌবা দুকানশিংদু উরগা চিত্রসেনগী ৱাহংদু নুংশিৎমুক কুংলক্লে। মখল মখলগী মীয়ামদু উরগা কদায়দগীনো, করিতৌবা লাক্লিবনো, হায়বনচিংবা হংদুনতা লৈরে। লৈগদবা পোৎ-চৈ অয়াম্বা লৈবদু লোইশিল্লক্লবদা পাম্ছোইনা হংলকই।

- মন্দি, ফি অমা য়েংখিসিরা ?
- করি ফিনো য়েংলুসিনে।

অসুম্না হায়নদুনা গাড়িদু রাজেন দ্রেসেসকী মাঙ ওইরপ্পা খান্নগা ৱাইট হাউস তম্মা মরি মরি চঙলকই। দুকান্দুগী ফি য়োনবা মীওইশিংদুগী মীওক মীচান ফজবদুনা ফিশিংদুগী মগুন হেনগৎহনবগুম্না তৌই। সারী ময়াম য়ান্দুনা লৈরিবদু য়েংলগা অপাম্বা অমা পায়রদুনা পাম্ছোইনা হংই।

- অসিগুম্বা ষ্টাইলদা ৱাইট্রা অশংবনা লাংবা লৈবীব্রা ?
- য়ানি য়ানি য়েংবীয়ু।

হায়দুনা পাম্ছোইনা পাল্লিবা ফি অদুমক পুথোক্লুনা য়েংলিঙৈদা মতম কুইনা উনরুদ্রবী চিত্রাসু প্রপ প্রপ চঙলক্লুনা ফিদু পায়দুনা য়েংলরে। ঐহাকপু উবদা মখুৎ অদুনা স্পেক অদু লৌথোক্লগা য়াম্না হরাওনা কৌরকই।

- হায়... মন্দি, ফি য়েংলম্লিবরা? নহাক কদায়দা লৈরবগে?
- ঐ ফি সি য়েংলম্লীবনি, ফজবরা 'সিবু ?

- ফজৈ, ঐসু হেক উবদা পায়ররিবা অদুনি। নহাকপু কমদৌরিবগে ? কদায়দা লৈরবগে ?
- ঐহাকপুরো? নুংঙাইহ্রি আদা লৈয়ে। নহাকসু য়াইফরিদনা !

ঐবুদি পংলৈ লৈরে। ঐখোয় তামোনা ওঝা ওইহনগদবগী হোৎনরি, ঐদি ইকাইজৈ।

- কৈনোনে, ডাক্তর ওইবা পামদ্রে হায়রা ?
- নত্তেদা ঐখোয় তামোদি ডাক্তর য়াম্না পাম্বনি। অদুনা ঐনা ঙাওশিন্নদুনা তোল্লিবা। কুইরে ঐহাক থোক্লকপা, ফেল চত্তুনা অমুক চঙহন্দ্রে। এম-এ তমথোক্লগা ফ্রি কাওদুনা লৈরে। খল্লুরগা চাকইদা!
- অদুসু ফৈ কৈদৌরগে ?
- ফরে মসিগী ৱাসি তোক্লসি। নহাক মাঙখ্রে হায়না ঐখোয়দি পাখৎলুরে। নখোয় মাম্মখোয় ইনেখোয়না ঐঙোন্দা হংখিবসিনা ইবেম্মা নঙগী পাউ তাবদা ইনেদো ৱাঙ্হে হায়দুনা লাক্লে হায়। মচা নুপা ডাক্তরদুসু ঙাওবরা খঙদে, মমানা ৱাঙ্গরগা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকই হায়।
- মতুং তাবদদি কমদৌখ্রে ?
- কোইথি থিবদা ফংদ্রবদুদা তুমিন্না অদুম লৈনখ্রে। নঙবু খর খর ঙাওবরা? অদুক কুইবদুবু কদায়দা লোৎলিবনো ?
- লোৎপা নত্তেদা, অঙাংসিমা য়াওবসিদা খাঙলুবগী ৱানি। ইনেদা তম্বীয়ু, ঐহাক নুংঙাইহ্রি হায়না, মাম্মনা ঐগী অউনপোৎ লৈবীগনি হায়হৌবনি, ঐহাক লুহোংবা অদু পামদবদগী লোন্না চেনবনি হায়বীয়ু। অদুগা, ইনেদা করিগুম্বা খর পীনিংই নহাক পুবিখো হায়ববু... ।
- নহাক ঙহাক্তং চঙখো কৈদৌবগে? ঐহাক পুবিখিগে হায়ববু ... ইকাইদা... ।
- করিগীনো? ঐহাক থেঙবা য়াদবগী তৌবনি। ইনেখোয় খ্বায় পূম্বা নুংঙাইহরিবা নত্রা ?
- নুংঙাইহরি, নখোয়গী দেৱানিসু লুহোংগদৌরে... ।

ঐহাক খঙহৌদে মাগী ৱাহৈদো তাবদা অকনবা শাফু ফংবগুম্না খাঙবদা ৱাখি। কোক ঙাওরকপগুম্না তৌফম খঙলত্তে। শ্বর তপ্না হোল্লদুনা হংলুই।

- য়াম্না ফৈ। লাইবক ফবা হায়বসিদি নুংঙাইদুনতা লৈফম থোকই। ঐহাক লুহোংবদু য়াওনিংই অদুবু...
- হৈমা লাকউ কৈদৌগে ? বার্ত্তনদি ঐনসু তৌরক্লনি, নুপা ময়ুমগীসু নুপী ময়ুমগীসু নঙদি বার্ত্তন অনিমক ফংগনি।

চিত্রাগী ৱাদু তাবদা জ্ঞান তপ্না তপ্না তারকই। মহাকপু ইনম্মা ওইগনি খন্দুনা মিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলুই। খিত্তং নোক্লন্দুনা হায়দোকখি।

- নুংঙাইনা পাল্লু কৈদৌবগে? তামোগী নীংবসু থুংলেদনা! নহাক্লা ডাক্তর ওইদ্রবসু অমদু ওইরবনিনা য়ারেদনা।
- অদুনরা খঙদে ঐখোয় তামোসে ঐনা হায়রিবমখৈ য়াবগুম্না তৌই।
- মচল লৈজবগী নুংঙাইবদু তামোসু ফংজরেদনা।

তাঞ্জা অদুদা চিত্রসেন চঙশিল্লকতুনা হায়রকই।

- ইমা ঐগীদি বোল অমা লৈবীয়ু।
- ওঝাগা চৎলু, অসোমদগী লৈরুরো? ঐ 'সিদা ঙাইরমগে।

চিত্রানা চিত্রসেনবু য়েংলদুনা ঐঙোন্দা হংলকই।

- মসিদি য়াম্না নুংশি করি মিং কৌবগে ?
- চিত্রসেন কৌই।

চিত্রানা বেগ অদু হাংদোক্তুনা লুপা তরাচৎপী নোট অমা লৌথোক্তুনা পীরদুনা চিত্রসেন্দা হায়।

- চিত্রসেন সে, নঙগী বোল লৈরুরো।
- ঐগীসু লৈ... তো... ।

হায়দুনা চিত্রসেন্নসু ফুরিৎ খাউদগী লুপা তরাখক লৌথোরক্তুনা উৎলি। চিত্রানা চঙশিন্দুনা লুপা তরাদু ফুরিৎখাউদা হাপচিনবীদুনা

- সে, মসিনা হয়েংমুক লৈয়ুকো।
- থেঙ্ক য়ু।

চিত্রানা চঙশিন্দুনা চিত্রসেনগী মখজাইদুদা অমুক্তং নুংশিনা চুপখিবদুনা মমা মচা ওইবগী অশেংবা শক্তমদু উজবগুম্না মিৎ পেঞ্জখি। অঙাংদুনা মোমোন তৌরদুনা মমা অমদা উৎকন্দবা মীনুংশি অদু উৎলদুনা ঐবু য়েংলকই। ঐহাকসু খিত্তং নোক্লন্দুনা নুংঙাইবদু ফোঙদোক্লুই। সারী ফি অমমম লৈরগা দুকান্দুদগী থোরক্লবদা গাড়ী মনাক্তুদা লেপ্লদুনা চিত্রাগা ঐগা ৱারী অমুক শাই। পাঙ্গোই অমদি চিত্রসেন বোল লৈবা চৎখিবদু মশক উখিদ্রে।

---

খুদাংগী ঘড়ীদু হাইরপ য়েংলদুনা চিত্রানা হায়রকই।

- নহাকপু চঙলরোই হায়রিবরা? ঙহাক্তং চঙলমউ ইনেদো নহাকপু উরবদি নুংঙাইজগনি।
- ঐহাক মাম্মা অমদি ইনেবুদি উননীংই অদুবু ঐহাক চংলরোই থেঙলে। হনগদৌরিবসি য়াম্না লাপই, লুহোংবদা লাকপা হায়বদুনি।
- করি লমদনো, কয়াম্না লাপতুনা থেঙগদৌরিবা? বার্তন য়ৌরকপদনা করম্না তৌগদৌরিবনো ?

খর লাপমনখিবনা তৌবনিদা, বার্তন ফংদ্রবসু নুমিত্তু খঙলবদি য়াইদা। কয়াম ৱাৎলিবগে ?

- হোয়দা লাকপু লাকপীগনি হায়রবদি করিসু কায়দে। লাক্লিবা ফাইরেলগী তরানি পানবদনি হায়। ঐদি খল্লুরগা তনবু তল্লি।
- ফৈ কৈদৌরবগে নুংঙাইবা মতম ওইবতা নত্তনা অফবা মতম্মি হায়নরিবনি।
- হুম... হুম... ঐদি খনবদা মমই ইবেম্মা।

ইনুং নুংঙাইনা খর খর নোক্লকপদুনা পুক্লিংবু মঙাল পীরক্লি। ফাইরেলগী তরানি পানবা নুমিৎ অদু ঙাইরগে খল্লি ৱাখল্লদি কনাবুসু নিন্দা তৌরুদনা। অসুম্না ঙহাক ৱা মখা তারুদ্রমাল্লে। চিত্রানা অমুক মখা তারকই।

- থাজদনা থেংনৈকো ঙসিসে...।
- থেংনরিবসে, লাইবক ফবনি। ঐসু ইড়ুকেসন ডিরেক্টর উনরুবনি। ইম্ফাল য়ৌরক্তবা চহি কয়াগী মতুংদা ঙসি য়ৌরকইবা অসিনি।
- নখোয় ইবুংঙোদুবু চখোকপগা ইয়া য়াদ্রো? ইড়ুকেসন ওফিসতনা কৈদৌরুরিবা ?
- হেৱা অদুগী ৱা নত্তে, ঐনা ঙসাইনা খর লাপই হায়বদুনি। ইড়ুকেসন ডিরেক্টরনা করিগুম্বা খরা খঙনিংদুনা কৌবনি। স্কুলগী অঙাংশিংগী খুদোংচাদবা খর লৈবদুনানি। কুইররোই খরদি ফরনি। মখল খুদিংমক্কী পরিক্ষা য়াওজনবা অঙাংশিংবু থৱায় য়াওনা হোৎননবা ৱারোল খবসু তাকপীরকই। ঐসু স্কুল মচা অমা পুরুরে অদুনা খবসু চিল্লে।
- য়াম্না কৈনা মচা ওইরবসু, ইবেম্মা ঐদি হৌজিকফাওবা ফ্রি কাওবি।
- কদায়দগীনোদা মসিনা ওইবা য়া... সিদি চুম্না মতম লেন্ননবা হোৎনবা হায়বদুনি।

---

- নখোয় ইবুংঙোদুদি... ?

ঐহাক চিত্রাবু ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈরুই। নিংশিংলকপদা নোক্লিংবদু ফাবা য়াদনা খিত্তং নোত্তুনা খুমই।

- হ... হ... হ... মদুদি কান্নদ্রেদা।

ঐগী ব্রাদু তারগা ব্রা মখা তাগদবা তল্লমাল্লে চিত্রাদু তুমিন লৈখি। পাছোইগা চিত্রসেনগা য়ৌরক্তুনা গাড়ীদা কাখৎখিদুনা ফমখিবদুনা গাড়ি মনুংদু ইরাঙ লাঙই। চিত্রসেন্না গাড়ী মনুংদগী চেপথরগা য়েংলকই। চৎনিংবগী ইঙ্গিৎ অমা য়াম্না শিংনা তৌরকই। ঐসু কুইনা পঙ্গনিংদবনা চিত্রদা হায়রুই।

- য়াম্নসু নুংঙাইহরি, কোন্না অমুক উনরসি, খর থেঙলে চৎলগে, নঙবু নতোমতা লাকপ্রো ?
- য়ারে য়ৌরো, ঐহাক তামোবু ঙহাক্তং ঙাইহৌখিগে। মাগীসু ফুরিৎ খোঙগ্রাউ খর তুগনি হায়দুনা চঙখি।

ঐহাক রাজেন দ্রেসেসপু অমুক্তং য়েংলম্লগা গাড়ীদা কাখৎলি। চিত্রসেন্না অরোইবা ওইনা মখুৎ হায়দুনা বাই তৌরমদুনা ঐখোয় গাড়ী থৌরক্লে। লম্বীগী চিদাইদা লেপ্লা লেপ্লা ঐখোয়বু য়েংনা লৈহৌরে চিত্রা।

নহাকসু খল্লু ঐগী লিলাসিদা ঐহাক করি ওইরি। ওইথোক্লরোই খল্লম্বা থৌদোক কয়া ইমাঙদা পোরম কাঙলক্লবদসু অসুম ওইথোক্লোই হায়না লৈখিসিরা? খিত্তং খুনা য়েংলুবা মিৎয়েংদদি মীপুম খুদিংমক্কী মরালঅদুগা খর পাক শন্না উরুবা মিকুপ্তুনা ঐতগী অশোয়বা ঐহাক অমুক ব্রাররোই খল্লে। অব্রা-অনানা তত্তনা থেংবদা মচেৎ লিশিং তারুরবা থম্মোয়নি, তনিক-তনিক্লবা পুন্সিনা অমমমতা খুনগত্তুনা ঙসিসু মাঙদ্রি মচেৎ অমত্তসু। মৈ, ঈশিং অমদি নুংশিৎনা মায়কৈ অমদা লেপ্তুনা য়েক্ল ওইনা লেপ্লম্বা কয়ারক হন্না মায়োক্লদুনা খাঙলকপনি। লুহোংবগী বার্ত্তন অমনা পুন্সিবু অওনবা পুরকপা হায়বসিদি খঙ্গবা ব্রাৎপনি খল্লি। অব্রাবদা কপকনি নুংঙাইবদা নোক্কনি, অব্রাবা নুংঙাইবা অনিগী মরক্তুদি করম্না খাঙবা তাই। কন্নানা হায়বা ঙমগনি থোক্লবদু নত্তনা।

করিগীদমক ঐনা মফম অসিদা খাঙলকপা, কন্নাগীদমক ব্রারকপা, নিংশিংলুবদা নোক্লিংবা পোক্লবসু ঐহাক নোকথোকপদি ঙমখিদ্রে। কান্নদ্রবা ব্রাখল অসিগী ঈরৈদা লুপ্লিঙৈদা চীংলক কয়া লাছোক্তুনা চিক্লবা খুল অদু

*য়ৌরকপা খঙহৌদ্রে। স্কুলদুগী মপা য়ৌরকপদা ড্রাইভরদুনা গাড়ি খাল্লবা মতম অদুতদা জ্ঞান তারকপগুম্না তৌই। ঐখোয়সু পোৎ-চৈদু লৌথোকপা য়াবা লৌথোক্লে। পোৎ চৈ অয়াম্বদি স্কুলগী ওইনা তৌবনা স্কুল অফিস থোঙ হাংদুনা লোইশিল্লুরে। অমুক পঙ্খরুবা তৌদনা মরি মরি কারক্তুনা য়ুমদা ঙহাক পোত্থাজরে।*

করিনুংগী ইস্ফাল কারুবা ! খল্লুরগা মরাঙ হৌরে ৱাখল, থাজদনা থাদোকপীরম্লবা পুন্সিগীদমক খোইরাং খোইশাও ফাওরক্লে। লাক্কদৌরিবা স্কুলগী ফাউণ্ডেসন ডে গীদমক অঙাং খর ঈশৈনচিংবা তম্বদু থওইনা খল্লুবা ঙমদ্রে। নুমিৎ খুদিংগী, মানা মানা পাঙথোক্কদবা হীরম্থু খন্ন নৈনবা লাক্লিবা অঙাংশিংদু য়ৌরক্লবদা ছুটি পীথোক্তুনা হন্নখ্রে। লৈতাদ্রবা পুক্লিং অসিনা কনাদা করিসু হায়রুবা ঙমদনা শুমাঙ মতোন্দা হৌরিবা শিঙ্গারৈ পাম্বীদুগী মখোঙদা তপ্পা ফমথদুনা লাপ্তক্লা চীংখাসু হাইরপ উরিবা স্কুলদু য়েংদুনা লৈখি। ঙহাক্তুং পোত্থারবদি কোকখিবা ঙমগদবা অৱাবরা? ঙসি অমুক নৌনা ৱারক্লিবসিনা, মান্দি মানখিদ্রেদা লোইশিনখিগদবা। মাঙলমচৎনা কনানা কনাদা করিগী লাল্লুবা, তুংলমচৎনা তেংথারি তোয়না। নোংমা কয়াসু কপখি লোইশিনবা হৈতনা অৱাবা অদু খাঙবদা, ঙসিসু নৌনা লাকপা নোংহৌসিমদি লোইশিনবা ইয়া য়াররোইদ্রা? নহাকসু চিংনরমগনি, মতাংসিদদি ঐসু জ্ঞান মাঙলকই। অসুম ফম্বদুসু ৱারকই ফমজবফাওবা ঙমশিল্লক্তুবা ঐহাক করি তৌবদি ঙমগনি। উরু-উরু লৈনা ঙাওবা হৌরক্লবা কোক অসি পুদুনা ইমুংদা তুরোই ঙাল্লোই চঙলকপদু থোঙজিন্দা ঙহাক্তুং পোত্থাদনদি য়ৌশিনবা ঙম্লরোই খন্দুনা ঙহাক্তুং লেপ্তুনা লৈরুই।

খুথেৎ হৈরবা কনানা শুমহৎলবী সুরদা তপ্পা তপ্পা খোংলকপা বীনানো, খোম্থাং য়েরক্লে নাপ্পা থন্না। কদায়দগী কনানা খোংলক্লিবা নুংশিরবা সুরদুনা। থেম্বীবগুম থোক্লে থম্মোয়সে। মফম খঙদ লৈরিঙৈ শক্লকই ঈশৈ নুংশিনা। নৌরবা খোনফমদু তাবদা কোক ঙাওবা ফরকপগুম্না ইয়াং য়াংলকই। থোংজিন্দগী খিত্তুং চেপথদুনা য়েংলুবদা কাদুগী দৃশ্যদু ময়েক শেংনা উরবদা তুমিন্না লৈথোরক্তুনা লুমদুনা তারুই হূদুনা য়েংলুই। নৌরবা খুৎশাশিংদুনা হৈ শিংবা উত্তুনা খৎলকই অনৌবা খুৎখত্তু। তনিক্লবা চীনবান্দুদা পুরিবা ঈশৈদুনা থেম্লরি থম্মোয়বু...।

তপ্পা তন্না লোইশিনখ্রিবা ঈশৈদু তারুরগা করিবু ওইরুনি ঐগী

থম্মোয়। লোইশিনখ্রবা ঈশৈদুগী মখা তাদনা বীনাগী তারদু খৎলদুনা লুরক্ক না লৈরিবা চিত্রসেনবু য়েংবা ঙম্লক্তে। মহাকপু তশেংনা কপ্লবরা হায়না খন্দুনা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লগা মখদাংদু খিত্তং চিংখৎলুই। ইরা চেল্লবা লূরবা মিৎস্না অনিদুনা ঐবু মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই।

- ইমা নহাকনা তুমিন তুমিন কপ্লিবদুবু বাবা শিখ্রে হায়দুনা তৌরিব্রা ...? বাবা লৈত্রবসু ঐহাক লৈরিবসিদি! করিগী কপ্লিবনো ?
- কনানা হায়রিবা অরানবা ৱানো অদুবো ?
- ই... ওঝা পাঙ্ছোইনা হায়ববু অরানবরনে ?
- ওঝানা করি হায়রিবা ?
- ওঝানা হায়বদি ঐখোয়সি তমদগী লাকপনি। ইম্ফালদগীনি, বাবা লৈখিদ্রবদা পুপুনা য়োকপনি হায়। ইমা, বাবাদো লৈরম্লবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইনি।
- সেন নুংঙাইগদবনি, নঙগীসু বাবা অমা লৈ নহাক কাওগনু।
- হি... হি... হি... অমুক হায়জিল্লকইসে, শিখ্রবা মীবু অমুক হল্লকই হায়নে... হি... হি... হি... ভুত ওইজরমগনি।

থীক থীক ঐবু য়েংলগা নোক্লকপদুনা ঐবু ঙকহল্লি। থাজদবা মতৌদুনা ঐবু করেম্নবগুম্না তৌরকপদুদা খিত্তং চেকশিন্না হায়দোকখি।

- সেন নহাক্কী বাবাদি ভুত নত্তে, ডাক্তরনি।

নোক্লস্বা শকফমদু খঙহন হঞ্জিনখি। পায়রিবা বীনাদু থাদোক্লমদুনা ঐবু কোল্লদুনা হায়রকই।

- ঐগী বাবা ডাক্তর... । অশেংবা? ওঝানা মচীন থীরিবা শিখ্রে কা হায়জিন্দুনা। ইমা বাবাদি হোস্পিটালদগী কৈদৌঙৈ লাক্কনি।
- ৱাৎলি, লাকপা য়াদ্রি লাকখিরোই। মতম চারগা লাকউ হায়খিবনি।
- অদু ওইরবসু ঐহাক চাউরে হায়খোও অমুক্তং লাক্লবা।
- উম হায়গে... নহাকপু পরা ফারবরা ?
- পরাবুদি ঙসাইনা ফারে। অদো কৈদৌঙৈ হায়দোয়নো? ঐদি য়াম্না উনিংই, ঐনা দিল্লিদা চৎখ্রগা লাক্লবদি কমদৌনি ?
- থোরক্লগা উনগনি। নঙবু দিল্লিদা সুম লৈখ্রগে হায়রিবরো ?
- য়াম্না কুইমনখ্রনি হায়বনে। ঐনা দিল্লিদা চৎখ্রগা লাক্লবদি ঐহাক বাবা উনিং উনিংনা উবা ফংদনা দিল্লি য়ৌখ্রে হায়না তম্মুকো।

- সেন, নহাক্না ডাক্তর অমা ওইরক্লবদি নহাক্না ফনা উন্ননীংদুনসু উনবা ফংলোই। ডাক্তর ওইনবা কন্না হোৎনৌ।
- ঐনা ডাক্তর ওইরগা... অদুদি য়াম্না ৱাৎলিনা ?
- অদুনি ঐনা ৱারিবা - চহিগী ৱাদি খঙহৌরোই, নঙনা ডাক্তর অমা ওইরক্লবদি পূম্নমক অরেম্বা তাখিনি।
- অদুগী ওইরমগনি নহাক্না তুমিন তুমিন ফমদুনা খল্লিবদো। করিসু ৱাহ্নগনু ইমা ! ঐহাক ডাক্তর ওইগনিয়ে।

ওইরক্কদবা ফিরেপ্পু মশক নাইহন্দুনা অমদি খোঙফম চানা লেপ্পুনা মোমোন্নরবা মাইথোঙগা লোয়ননা ঙাংথোরকপা ৱাঙাংনি। অচেৎপনা ৱাশক্লি হায়বগী থাজবা পোকহল্লি পুক্লিংদা। তঙাংলবা চীনবান্দগী থোরকপা ৱাহৈশিংদুনা তাংথক নাইদ্রবা মালংদা খোঙ্গাং ওইনা শন্দোকখ্রি মথং মথং, কাউগে ঙমদে নোংমতং নুংঙাইরবা মীনোক্তা নুংঙোল্লকই নিংশিং নিংশিং।

নরায়বক থীদকো পিক্লবা অঙাং নহাক অসে। অসুক লাইবক থীরবা নঙনা নঙোন্দগীসু অমুক হেন্না থীরবী ঐবুদি অপোকপী নমাগুম্না খল্লি। শেংলবা চল্লবা নহাক্কী থম্মোয়বু মমা শক্না মীনম্বীরি ঐনদি। ঐহাক লৌনল্লি ঙসিসু হয়েংসু মীনমখিগনি নহাকপু অসুম্মক।

অসুম্না কয়ারক খল্লবসু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা চোংথোরক্কনি অশেংবা অচুম্বা অদুমদি। মতম অদুদা ঐগীদি লৌনম্মল নত্তনা করি লৈরকখিগনি। চহী কয়া কুমজা কয়া পোথাফম খঙদনা লৈবক্লবা পুন্সি কনাগী মফমদা শিন্নরুগনি। লেপ্তনা থাংলকপা পুন্সিগী খোঙথাং অসি ময়ায় লমদা লেপ্পুনা লৈরদ্রা? লৈঙোই লমদা লম্মাংনরবি। ঐহাক্কী ইপাউবু কনানা অমুক পুবিরখিনি কায়নববা মতুংদুদদি। লমগী মালয়া নুংশিবী শীৎলখিনি লিরি লিরি, থাজগী অইংবা থাবলদসু শাৎলখিনি থাবল লৈরাং অদুবু কংলবা পুন্সি পামেলদা অনৌবা আশা ময়োলদি চোংলরোই অমুক হন্না। লৈখোক লোইরবী লৈরাংনা লৈপালদগী কেনখিবগুম্না ওইররনি অরোইবা পুন্সি লৈরাং কেল্লনি। নিংঙোল ইজ্জৎ তরূবী পোল্লোইদুদা পুনখিনি। কাইদ-কাইদ কংখিনি নুজাগী শমজিদা শাইদাংলম্বী শমজিরৈ। খুইদুনা কেল্লবা নাপগী নাচোমদগী করম্বা নুংশিবা লৈনম কনানা অমুক ফংখিনি, মতম অদুসু লাকখিনি নুংশিবা লৈনমদু মাংখিবগী।

---

চহি খুদিংগী ওইনা চাওরবসু পিক্লবসু পাংথোক্লিবা স্কুলগী ফাওণ্ডেসন ডেনি। ঙসিসু চহি অসিগী ওইনা পালন তৌরি। ঙরাংদগী হৌনা লাঙদুনা লৈরবা ওঝা অমদি ছাত্রশিংনি, থব্রায় ইয়াওদ য়াওনবদুনা য়াম্না ইংনা তপ্না পালন অসি তৌননবা শেম শারি। অহিং চুপ্পা অমা মখল মথেলগী লৈরোং কয়ানা লৈতেংলবা স্কুলগী হোল অদুসু মওং তারে। ষ্টেজ মথক অদু তনান তনান য়েংবদা ইশেং শেংহল্লি অঙৌবা ফিজংশিংদুনা... । ষ্টেজদগী য়েংলকপদা ভাবোক্কী ফমফম থারিবা চৌকিশিংদুনা মিৎয়েংগী তান্নবা পোইরৈদু ফাওবা য়ৌরি। মাইক্কী ঈশৈ মরক্তা কোয়চেন চেন্দুনা শিল লাঙলি ওঝা অমদি ছাত্র কয়ানা। থবক খুদিংমক মতম চানা পাঙথোক্লবা হোৎনদুনা ঙহাক ফমদুনা অৱাৎ-অপা করি করি লৈরিবগে হায়বনচিংবা নিংশিংলুরি। চিফ গেষ্ট ওকপদা লৈপরেং অমা অনিদি চঙগনি হায়বদু নিংশিংলক্তুনা অঙাং খর কৌরগা লৈপরেং অমা অনি লেংনবসু হায়রুরি। ওঝা ছাত্র কয়ানা মানা মানা হৈজ-শিংজবা উত্তুনা শেম শাবনা অৱাৎ অপা লৈতনা তয়ারিদা লৈরবনি। বার্তন ফংবা মীওইশিংসু অয়াম্বনা য়ৌনরক্তুনা মাগী মাগী ফমফমদা ফমদুনা লৈরে। ছাত্র-ছাত্রিশিংগী উৎকদবা আইতেম কয়াসু মশা মশানা শেম শাদুনা লৈরে। শুপ্নতগী চিফ গেষ্ট য়ৌরকপা পুংজাদুত ঙাইদুনা লৈরে। ঙসাইমখৈ খোংলম্বা মাইক অদুসু ঙহাক্তং লেপ্পবা হায়রুদুনা খোংলকখিদ্রে। থোইদোক্লা হৈ-শিংলবা অঙাংশিংদুনা অরাকপা মীশিংবু হরাও তয়াম্না ওকপগা লোয়ননা ফমফম চানা চানা ফমহল্লিবদুনা ছাত্র অমা ওইবগী সন্মান ঙাকপগুম্না উহল্লি। স্কাউটকুম্না তয়াং-তশোয় লৈতনা চেল্লি নোল্লিবা মতৌশিংদুনা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা তপথবা ঈংথবা পোকহন্দুনা শান্তিগী ঈরা খিক্লি।

পুকচেল শেংনা অপুনবা থৌওংদুদা অতিথী কয়াবু ইংনা সেবা তৌবদু থাগৎনিংদবা কনা য়াওগনি। লেঙবীরক্লিবা মীওইশিংদুনা থোক্লকপা অঙাং খুদিংমক্তা চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবিবদু উরুরগা নুংঙাইজরি ঐতনা।

ওঝা অমা ওইনা ছাত্র-ছাত্রিবু কদায় ফাওবা য়েংশিঞ্জরুবগে হায়বদুদি অসিগুম্বা থৌদোক অসিদসু থাদোকপা ইঙম ঙমদে। স্কুল অসিদা তম্বা অঙাংশিংদু ক্লাসকী খেন্নবা লৈতে, মশক মমিং লোইনা খঙই। মখোয় মখোয়না অরানবা কয়াসু চুমথোক্তুনা চমম্নবা কোকহনবদুনা ঐহাক

নুংঙাইজে। ক্লাস লৈতে, থবক লৈত্রে হায়দুনা ওফিস্ত ঙহাক্তং ফাওবা ফমদুনা পোত্থাদুনা লৈবা ঙমখিদে। ঙাওশিন্নবা অঙাং খর য়াওবদুনা থোইনা হেন্না চেকশিন্না য়েংশিনবা তাখি। অশেংবমকসু ঐনা অসুম্না চেকশিঞ্জবতনা ঙসিদি মমিং চৎলবা স্কুল অমা ওইরক্লিবনি।

গভর্নমেন্টনা চুম্না খঙবীবতা নত্তনা পীবা য়াবা মতেং পীবীদুনা স্কুল অসিগী চাওখৎ খোঙথাং অসি লমজেলগুম্না চেনখৎলক্লিবনি। ঙসিসু সরকারগী মাইকৈদগী মণিপুর পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টনা শীল লাঙবীদুনা স্কুল অসিগী অঙাংশিংবু ফোটো লৌননবা শেম শারি। অসুম্না সরকারনা মিৎয়েং তবীবা অসিনা ওঝা ছাত্র খুদিংমক্কী পুক্নিং থৌগৎফমসু থোক্লবনি।

খ্বাইদগী মরুওইবা অমদি ঙসিগী চিফ গেষ্ট ওইবীগদৌরিবা ইডুকেসন মিনিষ্টরনা অফবা অঙাংশিংবু থৌনা হাপ্পীবা ওইনা মনা-মথুম য়েৎহোকপীগনি হায়বসিনি। হন্দক্তা মেরিট স্কোলারসিপ ফংদুনা ভারতকী অতোপ্পা ষ্টেটশিংদা শিক্ষা ফংলুরগদবা অঙাং অহুমখকসু য়াওরি। মখোয়গী মরক্তা চিত্রসেনসু য়াওরি।

ঐগীদি কয়াদা নুংঙাইজবনো হায়না খন্ন খন্ন খুৎ তুংবুন্নরদুনা স্কুল কম্পাউণ্ড শীন-থুংনা চৎলদুনা শীল লাঙলিবদু য়েংলি। চিত্রসেন চঙলক্নুনা করিগুম্বা খর হংলকই।

- ইমা... পুপুনা য়ুমদা ঙহাক্তং লাকপা য়ারোইদ্রা হায়না হংলকই।

ঐহাক ঙকচানৈ, মরম ইখঙ খঙদে। খুদাংদগী ঘড়ী হাইফেৎ য়েংলগা অমুক হায়রুই।

- হৌজিক্তি চিফ-গেষ্ট লাকপা মতম ওইশিল্লক্লে। য়ুম য়ৌবা কয়া নুংঙাইররোই। করিগীনি হায়বগে ?
- মী অমা লাকহৌই। ডাক্তরনি হায়, ইমাবু খঙনিংই হায়। মতম খর ঐখোয়গীদা লৈগে হায়।
- য়ারে, য়ারে পুপুনা থোকপা তৌজরনি। য়েংউ, সে... মসি ডাক্তরদুদা পীয়ু। ঐহাক হৌজিক চৎথোকপা মতম নত্রে শাওদনবা হায়য়ু।

হায়দুনা বেগতগী বার্তন অমা লৌথোক্নুনা সোই তৌরগা পীরুই। চিত্রসেন্না মদু লৌরগা খিত্তং নোক্লদনা হ[illegible]।

- ঐদি ইমানা ঐগী বাবাদি ডাক্তরনি হায়বদুদা বাবা হায়দু ওইরবোই

নীংলুরে... ।

ঐহাকসু নুংশিনা নোক্লদুনা খুমখি।

হোস্পিটালগীদমক গভর্নমেন্টনা থারকপা ওইরমগনি। চৎলো থেঙলে থুনা লাক্লবা হোৎনৌ। ঐদি চঙ্খবদি থোক্লকপা ঙমগদবা মান্দে।

বার্তন অদু পুরদুনা প্রপ-প্রপ চৎখ্রবদা খল্লকই ইতোমতা চৎখ্রিবা মাবু য়েংলদুনা করিগুম্বা চিত্রসেন্না ডাক্তর অমা ওইরবা মতমদা ঐনা কনাবু মাগী বাবানি হায়না পুথোক্লনি। মীনমলুরবা ঐতনা ঈরালগীদমক ব্রাজবা তাখি। চমম্লবা ব্রাখল অসিগী মরক থৎলদুনা খর নৌহৌননা য়েংলুরি। ইকুই কুহ্দে গাড়ি খর লাক্লুনা খামখিবগী খোঞ্জেল তারক্লুনা থোরকই। ওঝাশিংসু চিফ গেষ্ট লাকপগী ইরাঙ লাংনরমই। চিফ গেষ্টপু হরাও-তয়াম্না ওকচবগা লোয়ননা স্কুলগী ফঙ্কসনসু হৌরবনি। মথং-মথং অয়ুক্কী থৌরমদু লোইশিল্লে, প্রাইজনচিংবা য়েনবসু লোইরবদা রিফ্রেসমেন্ট খর খর লৌবীনবা হোৎনরে।

শিঞ্জ-লাংজবা পূম্বদু লোইশিল্লদুনা অঙাংশিংনা পাঙথোক্লদবা থৌরম কয়া পাঙথোকপা হৌরে। শৈরেং থিবা, ঈশৈ শকপা, ব্রারী মচা পাবা, মোনোলোগনচিংবা থৌরম কয়া লোইশিন্দুনা মরুওইনা থব্রায়না তানা তন্নীখিবা ঈশৈগী ড্রামা মচা অদুমতা ঙায়শিল্লক্লে। শেম শাদুনা লৈরবা হৈশিংলবা অঙাংশিংদুনা ড্রামাদু হৌরে। থম্মোয়দা ফাওরকপা ইথিল অমবু ড্রামা ওইনা পুথোকচরুবনি। ফিজং মরুমদা কোয়ন চেন্দুনা অশোয় অঙাম ঙাকচবা তাখি। ষ্টেজ মথক্তা পুরা থোকপদি য়াদবনিনা মচি মরুমদা লেপ্তুনা য়েংলি।

তেল্লবা ঈশৈ ড্রামা অদু লোইবগা য়াওরুবা অঙাংশিংদুনা মানা মানা শারুবা লৈ অমমম পায়দুনা অপুনবা নাচোম অমা শেম্বা লোইরদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না হরাওনা পীরম্বদু ঐসু তরাম্না ওকচরুই। থৌরম অদু লোইশিনখিবগা লোয়ননা তিল্লম্বা মীয়ামদু লোইনা হন্নখ্রে। ওঝাশিং অমদি মরুওইবা ছাত্র-ছাত্রি খর নত্তনা কনাসু লৈহৌদ্রে। লোইশিনবা য়াবা থবক কয়া লোইশিন্নবা হোৎনরে। থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা ব্রারী শাদুনা ব্রা-ব্রা নোক্লুনা ঙহাকসু পোত্থাদুনা লৈথোকই।

ইডুকেসন মিনিষ্টরনা পীবিরম্বা ভাষন অদু অমুক নৌনা নিংশিংনরুই। মতেক মতেক ওইনা অঙাংশিংনা উৎখিবা ময়ামদু

তম্মৈ। ওঝা পাঙ্থোইনা মোমোন নোক্লদুনা নিংঙমহৌদবা মতেক অমা ফোঙদোরকই।

- অঙাংশিংগী থৌরমদি ফজনা পাঙথোকখি হায়ববু ঐখোয় ওঝাগী অমখক্তং ৱাৎখিবসি থৱায় ইনুং নুংঙাইতে।

মাগী ৱাদু তারগা ওজা মৈনোনা অমুক মখা তারকই।

- হোয়নে! ঐখোয়গী ওঝাগী ঈশৈদু অমতং তাহৌফম থোকপনি।

মখোয়গী ৱাদু তারগা ঐনা মোমোন নোক্লা খুমই।

- ঐসু ঐগী প্রোগ্রাম অমদি ঙাইদুনা লৈজৈদা অদুদা এনাউন্সরনা ইপন পনবীরক্তবদুদা নিংদোল পোমজরল্লিবনিনে।

ঐগী ৱাদু তাবদা ঙসাইমখৈ এনাউন্স তৌবীরম্বী ওজা শৈলানা ময়াম্বু য়েংদুনা হায়রকই।

- ঐবুদি ওঝাগী প্রোগ্রামদুদা হাপচিনগে খঞ্জবনি অদুদা সেকেণ্ড তৌবীনবা য়াম্মনখিবনা ঙাইবা ৱারদ্রা খঞ্জদুনা হ... হ...।

পাঙ্থোইনা অমুক ৱা লোইশিল্লকই।

- ঐখোয়গী ওঝাগী ঈশৈবুদি ইতৎ-তত্তনা তাবা ফংলনিদা হন্দক অঙাং থিনবা চৎপদা ঈশৈ খর রেকোর্ডিং তৌরককনি - রেকোর্ড অমমম লৈবীরবসু ওঝাগীদি নুংঙাইজবনি।
- ওঝাগী অঙাংদুবু থিন্দ্রবসু মখোয়গী টুপ অমা শেম্বদুদা... ।

ঐনা খুমখি।

- মদুদা ওইনা থাবসু থোইনা কায়বদি লৈতে অদুদা অঙাংসিনা খর খুদোং চানবা অমদি থবক খরসু লৈবদুদা থা মখায় অমা করিমদি ছুটি লৌজবা তারি।
- ওঝানা চেকশিঞ্জবগী মতিক অঙাংসু য়াম্না ফৈ। চিত্রসেনদি অফবা অঙাংনি, তুংদসু অচৌবা মীওই ওইরকপগী থাজবা ঐঙোন্দসু লৈ।
- মরায়বক খর থীবদুদা য়াম্নদি ফহন্নিংই। হৌজিকফাওবদি ঐসু থাজরি। তুংদ লাক্কদবদি তম্বা ঙমদে।

ওঝা ময়ামদু পুন্দুনা অমুকসু হায়রকই।

- ওঝাগী অঙাংদুমদি থোইদোক হেন্দোকপা গুন অমসু লৈবনি। মাগী মশাদা অকি অখঙগী ৱাসিমা য়াম্না লাপ্পা লৈ। কিথি কিরুম্বা অঙাংসু নত্তে।

ৱারী মতেক-মতেক শান্নরিঙৈদা নুমিদাংৱাইরম ওইশিল্লক্লে। ওঝা ময়ামসু কায়ননবা হায়নদুনা কায়নরে। পাম্ভোইগা ঐখোয় অনিসু ৱারী শাদুনা য়ুম পাংলকই।

- পাম্ভোই, ঙসিদি অনৌবা ডাক্তর অমা লাকপগী পাউসু তাই। ইপানা থোকপা শীনবদি লোইরল্লগনি। অদুবু ঐখোয়নসু অমুক য়েংশিল্লুবা তারি।
- য়ুমদা লৈগনি হায়ব্রা ?
- উম, সেন্নদি অদুম্না হায়, তান চারবদি ঙসিগী ফঙ্কসন্দুদা ডাক্তরসু লাক্লস্বা য়াই। সেন্দা, ঙসাই ইনভিটেসন কার্ড অমা পীখিবনি।
- অদুদি ঙসাই সেনগা লাকমিন্নবদু ওইবতাই। ঐঙেন্দা চৎলল্লগে হায়রল্লগা সেনগা ৱারী শা-শাদুনা চৎখি।
- ওইরমগনি, অদুননি সেন্না ঙসি ঐবু ঙাইরমদ্রিবা।
- মখোয়দি কুইরে চৎখিবা, য়ুমদা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরল্লগনি।

লেপ্তুনা অসুম লাকপনি। লম্বীদা ইপা খুল্লাকপা থেংনদুনা কৌনৈ।

- ইচাশা, ইপা নখোয়বু ঙাইবা ঙমদদুনা লাক্লে। ডাক্তরসু ঐখোয়দা মতম খর লৈবা তারে। নখোয়সু ডাক্তরগী সেবা ফজনা তৌরমউ। দুকান ফাওবদা চৎলুখিগে।
- ফনি ইপা।
- চান থক্লবদু খর ফজনা শেম শাও, নখোয় অনিনা য়েংদুনা শিল্লো ইপা চৎলুখিগে।

হায়রল্লগা ইপাদু চৎখ্রে। পাম্ভোইগা ঐখোয়সু য়ুম তম্না লাকপনা য়ৌশিল্লক্লবদা কা মনুংদা ৱারী শাবদু তারকই।

- নখোয়গী পুপুসি য়াম্না ফৈ। ঐদি অমুক্তসু য়ৌরক্তবা মফমগা ওইবসিদা য়াম্না ৱারব্বনি। নখোয়গী পুপুগী ৱা তাবদগীদি করিসু ৱাদ্রে।

মমাঙদা তত্তনা তাখ্রবা খোঞ্জেন্দুগী পুক্লিংদা পীরক্লিবা ইহুল অদুনা ঐহাকপুসু কা অদুদা ইনশিল্লি। ইতিহাসকী লমায় খরবুদি ফাক্তোক্লরি। ঐহাক তুমিন্না চঙলক্তুনা থংনবা কাদুদা ফমথদুনা ৱারীদু মুন্না তারুই। পাম্ভোইদি প্রপ-প্রপ চঙখিদুনা ডাক্তর অদুবু তরাম্না কৌকরি।

- ডাক্তর... । য়াম্না ৱানা ঙাইবীরম্লে।
- য়াম্না নুংঙাইজরে... অঙাংসিগা ৱারী শান্নজরল্লিবনি।

---

- ইপাসু উন্নবীরবনিনা হৌজিক্তি অপাম্বা খুদিংমক তাকপিবা কায়দে।
- থোইদোকপা অবাংপা লৈজদ্রে ইপা খুল্লাকপনা নিংথীনা শীনবীরে।
- সেন ডাক্তরগা ব্রারী শারমউ ঐহাক চা শেন্নুগে।

হায়রন্নগা পাম্বোইসু চঙখি। ঐহাক ডাক্তর অমদি সেনগী ব্রারীদু তাদুনা লৈ। সেন্না ডাক্তরদা তাকখি।

ডাক্তর হৌজিক্কীদুনি ঐনা ওঝা পাম্বোই হায়বদো - ইমাগা য়াম্না লুনা তিন্নে।

- ওজা পাম্বোই হায়বা! মাসু য়াম্না ফৈ হায়না খল্লি।
- য়াম্না ফৈ, মানা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। ঐবু মখোয়গী জগোই তম্বী।
- নঙবু জগোয় হৈবরা ?
- হৈ, য়াম্নদি হৈতে।
- ঈশৈদি হৈত্রা ?
- ঈশৈসু ইমানা তম্বী। খর খর শকপা ঙমই। ঐখোয় ইমাদি ঈশৈ য়াম্না শকই। তুঃ মাগী বীনা, ঐসু খোংবা হৈ।
- ঐদি ঈশৈ য়াম্না তানিংই। নহাক ঈশৈ অমা শকউদনা।
  ঐদি হৈতে, হোরেল ইমাদা শকউ হায়গে।
- হুম... হ... হ... নখোয় ইমানবু য়ারকদ্রনে ?
- য়ারক্কনি, ইমাদি ঐনা হায়বা হেক্তা য়াই। য়াদ্রবদি ঐদি লাইরিক হেক্তা পাদে। লাইরিকপু পারবদি মাদি ঐবু লুনা তৌই।
- অদু ঐনা তাগনি হায়রবদি য়ারক্লোইদা। কোন্না হায়য়ু।
- ঙসাইগী ঈশৈ ড্রামাদো ইমানা তম্বীবনি। হন্দক ইমাগী ঈশৈ খর রেকোর্ড লৌগনি। ডাক্তরগীসু অমা পীয়ু হায়গে।
- হোয়নে, হোয়নে, হায়য়ুনে। পীরোই হায়রক্লবদি ?
- ঐহাক দিল্লিদকা অমত্তা লৈহৌরোই হায়গনি।
- করিগী ! নহাক্না ঙসাই ডাক্তর ওইরগা বাবা উন্ননি হায়বদুদি ?
- বাবাবুদি উননি। নহাক বাবাবু খঙব্রা ?
- খঙদে, করি মমিং কৌবগে ?
- ঐসু খঙদে, ইমাদা হংলুগে।

থংনবা মিকুপ্তা সেন চঙলক্কুনা হংলকই। ঐহাক কাদুদগী ব্রাংমা লানবা নংহৌদে।

- ইমা... বাবাগী মমিং করি কৌবগে ?

ঐহাক পাউখুমদু পীবা ঙমদনা লুরক্লা লৈ। খঙহৌদবা মিকুপ অদুদা তনিক্লকই থম্মোয়সে। থৌশাদবা ইতৌদুদা শাওনিংলবা সেন্না অমুকসু হংলকই।

- ইমা... হায়রোসে, বাবাগী মিংদো।

ঐহাক অমুক হেন্না তৌফম খঙলক্রে, সেনবু য়েংদুনা লৈরে। ঐগী পাউখুমদু ঙাইবদা লাঙতক্লরবা মহাক্লা মখা অমুকসু তারক্লে।

- ইমা... সে, হায়রো... ডাক্তর... কনা হায়বনো ?

মখা তাবা ঙমখিদরে। চীনবান থক-খা চিক্তুনা খাঙলে অসুক কুইবদি মীনম্লকপনি ঙসিসু করম্না মীনমসিবা হায়না খনবা হৌরক্লে। খনবা মখৈ খল্লুরগা ইখন খন্দবা শাদুনা হায়দোকখি।

- ডাক্তর... ডাক্তর... লৈতোন্দা লৈরে। নিংশিংলগা হায়রগে।

সেন্দু করিগুম্বা খরদি খনবা মাল্লি। করিসু হায়রমদনা থোকখি। ঐহাক ওমখৎলম্বা হুমাংশিংদু খিত্তং হন্দোকচদুনা অদুম্মক ফমদুনা লৈ। পাম্ফোইনা চা পুশিন্দুনা চঙখি।

- ডাক্তর, চা থকশি।
- য়াম্না নুংঙাইজরে।

পম্বা লৈতনা পাম্ফোইসু থোকখি। সেন্না ডাক্তরদা অমুক হায়খি।

- ডাক্তর বাবাগী মমিং কাওরে হায়। হোরেল অমুক হংগে।
- হংলুরনু তোক্লো। নহাক্লা ডাক্তর ওইরবা মতমদা শোয়দনা খঙলনি। চিত্রসেন নখোয় ইমাসে মপুকচেল য়াম্না চেৎপা মাল্লি। অদুনবু ঙসি ফাওবা বাবাগী মিং পম্লোক্তবনি। মাগীসু অনীংবা অমা লৈরমগনি। নহাক মতুংদা অমুক হংলুরগনুকো।
- উম, ডাক্তর, ঐখোয় ইমাসে মতা অমনি। মাদি থাবু উরগা ইমুংদা চঙশি য়াদে। লৈবাক্লেনা শাৎপা উরগা তুমিন তুমিন নোকই। চীংমায়দা লাম্মৈ চাকপা য়েংলগা হিক হিক কপই।
- মপুক্লিং নুংশিরক্তুনা কপ্লিবনি। হয়েংবাইনে নহাক্লা ডাক্তর ওইরগা ফরক্কনি। নুমিৎ তারক্লে ঐখোয়সু অশ্বাইফাওবদং কোইরুসিদনা।
- উম কোইরুসি...।

হায়নদুনা মখোয় অনি থোকখিবদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

---

মতম কুইনা তারুদ্রবা মহাক্কী খোঞ্জেল তাবদা তনিক তনিক খাঙজখি থম্মোয়না। কুমজা কয়া উবা ফংলুদ্রবা মাবু উরুবা মিকুপ্তুমদি নুংঙাইবগী নোংলৈ অমনা স্বর্গ য়ৌনা পুখৎপীবগুম মরাঙ হৌখি থম্মোয়সে।

অদুবু তপথখো, তয়াং তশোয়নখিনি পঙলবা থম্মোয় নহাকপু। লৌনম নমথাক ওইদবা চিরোলগী ৱাংমদা থমখো নহাক্কী অপাম্বা নুংশিবা। পুন্সিগী অহোংবা খোঙথাং অমা থাংদোকখিদুনা লমলানখ্রবা মতমদুদা নোকউ মোমোন নুংঙাইবগী মীনোক। চৎখ্রগদবা মাবু অমুক খান্নুরগনু খল্লু মাগী য়াইফবতা। নঙগী থম্মোয় তাবুনুংদা লোৎশিল্লু মাবু নুংশিবা হুঙল্লরোই হূরানবনা চাক্লরোই চীংজাও লাম্মৈনসু পুখ্ররোই তুরেলগী ইরৈনসু লেঙদনা লৈনি নকাদা হুমদোক্লোই আরবকী নোংলৈনসু।

থাংদোকখ্রবা মাগী খোঙথাংদুনা য়ৌরুরবসু স্বর্গগী কোনুংদা তারুরবসু পাক্লবা ঈয়ায়দা তুংইল্লু তুমিন্না অৱা-নুংঙাই অনিদা।

মিকুপ খুদিংগী খামজিঞ্জরি পঙলবা পুক্লিংবু, ঐহাক নৌনা লাক্লিবা ডাক্তর অসিগী মরমদা মখা তানা হংবসু ঙমগদবা লৈতে। অদুগা অতিথি সেবানি হায়দুনা ঐহাক ঈশিং গ্লাস অমা ফাওবা ইখুৎশিনা পীরুবা য়াদবা মতাংসু ওইরে। ডাক্তরগী মফমদগী ঐহাক লোত্তুনা লৈবা তারক্লবা মতাংনি।

অদুম্না লোত্তুনা লৈবদুসু তশেংনা ৱারক্লে। অদুবু লাক্লিবা তাং ৫ সি ফাওবদি ৱারবসু ৱানা লোৎলগে হায়না খল্লি।

ঙসিসু খল্লি ঐদি ঐহাক কনাগী মফমদসু লাল্লোই হায়না। করম্বা মিকুপ্তা কনাগী মফমদা লানখিবা নিংশিংলুবা লৈতে। অনুতাপনা চাক্লবা হকচাংগুম্না পুন্সি লৈরাং খুইথরক্লবরা হায়না চিংনরক্লে। ৱাখন্না লাম্বদা ফঙঙমদ্রবা ৱাফম কয়া পুথোক্তুনা ফম্বদু ফনসু কুইরে। ইনাক্তা কনাসু চঙলক্তুনা ঐগী মিৎয়েংদু থুগায়রদ্রে। ঙহাক লৈরগদি চিত্রসেন চঙলক্লগা হায়রকই।

- ইমা ডাক্তর হল্লক্ত্রিবরা ?
- হল্লক্ত্রি,...।
- ইমা, ঐহাক ইম্ফালদা চৎলুগে। ডাক্তরনা পুবিনি হায়! চৎলুগেকো ইমা !
- কৈদৌঙৈনো কয়া কুইনা লৈরক্কনি হায়গে ?

- হয়েং চৎলগা... মসেম লাক্কে, নহানমুক ইম্ফালদা চৎপদো য়াম্না নুংঙাই। বজারদসু পুবিনি হায় য়াম্না নুংঙাইদৌ মাল্লি। ঐদি চৎনিংই চৎলুগেকো ।

ব্রাখল ঙহাক্তং খল্লগা তপ্না খুমখি ঐনা।

- উম,... চৎলু। ডাক্তরদু লুহোংগদবা কুইদ্রবনি, মখোয়গী ইমুংদু খরদি লাঙলমগনি, নহাকপু হৈনগদ্রা ?
- ই... ডাক্তরনদি ঐঙোন্দা হায়দেনা।
- নঙোন্দদি করিগী হায়গদৌরিবনো? মীনা লুহোংলগা।
- ডাক্তরনা,ঐসে মহাক্কী লিটল ফ্রেন্নি য়াম্না লুনা তিন্নসি হায়রগা - ইমা ডাক্তরসিবু মচীন থীবা মীরা...?
- নত্তে, ডাক্তরদি ওইদবা ব্রা ঙাংদবনি। নহাকসু হয়েংব্রাই ঙাংলোইদবনি। ডাক্তরসে য়াম্না ফবা মীনি। নহাক মানা হায়বা ইনগদবনি।
- অদুবুদি ইনগনি। মানা ঐঙোন্দা মানা ছাত্র ওইরিঙৈগী ব্রারী য়াম্না লীবী। মীরৈনশঙদা মী লেনবগী ব্রারীদো তাবদা ঐদি মী হেক্তা লেন্নিংলকই।
- হ... হ... নহাকসু ডাক্তর তম্লগা লেঞ্জরক্কনি। সেন, নহাক্না ডাক্তরখোয়গী য়ুম হেক য়ৌবগা মখোয়গী মখা থংবদা লৈবা ইঙ্খোং দুদা ইনা কুপ্লা তুগদৌরবা য়ুম অমা লৈবরা য়েংউ, করিগুম্বা লৈবা উদ্রবদি ডাক্তরগী ইমাদুদা কদায়দা চৎখ্রবগে হায়না হংউ। অদুগা য়ুম অদুগী মমাঙ থংবদা থাবল্লে য়াম্না হৌবনি ডাক্তরদা চারা ফুকপীয়ু হায়য়ু স্কুল কম্পাউন্দা থাসি।
- হোয় হায়গে।
- অদুগা, সে, পৈশাশিনা ঙমোক খর লৈদুনা পুশিল্লু অদুগা শেগায়রবা য়ুমদুদা পচু কৌবা হুই অমা লৈরমগনি, মঙোন্দা পীজৌ। ঐনা লুপা খর পীবদু লৌরদুনা খুল্লকই।
- হোয় অহাওবা ঙাক্তা লৈবীগে।

অসুম্না ব্রারী শান্নরিঙৈদা ডাক্তরদু চঙখিবগী খোঞ্জেল তারকই। সেনসু থোকখিদুনা মতুং ইন্নখি। সেন্না য়াম্না হরাওনা ডাক্তরদা হায়বদু তারকই।

- ডাক্তর হয়েং চৎপদো ইমানা য়ারে। য়াম্না ঙন্না চৎশিকে।
- অফিসকী গাড়ীদা চৎকদবনি য়াম্না ঙন্না লাক্কনি। নখোয় ইমানবু তশেংনা য়ারব্রনে ? ঐদি হয়েং চৎলমদাইদা অমুক য়ারক্কদবা মান্দে।
- তশেংনা য়ারবনি। তোঃ... হৌজিক্তা পৈশাসু পীরকইবনি থাজদ্রা ?
- এ... কবিগী পৈশা ?
- ঙমোক লৈনবা।
- কনাগী? ... নঙগী ঙমোক্তি ঐনা লৈবিনি। ঐগীসু তোঃ ঙসি তলব ফংলবনি। ইমাদা অমুক পীরুরো নঙগীদো।
- ঐগী ঙমোক লৈনবা নত্তেয়ে মসিদি।
- কনাগী ঙমোক লৈগদৌরিবা? ঐখোয়গীদি অঙাংসু কনামতা লৈতনা ?
- পচুগী লৈদোইনি।

হন্দক্তি ডাক্তরদো ৱা মখা তারকপা তাদ্রে। ঙহাক লৈরগা সেন্না অমুকসু হায়রকই।

- ডাক্তরগী তলবকী পৈশাদুদি লুহোংবগী থমজিল্লো। ইমাদা মসি অমুক পীরুরবদি চৈরক্কনি।

হন্দক্তি শোল্লাংননা হংখিবদু ময়েক শেংফাত্রবসু তাবদি অদুম্মক তাই।

- চিত্রসেন, নখোয় ইমাদো ঐহাক অমুক্তংদি উন্ননিংই। নহাক নখোয় ইমাবু অমুক্তং উনহনবা ঙম্লোইদ্রা ?
- ঙমদৌ মান্দে ডাক্তর, বাবাদো লাক্লিবমখৈ ডাক্তর অমত্তা উনবা য়াদে হায়য়ে।
- করি, ডাক্তর অমত্তা উনবা য়াদে হায়বা।
- উম, বাবা লাক্রবদি য়াদৌ মান্দে, করি হায়দোইনো ঐহাক হায়বীগে।
- হুম, করিসু হায়রোই মশক খঙনিংবগী ৱাতনি।
- বাবা লাক্লগা খঙউ। ঐসু অসুক কুইবসে বাবা লাকপা ঙাইরিবনি।
- হৌজিকমক খঙনিংবগী ৱানি। মদু ... দি ঐহাক নীংঙমদবা অমনা সুম পুদুনা চৎখিবা তারে।

- ডাক্তরদি অফিসতগী থেঙনা থেঙনা লাকই। অদুনা ইমাবু উদবনি। ইমাদি ডাক্তরগী থবকসু য়াম্না তৌবী, ফি-রোলসু ইমানা শুবনি খোবীনা নত্তে।
- চিত্রসেন, নখোয় ইমাদা ঐবু শক খঙব্রা হায়না অমুক্তা হংলুচো।
- হংদ্রবসু য়ানি, খঙবনি, অসুক কুইনা লৈরবসিবু...।
- ফরে ঐহাক ব্রা মখা তাররোই। নখোয়গী ইমাগী পুকচেল অসিদি নুপা ওইনা পোক্লবা মপোক অসিনসু ফংবা ঙম্লরোই।
- য়াম্না ফত্তে হায়রিবরা ?
- নত্তে, মাবুদি ঐনা থাগত্তুনা লৈরগদবনি। য়াম্না ফৈদা -। অদো হয়েংসি য়াম্না ঙন্না হৌগৎসিকো খরা ঙন্না য়ৌরক্নবা।
- উম, ইমাদা ঙন্না হৌদোরকউ হায়গে।
- হায়য়ু, হায়য়ু ! অদুগা ঙসিদি ঐগী চাক হাপ্লুরনু হায়য়ু, ঐহাক ঙসিদি চাক্কা অমত্তা চাররোই।
- করিগীনো হায়না হংলক্লবদি করি হায়না খুম্মুগে ?
- চাররোইদমক হায়য়ু।
- অদুদি ঐসু চাররোই।
- নহাকপুদি চাদবা য়াদে। চানিংদ্রবসু খর চাশিল্লু হয়েং ব্রাগনি।
- তল্লি, ডাক্তর য়াওদ্রবদি ঐসু চাররোই।
- হায় মদু য়াদে, নঙদি চাও।
- ইমানা চৈনি, ইবান্নি চামিন্নসি। নহানমুকসু য়াম্না চৈ।
- মীনা চানিংদদুনা চাজদববু করিগী চৈরিবা ?
- ডাক্তর, ঐখোয় 'মানা হায়বদি চরা হেনবা ফত্তে হায়। ডাক্তরদি অতিথীনি হায় লৈতবসু নত্তনা করিগী চরা হেন্দোইনো ঐগা চামিন্নৌ হায়।
- হ... হ... ঙসিদি ঐ তশেংনা চাজররোই হায়য়ু।
- ডাক্তর নহাক্না ঐবু লিটল ফ্রেন্নি হায়বদাই।
- মানি, কনানা নত্তে হায়রবগে ?
- অদুদি হোরেল চাক চামিন্নসিকো।

হন্দক্তি ডাক্তরদু উপাই লৈত্রমাল্লে। থুনমক হায়রকই।

- চিত্রসেন ঐহাক মায়থীরে নহাক্কী নফমদা -

নহাক্তি তুংগী অফবা মী অমা শোয়দনা ওইগদবা অঙাংনি। নহাক্কী ইমানা নহাকপু কয়াদা ফজনা শেল্লিবনো হায়বদো ঐহাক কল্লক্তবা ঙমদে।

- ডাক্তর ইমানা ঐহাক্না ডাক্তর ওইরকপা অদুতা ঙাইহিবনি হায়। ঐদি ডাক্তর শোয়দনা ওইগনি। ইমাদি অচৌবা মী ওইবদি পাল্লমলোইয়ে।
- হোয়নে, নহাক্না ডাক্তর ওইরবসু অচৌবা ডাক্তর শোয়দনা ওইগনি হায়বনি।
- ডাক্তর, ঐহাক লাইহিরিক পাথোক্লুখিগে। অমুক লাক্কে অদুগা ঙরাংগী শরূ পোল্লাংগী ব্নরীদো লোইশিনবীয়ুকো।

মখোয়গী ব্নরীদু তারুরগা নুংঙাইবা পোকই পুক্লিংদা। ডাক্তরদুনা সেনবু নুংশিবদু খঙলুরগা তুংগী আশা কয়াসু তৌরুদবা নত্তে।

নুমিৎনা চীংয়া পক্লকপা মতমদা ইম্ফাল চৎলুবা মখোয় থুংলখি অমুক য়ুমদা। য়ুম হেক য়ৌবগা ইরু-মাইথবা লোইরদুনা ফমুংদা ঙহাক হিপ্লদুনা সেন্না করিগুম্বা খর নিংশিংবগুম তৌরি। ঐহাকসু চাদু পুশিন্দুনা চঙলুই।

- সেন, ডাক্তরগী চাসি নহাক খর পীরুরো ?

সেন্না হৌগত্তুনা পীরুরগা থুনা হল্লকতুনা চা থক্ল-থক্লা হংলকই।
- ইমা ডাক্তরখোয়গী য়ুমদো করম হায় খঙইনো ?
- মখোয়গী মনাক্তা ইমান্নবী লৈয়ে। ঐনা হায়বদু লৈহৌবরা ?
- লৈহৌই, ইশেৎ শেগায়রদনা তেকতৌ খিত্তা ঙায়রজাৎনি। ঐনা চঙশিল্লগা নোমদুনা থুদেক্কে তৌবদনে ডাক্তরনা চৈরকইবা!
- করি হায়না ?
- মপু লাক্লগা শাওনি, য়ুমদুদা মহাকসু ঙহাক-ঙহাক পোত্থারিবনি 'কা হায়, ইমা... ! ঐদি ঙরাং শিরমগদবা খিত্ত ঙাই।

ঐহাক শ্বাই লাওনা হায়দোকখি।
- তুমিন লৈয়ু হায়হৈদে।
- অশেংবনি, ঐনা শিরম্লবদি ইমা নহাক কপ্পুনতা লৈরমগনিকো ?
- মসি অঙাংসে কৈদৌরুরিবনো ?
- ইমাননে থাবল্লে চারা ফুক্লকউ হায়বদো ফুকপা চঙবদা ঐদি উদদনা লিল অচৌবা অমা নেৎলুরে... ঐত্তান্দা য়েৎশিন্দুনা চিক্কদবগী তৌবদা ঐনা কিদুনা লাওবদা পচুনা চেনশিল্লক্তুনা লিন্দু চিকথত্তুনা

হাত্তোকইবা। ঐনা ঙমোক পীজবদুদা মশক খঙদনা তৌরিনিকো।

মাগী ৱাদু তাবদা ইপা-পাখৎলম্বা থম্মোয়সে নেমথরকপদা পচুবু নিংশিংদুনা কপ্লুই অমুকস্সু। ঐনা কপ্পদু উরগা সেন্না থেল্লকই।

- ইমা হৌজিক্তি ঐহাক হিংলবসিদি করিগী কপ্লিবনো? সে, ইম্ফালগী ৱারী শাসি হায়বা। ডাক্তরগী ইমাদো ঐবু যাম্না লুনা তৌই। ইতৎ তত্তনা লাকউকা হায়রকই।
- মখোয় লোয়না নুংঙাইনা লৈহৌরিদনা।
- উম লৈহৌই। মখোয়গীদি ইনাকস্সু যাম্না খুল্লি।
- লুহোংবগীদি ইৱাঙ লাঙহৌদ্রো ?
- অদুদি খর ৱাৎলিমাল্লে, করিসু হায়নহৌদে।
- ফাইরেনগী তরানি পানবদনি ঙসি কয়ানি ৱাৎলিবনো খঙদে।

হায়দুনা চঙশন্দুনা মোন ময়াদগী ডাইরিদু ফাক্তুনা য়েংলুবদা নুমিৎ কুননিথোইনি ৱাৎলমই। ঐহাক দিল্লিদগী লুহোংবা অদু নংনবা হল্লক্কে খন্দুনা তুমিন্না লৈরে।

দিল্লিগীদমক খোঙশানগদবা নুমিৎ অদু নকশিল্লক্লবদসু ঐহাক ডাক্তরবু উন্নরগে হায়না খনখিদ্রে। অহিং হৌদুনা থৌরকপা গাড়ীদু অয়ুক্কী পুং তরেৎ তারকপদা ইম্ফাল এয়ার পোর্ট য়ৌরে। ৱাইটিং রুমদা ঐখোয় ঙহাক্তং ফমদুনা পোথাদুনা লৈ। ইপা খুল্লাকপনা অশির্ব্বাদকা লোয়ননা মতম খরগী বীদায় তৌরকপদু নৌহৌননা নিংশিংলকই। চিত্রসেন্না মিঠাই য়োল্লিবদু উরগা হায়রকই।

- ইমা মিঠাই খর লৈবীয়ু।

খঙহৌদনা হৌখ্রবা থৌদোক অমা নিংশিংলকই। ঐগীসু এয়ার পোর্টকী ৱারী অমা লৈখি। মফমসিগী মিঠাইগী অথুম্বা মহাও মতম অমদা ঐসু তংখিবনি। নিংশিংলুরগা মিকুপ অসিদা মিঠাইগী অহাওবা শরুক অমুক হাপখিবগুম তৌই। মিঠাই লৈনবা পৈশাদু লৌথোকপা হোৎনরিঙৈদা
- মিঠাইনা চোল্লবা খুৎ অমা থিংজিল্লক্তুনা হায়রকই

- চিত্রসেন মিঠাই চাও !

ঐহাক্না য়েংখৎলকপদা মিৎচানখি। কুইনা মিৎচানবা ঙমজদ্রবা ঐগী মিৎ অনিমক্তি লৈমায়দা য়েংদুনা খাংজখি। চিত্রসেন্না মিঠাইশিংদু ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লগা অমনা ফাক্তোক্তুনা চাননবা লাক্লরি। ঙসাইমখৈ

তুমিন্না য়েংলম্বা নুপাদুনা হায়রকই।

- দে দে,....।

ঐহাক পাউখুমদি পীরুবা ঙমদনা তুমিন্না অদুম্মক ফমদুনা লৈখি। সেন্না ডাক্তরবু য়েংদুনা হায়খি।

- ডাক্তর ইমাদি "মেডাম" কৌবনি।

- মেদাম... দেদে অমত্তা ওইরে চিত্রসেন। করিগীনো চিত্রসেন নহাক্না চৎলমদাইদা ঐবু তাক্লমদ্রিবদি।

সেন্না মমিৎ ইরাও লাওনা ঐঙোন্দা শাওনা য়েংলদুনা হায়রকই।

- ঐহাক ফি-রোল শেৎলগা লাক্লমই। থোঙজিন্দা ইমানা ফারিবা? ইমাগা ডাক্তরগা উনবা যাদ্রি হায়না খাল্লিবা।

ঐহাক ব্রা মচেৎ অমাফাওবা ঙাংথোক্লবা পাঙ্গল লৈতনা তুমিন্না অদুম্মক ফমই। ডাক্তরনা য়াম্না নীংঙমদনা হায়রকই।

- দেদে, নহাক্কী থম্মোয়সে নূংদগীসু হেন্না কল্লি। অসুক কুইবা অসি নহাক্না ঐহাকপু কয়াদা ব্রাহল্লিবা। নহাক্কী নফমদা ব্রাহৈ অমা ফাওবা হায়জবা ঙম্লরোইদবা ঐহাকপু কয়াদা লাক্লবিরিবা নহাক কনানো হায়বত খঙজনবা হোৎনজবা কয়াসু নহাক্কী "ডাক্তর অমত্তা উনবা যাদে" হায়বা য়াল্লবা থোঞ্জেল অদুনা ননাক্তগী লাপ্পা হেক হেক তাহ্নোকপীখিবা। দেদে, নহাক কাউরব্রা হৌখ্রবা ব্রারী কয়াদো।

খাম্বা যাদনা তারক্লদবগী ঙাইদুনা লৈরিবা পিরাংশিংদু তুমিন্না খাংজিন্দুনা, চীনবনা চীক্তুনা থওইদবা শাদুনা খুমখি তপ্পা।

- থায়না মঙখিবা মঙদুদা হৌজিক অমুক মঙলাক্লরুবগী করি কান্নখিগনি। অদুগা ঐনা থম্মোয় কনবসু কন্দবা য়াদবা মতাংননি ব্রারৌবীনু।

- অদুবু ঈরাল অদুমদি খঙজবা য়ারোইদ্রা?

- লাল্লিবদি ঐতনি, ডাক্তরদি লান্দে।

- দেদে, ঐহাক খঙলে নহাক য়ুম্নাক শাগৈ হোংলবী অমনি হায়বা- ঐহাক্না নহাক্কী নফমদা য়েৎপা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈতে। অদুবু নহাক্না ঙসি ঐহাকপু য়েংলিবা মিৎয়েংদি মমাঙঙৈগা কা হেন্না খেন্নে।

- খেন্নফম থোকই। অদুবু মিৎয়েং অসিদি কনাগুম্বী মচা লৈরবী নুপী অমনা কনাগুম্বা লুহোংবগী বর ওইগদবগী ঙাইদুনা লৈরবা মঙোন্দা

য়েংগদবা অদুমক্নি।

- দেদে, থম্মোয় থেংনা কনশিনখ্রবা নহাক্না ঐবু অমুক নিংশিংবা ঙমদ্রমাল্লে। নহাক্না ঐহাকপু অদুম্না ইহ্নোকপগী মহুত্তা নবুং অমগুম্না খনবীবসু য়াবনি। ফরে, নহাক্কী ননীংনি ঐগীদি উপাই লৈতে। অদুবু নঙোন্দা করিগুম্বা খরদি হায়রমগে নহাক ঐহাকপু ব্বারৌগনু। নহাক্না পাম্বা ডাক্তরনি। ঙসিদি ঐহাক ডাক্তর অমদি ওইরে। মেডিকেল তম্নবা খোংশানবা নুমিৎ, মফম অসিমক্তদা ঐনা হায়রম্বা ব্বা নহাক্না অরেম্বা তাহনখ্রে। নুমিৎ অদুদা লুরবা মিৎলু অনিদুদগী শিহ্নখিবা পিরাংশিংদু ঙসিদি করিগী কংলল্লিবা। নহাক মাঙখ্রে তাবদা ঐনা ওইখিবা ফীভম পূম্নমক অরেম্বা - ঙসিসু পোষ্টিং ওইনা নহাকপু থিরকপনি। অদুবু কৈদৌনি পঙজমন্নি। নহাক্লসু ঐবু নুংশিরমখিনি খল্লুবনা লানবনি। নোংমগী থাবল থাবল লিশিং লাক্লবসু নহাক্না নিংশিংবীরুদে। নহাক্তনা ঙম্বনি কাওগনুকো।

ঐহাক অসুম তাদুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রে। নোংমতা কাওগে ঙমদ্রবা ব্বারী কয়াদু নিংশিংলগা কপচবা নত্তনা উপাই লৈত্রবীনি। অদুবু ঐগী পিরাংদু উখিদনবা ঙম্বমখৈ হোৎনজদুনা হায়দোকখি।

- ওকচরে মখা তাবিরগনু ডাক্তর। অঙাং অসিগী য়েংদুনা ঐবু ঙাকপিয়ু। লাইবক ফবী মহাক অদুবু লুনা তৌবীয়ু। লমলাল্লবী ঐগীদমক ব্বাখল লিশাং থাবিদুনা মতম অমুক মাঙহনবীগনু। ডাক্তরগী শিংঙমদ্রবা নুংশি লমন্দি মপোক অসিমগী অসুম্মক তোনবা তারমাল্লে ব্বারৌবীগনুকো।

- দেদে, লাল্লিবদি ঐনি, ঐনা কনাবুসু ব্বারৌবা লৈতে। নহাক্কী মতম খর মাঙহল্লে মদুগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু। চঙলো, চঙলো... কোল তৌরে। নহাক্কী জরনিসু নুংঙাইবা অমা ওইসনু।

সেন্না ডাক্তরদা মখুৎ হাইরদুনা বাই-বাই তৌরম্লগা কায়নরে। মথং-মথং কাখৎনরকপা লোইরদুনা দিল্লি তম্না পাইরক্লে।



## তরাতরুকশুবা শরুক

থা মখায় অমদি হৌখিবা খঙহৌদ্রে। য়েংবা য়াবা মফম খরসু কোয়দুনা য়েংলুরে। লম কোয়বদা সেন্না কয়াদা নুংঙাইজগে হায়বদুদি ঐনা তম্বতনা ওইথোক্তবনি। ফুরা-দলান য়েংবদা লংনা ফজনা উহল্লি। মিৎ থক্ল ঙকহল্লি অদুবু অসিগুম্বা খুৎশেমগী ফজবনা ঐগী থম্মোয়বুদি জয় তৌবা ইঙম ঙমদে। অদুগা খুৎশেমগী ফজবা অদুতনা সেনগী মফমদদি মহৌশাগী ফজবদগী হেনবগুম্না তৌই। আগ্রাগী তাজমহলবু উরুবগা অমদি কুটব মিনারগী নিংথীবদু য়েংলুবগা মহাক্কী পূক্লিংদা শাগৎলিবা আশা অঙকপা ফংনা ৱাংবগুম তৌরি। থোৎলবা থম্মোযদু অসিগুম্বা খুৎশেমশিং অসিনা শুমহৎখিদুনা মহাক্কী পুন্সি মঙাল লোকপা ৱারদ্রা হায়না পুক্লিংদা চিংনবা ফাওরকই। অঙাং অমা ওইনা খঙনিংনা হংখিবা ৱাহং কয়াদুনা মপুক্লিংদা ফাওরকপা ইহুল খুদিংদুদি মিকুপ খুদিং ফোঙদোক্লি। ঙকপনা থেংলবা থম্মোয়দু কঙাওনখিদ্রা হায়না কিরুবনা ফাথনবা তত্তনা হোৎনরুই।

অফ-ফত্ত খনবা ঙমদ্রিবা নুপামচা অমা ওইরবসু চিত্রসেন হায়বা ইন্দবা অঙাংদি নত্তবনিনা তৌথোরকপা খুদিংমক্লা ঐবু শান্তি তত্তনা পিরকই। স্কুলদা ওঝাশিংনা মাবু লুনা তৌবা অমদি মমান্নবশিংনা তরামনা তৌবদুনা পুক্লিংগী শান্তিবু অমুক হেন্না চেৎশিলহল্লি।

নোংমা ঐগী ঈশৈ খর রেকোডিং তৌরুবদু পুরদুনা লাকপদা সেন্না হায়রকই।

- ইমা, ডাক্তরদা রেকোর্ড অমা পীযুকো। ঐনা নহান পীগনি

হায়দোকখ্রবনি, হেক য়ৌবগা পীয়ুকো।
- পীগে, নহাক্না পীবকপনি হায়গে।
- পুপুগা, ওঝাগা লৈহৌবদো নুংশিরকই। ইমা, পুপুগী ফি অমা লৈবীয়ু। নহানগী দুকান্দা লৈহৌবা শামতুগী অথাবদো অদুগুম্বকো।
- হোয়নে, লৈখিগে, ডাক্তরগীদি রেকোর্ড অদুনা লোইরব্রা ?
- মাগীদি লোইরে। ঐহাক য়াম্না ফজনা লাইরিক তমহৌরে হায়না তম্বীয়ু।
- হ... হ... নঙবু ওঝাশিংনা তাকপদু খঙবা ঙম্ব্রনে।
- হৌজিক্তি ঙমই, হয়েংব্রাইদি খঙদে। ইমানা তাকপীবা ময়ামদু লোইনা হংলকই।
- সেন, নহাক হিরম খুদিংমক্তা মাইথীদনবা হোৎনগদবনিকো। স্কুলদা ওঝাশিংনা মশক খঙনা লৈগদবনি। নমান্নবশিংনা মীরাইহল্লোইদবনি অমদি খৎন-চৈনরোইদবনি। লাল্লবশিংবু ঙাকপীগদবনি। ছাত্রগী নিয়ম ঙাক্না চৎকদবনি। নহাক্কী খুদোংচাদবা অমা হেক লৈবদা ওঝাদা মদু খঙহনগদবনি। খঙদবা অমা হংবদা কিম্বা অমদি ইকাইবা লৈরোইদবনি।
- হোয়! অদু ইমা বাবাদা চিঠি ইরকউ হায়খোকো। ঐহাক ডাক্তর ওইগদৌরে হায়না তম্মুকো। ঐনা ডাক্তর তম্বা লোইরগা তোংনবা কার অমা লৈবীয়ু হায়য়ু।
- কার অমা ! হোয়নে, লৈরগা লোইরেদনা ডাক্তর ওইদ্রবদি বাবাসু কারসু মাঙখি... ।

ব্রা লোইবা নংহৌদে মখুৎ মচাদুনা ঐগী চীন মেল্লগা হায়রকই।
- হায়হৈদে,... ঐদি ডাক্তর ওইগনি।

থিক থিক নোক্তুনা মখুত্তু লৌথোকখি। ঐহাক মাবু য়েংদুনা খিঙুং নোক্লগা মখা তাখি।
- হ... হ... ওইগনিদা... ওইগনিদা। ঐহাক হয়েংদি মণিপুর য়ৌরনি, নহাক করি হায়নিংলি নিংশিংলো।
- হয়েং... খরগা লৈখো ঙসিদি হায়নিংঙাই লৈত্রে হয়েং অমুক হায়নিংলকপা য়াই।
- ডাক্তরগী লুহোংবা হয়েংনি ঐহাক চত্তবা য়াদ্রে। স্কুলদগী ছুটিসু থা

মখায় অমতং লৌরকপনি, ছুটিগী মতমসু হেন্দোরক্নে।

- হোয় চৎলো, ইমা অদো বাবাদা কার অমা লৈবীয়ু হায়য়ুকো।
- হোয়নে, হোয়নে হায়গেনে।

মণিপুরগীদমক দিল্লি থাদোকপা নুমিৎ অদু ঐগী ইফমদদি অৱাবগী নুমিৎ ওইখি। চিত্রসেনবু মতম খরদি কায়নরনি হায়না খল্লুবদা মিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা পুক্লিংগী পেন্দবদু ফোঙদোক্লুরি। নৌরিবা মহাক্কী মফমদা নিংঙমদবগী ৱাবী অমতং ফোঙদোক্লুবা তারবদি ওইরক্কদবা মহাক্কী পুন্সি অদু মশক মচু থোক্লক্কনি হায়বসি খল্লুবা ঙমদে। চৎলমদাইগী মতমদুদা হায়দোক্লুগে খল্লুরবা ৱাফম কয়া চল্লবা মতৌদুদা হায়দোকপা ঙমদনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। কায়নরমদাই মিকুপ অদুদা নুংঙাইতবা মতৌদা ঐবু কোল্লদুনা হায়রকই।

- ইমা, ডাক্তরগী লুহোংবা ইমাদি কমাইনা চৎলুনি নংসু নংলরোই।
- নংগনিদা, ঐহাক ঙহাক্তং চঙলমগদবনি। লুহোংবদু য়াওবদি ঙম্লরোই। এয়ার পোর্ট হেক য়ৌবগা তেক্সি অমা ফারগা থিলহনগে, ঙহাক্তং চঙলম্লগা য়ুম য়ৌনবা অদুম চৎকনি। সে..., নহাক্কী অচাপোৎ ঙসাই কান্টিন্দগী লৈরকপনি। নাদ-য়েক্তনা লৈহৌরো হোৎনরুবা খুদিংমক মায় পাক্লা মহৈ য়াল্লকপা ওইসনু। মতম খুদিংমক্তা শেম্বীবা মপুবু কাওগনু।

চিত্রসেনগীদমক লৈরুবা শিংহার, খজুরনচিংবা খরদু পীরদুনা অমুক্তং নুংশিনা নানবীদুনা বীদায় লৌরুরি। অচাপোৎ ময়োমদু লৌদুনা ঐবু য়েংদুনা ফাক্তোক্লগা শিংহার অমা চাগদবগী পায়খৎলম্লগা করিনো অমা নিংশিংলকপগুম্না অমুক হাপচিন্দুনা ফজনা য়োমশিল্লগা তপ্না-তপ্না হায়দোরকই।

- ইমা... ! অচোপোৎসে ঐহাক চাররোই। ইমা ডাক্তরখোয়দা চৎকনি হায়বদায়, সে, ইমা পচুদা পিজরমউ। ইমা পচুদো ময়াঙ য়াম্না কংহৌরবনি।
- পচুগীদমক ঐনা অমুক লৈগনি। অদুদি নহাক্কীদমক লৈরকপনি নহাক চারো।

হায়দুনা পীরক্লিবা অচাপোত্তু লৌশিল্লুদে। থওইদবা ইতৌদুদা ইখুৎ পায়রদুনা শিন্নরকই।

- ইমানা ঐগীদমক লৈবিবনি। হৌজিক্তি ঐগী ওইরবনি। ঐনা অমুক পচুদা পীবনি, মসি হৌজিক্তি পচুগী ওইরবনি। সে, ইমা - পচু লৈরমদ্রবদি ঐহাক বাবা উদনা শিরমগদবনি। মানা ঐগী থৱায় কনবীখিবনি।

ঐহাক ৱা মখা তারুবা লৈতনা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। বেগতু হাংদোক্লুনা পায়রম্বা অচাপোৎতু লোইনা হাপচিনখিবদু খাম্বা ঙমখিদ্রে। মতৌ অদু য়েংলগা মিকুপ অমা ফাওবা থাদোকপা ঙমগদবা মানশিল্লক্তরে। ঈরা চেল্লবা মিৎস্না অনিদুনা ঐবু য়েংলগা মখুত্তু তপ্না-তপ্না হাইরদুনা কায়না বীদায় পীরক্লে। কায়না পিরাংতনা ঈচাওরক্লবা মিৎলু অনিবুদি তরাইনা খনবীরমদুনা মোমোন নোক্লা নোক্লা ওক্লুরি মাগী বীদায়। ফোঙঙমদবা ৱারীনা থল্লবা থম্মোয় অসি পুরদুনা ইম্ফাল পাংলক্লে।

ইম্ফাল এয়ার পোর্টতগী টেক্সি তোংদুনা লাকপদুন ৱাখলগী ঈরৈদা লুপখিবনা মফম-মরাং খঙহৌদ্রে। লম্মাংনরবা লমলানবগুম্না ৱাখল মঙলাক্লরুবদুনা মিকপ হেক থোক্লকপদা লাপ্তক্লা উরক্লে ঐগী মল্লবা য়ুমদো। ঐহাক ঙহাক্তংদি চঙলমগে খন্দুনা থোঙ্গাল মপা ওইরপ্না গাড়ী খামহন্দুনা পুশিনবা য়াবা পোৎ-চৈ খর পুরদুনা চঙলকই। খোঙথাং খুদিং তনিক তনিক কিন্না কিন্না থাংলকই। ঙাইহাক অদুদা নুংঙাইরবা লুহোংবা অদুগী বেলনা অরেপ্পা লৈতনা খোংলকপা ঈশৈনা নাকোং শিংজা য়ৈরকই। শকফম কায়দ্রবা বর-কন্যা অনিগী শক্তম্না ইমাঙদা ঙাল্লে খঞ্জদুনা মোমোন মিনোক ইহৌনখিবরা - লৈরম্বা ময়াম পূম্নমক্লা ঙকপা অমদি নুংঙাইবগা লোয়ননা ঐবু ওকপিরমই। ঐহাক লাক্লে তাবদা ইনেদো ইমুংদগী চেপ্পোরক্তুনা কৌরকই।

- মন্দি, ইবেম্মা... ! লাও, লাও, চঙলকউ। ওহ্রোক্লা থাজদনা উরেদকো ইমৌদি, অসুক কুইবা অসি নৱা-নপাউ তাদ্রবদা ইনেনা কয়াদা ৱাখিবা...।

মিৎলু অনিদগী শিঙ্গরক্লিবা পিরাংদু উরুরগা থম্মোয় পুবা ঙমখিদ্রে। হাঙলবা অতিয়াদা লৈচিল ওইনা পাইরম্বা নোংগী মপৈনা ঈরিক ওইনা তারকপগী মিকুপ্তু ঙাইদুনা লৈরম্বগুম্না অৱা লৈচিন থাংলম্বা থম্মোয় অতিয়াদগী থীংঙমদনা হৈথরক্লে নীংঙমদ পিরাং। বসন্ত ঋতুদা নৌনা চোংখৎলকপা য়েন্নীংবু কুমওন কুমদম্বদা য়াওরকপা লেন্না অহিং মতেক

অমদা অরেম্বদা মাঙহনবগুম্না নৌনা শেমগৎলদুনা মিতল্লক্লিবা পুন্সিবু অমুক হন্না নৈহৎলরি, নিংশিংবদা ৱারবা ৱারীশিংদুনা। হিক-হিক হায়বা মিকপ তাছাদা তপ্না-তপ্না চঙলক্কুনা ইনেবু খুরুমজদুনা ইমুং তম্না চঙলকই। মপুক্লিংগী পেন্দবা কয়াবু লোৎশিল্লদুনা ইনেনা হংলকই।

- ফরে ইমৌ লাকপসে, নঙগী দানি লুহোংবগীনি লাঙলিবসে। নহাকপু লুহোংবগী পাউ তাদুনা লাকপ্রা নত্রগা চুম্না লাকপ্রা ?
- ঐহাক লুহোংবগী পাউসি তাবদি ফন্না কুইরে। অদুবু লুহোংবগীদমক লাকপদি থোক্লোইদৌরে ইনে। দিল্লিদা নহান তাং ৫ দা অঙাং থিনবা চৎপনি। খর মাঙজৌননা হল্লক্কে খনবনি ঙমখিদ্রে। হৌজিক্তা য়ৌরক্লিবা অসিনি।
- য়ুমকা য়ৌরুদ্রিবনিনে, - ফরে,চাক চখোম অমা চারগা পোত্থারো লুহোংবা য়াওরগা হয়েং চৎলো।
- ঐহাক লুহোংবদি য়াওররোইদা। থোঙান্দা গাড়ী ঙাইদুনা লৈহৌরি। অমুক্তংদি চঙলমগে খন্দুনা চঙলকপনি। কোন্না তপ্না অমুক লাক্কে।

অসুম ঙাংনরিঙৈদা মাম্মা চঙলক্কুনা ঐবু কৌরকই। ঐসু মাম্মবু খুরুমজখি।

- অনৌবী নঙদি খর খর লাপথোকখিবদগী পুমলাপ লাপথোকখিদুনা মাম্মখোয়বু ইনিং নিংশিংদ্রমাল্লে...।
- নিংশিংইদা মাম্মা, মরক মরক্তা লাক্কে খনবনি, অঙাং অমা লৈবদুদা পাংথোক চাম্বগী ৱানি। হৌজিক্তি লাক্লেদনা।

ইনেনা নুংঙাইতবা উৎলদুনা ৱা পাংলকই।

- ঙসি নোংমতং লাকপসিদা হোবে হোবে চৎলগে হায়য়ে। ভাব-মেন তারোইদৌরি গাড়ী ঙাইদুনা লৈহৌরি হায়নে।

হায়নবতা ঙাইরি থোঙান্দা লৈহৌবা গাড়ীদু হোরন শাংনা-শাংনা পীরদুনা ঐবু কৌরকই। মাম্মদুসু উপাই লৈত্রমাল্লে হায়রকই।

- আ, ফরে, ফরে, নোংমা অমুক লাকউকো। ইবুংঙোদুসু পুরকউ শকখঙ মায়খঙননবা কো।

ঐহাক খুমফম খঙদনা লৈ। ইনেনা অমুক ওনশিন্দুনা হংলকই।

- মচাসু মপাসু অমত্তা য়ুমদা লৈভে হায়বদায়নে। মপানা করি লমদা তারিবা ?

হন্দক্কী ইনেগী ব্রাহং অসিনা অমুক হেন্না খুন্বা ঙমখিদ্রে। করিমত্তা হায়রুদনা তুমিন্না অদুম লৈরে। ইনেনা ঐবু য়েংলদুনা অমুক হন্না হংলকই।

- ডাক্তরনি হায়বদাইনে? করি লমদা পুরিবগে হায়বনি।
- আ... মফম মরাং খঙদে, পংচৎত চৎলি।

ব্রারীদুতা তেনশিনখিনবা শাজিন্দুনা খুমখি। ঐগী পাউখুমদা ইনেনা অমুক শমজিল্লকই।

- মদুনিদো, মফম-মরাং খঙদবনি, হন্দক্না অদুদা, হন্দক্তি অসোমদা অসুম তৌদুনতা লৈবনিনে।
- ইনে, ঐহাক চৎলগে খর লৈবগা অমুক লাক্কে। য়ুম য়ৌবা থেঙ্খ্রনি।

হায়রম্লগা অদুম্মক থোরক্নুনা দানিগী কাদুদা চঙলুই। ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা করিগুম্বা খর খন্দুনা লৈরম্বদুদগী হৌগত্নুনা কৌরকই।

- কয়া কুইরে য়ৌরকপা ?
- হৌজিক য়ৌরকইবসিনি।
- কনা কনা লাকই।
- ইতোমতা লাকই।
- পাম্ভোইসু পুরকপা য়াদ্রা ?
- ঐহাক য়ুম য়ৌরুদ্রি, য়ৌরুখিগে।
- হৌজিক চৎলগে হায়বনিনে ?
- উম চৎলগে গাড়ী ঙাইবা কুইরে।
- অদুগা কৈদৌবা লাক্লিবা ?
- ডাক্তরগীদমক সেন্না করিগুম্বা খর পীরকই। মদু পীরমগে তৌবনি। ডাক্তরগী য়াইফ-নুংঙাইবতা খন্দুনা মহাক মহৈ তমহৌবি। নুংঙাইরবা ঙসিগী লুহোংবা অসিগীদমক নুংঙাইবা ফোংদোরকই।

হায়দুনা রেকোর্ড অমা ফমুং মথক্নুদা থমই। ঐহাক্না চৎকদবগী শেম-শাবদু খঙলদুনা ঐবু চিংনা য়েংদুনা হায়রকই।

- দেদে... ঐবু লুহোংবা তারিব্রা ?
- কায়নরমদাই মিকপু অসিদসু লক্লবগী কান্নবা লৈরিবরা? অদুগা ঐদি ডাক্তরনা লুহোংববু থীংবা ঙমগদবীসু নত্তে। ঐদি করিসু লৈত্রবী নুপীমচা অমনি। নুংঙাইরবা ডাক্তরগী লুহোংবা অসিগীদমক করিসু তৌবা ঙমজদ্রবীনি। ঐনা ঙমজবা হায়ববু ঙসিগী বর-কন্যা অনিগী

পুন্সিনা মতম কুইনা নুঙাই য়াইফনা পানবা অদুতবু ঈশ্বরদগী নিজবনি। মঙ্গল ওইবীয়ু মতম পূম্বদা।

হায়রল্লগা হন্না য়েংলমদনা থোরক্লে। কোহ্ণোং ময়াদা পচু লৈরম্বদুদা অচাপোৎশিংদু পীজরল্লগা নুংশি নুশিনা কায়নরে।

হায়নিংলম্বনি ঐদি করিগুম্বা খরদি কায়নরগদবা মহাক্কী মফমদা। লীথোক্লিংলম্বনি কন্নাসু খঙদ্রিবা ৱারী অমা, অদুবু ঙমখিদে ফোঙদোক্লুবদি পুঙমদ্রবা থম্মোয়সিতনা। কায়নরমদাইগী মিকুপ অদুদা লানখিবা পুম্বা ঙাকপীয়ু হায়নিংলম্বনি মদুসু হায়ঙমদনা হল্লক্লে। চিরবা মতম অদুদা ঐতনা লাংয়েৎনরুবা তাথ্রদ্রা হায়না কিরুবনা - ৱাহৈ অমত্তসু কাঙথোক্লমদ্রে।

লমলক্কী চেক্লা অমনা, কুমজা চুপ্পা শাগৎচরকপা ইহুম পোঞ্জেল নুংঙাইবদো মফম খঙদ হুমদোকপিররে ঙাওরবা নোংলৈনা অশিৎ-অৱান থাসিদা। করি কান্নে ৱাক্ববগী। হোৎনরুবা খুদিংমক অরেম্বা তারবা মিকুপ অসিদসু ঐদি খল্লি মহাক্কী য়াইফবা অদুতা। নুংশিবনা থল্লবা থম্মোয়সিনা অপাম-মিহৌবগী ৱাখলদি লাপ্পা থমখিদুনা মোমোন নোকখিবা মকা লান্নবা মায়থোঙদুবু উবগা কন্নানদি খঙগনি থম্মোয়গী অৱাবা। নহাকসু হায়বা ঙল্লোই ঐহাক ৱাখি হায়বসে ৱারীসি ঐনা লীরমদ্রবদি। নোক্লমগনি মীনোকসিগুম্মা অৱাবা মমি তাদনা।

ঐহাক ওইখিদ্রবা লৈপুন অদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা করিসু লৈখিদে। থুংনখিদ্রবা নুংশিবা অদুগীদমক শিঙ্খিদে পিরাংগী মরিক অমত্তসু অদুবু মাঙগী পুন্সিগী ৱারীশিংদুনা অমাঙ-অতা লৈতনা পুন্দুনা থল্লি ঙসিসু পুন্সি অসিমদি লেঙদনা।

লুহোংথ্রবা মতুং মতম খর লৈরগা ডাক্তরদু অমুক লাক্কুনা লৈররে। হন্দক্কী খোঙফম অসিদদি ইহৈ হৈনিংদবগুম্মা উই। মরাল লৈরবা মীগুম্মা তুমিন-তুমিন লৈবদুনা হেন্না নুংঙাইরমাল্লে। চিত্রসেনগা লৈতবদুদা ইনুংসু নুংঙাইত্রবজাৎনি। নোংমদি চঙশিন্দুনা হংজরুই।

- ডাক্তর হন্দক মরকসি থৱায় ইনুং নুংঙাইতনা উই, নুংঙাইগদবা মতম অসিদা মায়থোঙ লাংশিনবসি য়েংবা কয়া নুংঙাইজদে করম্বা থোইদোকপা অৱাবা লৈরবগে ?

চল্লবা ঐগী ৱাহংদুদা মাবু করেম্নবগুম্মা থোকথ্রমাল্লে ৱারৌরবা সুরদা খুন্নকই।

---

- দেদে, ঐহাক য়াইফরি। নুংঙাইগদবা মতমনি খঙনা খঙনা নুংঙাইরুবদি ঙমদনা করিগুম্বা অমা খন্দুনা ইশানা ইশাবু কাউজরি। থোইদোকপা অৱা-অনা লৈতে।
- ডাক্তর, নীংবা থুংলবা মহাক্না লুপকন্দবা ৱাখলগী ঈরৈদুদি শুপ্নগী নুংঙাইবতগীনি... ।

ৱা মখা তাদ্রিঙৈদা হেঞ্জিন্না ৱারৌবা খোনফমদা খিত্তং কল্লপ হায়রকই।

- অদুবু, নহাক্না মিংগৌ অমা হোংলকপসিদি ঐহাক খল্লুদবা ঙমদে, নহাক্কী চীনবান্দগী থোক্লকপা "ডাক্তর" হায়বা মিংগৌ খুদিংদা নহাক্না ঐহাকপু ৱারৌবগী প্রমান হেক-হেক য়াওরি। পুক্নিশিং অসিনা তোর্ব্বান ৱাংমা ৱাংমদা লেপ্পবদসু নহাক্না ঐহাকপুদি ঙাকপিবা ইঙম ঙমদবগুম্না উই। হায়যু ঐগী ঙাকহৈদ্রবা ইরাল করিনো ?

তপথদ্রবা মতৌদুদা নোক্লিংবা ফাওরকপদু ফাথরুবা য়াওদনা নোক্লদুনা খুমখি ঐনা।

- হ... হ... ওহ্লোকপনি ডাক্তর, খলহৈদবা ঙাক্তা খনবীদুনা অরেম্বদা মতম মাঙহনবীগনু। ঐদি মমাংঙৈদগী হৌনা ডাক্তর ওইবখক পামজরকপনি। ডাক্তর ওইরবা নহাকপু ডাক্তর হায়না মিংগৌজবদা অদুম্না অপনবা পীবিগনু। ঐহাক ডাক্তর হায়না অদুম্মক কৌজখিগনি। অদুগা করিগুম্বা ঐখোয় অনিগী মরক্তা অরানবা অমা য়াওরি হায়না খনবিরবসু ঐহাক্কি হায়না খনবীয়ু। লাল্লিবদি ঐনি।

শাওগৎলম্বা পুক্লিংবু খিত্তং ফাথরদুনা ঐবু য়েংদুনা অমুক হংলকই।

- নহাক্কী নরালনি হায়না ঐহাক খল্লুবা ঙমদে। খল্লমগদবা মানব্রা ?
- খন্দবনসু ফৈ করিসু লৈত্রবী ঐগীদমক্তদি মিকুপ অমত্তসু কাইথোকপীফম থোক্তে। ঐনা হায়জবদি ইরাল অদু ঙাকপিয়ু হায়জবনি। ঐহাক ঙসিফাওবা মীনল্লি মীপূম খুদিংমক্তা - অদুগা ইশানা ইশাবু মীনমদুনা ওক্তবী অমদি ওইনিংদ্রি। ঙসিদি নহাকসু ঐহাকসু মী অমা ওইনা লেপ্লা ঙম্নরবনি। মী অমমম ওইনা তিন্নবদা করিসু কায়বা লৈত্রে খল্লি।
- দেদে, কায়নরবা মতুং অসিদসু ঐহাক নহাক্কী নফমদদি মাইথীরো

হায়না তম্লম্লমাল্লে। নহাক ঐহাক্কী মাঙগী পুন্সিনা ঐবু তত্তনা লক্লরক্লে।

- হুম... হ... হ... ! মসিবু কায়নবা কৌব্রা ? মসিদি শুপ্লতগী পুন্সিগী তাঙ্কক মতেক অমতংনি। ঐগী ইফমদদি ডাক্তর কায়নবা থুংনবা অনিমক চপ মান্নে খেন্নবা লৈতে।
- ঐ খঙই নহাক্কী পুকচেলবুদি। নূংগুম্না কনবা থম্মোয় অদুতনা নহাক্না ঐবু ইহোকপা ঙমখিবনি নত্রা ?
- ডাক্তর, থম্মোয়সিনা নূংগুম্না কনশিনখ্রবসু ঐগী নুংশিববুদি মাংহনখিবা ঙমদ্রি। থম্মোয়গী শেংলবা ধর্ম্মসিমদি নূংগী মুর্ত্তিগুম্না লেঙদনা লৈরসনু।
- অদুদি হায়য়ু, তুফক তুফাই চল্লবা ফত্রবা ৱাখল অসিদগী করম্না খৈদোক্কনি ?
- মদুদি খ্বাইদগী লায়বা ৱাফম্নি। খুবাক নামতা খুবা প্রোক লাউদে হায়বদুনি। অসোমদা মহাক্তুসু নাইতোম তাবা ৱারমগনি। চীংলৈবাক্কী পুন্সি ডাক্তরতগী নত্রবনি। পূম্নমক ফননবা শীঞ্জগনি থোইনা ৱাবীরুগনু।

হায়রম্লগা গেরেজদগী কারদু থৌদোক্লুনা ৱাখল অনি লোঙদনা ঐ চিত্রাবু লৌবা চংখি।

ঐখোয় পূন্না লৈরকপদু ফনা কুইরক্লে। মরাঙ কায়রবা কা ময়ামদুদা ডাক্তরগীসু য়ুম অমা ওইবগী চপ চানা শরুক থুংলি। চিত্রাগা ঐহাক্না চান্ন-চিন্নন লৈমিন্নবদু উরগা ডাক্তরগী ৱাখলসু লৈতাজবগুম্না উই। মরক মরক্তা গাড়ীদু থৌদোক্লুনা চিত্রাগা ঐখোয় অনি ইম্ফালদা হেক-হেক চংলি। করিগুম্বা মতমদসু ঐনা ফাগি তৌবদা মখোয় অনিনা থৱায় তানা নোকচৈ।

নোংমদি ঐখোয় পূন্না সিনেমা য়েংবা ইম্ফালদা লাকই। বেক সিটতা ডাক্তর অমদি চিত্রানা ফম্লগা ঐনা কারদু থৌদুনা লাকপদু চাউথোকচৈ থম্মোয়না। মখোয় অনিগী চান্না মীনোক্তু তারু-উরুরগা থোইনা হেন্না পেঞ্জখি থম্মোয়সিতনা। পুন্সিগী তপস্যা মপুং ফারকপগুম্না মাইথোঙ মকা লামজরি ইতোমতা। সিনেমা য়েংবা হল্লকপগী লম্বীদু খঙতেন তেনখিবগুম্না য়ৌশিল্লকপা খঙহৌদে। ফিলমগী লিলাদুনা পুন্সিবু ফাগি হেক-হেক তাহনবদুদা নোক্লিংবা তত্তনা ফাওরকই। মিকুপ খুদিংগী য়ৈন-

থিন্নবা অদুনা মীওইবা সমাজবু শোংলবা জঙ্গলগুম্না উহল্লি। হেরোদুনা শিরমদাইগী থৌনাদু উরুরগা পুন্সিবু অমরনি হায়নীংলুই। থাঙয়াদগী শত্তোকপদা ঙায়রিবা ঙক্কুদা লুহোংবগী লৈ-পরেং হুকখিবদুনা লিলাদুগী লোইশিনফম ওইখিবদো ঙক্লা-ঙক্লা য়েংলুদবদি নত্তে।

অসুম্না ঐনা থোকপা অমা খন্দুনা গাড়ীদু থৌরকপনি। মখোয় অনিসু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে তুমিন-তুমিন অদুম ফমই। তুং হন্না য়েংলুদ্রবসু সাইদ মিরর অদুদদি মমি ওইনা উরি। মাং হাইরপ ওইনা লৈরিবা পান দুকান মপাদা ঙহাক গাড়ীদু থাদুনা পান মতপ অমমম লানশিন্দুনা চান্ন মীনোক অদু মপুং হেন্না ফাহঞ্জখি। লৈনা লৈনা থৌরকপা গাড়ীদু উচান পাম্বী অচৌবদুগী মপাদা চপ লেপথোকখিদুনা ঐবু অপনবা পীরকপদুদা থোইদোক্লা নুংঙাইতবা পোল্লককখি। চেল্লম্বা কারদুনা লেপখিবদু ইখঙ খঙদবগুম্না চিত্রাদি মমিং কুপ্তবমখৈ উচান পাম্বী মখোঙদু তম্না য়েংদুনা লৈরি। ডাক্তরনা ইঙক ঙক্লা গাড়ীদগী কুমথরগা হায়রকই।

- কমদৌরিবজাৎনো? য়ৌরকানসিদা।

ঐনা করিসু হায়দ্রিঙৈদা, খঙনিং নিংশিংলকপগুম্না ডাক্তরবু য়েংদুনা হায়রকই চিত্রানা।

- করিসু তৌদে, চীংগী ফজবা য়েংবনি। উচান পাম্বীসে চাউরে, ফজরে।

চিত্রাগী ৱাদু তারুরগা ডাক্তরনা অমুক্কা হেন্না ঙক্কদুনা হায়রকই।

- গাড়ী য়াদবগী চৈরকসিদা পুক্লিং কন্না হুবিরকইবা! কবিকা ওইরবদি থুনা ফাওগদৌরি।

ওইন মীনোক মতেক অমতং নোক্কদুনা চিত্রানা খুন্নকই।

- আ... হ... হ... করম্না তৌখ্রিবনো? ঐদি তশেংনা খঙহৌদে... ।

স্টার্ট হৌদ্রবা অদুদা ঐনা খুমখি।

- স্টার্ট মুৎখিবগী ৱাতনি। করিসু থোইদোকপা তৌবদি নত্তে। অমুক্তং ইন্দুনা য়েংসি। য়ৌরমদাইসিদা ফরক তারকইবনি।

হায়দুনা মখোয় অনি চঙদুনা ইনবদগী চীংগী ঙমথখিবা লম্বীগা ওইবনা স্টার্ট অমুক হৌদুনা য়ুম য়ৌরকই।

মথং মথং চহি মরি মঙা হৌখিবদু খঙহৌদ্রে। ডাক্তর অমদি চিত্রা অনিমকসু হান্নগুম অদুম মরৈরি। অৱাৎ-অপা লৈত্রবা মফম অমনি হায়বদা

হায়মনবা থোক্তুবা চীংলৈবাক্লি। নোংমগী পুন্সিদা চংদবা য়াদ্রবা পোৎচং খুদিংমক ইব্রাৎ ব্রাত্তনা লৈ। অসুম্না কনাগীসু মথা পোন্দনা হিংবা অসিবুনি হায়নিংলকই পুন্সি হায়বদো।

নীংঙমদবা মৈনা তত্তনা চাক্লবা থম্মোয়নি হায়বা খঙনা খঙনা নোংমতসু নীংঙমদবগী মমি তাহনখিবা লৈতে মাইথোংদা। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিংদা তারকপা অহিং লিক্লানি। অচিকপা মতমদতনি ঐনা পুথোক্লুবসু নীংঙমদ্রবা ব্রাখলসে। পুন্সিগী লম্বীনা অকা-অকুম ওইবসিদা কাবা তাবগীদমক করিসু খল্লুদ্রবা ঐনা অব্রাবা পূম্বা ফাজিন্দুনা থল্লক্লি। থাংবা কনবগী লিপুন্না চেৎনা পুনখিবনা পেন্দবা কয়া কুপশিন্দুনা থল্লি শুপ্নতগী নুংঙাইবগী মীনোক অমনা।

ঐগী পুন্সিগী চোই চাং ওনবীনবদি ঐতনি। কনাদা করিগী অমুক ব্রাকৎলুফম লৈরি ?

খঙলমদবা কয়া ঐনা থেংনরুবা অমদি উরুরগা খঙলকপগুম্না নিংশিংবগী কালিনা ইদুনা লৈফম থোকপনি থম্মোয়সিদা। ঐতনা খাংজগদবা অব্রাবা লিথোক্লুবগী করি কান্নরুনি অতোপ্পা নাপদা। ঐহাক কনাদসু নিন্দা তৌরুদনা লৈরকপনি। ডাক্তর অমদি চিত্রাসু নোংমা নোংমগী হেন্না হেন্না চান্ন চিন্ন লেল্লকই।

হিংননবা হোৎনবদা ব্রানিংঙাই লৈত্রবী চিত্রা মখোথাং লাংশিল্লমই নোংমদি।

- মন্দি, পুন্সিসি অসুম্না লোইখ্রগদ্রা ?
- পুন্সিগী অরোইবদি লৈ চিত্রা অসুম্না অসুম লোইখিনি হায়বগী অরেপ্পদি লৈতে হায়না খল্লি। ঐখোয়গীদা লৈবসিবু নুংঙাইত্রবরা?
- সিদা লৈববুদি নুংঙাই, অসুক নুংঙাইবা মফম কৈদবু লৈরি অদুদা ফংলরোইদ্রা হায়না ফংনিংবা পোৎশক অমগীদমক মীপাইদবদি ঙমদে।
- ফংফম থোকপা পোৎশক অদুমদি নহাক্কী ওইদুনা লৈরগদবনি থোইনা পঙখন খনবীরুনু।

ঐনা খল্লুবা মানা খল্লম্বা খর খেন্নরম্বদু খঙলকপদা, শোক্লবা থম্মোয়দুগীদমক ব্রাজখি থম্মোয়সে। মীপাইরবা পুক্লিংদুবু ফাথবা ওইনা চিত্রাবু য়েংদুনা খুমখি।

- চিত্রা মদুগীদমক্তা ওইরবদি করিসু ৱাক্লগনু। য়েংউ, মীওইবা হায়বসে কয়াদা পেনবা হৈত্রিবা! মাংগী ইতিহাস ঙসিদি কয়াদা নৌনা নিংশিংনিঙাই ওইরক্লিবনো? চুমই ঐগীদি চিত্রসেন ইচাও চাওনা লৈরি - অদুবু মহাকপু লৈ হায়বগীদি ঐহাক চাওথোক্লুবা ঙমদে। নহাক্না লৈতবগী ৱারী। ঐখোয় অনিসু খেন্নরি।
- মদুনা নহাক্না চাওথোকপগী ৱানি। ঐনা হায়রিবসিনা ইশা ইথক্তগীনি।

ঐহাক চিত্রাবু শুক্লপ য়েংনা হায়দোকখি।

- চিত্রা ঐনা চাওথোক্লবসু নহাক্কীদমক্তি হায়না খল্লু। চিত্রসেনবু নহাক্কী নফমদা খুদোল ওইনা তমজবদা মন্দিনানা চীংনবা লৈররোইদবনি। নহাক্না মহাকপু চেৎনা কোনশিনবীয়ু।
- মন্দি, ঐবু অমুক লক্লরগনু। চৎলো, পুং মাপল তাগদৌরে।
- চৎলগে য়ারে। মতম অদুফাওবতদি ঙাইখো। ঐগীসু অনিংবা অমদি থুংনবা হোৎনখিগে।

হায়নদুনা ঐহাক স্কুল তম্লকই। ঐসু হান্নদগীদি খন্দুনতা লাক্লিবনি করিগুম্বদা ডাক্তরগীসু মচা অমত্তং লৈজরবদি সেনগী খোংবু ওইসনু হায়না। অদুবু অৱাবদি লুহোংবা মতুং চহিদি ফনা লৈশিল্লক্লে অঙাং অমা ফাওবা লৈরখিনি হায়বা থাজরক্তরে।

নোংমনা মীনোক মৈশা কিবনা, থাবুম তরা নাওপুদুনা পোকচরবা লৈগুম্না থোৎলবা নৌরবা মচাদুবু মতম্বাক্তগী চীংথদুনা লৈতঙ্গায় মথক্তা শোংলবা নারক্তা লংথোক্লুনা থল্লম্বদা শোকখিদ্রবা থম্মোয় অমনা ঙসিদি করিগী কপ্লরিবা নীংদোল পোম্না। হে নুপী, হে সতী নশানা নশাবু করিগী কাওরুরি, মশক-মচু ওল্লে ঙসিদি তারুরবা মতুংসিদ সহরগী মোৎলবা গলিদা -। কোক্লরোইদো অমুক হন্না মক্না মোৎলবা মচুনা শঙখবনি।

জগৎপু ঙমই হায়নরিবা জুগেল মোহোন কৌনরিবা হরি মাগী চরন থম্বাল লৈকাদগী চেষ্টুরকপা অমৃতনা তরেৎ-তরা থোক্না চামদুনসু মাংলরোই ময়েক, য়েকখ্রে নহাক্কী মোৎলবা মচুনা। নহাক্কী নীংঙমদ্রবা থম্মোয় অদুদগী শিষ্টুরক্লবা শেংলবা ঈরিক্লসু কোক্লুনি করম। নুপী সমাজবু লংজরুবা নংবু করম্বা নুপীনা ঙাকপিনি নরাল !

ঐহাক নুংশি থম্মোয় শেংনা চিত্রাবুদি, ডাক্তর অমদি চিত্রাগী

য়াইফবতা য়েংদুনা লেল্লক্লিবা পুন্সিসিনা কাওথোকপা ঙমদে মিকুপ অমত্তসু মহাক্কী অৱাবা, অদুবু ঙাকপীবদি ঙমখিদে শেংলবা থম্মোয় অসিনা ওত্তবী মহাক্কী মরাল অদুত্তবুদি। শোল্লবা থম্মোয় অসিবু ৱারৌনা লেনবা তাখি পুন্সি।

খল্লুদবদি নত্তে ঐহাক ঙাকপীগে হায়না -করিগুম্বদা ঐনা ৱারী মতেক অসিমতং লিথোক্লুদ্রবদি কনাগী মফমদা - খঙলোই কনাসু চিত্রাগী মরাল। ঈশিং মনুংদা থাদখিবা লৈতুমগুম তুমিন লৈথোক্লসিরা? মদুদি ওইথোকফম থোক্তে মরমদি চিত্রসেন্না ডাক্তর ওইরকপগী য়ুম্ফম ওইরিবা মহাক্কী বাবা ঐনা পুথোক্লুবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈ। লৈবাক্লা নত্রগা সনানা শাদুনা পুথোকপা য়াররোইদবা মফমদুদা হোৎনবগী পাঙ্গল অদুদি করি ওইফম থোকই? অদুগীসু মথক্তা ইমিৎনা উদুনা লাল্লে হায়না খঙলবা অরানবা অদু চুমথোক্লমদনা লোইখ্রবদি পুন্সিসে করি কান্নে হিংলুবগী। ঐসু নুপী ওইবীগী ধর্ম্মবু মীনম্বা মীশক ওইরোইদ্রা? ঐনা ঐগী পুন্সিবু শিংনজরবসু নুপী সমাজবুদি শিংনজনবা ঐগীদি লৈজদে পাঙ্গল।

মতম্না কনাবুসু ঙাইবীদে। অহিংগী অমম্বনা লোইখিদুনা থোরকপা কোরৌহনবা মহাকসু নুমিদাংৱাইরম ওইরকপদা মরাই চাইথখিদবদি নত্তে কোরৌ মাগী মঙাল। ঐহাকসু নোংমা নোংমগী লেপ্তনা শোন্থরকখি নীংবগী পাঙ্গল তশেংনমক পুন্সি হায়বসে ফাগিরা হায়না ইতোমতা নোকচরকই।

ঐনা নহা ওইরিঙৈ ইপাঙ্গল কল্লিঙৈ অসুক্কী মতিক অৱাংবা থাক অমদা থাঙ্গৎচখিবা ঐগী পুন্সিনি। ঙসিদি অদুগুম্লবা অৱাংবা থাক অদুদগী তারক্লবরা হায়না খন্থুরুদবা ঙম্লক্ত্রে।

চহি কয়া করম্না হৌখিবা! নিংশিংনিংঙাই ওইরকখি। অহল ওইশিল্লবা থম্মোয় অসিনা কাওবদি ঙমদ্রি ঙসিসু কাওহৈদ্রবা থৌদোক কয়া অদুবুদি।

মুরম্বদগী ঙৌরক্লবা লুচিনগী শম্লাংশিং অসিবু উরুবগা নুংশিজরকই ইতোমতা। অদুম্না অমুক হন্না মুখো য়াররোইদবা ঙৌরক্লবা শম্লাংশিং অসিনা ঐঙোন্দা করি তাক্লিবা ঐহাক খঙনা খঙনা ঐহাক লৈশাবীনিকো হায়বা ৱাফম অসিমদি মীকুপ অমত্তা কাওবা ঙমজখিদে। মাংগী পুন্সিবু নিংশিং-নিংশিং ঙসিসু তারুরি থায়নগী রেকোর্ড অমখক। পুন্সিগী ঈশৈনি পামজবা সুরনি ঙসিসু নৌরি অদুম্মক -

---

লোইশিনখ্রবা রেকোর্ড অদু অহানবা সাইদকী ঈশৈনি। অদুম্না রেকোর্ড ওইনা তাবদুনা পেন্দ্রদুনা চিনসিনা অমুক ঙংলুরি-

হো থাজা তাখিনু

শমায় লৈনা লোৎখিনু.........

ঈশৈদু ঙংনা-ঙংনা রেকোর্ড অদুগী সাইদ টু অদু অমুক ওহ্নোক্লুনা খোংবা হৌরকপদা থোং থিল্লকপা তাই। ভোলুমদু পীক্লা লৈথরগা হংলুই।

- কন্নানো ?
- ঐনি থোং অমুক্তা হাংদোকউ।

ঐহাক রেকোর্ড অদু মুখৎলগা অমুকসু হংলুই।

- করি থবক্কীনো ডাক্তর !
- অরুবা অমদি অৱাবা পাউনি - অদুগা ঐখোয় করিগুম্বা খর খন্নদবসু য়াদ্রি।
- হৌজিক্তি থেংলে...।
- অদুবু পাউ অসিদি এক্সিডেন্টকী অরুবনি।

ঐহাক শ্বাই লাওখিবা খঙহৌদে, পিশক পিক্লা মহে তম্বা চৎখিবা চিত্রসেন্না লগুন্দা ডাক্তর পাস তৌদুনা লাকপদু খঙনিং নিংশিংলকই। প্লেন ক্রাস নত্রগা ট্রেন এক্সিদেন্টনচিংবা অকিবা ফংলবা খুদোং থিবা কয়ানা ইমাংদা পরেং শানা থোক্লবগুম থোকখি। কিবনা মীপাইবদু ফাথবা নংহৌদনা থোঙ থুনমক হাংদোক্লুনা হংলুই।

- ডাক্তর, চিত্রসেনগী করম্বা অৱাবা পাউনো ?
- তপথখো, পাউসে চিত্রসেনগী নত্তে।
- ডাক্তর ঐহাক তপথদুনতা লৈরকই অদুবু অসিগুম্বা পাউ অসিদদি তপথবা ঙমদে, হায়য়ু ডাক্তর প্লেন অদু করম্না কায়... ।

ৱা লোইবা নংদে, জ্ঞান ইতা-তাদবা ইতৌদু উবদা ডাক্তরনা হায়রকই।

- ঐগী ৱাসি তাখোনে দেদে, তপ্পা ঙাংনসি নহাক্লা মতম চানা ঐঙোন্দা তাক্লবদি ঐনা ঙম্বা উপায় য়েংদুন মহাকপু ননাক্তা পুন্সিগী ওইনা থল্লম্বা ঙল্লমগদবনি। সে, য়েংউসে ফোটো অনি অসিগী মরক্তা করম্বনা নপুরোইবনো ?

হায়দুনা খবর অমা পিরক্লুনা য়াওরিবা ফোটোদু উৎলকই। ঐহাক

---

ঙকপগা লোয়ননা য়েংই। তপ্পা-তপ্পা মায় হঙ্গত্তুনা খুমই।

- ডাক্তর ঐগীদি ইপুরোইবা লৈজদে।
- দেদে অচুম্বদু হায়য়ু ডাক্তর অনিমক গাড়ী এক্সিডেন্ট থোক্তুনা পুন্সি লোমখ্রবনি। ঙরাং অয়ুক অঙনবদা থোকখিবনি। কর্নাটকামক্তদনি হায়।
- ডাক্তর, মরাইবক থিরবা ডাক্তর অনি অসিগীদমক ঐহাক নুংঙাইতবদি ফোংদোক্লি। অদুবু মখোয় অমত্তসু ঐগী ইপুরোইবা নত্তে।
- দেদে নহাক্কা ঐঙোন্দা হায়খিবদি, মহাক অদু কর্নাটাকাদা লৈ... ।
- চুমই ডাক্তর, অদুবু মদু মীনমখিবনি। মীনম্বা অমা কুপ্পদা ওইদবা চাম্মা লেংশিল্লি হায়বদুনি। ঐনা পাখৎচরম্বদি চিত্রসেনগী খল্লুবনি। ডাক্তর, ঐগীদি ইপুরোইবা লৈজদে।
- দেদে ঙসি ফাওবদা নহাক্কা ঐবু লান্না লৌরি। নহাক্কা ঐবু অরানবা মিৎয়েংনা য়েংদনবা ঐহাক চিত্রাবু লুহোংলুরে। অদুবু মসি ফাওবদা নহাক্কা ঐবু মীনল্লি।
- অচুম্বনি ডাক্তর, ঐহাক ঙসিসু মীনল্লি। অসুম লৌনম নমথাক্তো হৈনরবা মী-ওইনা ঙসি ঐহাক মুরম্বা শল্লাং অসি ঙৌরল্লম্বনি। অদুবু মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা মীনল্লমদ্রবদি ঙসি মন্দিরগী পুন্সিনা অসুম্না হিংলমগনি হায়বা থাজদে। ডাক্তর মপা মশক খঙদ্রবা চিত্রসেনবু ডাক্তর অমা ওইনা লেপহনবা ঙম্বা অসিমুক লাইবক ফবা লৈত্রে ডাক্তর... ।
- দেদে, নহাক ঐঙোন্দত মীনম্বদগী হেন্দোক্তুনা নচাগী মফমদফাওবা মীনল্লবীনি। ঙসিদি ঐহাক জ্ঞান তারকপগুম তৌই। নহাক্কী ওক্তবী শাজৎ অদুনা চিত্রসেনগী মপা মশক তাকপা ঙমদ্রি মদুদগী হেন্দোক্তুনা মমিং ফাওবা পন্দ্রি। নপুরোইবগী মশক মমিংফাওবা খঙজদ্রবী নহাক ওক্তবীনি হায়বদা করি অমুক লাল্লি। মদুমক্তা নহাক্কা নহাক্কী খুঙ্গং অদুদা অমুক হনবা ঙমদে নত্রা ?

ডাক্তরগী ব্রাদু অরানবনি খঙনা খঙনা তারুই। তপথদ্রবা থম্মোয় অদুনা ঐতবু হহুনা য়েংলকপা অমদি হঙ্গোইবা মতৌদু য়েংলগা নুংঙাইতবা ফাওরকপগী মহুত্তা - করিসু খঙদনা পঙঙাং ঙাংবনি হায়দুনা পুক্রিং পেন্না

ৱারৌরুরি ডাক্তরবু। শাওনিংবনা ঈ-কারবা মিৎ অনিসিনা চাগদৌগুম য়েংলগা ৱারৌ মীনোক অমগা লোয়ননা খুমখি।

- ডাক্তর, তাকপীরিবা 'পুম্ব ঐবু নুংশিবীদুনা তাকপীবনি। ঐগী পুন্সিসিনা খোংফম অমা শোয়খিবদগী লানখিবনি। হৌজিক্তি হায়রিবমখে পকচরগদবা পুন্সিনি। অদুবু ডাক্তর, মতম অদুদা ঐগী উপায় লৈখিদবনি। ঙসি ডাক্তরবু উনজদুনা হান্নগুম লোয়নজবা ফংলিবা অসিমক লাইবক ফরে হায়না খঞ্জরে। অদুগা ডাক্তর, ঙসি ফাওবদা ইখুৎ অসিনা লৈ-পরেং অমত্তং লেংদুনা কনাগী ঙকশমদসু হুক্কুদ্রি - ঐহাক্কী লুহোংবগীদমক লৈ অমত্তা শাৎখিদে, ঐগীদমক হায়দুনা পঞ্চমনিগী নুমিত্তুসু কুন্দো পান্বীদা কুন্দো শাৎখিদে। ঐহাক লুহোংদ্রীবী লৈশাবীনি, নুপা নহাগা ৱাচনবা পামজদে ৱারৌবীগনু।

হায়না থোঙ অদু গম্ লাওনা থিংজিল্লম্লগা চংলক্কুনা ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈখি। লোইশিনবীরমদ্রবা ৱারী অদুগী মখা তানিংবনা লাংতক্রবা ডাক্তরনা হন্না-হন্না কৌরকপদু তানা তানা তাশিন্নরুদ্রে। পাউখুম ফংদ্রবা অদুদা নীংঙমদনা হনখ্রিবা ডাক্তরবু থোংনাউ অহোবদা য়েংলগা মিৎলুদগী পিরাং শিন্থরকখি। মুশি-মুশি ঙাল্লিবা থাবলগী মঙান্দুদা থাংনিংদনা থাংদোকখিবা খোঙথাং অদু ঙহাক্তং লেপ্তুনা লোনাশিনখ্রবা থোঙদু তম্না হন্না অমুক্তং য়েংলম্বদুনা ঐবু অমুক হেন্না ৱাহনখি। অহিং অদুমা কয়া ৱানা খাংখিবা কনানসু খঙবীখিদে। নীংবা কায়রবা ডাক্তর অদুনা নীংঙমদনা তপ্না-তপ্না মাগী কাংদা চংখিবদু মিহুৎথোঙ তপ্না হাংদোক্কুনা য়েংদুনা লৈহৌই।

ঐহাক্কী ৱাখল পল্লেপফম খঙখিদ্রে। ঐগী অরোইবা নুমিৎ অমা লৈবদু নকশিল্লক্লবরা হায়না খল্লকই। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ডাক্তরগী মাইথোংসু লাংশিনখিবনি হায়বা খঙলবদা চাওরবা পাপ অমা ঈশ্বরগী মফমদা লংশিঞ্জরব্বগুম্না ইতোমতা কপচখি।

নোংমদি টেলিগ্রাম অমা লাকই। মিৎলুদা পিরাং ইহৌননা পুক্লিংদা পেঞ্জবা পাউনি। নুমিৎ অদু তশেংনা নুংঙাইখি। করিগীসু নুংঙাইরোইদগে নোংমা অশিবগী খয়াত্তগী মুন্দুনা পুরকখিবা অঙাং অদুনা ঙসিদি মেডিকেল মপুং ফানা লোইরদুনা লগুন্দা গোল্ড-মেডল ফংবগী পাউদুদা।

তশেংনমক ঐহাক্কী মিত্তগী শিন্থরকপা পিরাংদু নুংঙাইবা মচুনা

শঙখি। ইকুই কুইদনা ইম্ফাল তম্না পাইরক্লগনি হায়বা খঙলবদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইজখি। মীপুম খুদিংমক্তা কোইচেন চেন্দুনা পাউদমজখি। অদুবু ঐহাক্না ফনা তমজনিংদুনসু ডাক্তরগী মফমদদি তমজবা ঙমখিদে। নুমিৎ মঙা তরুক্কি লৈরগা নোংমদি চংলুই মখোয়গী ইমুংদা চিত্রসেনগী নুংঙাইরবা পাউদু তম্লগে খন্না -

ডাক্তর অমদি চিত্রা য়ুমদু থাদোক্তুনা ইম্ফালদা চৎপগী ব্রা লেপথোক্ল রমই। ডাক্তরনা, লুরুক্লনা লৈমায়দা য়েংলদুনা তপ্পা-তপ্পা হায়রকই।

- ঐগীদি সিদা সুম লৈরবসু ট্রান্সফর অমদি পোষ্টিংগী ব্রাদুদি করিসু লৈতে। অল-মণিপুর টুর তৌরকপগী ব্রানি। ঙসিদি ঐহাক অমুক হন্না টুর তৌগে হায়না খন্দ্রে।

চিত্রানা অরেপ্পা অমদি হায়দোকচবা ঙমদ্রবসু ডাক্তরগী মত অদুবুদি শৌগৎলদুনা খুমলকই।

- ঐসু সিদসুম লৈববুদি নুংঙাই অদুবু নহাক্না পাম্বা মতুং ইন্না লেপচবা তাবনি। সিদসুম লৈবসি তুংগীদমক্তদি অফবা নত্তে। চৎলসি হায়রগা চৎলসিনে।

ঐহাক মখোয়বু মতম খরদং ফাওবদি লৈহন্নীংবনা চংশিন্দুনা খাল্লুই।

- ডাক্তর, করিগীদমক্তা অসুক তহা তহাবিরিবনো? চিত্রা নহাকসু তপথখো।

মখোয় অনিমক ঐবু য়েংদুনা ঙহাক লৈ। চিত্রানা ঐবু য়েংদুনা মখা তারকই।

- মন্দি, ঐখোয় য়ুম থাদোরকপা কুইরে। অসুক কুইবা অসি বাজি অমদি ইমাগী সেবা থাদোক্তুনা লৈরক্লবনি। ঐখোয় বাজি অমদি ইমাগী সেবা অমুক তৌরুবগে খন্নবনি।

- ইমা বাজিগী সেবাসু তৌগনি, চৎকন্দবা লৈরবনি, অদুবু খর তপ্পা চৎলু, ঙসি মঙা তরুক্কি অসিতদি লৈখিসি।

ঙসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা ডাক্তরনা খুল্লকই।

- মফম অসিদা ঐহাক মিকুপ অমফাওবা পোত্থাফম লৈরক্তরে, য়ুমদা পোত্থারম্বা পাল্লে... ।

মরৌ লৈরবা ব্রাঙাং অদু তারুবগা মৈ হৌরক্লে, হায়দোকফম খঙদবা ইতৌদু ফাথরগা খুমখি।

---

- ঐসু খঙই ডাক্তর, মফম অসি চীংলৈবাক্কি হায়বা। মফম অসি ঐহাক্কী হৌরকফমসু নত্তে। ঐসু চৎকনি নোংমদি ঐগী হৌরকফম য়ুমদুদা - শেগায়রবা য়ুম অদুনা ঐগীদমক্তা তুঙমদনা লেপ্লিবনিস হায়বা ঐহাক খঙই। লমদম অদুগী দৃশ্য শুমাংদুগী থাবল মখোয়দুতা কিবদগী ঙসিসু ঐহাক মায় ওন্নিংলুদবনি। ঐসু নুংশি মাম্মা অমদি ইনেবু! ঙসি তোল্লি মখোয়গী লমন অদুবু পাপ চেল্লবা মপোক অসিনদি লমন্দু শিংবা ঙমদ্রিবসিনি। চৎকদবা লৈরবনি খর তপ্না চৎপিয়ু। ডাক্তর অমদি চিত্রাগী মফমদা তমজনিংবা খুদোল অমতংদি হরাও-হরাও লৌবীখো।

ঐগী ব্রাদু তাবদা খিত্তং ঙকপগা লোয়ননা ডাক্তরনা ঐবু য়েংদুনা হায়রকই।

- ঐহাক ঙসিদি লমন অমুক তোনশিঞ্জনিংদ্রে... ।

ঐহাক ইকায়বনা ফুম্বংনখি। খঞ্জরম্বা খুদিংমক থৌরবা তেঞ্জে অমনা থবৎ -থবৎ ককথৎপীরকপদু খাঙবা ব্রাজখি। থাঙ্গৎপা ঙমদ্রবা মায় অসি তপ্না-তপ্না থাঙ্গৎলদুনা পিরাংনা থুল্লবা মিৎসিনা ডাক্তরবু য়েংদুনা খুমখি।

- ডাক্তর, ঐগী ইরাল ঙাকপীগনি। ঐগী দানি ঙসিদি ডাক্তর অমা ওইরে হায়বা কাওরুরমাল্লে। ঐবু ঙাকপীয়ু... ।

মখা তাবা ঙমখিদে, ইহৌরক্রবা থম্মোয় অসি পুবা লুপ্লকখি। হিক-হিক লাওরবা খোনফমদু ফাজিন্দুনা মখা অমুক্সু তারুই।

- ঐহাক্কী খুদোল অসিমদি ডাক্তরনা লৌশিনবা ঙমদ্রবসু চান্নরবী চিত্রনদি লৌশিন্দবা য়ারোই হায়বা অসিমতদি কাওবীগনু। অদুগা চিত্রা, ঐগী খুদোল অদু পুদুনা হরাও-নুংঙাইনা পুন্সি লেনবীবগা লোয়ননা তংজবীগী জাত্ত্র পোক্লুরবী মপোক অসিমদি ব্রারৌবীগনুকো।

মখোয় অনিমক ঙকপা চপ মান্ননা ঐবু য়েংদুনা অদুম্মক লৈ। চিত্রানা ঐবু য়েংদুনা হায়রকই।

- নত্তে, নত্তে মন্দি, অদুম্না লান্না লৌবীগনু। অদুম্না লান্না লৌবিরবদি খোঙ থাংদোক্নুনা চৎপা ঙম্লোইদৌরে। হয়েং অসি য়ুমদা অমুক্তং য়ৌরুখিগে তন্না অমুক হল্লক্কে, কায়নরবসু হরাও-হরাও কায়নসি... ।

চিত্রাগী ব্রাদু তাবদা তাইবং মীরোন্নি খন্দুনা পোত্থাজখি থম্মোয়সে।

- ফরে চিত্রা, নখোয় য়ুম য়ৌরুরো তাং তরামঙাসিদা অমুক য়ৌরক্লবা হোৎনবীয়ু। গাড়ীসু পুখো নুমিৎ অদুদা চিত্রসেন শোয়দনা লাক্কনি। এয়ার পোর্ট ফাওবদা য়ৌবীদুনা চিত্রসেনবু ওকপীরকউ, ঐহাক 'সিদসুম ঙাইজরল্লগে।
- অদুদি ঐখোয় পুন্না চৎপা করিসু কায়দে নহাকসু নুমিৎ মঙা-তরুক্নি দি আদা লৈরুসি ...।
- অদুবু নহাক্না হেন্না খঙলিবা অদুনি ঐহাক স্কুল থাদোকপা য়াদে। অদুগা নুমিৎ অদুদা য়ুমদা শিন-লাংবা ওইনা লৈরল্লগে।

মথংগী অয়ুক্তা ডাক্তরনা গাড়ীদু থৌরদুনা ইম্ফাল পাংখি। হন্দক মরক অসি ডাক্তরগী ব্রাখল হোংলে হায়না খল্লুবদা নুংঙাইতবা পোক্লকই। অব্রাবা ব্রাখল কয়ানা মাবু ওৎপিরে হায়বা খঙবদা ইতোমতা লাল্লবরা হায়না ব্রায়েঞ্জরি। শকফম ওল্লবা মাতবু য়েংলগা তুমিন্না কপচরি পুক্লিং অসি পুঙমদনা । মপুরোইবগী মাইথোংদা তারিবা অব্রাবগী মমিবু উরগা হেন্না ব্রাজরবী চিত্রাগীদমক খল্লুবদসু ঐহাক লানথ্রমাল্লে হায়না খল্লক্লে। মখোয়গী নুংঙাইরবা মীনোক ঐতনা থুগায়রুবগুম্না থোকখ্রে। মীনোক মৈশাগী ব্রাংমদা লেল্লক্লবা পুন্সি অসি ঙসিসু অমুক অব্রা-মৈশা লাংবা তারব্রা? মতুংসিদা করি অমুক তারকখিগবা! ঐবু ব্রা ঙাংলনুসিরা? খৎপা ঙমদনবা ইরৈ অসি ককথৎহৌবা তারিবরা? ঙসি মঙা তরুক্লিগী মতুংদা ওইরক্কদৌরিবা পুন্সিগী খল্লুবদা - স্নজীং চীংলোন মাপলনা ইথক্তা নহুরক্কদবগী তান্নরকপগুম ব্রারক্লে থব্রায়।



## অরোইবা শরুক

কংলবা কালেন লৈমায়বু তেমশিংননা লৈপাল লৈনা য়াওদনা শাংখিবা লৈবাক্কে মতম খরগীদমক্তনিকো। শারবা কালেন মৈশাদা লৈশাং তমখিবা কালেন মৈশাদা অদুম্মক কংখি। অমাং-অতোং কনানা হোৎলুনি অঙ্কদুমদি। লেপ্তবা পুন্সি ঈচেলসিদা ঐদি কৌশিংনি তাওথরক্লিবা - ঈমায়দা তাউরম্বা নাপী মকা অমগী মপান তাংদুনা মিকুপ অমতং পন্দুনা ঈমায়দা তাউজবদুদা কাওজখি ইরোন্নুদং লুপুলগনি হায়বা ৱাখল। কুইবা য়াদে, ইথক মচা অমা লাকপদা ঈপোম অমনাপুবিরি ঐবু ঈচেল অদু তম্লা-। হান্নগুম খাংলি ওন্ন-থোইনা মকোক-মমৈ খঙদনা।

চিন্নদনা কেনখি হায়নৈ চীংদা শাৎপী ইঙেল্লে। পাম্মুই পাম্মুই শোন্নহৌই পোইরৈ অশৈবশিংনা নিংশিংলকই মিকুপ্তো -

নোংমদি লাক্লনি খঙনা খঙনা ঙাইরকপা নুমিৎ অদু লাক্লবদসু নুংঙাইবা ঙমখিদ্রবোই ৱারক্লবী থম্মোয়সে, খোইরাংবনা খৌগংনরক্লে। ঙসাইদগী ঙাইরকপনি লাক্লরোইদ্রা হায়না চীংনরক্লে। মিৎ অমুক চোং, পাম্বোম অমুক চোং, পুক্রিং তয়াং তশোয়নৈ। মতম কুইনা কাউরুরবা ইমা-বাবা নিংশিংলুবগুম্লসু তৌই। করিসু ইতৌ তৌদনা অৱাবনা ফুম্বংনখি।

নুমিদাংৱাইরম ওইরকপগী সন্ধ্যা আর্তিগী মৈঙাম্দুসু ঙসিদি মমি ইশাম শাম্বগুম্লা তৌই। সন্ধ্যা-রানী মহাক্তবু খুরুমজদুনা অৱাবা পুম্বা তাইনজরুরবা মতুংদা খুৎ তুংবুন্নরদুনা শুমাং শিনবা থুংনা চত্তুনা লাকখিগদ্রা ঙাইকরি অমুক লাংতক্লনা।

মল্লি মল্লি মঙালদুদা সুইট-কেস চাউরবা অমা পায়রদুনা তপ্লা-তপ্লা চংলকই ৱাং চাউরবা পাখঙ অমখক। ফিভম মুৰ্ত্তিদু য়েংলগা শক্তম অমা

লাকশিন্দুনা তপ্পা কৌরুরি।

- সেন, ... ।

মতম কুইনা কৌরক্রুবা মীকৌ অদু তাজবগী হৰাওবনা মোমোন নোক্লা খুল্লকই।

- ইমা !... ।

মিকুপ অদুদা নিল্লকখি মাইকৈ খুদিংমক্তগী নুংঙাইবগী ঈশৈনা। মমশিল্লরুবা নুমিদাংৱাইরম অদু খঙহৌদনা ঙাহ্রেক্লকপগুম থোকখি। মতম কুইনা তরুদ্রবা মীকৌ অদু তবদা হৰাও তুজুংনরবা ইমুংদা লৈহৌবা বীনাদু মতোমত খোংজরকপগুম্না শক্লকই ঈশৈ। নুংঙাইবা সুরদু তরুবদা অহ্লরক্লে মালংসু লৈনা খুদিং জগোয় শাথেক মালহৌনরে মালেমসে নীংথীরবা বসন্ত ঋতুগুম্না। অদুগুম্লবা নুংঙাইরবা সুরশিংদুনা অহাংবা অতিয়া য়ৌখিদুনা য়াকাইরুরবোই থৱান লিশিং লিশিংনা শাগৎলক্লে জগোয় কুফেৎ কাফেৎ শাথেক্লনা। অদুবু অৱাবনি থাজ মহাক্তি ঙসিগী নুংঙাইবদু শরুক ইয়া য়ানিংদবগুম্না মচেক ওইনা ঙাল্লি। থাজগী মতৌ উবদা খঙহৌদনা লেপ্লি নুংঙাইবগী খোহ্লাং অদু।

খর চংশিন্দুনা হংলুরি অমুক।

- ডাক্তরখোয়দি লাক্রুবরা ?

- ডাক্তরদি থেংনরক্তে, ঐবু ওকপা চৎকনি হায়রম্বরা ?

- এয়ার পোর্টতা শোয়দনা ঙাইরমগনি নঙবু।

- ঐদি টেক্সি অমা ফাদুনা লাক্লে। লম্বীদা গাড়ী য়ারক্তদুনা বস ঙাইরগা অমুক লাক্লবনি। ঐগী লক অসি চুম্বা খরা ৱাৎলিমাল্লে।

- ফরে, মখোয় লাক্লবসু লাক্রুবসু, লাকও চংলসি।

হায়দুনা ইমুং চংমিন্নরক্লনা লোইশিনবা য়াবা পোৎ-চৈ পূম্নমক লোইশিল্লি। ইরু মাইথবা লোইশিন্দুনা ফম্মুংদা ফল্লদুনা সেন্না হায়রকই।

- ইমা... , ঐহাক ঙসিদি ডাক্তর অমা ওইরে... ।

ৱাহৈ খরদুগী মতুং ইল্লক্লিবা ৱাহং অদু চীনবান্দু লাম্হোকপা ঙাইরুবগী করি কান্নরি। পাউখুম অদু পীবা ৱানা থোক্লবা থৱায়নি। খন্ননবা মতম খর ফংজনবগীদমক তপ্পা হায়দোকখি।

- হৌজিক্তি নহাক্কী বাবা শোয়দনা উনরগনি।

হৰাও তয়াম্বনা নোক্তুনা মোমোন্নরবা মাইথোং অদু উরুবগা মীনোক অমত্তং নোক্তুনা ঐসু নুংঙাইবা ফোংদোক্লুরি। অদুবু মীনোক অদু লোইশিনবা

নংদনা অদুম্মক শিঙ্করকখি মিৎলুদা পিরাং। হৌরকপদগী কনানসু উবিরক্তবা ঐগী পিরাংনি। থম্মোয়সিত্তনা খঙবনি পিরাংগী মমল।

সেন্না খৌরাংলবা খোনফমদা লাংতক্লনা হংলকই।

- মহাক অদু কদায়দা লৈ ঙসিদি তাকপিরো ইমা !
- তাক্লগনি শোয়দনা, অদুবু নহাক্না মতম পুম্বদা কাওরোইদবদি - করিগুম্বদা কনাগুম্বগী পুন্সিনা মীওইবগী পুন্সিবু নুংশিজবদগী অপামবা নুংশিবা থাদোকতুনা মীনোক মৈশা কিরুদনা পুন্সিগী মশক তাকপা ঙমই। অদুগুম্লবা পুন্সি অমগীদমক অমুক ঙকচানফম থোক্তে, পুন্সি হায়বসে হিংবদুনি হায়বসিনি। মতম অসুক কুইবা অসি নহাকপু মীনমদুনা লাক্লে, ঙসিদি ঐহাক নহাকপু অমুক মীনম্লরোই।

হায়গে হয়েগে খল্লম্বা ৱাফম খরদি পঙ্োকপা ইঙম ঙমখিদ্রে, চীনসিনা পঙ্োকপা হায়দোকপা ঙমদবদু খঙলদুনা, ঙাইঙমদ্রবা সেন্না অমুক থৌরক্লে।

- সে, হায়রোসে ইমা, কুইরে ঐনা ঙাইরক্লিবা-ঐগী বাবা কনানো?

হন্দক্তি, ঐহাক খাঙবা ৱারক্লে য়েংনিংদ্রে মিৎ অসিনা কনাবুসু, ৱাহং অদুমক্তনা নাকোং শিংজা য়ৈরক্লে। খাংফম খঙদা তনিক তনিক খোনফমদ ঙাইঙমদ্রবা মাবু য়েংদুনা তপ্না তপ্না হায়দোকখ্রে।

- সেন, ঙসিদি নহাক্কী বাবা ডাক্তর দেৱানিনা ওইররে। নপা নচানা পুন্সি লেনবা ঐগী মিৎনা তত্তনা উনিংই, মতম খুদিংমক্তা নহাক্কী বাবাবু লুনা চান্না নীংউ। ঙসিদগী হৌনা মহাকপু বাবা হায়না মীংগৌরো অদুগা ৱাফম অমনা, ঙসিদগী হৌনা নহাক... ।

মখা তাবা ঙমদনা ঐহাক খোঞ্জেল থোক্লা কপ্তুনা লৈথোক্লে। মাংগী পুন্সিগী শক্তম লাকশিঞ্জরগা লেপ্লা ঙমশিল্লক্তরে।

পুন্সি লমলানবী ঐহাক লম্বীসিদা কয়া ৱারকখি - অহাংবা লম্মাংদা খাংঙমদ্রবা নোংলৈনা হুমদোকপীখিদ্রা কিবনা চীংশাং নাপোমদা থুপচরুবা! ঙসিনা চীংমায় লাম্মৈনা ৱায়দুন তাঙ্গোই ওনসি ওনঙমদ, খাম্বী মৈশাদুতা খাঙবদা লৈশাৎ তমঙমদ্রবী লৈরাংগুম ৱাখল লৈরাং কংশিল্লক্লিবা -লাঞ্জদ্রবী মপোকসিদা কনমল্লি নোংদম্বা নহাক্কী দন্দি। চেৎমল্লি নহাক্কী পুন্সি লিপুল লৈনাগুম্না থোৎলবা থম্মোয়সিদা।

অহিক লকক্লরবা ইতৌদু য়েংবা নুংঙইত্রমাল্লে। চংশিল্লক্তুনা হায়রকই।

- ইমা, ... করিগী কপ্লিবনো? নহানমখৈ ৱারকপা ঙসিদি কোক্লনি।

ঙসিদি, নচা চাউরে। ডাক্তরসু ওইরে ইমানা য়াম্না পান্বদো। ঐসু ঙসিদি নুংঙাইরে ইমা, বাবাবু শক খঙজবদা। ঐনা ফংলকপা প্রাইজ ঙসিদি ইমাগী খুয়াদা কচ্চরি নচাগী খুদোলসে হরাওনা ওকপীয়ু।

হায়রদুনা গোল্ড মেডল অদু পীরক্লুনা ঐবু খুরুমগে তৌরকপদু পিরাংনা চোৎলবা মায়থোংনা মোমোন নোক্লা ওক্লুই।

- ওক্লে সেন য়ারে, নহাক্কী খুদোন অসি ঐনা হরাওনা লৌরবনি। অদুগা ঐহাক নঙোন্দগী করিগুম্বা খরদি নীগে খল্লি নহাক্লা হরাও হরাওনা পীয়ু।
- অপাম্বা অদুতা তাকপীয়ু ইমা, নচানা ঙম্বা ওইরবদি থব্রায় ফাওবা কচ্চগে... ।
- নুংঙাইরে সেন, ঐহাক পেল্লে নীংবা থুংলে। সে, নহাক্কী খুদোল অসি লৌশিল্লো অদুগা মসি নহাক্কী ইমা চিত্রাদা মফম চানা থমজিলহল্লু।

ঐগী ব্রাদু তাবা লোইদনা অঙকপদু ফোংদোরকই।

- করি হায়বা... চিত্রা কনানো ?
- তাখো মখাসু ঙক্কনু মহাক নহাক্কী বাবাগী অব্রা-নুংঙাই অনিমক্তা শরুক য়ারিবী নহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা ইমানি। ঙসি নহাক্কী নফমদগী ঐনা নীগদবদি অতৈ করিসু নত্তে, নহাক্লা নহাকপু পোকপী চিত্রাগী মরাল কোকপীয়ু অদুগা ডাক্তর দেব্রানিবু অপোকপা বাবামক্লি খন্দুনা সেবা তৌ, অদুগা ঙসি নমাংদা লেপ্লিবা লাইবক থীরবী ঐবু 'মেদাম' হায়না কৌরো।
- নত্তে নত্তে, ইমা অদুম্না তাকপীগনু! ঐহাক পীশক পিক্লিঙৈদগী হৌনা নতম্বাক্তা শান্নজরকপা নহাক্কী নচা 'চিত্রসেন্নী'। করিগীদমক্তা ননাক্তগী লাপ্না তাহোক্লিবনো? ঐহাক নহাককী সেন্নিনে ইমা।
- সেন! ঐহাক খঙই নহাক ঐগী সেন্নি, অদুবু নহাক চিত্রানা পোকপ চিত্রাগী মচানি, লাইবক্তা তম্লম্বা খরদু খেত্তোকপা য়াখিদবনা নহাক ঐহাক থেংনরুবনি। নহাক হৌজিক চাউরে, নহাকপু পোকপী ইমাবু অমুক ব্রাহনবা চুমদে। ইমা হায়বসিনা মালেম লৈমদগী হেন্নালুমই হায়নরিবনি।
- নচাগী মফমদসু লুমই ইমা, পলেম নহাকনা মালেম লৈমসিদগী,

পোক্লম্বা য়াই ঐবু চিত্রানা অদুবু ইমা, মহাক্কী মখুৎ অদুনা পিক্লিবা সেনবু চাক চখোম অমত্তসু ইল্লকখিদে, ঐগীদমক নোংমতা অহিং মিংশেল খাঙখিদে, অদুগা শকখঙদ্রবা তম্পাক অদুদা ঐহাক মিকুপ অমত্তসু শান্নরক্তে। অদুগা ইমা, চেন চোংদুনা শান্নরুবনা ব্লারবদা ইমা নহাক্কী তম্পাক্তা ঐহাক পোখাখি। নারকপা মতমদা নহাক্না ঐবু কোনবীখি, য়ুমদা খিত্তং থেংনা হঞ্জিন্দবদা ইমা নহাক্না খিরকপা নত্তনা কনানসু ঐবু থীবিরখিদে, ইমা, নহাকপু থাদোক্কুনা ঐহাক মফম কৈদসু চৎলোই। ঐহাকপু তাঞোকপীগনু।

- অদুবু সেন মদুদি য়োকচবী অমগী শিনফম্লি। অদোমদা খল্লুগনু ঐনা হায়বা ইল্লু - নহাক ঐনা নীবদু হরাও-হরাও পীয়ু।
- ইমা, ঐহাক বাবা অমুক পামজদ্রে, অমুক হন্না লোৎপীরো। নচাগী পাঙ্গল চাউরে ঙসিদি ইমাগী লমন শিংলগে, নচাগী থৌদাং পীনবীরো। নপাং কনা য়াওদনা চীংলৈবাক্তা লেল্লকপা চহি কুমজা য়াম্লক্লে থাদোক্লসি লমদমসে।
- তাবদা পেল্লি সেন...। নুপা মচাগী থৌনা হায়বদো অদুনিদনা! তারো অমুকসু হায়গে নহাক নহাকপু পোকপী ইমাগী অব্লাবা কোকহল্লু, ডাক্তর দেব্লানি নহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা বাবানি লুনা চান্না নীংউ, মতম পুম্বদা মহাক্কী য়াথং ঙাকউ। মদুতনা নহাকপু য়োক্লকপগী লমন্দু শিংবা শক্লসনু। হৌরকপদগী ব্লারক্লবা পুন্সিনি, ঐগীদমক্তদি করিসু খল্লুগনু। ঐবু ইমা হায়রনু ঐহাক অমুক হন্না লৈ... শা... রগে ।

ঙকপদা থেংলবা মতৌদু উৎলদুনা ঐগী ব্লাদু তাবদা মখোঙদু তুং হন্না তপ্না তপ্না খোঙথাং অমা অনি থাংদোক্লগা ঐবু য়েংদুনা লেপ্তুনা লৈখ্রে। য়েংবা ঙমদ্রবা মিৎলু অসিদগী শিন্থখিবা পিরাংনা ঈচেল নাইনা চেন্থখ্রে লৈমায় তম্না-পুঙমদ্রবা থম্মোয় অসিদগী ব্লাহৈ অমত্তা থোক্লকখিদ্রে। করিগুম্বা খরং হায়গে খল্লম্বদুসু চীনবান লাল্লু য়াখিদ্রে। ঙাইহাক ব্লানা খাঙলবা মতুংদা তপ্না-তপ্না কৌরুই।

- সেন... ।

লুকথখিবা মায়থোংদু তপ্না অমুত্তং হাইগৎলম্লগা ঐগী মীকৌদুবু ওক্লম্লগা অমুক লুকথখ্রে। ঐহাক পাউখুম ফংদ্রবসু ব্লা মখা অদুম্মক তারুই।

- সেন মীওইবগী পুন্সি অসি অসুক্কী মতিক তেল্লি। নহাকসু ঙসিদি

খঙলম্বা য়ারে, কনাগুম্বা মী অমগী মফমদদি পুন্সি হায়বসি অসুক্কী মতিক শাংই, মহাক্কী মফমদদি শিবা ঙাইবদু ৱানা থোকই। অদুবু ঐনা হায়গদবদি পুন্সিবু শাংই হায়না খল্লবা মখোয় অদুদি হিংবগী মহাও খঙবা ঙমদ্রবা মীওইবনি। ৱারবা মীওইবগী পুন্সি লম্বী মিকুপ অমত্তগীনি খন্দুনা নশাগী থৌদাং মতম চানা পাংথোক্লবা হোৎনৌ। মী ওইনা পোক্লবা নহাক্তি মীওইবা সমাজগীনি। নহাক্লা মীওইবা সমাজবু মিকুপ অমতং ফাওবা কাওরোইদবনি। তপথবা নুংশিবতনা শান্তি ফংহল্লু নহাক্কী পুক্নিংবু অচুম্বা-অফবা লৈবা মফমদা মায় পাকপগী ফিরাল শোয়দনা পাইরখিগনি।

মাংগী পুন্সিবু নিংশিং-নিংশিংনা লোচ্ছোকখিবা চোইরোলদু তুমিন্না তাবা নত্তনা মরক অমুক থৎলকখিদ্রে। ঐহাকসু মখা তানা লোনগদবগী হোৎনরি। অদুবু ওঝা খেলেন্না লাকথোক্তনা প্রপ-প্রপ চংশিল্লকপদুদা ইঙক-ঙক্লা য়েংদুনা লৈথোক্লুই। ইফিং ফিংনা হায়রকপা ৱাদু তারুরি।

- ওঝা, ডাক্তরদু গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্তুনা হোস্পিটালদা লৈহৌরে। ইম্ফালদগী হৌজিক্তা য়ৌরকপনি হায়।

ইশা পুম্বা হুমাং অনপ্পী কারকপা খঙহৌদে। হায়ফম তৌফম খঙদনা ইতোমতা চেপ্পোক্লুই। তপথদ্রবা ইতৌদু নিংশিংলকপা মিকুপ্তা ওঝা খেলেন্দা অমুক ওনশিন্দুনা হংলুই।

- ওঝা..., কয়াম থীনা শেকহৌরবগে? কমদৌরিবজাৎনো ?
- ওঝা ঐসু থোইদোকপদি উজরক্তরে, এক্সিদেন্ট থোক্লিবদু ডাক্তরনি হায়বা খঙবগা চেঞ্জরকপনি, ডাক্তরদি অদুক হাক্লা থীনা শোক্তমাল্লে অদুগা ইবেম্মা চিত্রাদি সিরিয়স ওইরে হায়, মখোয় সেনবু তান্নরকপনি হায়বগুম তৌই। হৌজিক্তনিনে ওঝা - অতোপ্পা গাড়ীগা থেংজিন্নবসু নত্তে। ডাক্তরদু ঙহাক্তংদুদা জ্ঞান মাঙলুবরা খঙদে হায়নৈ।
- অৱাবনি ওঝা ! এয়ার পোর্টত সেনবু থেংনদ্রবদুদা তান্নরকপা ওইরমগনি। মখোয় ঙসিমক লাক্লমদ্রবসু য়াবনি, অদুবু অসুম থোকউ হায়না তমথ্রমাল্লে।

অমুক পন্থবা তৌদনা ঐখোয় অহুম্মক হোস্পিটাল য়ৌরকই। ডাক্তর খানা মনুংদু পুমচিক চিকই ডাক্তরদি করিসু শাথীনা শোক্লমদ্রে। ওই

থংবা খুত্তু নিংথিনা বেন্দেজ তৌরগা অতৈ-অতৈ খর য়াংখাই-হুবাংপদুদা তৌবা য়াবা হিদাক লাংথক খর তৌরগা থোংজিন ময়া ওইরপ্লা লেপ্তুনা লৈরমই। ফাষ্ট এড পীরবা মতুং ওইনা থোক্লুরমাল্লে মতমদো। অমরোমদা চিত্রাবু ডাক্তর অমদি নর্স খরগা লোয়ননা চেক-অপ তৌবদু লোইরমদ্রি। ঐখোয়সু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ডাক্তর অমদি নর্সশিংনা চেকশিন্নাহোৎনরিবদু য়েংদুনা লৈ। কা অদু মীরেল শঙগুম্না পুমচিক চীকই। নর্সশিংদুনা ঐখোয় পুম্নমকপু কাদুদগী থোক্লনবা ঈঙ্গিৎ তৌরকপদুদা ঐখোয়সু থোক্তুনা মপান থংবা কাদুদা ডাক্তরগী ব্রাদু তাগদবগী ঙাইদুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা চেক-অপ তৌহৌবা ডাক্তরদু থোরক্তুনা হায়রকই।

- য়াম্না সিরিয়স ওইরে, ডাক্তর, ব্রুইদিন সিক্স অব্বার চান্নবা ঈ পীবা ঙম্লবদি লাইবক য়েংবা য়াই। ঐখোয়গীদা লৈরিবা খর অসিদি অমত্তা চানরমদ্রে।

অব্রাবা পাউদু তাবদা ডাক্তরনা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই।

- ডাক্তর, ঐহাক্কা চানগদ্রা হান্না অমুক্তা য়েংখিসি।

চেক-অপ তৌরম্বা ডাক্তর অদুগী মতুং ঈন্দুনা চংখি। অদুবু থুরেমখৈ থোরক্লগা ব্রা-লান অমত্তা ঙাংদনা উয়ুংগুম্না লেপ্তুনা লৈররে। ব্রাবনা কাহৎলবা মায়থোংদু য়েংবা ঙমদনা সেনবু মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা চেক-অপ তৌরম্বা ডাক্তরদুদা শিন্নরদুনা ঈদু চানবরা য়েংহনখি। তপ্না চংশিন্দুনা ডাক্তরগী মনাক্তা লেপ্লুই, মক্লবা মায়থোংদু য়েংলুবা য়াওদনা হায়দোকখি।

- ডাক্তর, ঈশ্বরবু খুরুম্জয়ু। সেনগী ঈগা চানরে হায়বমক ঙমদ্রবসু চানরমগদ্রা হায়না খল্লি মচানা মমাবু কনসনু।

নীংবগা তৌবগা মান্নখি মিকুপ্তুদা। অসুম্না নীংবা থুংবা মমাংদসু থোকখিদ্রি মতুংদসু লাক্কদবা মান্দে। লাইবক ফবনা চিত্রসেনগা ঈ চানরমদুনা মতম চনা ঈদু কাপ্পা ঙমহৌই। মতম চনা ঈ কাপহৌবদুনা নুমিদাং অদুগী পুং তরানিথোইগা মিনিট তরাহুমদোই চৎলকপা অদুব্রাইদা চিত্রাগী মিত্তু তপ্না-তপ্না পাংথোরকই। শিরুবা হক্চাংদা অনৌবা থব্রায় হাপ্লগী ঈঙ্গিৎ অদু উবদা অব্রাবা ঈপাক্তা তারম্বা ডাক্তর অদু হায়দোকফম খঙদবা নুংঙাইহবগী মীনোক অমগা লোয়ননা চংশিনখিদুনা মাগী চন্নজরবী চিত্রাবু তপ্না কৌরুরি।

- চিত্রা... ।

অশোকপগী অনাবা মৈচাক খাঙবদা ব্ৰারবী চিত্ৰানা মমিং অদু তপ্না-তপ্না পাংথোরক্তুনা ডাক্তরবু য়েংলগা পাউখুম পীরকই।

- ডাক্তর... ।

নুংশি থোইরবী চিত্ৰাগী পাউখুমদুদা নুংঙাইবগী পিরাংনা ঈহৌরক্লবা ডাক্তরনা মপুক্লিংদা হৌরকপা ইহৌ অদু ফাজিনবা ওমজদা অনৌবা মীনোক অমগা লোয়ননা চিত্ৰাগী মখুৎ অদু চেংনা পায়শিনবীখি। মপুরোইবগী মফমদগী নুংশি থৌজাল নৌনা ফংজরবী চিত্ৰা অশোকপগী অৱাবা খঙদবগুম মোমোন নোক্লা পেঞ্জবদু ফোংদোরকখি। নুংঙাইবগী পিরাংলক্তা মোমোন নোক্লা মিৎচানরিবা মখোয়বু উরগা শিম্বুরকখি অরৎপা লৈতনা লোম্বোক্তবী পিরাংনা নীংঙমদ্রবী মিৎলুসিদগী। ফোংদোকফম থোক্লবা মৈচাক অসি ফুমজিনখিনবগীদমক্তা লোন্না তৈথোকচখি ফিজিনা।

মখোয় অনিগী চান্ন-মতৌ উরুবগা নিংশিংলকই মিকুপ্তুদা নোংমগী মেঙলবা শরতকী থাবল। ইচিক হুল্লবা অহিংদুদা থাজ নোংইন অনিগী কুম্মৈদা নোংমা ঙাওখিবা ইতোমতা ফমদুনা । অহিং-লিক্লাগী পাউদম তারুদবনা নোকখি নুমিৎ অদু ইথন্ত মোমোন।

অদুবু ঙসিদি কুম্মৈ অসিদা ঐহাক ঙাওরুবা ঙমখিদ্রে। মীনোক অমত্তনসু ঐবু নুংঙাইহনবা ঙমদ্রে। ডাক্তর অমদি চিত্ৰাগী য়াইফবতা য়েংনা-য়েংনা লেল্লক্লবা পুন্সি অসিনা ঙসিদি মখোয়গী মীনোক অদু তানিংলুদরে। পিরাংতনা পীরোইনরবা মিৎসিনা মখোয়গী নুংঙাইবা উনিংলুদরে। সুপ্নতগী নুংঙাইবগী মীনোকশিংদুগী মরুমদা লোৎশিনখ্রগে খল্লে পুন্সি ইতিহাস অসিমদি। ঙসিদি খঙলে পুন্সিগী ফীরেপ অমা।

থাজ নোংইনগী চান্না মীনোক অদুনা তাশোন ওইনা পাল্লরে ঙসিদি কায়রবা থম্মোয়সিদা।

চংশিনবা ঙমদ, লেপ্লম্বা মফমদগী চৎলগে খন্না তপ্না-তপ্না থাংদোরক্লে খোঙ অসি। থোঙজিন ময়াদু য়ৌরকপদা চিত্ৰানা কৌরকই।

- মন্দি... ! চৎলগেরা ?

থাংলম্বা খোঙথাংদু লেপ্তুনা পাউখুমদু পীরুই।

- চিত্ৰা... ! ঐহাক চৎলগে। নহক্কী থৱায়না অমুক হল্লকপসিদা ঐহাক অমুক হন্না নুংঙাইরে। হৌজিক্তি ঐহাক হল্লগে। ঐগী অমত্তা ঙাইরবা চিত্ৰসেনবু ঙসিদি নহাক্কী নফমদা তোল্লবী মন্দিনানা খুদোল

ওইনা তমজরি, মতম খুদিংমক্তা হৱাও-হৱাও তৌবীয়ু। পুন্সি চুপ্পা সেনবু ডাক্তর অমদি নহাক্কী সেবা ফংহনবীয়ু। অদুগা... সে, করিগুম্বা মতমদা ঐবু নিংশিংবিরকপা থোক্লবসু ঐগী খুৎনিংথৌদা মতম কুইনগী মমাংদগী শিরক্লবা খুদোপ অসিমক ঐহাক্কি খন্ন লুনা চন্না তৌবীয়ুকো। মাংলমচত্তা লানখিবা 'পুম্বা তোল্লবীনি খন্না ঙাকপীয়ু। সে, মাংহৈদ্রবা খুদোপ অসিমতংদি মফম চনা শিন্নজরমগে।

হায়দুনা চিত্রাগী খুৎনিংথৌদা ঐগী পুন্সিগী নুংশি খুদোল ওইরবা খুদোপ অদু তপ্না শিজিনবীরল্লগা হন্না য়েংলমদনা থোরক্নে।

ঐগী কাদা হঞ্জিন্দুনা লোইশিনবা য়াবা পোৎচৈ লোইশিনবা হোৎনরি। পুগদবা অমত্তা নত্তে, ঙম্মমক ঐবু ঙাকপী শেম্বীরকপা ইপা খুল্লাকপদা শিন্নরমদৌরিবনি। তাঞ্জা অসিদা কনাগুম্বগী খোঙথাং মখোল তায় হায়দুনা হন্না য়েংথোক্লুবদা চিত্রাগী মবুং তাম্মোচৌ তুংদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐনা ঙক্লপ

- তামোচৌ !
- মন্দিনা, ঐ করিগুম্বা অমা খঙনিংদুনা নঙবু থিরক্লিবনি। হোস্পিটাল চঙলুরে, চিত্রাগী ফিভম থোইনা নুংশা থীনিংঙাই ওইহৌদ্রে। ইচনগী লমন তোল্লবনি। অদুবু...।
- হেক্তা হায়বীয়ু তাম্মোচৌ, করি চিংনবীবা লৈরবগে?· ঐ ঙসিসু মহৌশাগী নচন মন্দিনাদো অদুমক ওইরিনে তাম্মোচৌ।
- ইচনগী ওপরেসন অসিদা মশাগী ঈ পীরিবা নুপামচা অসিবু কনাগী মচানো? কদাইব্রাইদা লৈবনো মন্দি?
- তাম্মোচৌ ... ঐ... ।
- হায়য়ু মন্দিনা, চুঙ ফিরাল চারবা, মপুঙ মরেপ ফারবা নুপামচাসি কনানো? মহাক অসিবু নহাকমক্লা হেক পোকচবা নচারা?

ব্রাহং অসিমক্তনা খোম্থাং য়ৈরক্লবদা পুক্লিং অসি লৈতাফম খঙখিদ্রে। হৌগত্তুনা থোঙনাও ময়াদা লেপ্লগা ফুনগৎলক্লিবা শ্বর খজিক্তং ফাথনবা হোৎনরুরি। থোঙনাওগী য়োৎচৈদুদা কন্না পায়শিঞ্জদুনা ব্রানা খাঙখি। খঙনীংবনা লাঙতক্লরিবা পাউখুম অদু পীগদবা চিম্বান অনীমক ইন্নদুনা লৈখিবগুম থোক্লে, ব্রাহৈ অমফাওবা হায়বা ঙমখিদ্রে।

- মন্দি, মহাক অদুগী শকফম অদুনা মুর্ত্তি ওইনা ইমাঙদা লেপ্লরে।

ইবুংগী পুক্লিং অসে ইরোন্নুংদা অসুম অসুম লুপশিল্লক্লে। করিগীদমক্তনো নুপামচাসিগী শকফম উরগা ঐগী থম্মোয় নিক্লক্লিব্রা, ইশা পূম্বা তু চুংত্রিবা! নত্তে মন্দি, অঙাং অসিবু নহাক্কী নবুক্তগী তাবা অশেংবা নচা নুপারা ?

নত্তে, মহাক ঐগী ইচা নত্তে। মহাক্কী মপা কনানো ঐ খঙদে। ঐদি সুপ্লতগী মহাকপু য়োকচবীনি। সংসারগী মীনোক মৈশা থৌশারুন্দা, পুক্সিগী শক্তম অমখক লাকশিঞ্জনবা হোৎনবদা নিংথানা য়োল্লিবা পোকপদা ঙায়রিবা চিত্রসেনগী মরুম থুপচরকখিবনি। ঙসিদি মহাকপু মফম চানা শিন্নজরম্লবনি। ঐবু ঙাকপীয়ু তাম্মোচৌ, কাউবীরমখিরোই ঙসিদগী চহী ২৮ মুক্কী মমাঙ নোংমা অহিং অমদা ৱাইথৌ চীংগোলদা থোকখিবা থৌদোক।

ঐগী পাউখুম তাগদবগী খজিক্তং থাংদোরকপা খোঙফম খংহন হঞ্জিনখি। লুকথরম্বা মায়থোঙ হাইগত্নুনা মখা তাবা ৱারী তানীংবনা লাংতক্ল রম্বা মায়থোঙ খংমক মকশিনখি। তনিক্লবা খোঞ্জেলনা মখা তারুই।

তাম্মোচৌনা খঙবীদ্রবসু ঐগী চিত্রসেনগী মপাদি চিত্রানা শোয়দনা খঙলমগনি। অতোপ্পা কনানা খঙদ্রবসু মহাক্না পোকচরিবা মচাগী মপাদি মহাক্না খঙফম থোকইনে তাম্মোচৌ।

চুপ্লে মন্দি, ঙসিদি ঐ নহাক্কী নফমদা মায়থিরে। সমাজগী মীনোক কিবদগী অমদি ইশাগী ইজৎ কঞ্জনবগীদমক ঐগী ইচল চিত্রাগা ঐগী বেঙ্গলি মরুপ মনিহারগা লুহোংনবা য়ানখি। অদুবু লাইবক থিবদি লুহোংগদবা শুপ্লগী নুমিৎ ৮ নি খক্তা ঙায়রবা মতম নোংমা মশানা থৌরিবা মোটোর সাইকল এক্সিদেন্ট থোক্লুনা ঐগী মরুপ্পু লৈখিদ্রে। হোৎনরুবা পূম্বা অরেম্বা ওইখ্রে। তঙাইফদনা চিত্রাবু পুরগা ইম্ফালদা থোরকখি। মতম খরা হৌখ্রে অদুবু চিত্রাগী ওইরিবা ফিভম কনানসু ঐঙোন্দা তাকপিখিদে। অদুবু কোন্নদি খঙলকখি। চিরবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক ওইখিবনা অঙাং অদু মাঙহনখিনবগীদমক মমা অমা ওইরবী ইচলবু থম্মোয় কনবী ওইহনখি। সমাজ অসিগী মমাঙদা লেপচবা ঙম্লবগীদমক ঐহাক মীনুংশি খঙদবা হিংচাবা অমগী শক্লোন লৌখি। খোঙথাং শোয়খ্রবী ইচলবু অহোংবা পুরক্লবা হোৎনবদা মিৎকুপ খুদিং মহাকপু

য়েংশিনবা তাখি। ইচলনা পামজরম্বা নোংচুপলোমগী চৎনবী পুম্ন মক থাদোক্কুনা মীতৈ চনুরা অমগী ফিদম লৌরকখি। নুংশিরবী ইচলগীদমক খনবদা ঐ সংসার পূম্ববু মীনম্বা তাখি, মীনমসু মীনমখি। মদুগী পাপতুগী প্রাইচিৎ ঐনা ফংবা ওইসনু মন্দি। তায়বঙ করিনো মশক খঙদ্রিবা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অদুগী মরায়বক ইচলনা লেপ্পীরম্লে। মসিদগী হেনবা ঐগী নুংঙাইবা লৈত্রে। ঈশ্বরনা ইচলবু য়াইফ থৌজাল পীনবীসনু।

ৱাহৈ খরসি হায়রম্লগা তাম্মোচৌ মমিত্তগী শিন্থরকপা পিরাং তৈথোক্লদুনা থোঙলোমদা তুমিন থোক্লুরগা অমুক তনহল হঞ্জিল্লক্কুনা শোল্লপ হায়রকই

- অদুগা মন্দি, অরোনবা অসিমদি মতম পূম্বগী ওইনা ঈরোন্নুংদা লুপহনখ্রসিকো ইবেম্মা। ঐনা ৱাশক্লি, মদুদা ফংগদবা পাপ খুদিংমক ইকোকথকসিদা হৈথবা ওইখ্রসনু।

নোংঙাল্লমদাইগী ইংলবা মালংবা মহাক্না খোঙলোয় ওইদুনা চীংলশ্বীদুদা ইতোমতা চৎনা চৎনা খল্লকই - অরোইবা বীদায় লৌরক্লবা মতুংসিদা ঐহাক... কদোমদা... কদায়দা... করিগী... করম্না... ???

শুমাং ময়াদা লেপ্তুনা থেংলবা তাংলৌ অদুদা চীংলৈবাক্তুবু বীদায় পীরুরি। ঈরা হৌরবা মিৎ অসিনা লৈ-লৈদুনা য়েংলুরি লাপ্না তাম্না মচেক ওইরবা তারমদাই থাজগী মঙালদা থাদোক্লগে খন্ন চীংলৈবাক্তুবু।

খঙবীবা য়াওদ্রবা অৱাবা ইতৌদু য়েংঙমদ্রবরা? ইনাক্তা লৈশাৎ তম্লম্বা শিঙ্গারৈদু লৈপান্দা শাচ্চবা ঙমদনা কেল্লকখি লৈমায়দা। ফোংঙমদ্রবা অৱাবদু ফোংদোক্লবা হোৎনবদা মপু' খুয়া য়ৌদনা ওন্ন-থোইনা খাংলরি নোংঙানবদু ঙাইঙমদনা। পাঙজদবী মতৌদু উবদা অনৌবা থৌনা হাপ্তুনা নোক্লিংদনা নোক্কুনা পাউহংলুরি থম্মোয়না।



